অফোংবা : নাওরেম মঙ্গোলজাও সিংহ
ককচিং খুল্লেন সুমাক লৈকাই
কৈথেল মচা পরেং, ককচিং, মণিপুর।

অহানবা ফোংবা : জুলাই, ২০০৭

কোপী মশিং : ৫০০

মমল : লুপা ৭৫/-

কমপ্যুটর টাইপসেটিং : রোয়েল প্রিন্টর্স,
ককচিং বজার থোং মনিং মাংমা
ককচিং, মণিপুর।



ওফসেট প্রিন্টিং : পাইওনিয়র ওফসেট প্রিন্টর্স
বুধিবাজ রোদ, ককচিং বজাব।



# অহৈবীগী ৱারোল

ঐহাক্না "প্রলয়গী মৈরী" হায়না মীংথোঙবা ৱারেং লাইরিক অমা অহানবা ওইনা খুদোল তমজরি । ঐহাক্তি তশেংনা লাইরিক ইবগী মতাংদা করিসু খঙজদ্রিবিনি । পীক্রিঙৈদা লায়রবগী চৈথেংনা লাইরিক তম্নবগী খুদোংচাবা ফংখিদ্রবি অমা ওইনা হৌরকখি । ঙসিসু হিংনবগী লান্‌ফমদা কোইনা লল্লোন-ইতিক তৌদুনা লেপ্তুনা চৎথজরি । পামজরবসু ইবগী কালাদা লাইরিক হৈহৌদ্রবনি হায়বগী ইকায়বা অমদি কিজবনা সাহিত্যগী সভাশিংদা নোংমতা শরুক য়াবা ফংজখিদে । মণিপুর সমাজ অসিদা ফোংলিবা অনৌবা-অরিবা সাহিত্যগী লাইরিকশিং, অতোপ-অতোপ্পা ফাওরবা উপন্যাস, ৱারেং-শৈরেং কয়াদু লাইরিক হৈহৌদ্রবী ঐঙোন্দদি অমমবনি । ঐগী হায়ববু তায়বং শেম্বীবা মপু মহাক্না মীওইবা অমা ওইনা পোকহনবিদুনা বুদ্ধি লৌশিং ৱাৎতবা, অৱাবা খুদোংথিবদা মায়োক্নবা ঙম্নবগী থৌনা অমদি পীরমখি । থৌনাসিগী মপান্না করিসু খঙজদ্রিবী ঐহাক্না জ্ঞান-লৌশিংতনা থল্লবা সাহিত্যগী পুকৈসিদা ঐগীসু অঙম্বা অমতং খুদোল তমজগে ইকায়-ইকি ৱাংমা লান্না, তনিক-তনিক লেপলিবিনি ।

ঐগী পুন্সিগী কাওঙমদ্রবা থৌদোক অমনা ঐবু লাইরিক ইবগী মরমদা লমজিংবিদুনা লাকখিবনি । ঐগী ইচানুপা অহন্না থা ৫ / ৬ হায়রকপদগী চহি ৪ (মরি) শুরবা ফাওবা চৎপসু ঙমদা লেংবসু ঙমদা নাদুনতা লৈরম্মী । য়েংবা য়াবা মাইবা, ডাক্তর কয়া তানরবসু মশাদি ইফ ফগৎখিদে ।ঐনা লাইশং কয়া চৎতুনা শকউদ্রবা ঈশ্বর মাঙোন্দা ইচাগী পুন্সি নিজখি । পোত্থাফম ঘঙদ্রদুনা নোংমা ঐহাক ইচাদুবু নমদা পোশিন্দুনা অহিংগী মতমদা অঙাওবীগুম মফম খঙদনা পংচত্তা চত্তুনা লাইওইরবা সনা খোংনাং অমগী মখোংদা লেপলমখি । মৈগুম চাক্রিবা ঐগী থম্মোয়দু নোংঙাল্লমদাইগী মন্নি-মন্নি তৌরকপা, উচেকশিংনা নুংশিনা খোংলকপা খোঙ্গেল, লিরি-লিরি হন্নকখিবা নামিবা নুংশিৎতুনা ঙাইহাক ইংথহনখি। নমদা ভুন্নিবা অঙাং হ্রম্পাক্তা ওম্বদুনা নুংশিনা শুম্বিখি । পুক্রিং

ইনৌ নৌথোরক্কুনা ঈশ্বরবু কন্না কৌদুনা কপচখি ।

শকউদবা ঈশ্বর মহাক্না ঐগী ইফমদা শাফোংলকপগুম সনা খোংনাং অদুগী মহে অমা তম্পাক্তা তাশিনলকখি । ঐগী থম্মোয়দা ইবুংঙো মহাক্না পীবীরকপা অমৃতনি খন্না ইমা-ইচা ঐখোয়নি চানিন্নখি । মহৌশা লাইরেম্নী ইমাগী ঈংবা তপ্না মোং হাদবা ফজরবা শক্তমদুনা লাকগুম ফাওমদ্রবা ইথিল অমা থম্মোয়দা ফাওহল্লকখি ।

চহি কয়া খুঙ্গং-খুঙ্গং লান্দুনা খুপ য়োনবা চৎপদা তারকপা-উরকপা সমাজগী থৌদোক-ৱাথোক, চৎনবী, য়ুম্বাল-কৈবাল, মহৌশাগী ফজরবা চীং, পাৎ, তুরেল, উপাল-ৱাপাল কয়াদুনা ৱাখল কয়া অমা থলহনখি । লল্লোন-ইতিক তৌরগা য়ুমদা হল্লকপদা ৱাৱবা মতমদা গুইহাক হাংলবা লবুক-লমহাংদুদা পোখাদুনা মহৌশাগী শুমহৎনিংঙাই ওইরবা দৃশ্য কয়াদদা ৱাখলগী ৱারী কয়া শান্নজে । ঐগী পুক্নিংদা শাগৎচরিবা ৱাখল ময়ামদু ফোংদোক্নবা মহাবীদ্যা লক্ষ্মী কলম, মুক, চে হায়রিবা মখোয়সি য়াম্না মরু ওইরম্মী । ঐগী ৱাখলদা মখোয়গী মগুনবু হেন্না শৈথানিংলকখি । মখোয়শিং অসিনা মীওইববু জীব ময়ামদগী লৌশিং জ্ঞান থোইদোক্না লৈহল্লমলিবনি । মহৌশাগী ফজরবা দৃশ্য, উপাল-ৱাপাল, জীব, শা-উচেক কয়াদগী কান্নবা ও নদি মগুন, মীওইবগী লৌশিং জ্ঞান মতম পুম্নমক্তা পুন্না চৎমিন্নৈ । মীওইবগী খুৎশেম কলম মহাক্না লময়ানবা অঙাং অমগী শক্তম লৌদুনা মালেমসিদা কোয়না লৌশিংগী মৈরা তানবা চৎলিববু ফোংদোকচরিবা লাইরিক্নি । লাইরিকসিগী অনিশুবা শরুক্তা ৱারী মচা ১৫ অমসু য়াওরি । মসিসু অহানবা ৱারেং শরুক্কী নুপামচা অদুনা খঙনিংনা তাক্লিবা লমচৎ-শাজৎ, লৌশিং জ্ঞানবু উৎলিবা ৱারী মচানি ।

লাইরিকসি ইবা হৌরকপদা ইপুরোইবনা য়াম্না কন্না খিংখি । লাইরিক হৈতবী ঐনা কবি শাবা ফাগী তাগনি হায়না লক্নবিখি । অদুবু মাগী অথিংবা কয়া লৈরবসু থম্মোয়দা ফুমদুনা লৈরিবা ইনিংবগী ৱাখলনা ইকায়-ইকি হন্দোক্নুনা অফংবা মতমদা ইচাশিং-ইনাওশিংনা মতেং পাংবিদুনা ইশিনবিখি । নোংম-নোংমগী তেক-তেক ইশিন্দুনা লাইরিক মপুম অমা মতম কয়া চংনা ওইরকখি । হৈত-হৈতনা পুথোকচরিবা লাইরিকসি ঙসিদি মীয়ামগী মফমদা শিন্নজরি।

- [illegible]

# ৱাহৈ খরদং

*'প্রলয়গী মৈরী'* কৌবা শ্রীমতি নাওরেম তমু দেবীনা ইবা লাইরিক অসি খুৎই ওইনা লৈরিঙৈদা অহানবা চাওরাকপা, অনীরকশুবা ওইনা টাইপ তৌরবা কপি অমা শিন্নবীরমদুনা হন্না অমুক্তা পাজনবগী খুদোংচাবদু ফংজখি। লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক্তা অইবীনা মশামক্কী পুন্সিগী হকথেংনরকপা থৌদোক ৱাথোক কয়া অমদি লাইরিকসি ইরকপগী মরমদা শমলপনা ফোংদোক্লি। তশেংবমকশু লাইরিকসিগী মনুংগী লমাইশিংদশু অইবীগী পুন্সিগী মচরিৎ পামজবা ৱাখললোন অমসুং শিল্লম - শিন্থাগী মমি চাউনা তারি। ইরোইননা লৈবাক খুনাইসিদা মরুওইনা ইনখৎলক্লিবা থবক ফংদ্রিবা নহারোলশিংদা চানবা শিন্থা অমা হেক্তা শুহন-নোমহন্নিংবগী ইঙ্গিৎ উৎতুনা ৱারি-ৱাখোং, প্রমান পাম্বে কয়াগা লোয়নননা পুক্লিংগী ৱাফম চিংনবা করিমত্তা য়াওদনা ফোংদোক্লি। হিংবদা লুরবা যুগশিগী, থকশি খাশিসু ৱাংলবা, ওঝা লাই গুরু মশক খঙলক্রবা অহোইননা তংদু লৈতাদ্রবা পুন্সি মরেল অমদা শুফম নোমফম খংদনা হঞ্জিনফম খংদনা হিংলিবা, কনা কনাগুম্বনা নিশাগী ইপাক্তা লুপলিবা মতমগী নহারোলশিংদা, ৱাখল লমফে চংহননিংদবদগী অইবীনা নৌহৌনা "ইমা ইপাদি মিংনা উবা লাইনি; ইথক থোংবা লাইগুরুশিংগী নুংশিবা বর, থৌজালগা লোয়নননা চংশিনবা থবক্তনা পুন্সিদা চাউখৎপা, নুঙাইবা পুরক্কনি" হায়না মীপাইনা থকশি খাশি হঞ্জিনহন্নিংমনবদগী লাউজরি। লোয়নননা শিন্দমগী লাইরেম্বিবু মশক তাকলদুনা সরকারগী থবক্তনা থবক নম্তে। শুবা নোম্বা তন্দবা, চিলহাও থিদবা কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমগীদমক্তদি হিংনবগী লানফমদা থবক্কি থবক মক্তনি। মচা খঙদে অচৌবা খঙদে ঐখোইনা ইজৎ লৈনা ঙমগদবা থবক অমা হেক্তা পাইখৎপা য়াই হায়না অইবীনা থম্মোই শেংনা ফোংদোক্লি।

অমরোমদা ঐখোইগা পুন্না লৈমিন্নরিবা, হিংমিন্নরিবা গ্রহ অসিগী চিং-পাৎ তুরেল, শা-কৈ, উচেক-ৱায়া, হৈপাল লৈপালশিং অমদি অতৈ জীব খিবিকপু মীওইবগী মচিন-মনাওনি, তাইবংদা শিন্থা পাংথোকনবা তাইবং শেম্বা মপুনা থাবিরকপা পাখোল্লোইমক্তনি হায়না লৌদুনা খুদিংমক্তা মান্ননা য়াউরিবা "ঐ" মশক খংমিন্নবগা লোয়নননা অমতা ওইনা চন্ন-চিন্ননা হিংমিন্নবা পামজবা, দরকার

লৈতবদা অমনা অমবু লাকথুনা তৌনদবগী পামজবদুসু অইবীনা থম্মোই শেংনা ফোংদোক্লি।

কৈগী মপাল নাপিনা তাং হায়নবগুস্মদনা প্রকৃতিগী খল কাইহনজনিংদবা, উপাল ঝাপালবু লুনা তৌহঞ্জনিংবগী ঝাফম ফোংদোকপদা নত্তনা শা-উচেকপু লুনা তৌবিনবা নুংশিনা লোইনবিনবা অমদি য়েংবিনবা শাদানবগী মিংয়েং মহাক্কী ঝারিমচা খরনা চিংশিনলি। শমনা হায়রবদা অইবী অসি ঙসিগী সাইন্স অমসুং টেক্নোলোজিগী ঙমদান্নবনা কৃক কৃক লাউরবা ইন্টরনেট, ই-মেলগী অনৌবা মপাওনা খুরক হাংদ্রবা মীওইবগী স্পেসকী খোংচৎনা Q (কিয়ু) দা থারৈবাক্তা, মঙ্গলগ্রহদা চৎকদবগী ঙাইনরবা মতম অসিদা গ্লোবেলগী মেপতা য়াওদুনশু, ইন্দষ্ট্রি লৈজদবা, মৈ নিংথি নুঙাইনা ফংজদবা মনিপুর ষ্টেটকী ককচিং হায়বা লমদমসিদা, লমদমসিগী অপিকপা লৈকাই অমদা আগরবত্তিগী অপিকপা উদ্যোগ লিংখৎচদুনা মশানা মশাবু অমদি নহারোলশিংবু থবক পীজরিবী খুঙ্গংগী লাইরিক লাইসু কা হেন্না হৈজহৌদবী চন্নবী চনুরা অমনি। অৱাৎপদনা থল্লবা খুদোংচাদবা পুম্নমক মায়োক্লবা খুঙ্গংদা পোক্লবসু, অইবীসিগী পুন্সিগী পান্দম অমদি অশাদি হিমালয়গুম্না মবেপ থুম্না ঝাংই। ককচিং, মনিপুর, ভারতকীদা নত্তে মানা খল্লিবা পৃথি-পুম্নমক্কি, মীওইবা জাতিগী য়াইফনবগীদমক, শান্তিগীদমক ইশ্বরগী মফমদা থৌনিজবনি। পুম্নমকপু অমতা ওইনা নুংশিনা য়েংজবনি। লাইর-লৈতনা ঝানা হৌরকপা পুন্সি ওইবনা, অতোপ্পাগী অৱাবা পুন্সিবুসু মুন্না মশক খংই। থবক্লা পুন্সিনি, তন্দবনা লাইৱানি, হায়বশিনা মহাক্কি শিন্দমশংগী ধর্ম্মনি। মহাক্লা ধর্ম্মসি মচা-মনাউ মখা তাবা নহারোশিংদা শন্দোকনিংই।

অশুম্না অইবীশিগী *'প্রলয়গী মৈরি'* কৌবা ঝারিমচা ময়াম অমা য়াউবা ঝারেং-ঝারি, কলপনাগী লমকোই নাচোম মখলসিদা য়াউরিবা ঝারিমচা অয়াম্বা শিন্দমশঙদা ঙম্না লমথুংফম ওই। শিন্দমশঙগী লাইরেম্বীনা কঙাউনরুবা কনাগুম্বা, কনাগুম্বীবু লমজীং লমতাকপী। লমফৈ চৎলুবশিংবু অহল-লমন মশক খঙনা পুশিনবীরকই। করিগুম্বা ঝারিমচা খরদদি অইবী মশানা মশাদা পানশিনজদুনা আউটোবাইওগ্রাফিগুম্না খুৎ থাবসু য়াওই। খুদম ওইনা - 'পাউদম'। 'পাউদম' হায়বা ঝারিমচাশিদা অইবীনা মশাগী লৈফম, মমিং মথা, শিনফম অমতা কাইদনা শৈথাদুনা ফোংদোক্লি।

অহৈবীনা লাইরিকশিদা ফোংদোকনিংবা, হায়নিংবা, হাঞ্জিন্নিংবা ব্রাখলনা হেনমনখিদুনা শাংনা ইরুরগা ব্রাহৈ পরেংনা তাফাওনা আইদিয়াতমক পিরগা লোইশিনবা খরশু মীয়াম্মা থেংনবীগনি। অশুম্মা চিথ্-নাম্বা, লানবা বনালসু অদুমক য়াওদবা নত্তে। পুন্নমক অহানবা খুই ওইবা অমসুং তহা-তহানা পুথোকপগী হৌনশানি লৌবা য়াই। ব্রারিমচা পুন্নমক মান্ননা ফজরে হায়দ্রগসু, প্লোত, থিম ফজবা মশা-নানবা ব্ররিমচা খরা অমসু য়াওদবা নত্তে। ব্রারিমচা পুন্ন -মক্তা করিগুম্বা মেসেজ অমমমদি অহৈবীনা মীয়ামদা পিনিংলি।

করিগুম্বদা নুপীগী মপোক্তা পোক্লুবগী মশা মতোমদা হঞ্জিন্না মরাইবক্তা খুদুম্মা শুজদুনসু ব্রারীমচাসিদা য়াউরিবা নুপীশিংসিগী লমচৎ মক্তে। মব্রা-মপুরোইববু ঈশ্বরমক্কি খঞ্জে অদুবু নুপীবু ওৎপী নৈবীবা হন্থনা য়েংবীবা তোক্লুনা, মমা-অমা ওইনা উবীবা, প্রকৃতি পুরুষ অনীগী মান্নবা থৌরাংদা হকচাং তংখাইনি খন্না থৌদাং য়ামীন্নবগী শোইফদ্রবা নিতিবু ঙাক্লা চৎমীন্ননিংবগী ইঙ্গিৎ নুপীগী থৌদাং লাকপা ব্রারিমচাশিংদা উৎলি।

নুপী ওইবীগী থাংদোকখ্রবা খোংথাং হায়বা ব্রারীমচাদা হান্না নিশা চারমদবা য়াম্না ফরম্বা মপুবোইবা নবনা শঙ্গ লাল্লুবদগী নিশাগী ইপাক্তা লুপখ্রবদা অমদি মহৌশাগী চৎলম্বা শাজৎ-লিচৎ তায়োন্নখ্রবদা, মপুরোইবা নিংবী কৈন্যানা কয়াগী মতিক ব্রাজখিবা! কৈন্যাগী মমান্নবী স্না-মচাগী য়ুমদা নবনা শোইবদগী ওন্ননা নিশানা লমজিংদুনা চংলুবা ইমুং-নুপী কৈন্যাদা চৎপা মচৎ, ঙাংবা-ব্রাঙাং কাহেনবা শাজৎ উৎলুরবা মতুং নিশা হন্থদুনা গ্যান লাকপদা, স্নামচাগী মফমদগী নংখিবা ইকাইবা কয়ানা নবনা পুন্সিগী অমুক হন্না নিশা চাখ্ররোই হায়না ব্রাশকখি। মদুদা স্নামচানা মমান্নবী কৈন্যাগী অনৌবা মপোক অমগীদমক খল্লুরগা কয়াদা হরাউজখিবা। নবনা মরুপ ওইরম্বা নিশাদা ওনশিন্দুনা হায়খি "ঐগী মরুপ নিশা, নহাক্লা মতম লৈবা খিবীক্তা লাক্কদৌরিবা নচা ননাই কয়াবুসু থাদোকপীয়ু। অমুক কোনশিনবীরগনু। অফবা লম্বীদা লমজিংবীরো। ইমা লৈবাক মণিপুর ফজবগী লোইনাইদ্রবা লমদমসিবু নহাক্লা ফজবা লৈকোন অমা ওইনা লেংদনা থম্বীরগদি কয়াদা নহাকপু ঈশ্বরগুম্না খন্নগনি, হে মরুপ [illegible]" নিঙমদ্রবা নবগী অশেংবা থম্মোইগী য়াব্রানি।

অসুম্না অইবীনা নিশাবু শৈথাবদা করেম্নবা ৱাহৈশিংসু শিজিন্নরি-য়ারি য়াখোংদা কেকু লোংণী শান্নজবা (ধৈনি), শাগেগী অহল ৱাচৎ-ৱাতেন্নীবা (মোর্ম্বিন), সভাগী অয়াবা ৱা চৎপা (কানি), নোক্লা মাইখোং ঙানবা (গঞ্জা) য়ুগী মনাও (গুলি), অসিনচিংবা । নুঙাই, হায়দোকপদা পকচনা থোকই।

অইবীগী ৱায়োলদা- "ঐহাক্তি তশেংনা লাইরিক ইবগী মতাংদা করিসু খঙজদ্রিবীনি। পীক্লিঙৈদগী লাইরবগী চৈথেংনা লাইরিক তম্নবগী খুদোংচাবা ফংখিদ্রবি অমা ওইনা হৌরকখি। ঙসিসু হিংনবগী লানফমদা কোইনা লোন-ইতিক.... লাইরিক ইবগী লমদা পামজরবসু, লাইরিক হৈহৌদ্রবীনি হায়বগী ইকায়বা অমদি কিজবনা সাহিত্যগী সভাশিংদা নোংমতা শরুক য়াবা ফংজখিদে - ........ ঐঙোন্দদি অমম্বনি ....."। অমুকসু- "লাইরিক ইবা হৌরকপদা ইপুরোইবনা য়াম্না কন্না থিংখি। লাইরিক হৈতবী ঐনা কবি শাবা ফাগী তাগনি হায়না লক্লবিখি। অদুবু অথিংবা কয়া লৈরবসু থম্মোয়দা ফুমদুনা লৈরিবা ইনিংবগী ৱাখলনা ইকাই ইকি হন্দোক্লুনা অফংবা মতমদা ইচাশিং ইনাওশিংনা মতেং পাংবীদুনা ইশিল্লকখি।" অদুবু হায়জনিংলিবদি লাইরিক য়াম্না হৈবা, ক্লাস য়াম্না ৱাংবা মীওইতনা লাইরিক ইগদবনি হায়বা অকক্লবা নীয়ম অমত্ত লৈতে। অইবগী লম্নীদি তোঙাল্লি। মশাগী করিগুম্বা পীথোকলকপা প্রতিভা খরা য়াওদনদি, ৱারেং-শৈরেং ইনিংই হায়দুনসু পাক্লা খুৎ থাবা য়াদে; পুং কয়া চে কলম পাইদুনা শংলবসু হেক্তা ইবা ঙম্নদে।

শিন্নাইফম ফন্নবসু তমু দেবীনা লাইরিক ইবদি ঙককম থোক্তে, ইফম থোকপমক্লি। অদুবু লাইরিকী মগুন্দি মীয়াম্না লেপ্পীসনু। অমংবা নোং চুথোকপ্লগা কোকই। ইথোকপ্লবা, ফোংদোকপ্লবা মতুংদগীদি অইবা অইবীগী ৱাখলগী পোৎলুম ফনা য়াম্না য়াংলপ্লগনি। অরিবগী মহুৎ শিন্ননবা অনৌবা ৱাখললোন কয়া অমসু ফংনরিবনী। মখাতানা অইবীনা অনৌবা লাইরিক কয়াসু পুথোকপীরক্লুনা মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈ লনগৈ থোইগৎহনবদা হেন্না চাউবা থৌদাং লৌবীরকখিনি হায়না আশা তৌজরি। মঙ্গল ওইবা ওইরশনু।

ককচিং লোকেন মোইরাংথেম

তাং ০৮/০৬/২০০৭ ইং, ইরাই এক্স, এডিটর, চুমখাঙ

## প্রলয়গী মৈত্রী

থাবুম তরা নাওপুরিবা অঙাং অমগী শক্তম অসিবু ঈশ্বর মহাক্না তাইবংদা হিংননবগীদমক্তা থৌদা অমগা লোয়ননা পুথোকখিরম্মী । মহাক অসিনা থোক্কমদাই মতম অদুদা - "গুরু, ঐহাকপু মতৌ করম্ন থোক্কদগে" হায়না হংগৎচখিরম্মী" । গুরুনা হায়খিরম্মী, "পৃথিবীদা জীব লৈত্রবদি লৈশেম্বা খক য়ারোই, মদুনা মরম ওইদুনা নহাকপু ঐহাক্না থাগদৌরিবনি। যুগ কয়া লাক্লবসু নহাক্নুম্বা কয়া অমসু শেম শাদুনা নতুং ইম্দুনা লাক্কদৌরিবনি । মসিদা চিংনবা লৈতনা চৎকদবনি" হায়না গুরুনা তাকপীখি । ফিজেৎ লৈতেং য়াওদ্রিবা মীওই অসিনা অমুকসু হন্না গুরুদা হংগৎচখিরম্মী - "গুরু ঐহাক্তি করি অমত্তসু য়াওদনা চৎকদ্রা" । গুরুনা হায়খিরম্মী "ঐহাক্না নঙোন্দা পুহনগদৌরিবা পোৎ অসিদি নহাক্কী ব্রাখল অমসুং লৌশিংগী মৈবা অসিনি । মসি নহাক্না হিংনবগী পুক্কেগী লন অমনি হায়না থমদুনা মীয়ামদা য়েম্থোক্নুনা নুংশি চান্ননা ইমা অমতগী মচানি ইপা অমতগী মচানি হাযনা মীপুম খুদিংমকপু শান্তিগী লৈবাক্তা তুংহন্নবগীদমক্তা পীরিবনি । মসিনা মতম লৈবা খিবিক্তা কাউবা লৈতনা নহাক্না গুরুগী য়াথংবু খক হিক্তোক্লোইদবনি" । অসুম তৌদুনা পীক্লিবা অঙাং মহাক্কী ব্রাখল অমসুং লৌশিং কয়াবু তাকপীখি । তায়বংদা মীনোক মৈশা খঙদ্রিঙৈ মতম অদুদা মমা-মপা কয়ানা ঐগীনি মাগীনি হায়না খায়রিঙৈ মতম কয়াদা মাংহনম্ববা, মতম অদুদা গুরুবু নীংশিংবীবা ঙম্বা মীওইনা অফাওবা মীওই ওইখিবম্মী । মহাকপু নীংশিংবা ঙমদ্রবা মীওই কয়া অদুবুনা সংসাবসিদা অঙাওবা অমসুং শোয়নাইবা ওইখি । গুরুনা সংসাবসিবু শেম্বা ঙম্ননবগীদমক্তা মীপোক কয়াবু শেমগৎ-শাগৎতুনা মীওইবগী পুক্নুংদা লৈরিবা অমসুং লাক্লিবা জীব কয়া অদুবু শেমগৎতুনা সংসারদা হিংহল্লি । অমুকসু গুরুনা হায়খি - "উনা-উশীং অমসুং পাম্বী কয়াগী মখল-মথেল কয়ানা লৈতেংদুনা পৃথিবীদা মখোয়সু হিংবদা য়াওরিবনি । মখোয় অদুনা তাইবংবু নুংঙাই য়াইফবা পুরক্লবগীদমক্তা হকচাং ফনবা পোৎশক কয়া অমনা শৌগৎপীদুনা মীওইববু থৌনা লীংজেল হাপকৎলম্মী । মসিদসু নত্তনা শা অমসুং ষণনচিংবা মখোয় অদুনসু মীওইবদা পাঙ্গল পী, অমরোমদা তীল-কাঙনচিংবা অসিনসু মীওইবদা মতেং পী" অসুম্না গুরুনা পীক্লিবা অঙাং অদুদা মহাক্না ব্রারী লিবীদুনা তাইবংদা শীম্বা ওইহল্লি । গুরুগী য়াথংদগী মহাক অদু তায়বং মীরমলেন্দা

থোরকপা তারে । মতম অদুদা মহাক্কা অমুকসু হায়খিরম্মী - "গুরুগী লমন শিংননবগীদমক্তা তেল্লবা মতম খরগা পীনবীয়ু "। গুরুনা নুংশিনা তাকপীরকখি - "মমাংদা হায়ন্ত্রিবা ৱাহৈশিংদুগী মতুংইন্না নহাক্ক চৎকদবনি "। গুরুবু শিক্ষা তৌজরমলগা অঙাং অদুনা সংসারগী অমম-অঙানগী লংদাই অদুদা থোক্লকম্মী । মহাক্কা থোক্লকপা মতম অদুদা লৈপাক অমসুং লৈঙোই নত্তনা করিগুম্বী অমত্তা থেংনবা লৈখিদে । মরুভুমী মথক অসিদা ঐহাকপু করম তৌনা লৈগদগে হায়না খনখিরম্মী । তাঙ্গা অসিমক্তদা অঙকপা পোৎশক অমা উখিরম্মী । ওক্লিবা পোৎশক অদুদি পৃথিবীদা তোপ-তোপ্পা ওইনা লৈবা পোৎশক অমনি । মহাক্কী মঙালনা নুপামচা অসিদা অঙকপগী শক্তি ওইনা উহনখি । উরিবা পোৎশক অদুবু অরেপ্পা লৈতনা মীৎ খপ্তবমখে য়েংখিরম্মী । পোৎশক অসিদি মতমগী খোংথাংগা লোয়ননা চৎপা খোঙজেলনি । মতমগী মতুংইন্না মহাকসু অসুম-অসুম চাউখৎলকলম্মী । চাউখৎলকপগা লোয়ননা মতমগী খোঙচৎতা মহাক অসি চহি ১৮ শুরবা নুপামচা অমা ওইরকখি মহাক ৱাখল মখল-মথেল কয়া খন্দুনা লৈরুরবসু মতম্রু পাম্মুবগী শাজৎ-লীচৎ কাউবা খক লৈরমদে । মমাংদা গুরুনা হায়খিবা ৱারী কয়ামরুমশিংদু কাউথোক্তনা চৎচবনা ওইরবা মাল্লে হায়বগী থাজবা অমগা লোয়ননা নুপামচা অসিনা খনখিরম্মী । অঙকপা নুমিৎকী শক্তিগী মঙালনা লৈন-লৈন জগোয় শাবদৌনা লৈখিবদা মহাকসু ফম্নস্বদগী হৌগৎলক্লে । শক্তিগী মঙাল অসিবু কদোমদা লৈদুনা চৎলিবগে হায়দুনা য়েংবা হৌরকখিরম্মী । মতম অদুদা অঙকপা মঙালদু লংথোক্তুনা মহাক্কী মমি অদুবুনা হেন্না ওক্লা উখিরম্মী । অঙকপা ৱাখল অমসুং মীৎনা উবা অদুগা লোয়ননা মাঙদা লেপ্পরবদা মহাক অদুনা হেন্না অঙকপা কয়ামরুমদুবু থিনিংবা উনিংবা হেনখিরম্মী । হিংননবগী লানফমদা চৎনবিবা শুনরিবা হাযরিবা থৌদা অমগা লোয়ননা থারক্লবা ঐহাক অসে মতৌ করম্না হিংগদগে হায়না মহাক অদু খনবা হৌরকম্লে । নুমিৎনা হায়খিরম্মী "হে তাইবংপান নহাক্কা ৱাখল খল্লিরিঙে অমসুং অঙকপবু য়েংদুনা লৈরিঙে করিগুম্বা জীব অম লাক্লুনা নঙবু চিংশাদুনা লৈরবদি নহাক্কা খল্লবা ৱাখল অদুবু পাংথোকপা ঙমগদ্রা ?" নুপামচা অসিনা নুমিৎকী ৱাহৈ অদু তারুরগা মতোম্নতা অমুকসু হংজখি, ঐহাক্কু মখাং কয়ামরুম অমা চৎতুনা হিংননবগী লম্বীদা খোঙদানবা খল্লুরবসু লেঙদ্রবা মীওক্ত অমা ওইবগাদি ৱাখলশিংসিবু পাঙথোকপা ঙম্লোই হায়না খন্দুনা নুমিৎনা ঐহাকপু হাযরিবনি । অমম-অঙান পুথীরিবা ঈশ্বর মহাক্কা কয়াগী মতিক ৱাখল লৌশিং পীবীদুনা সংসারসিদা উদবা পোৎশক কয়া

উহনগ্রবা মতমগী খোঙচংকা লোয়ননা নুপামচা অদু চৎপা হৌখ্রে । মহাক্ল চৎপা হৌরকপা অসিদা করিগুম্বী করিগুম্বা অমত্তা থেংনবা লৈখিদ্রি । খঙহৌদে অঙকপা অমসু থেংনরয়ে, থেংনরিবা পোৎশক অসিদি পৃথিবীগী লৈমায়দা কেনা নৌনা লৈজবী তিংথৌ হায়রীবী মহাক অদুনি । মহাক হেক থেংনজবদা নুপামচা অসিনা অদুক্কী মতিক ঙকখিরম্মী । নুপামচা অসিনা তিংথৌ অদুদা হায়রম্মী - "নহাক অসি হেক উবগা ঐহাক্কী মিৎমা অনি অসিনা অদুক্কী মতিক য়েংনিংলিবা করিগীনো অদুগা অমরোমদসু পোকপদগী উদ্রিবা পোৎশক অমসু ওইহ্রি । গুরুনা মমাংদা লিবিখিবা ৱারীশিংদসু য়াওখিদে" । মতম অসিদা তিংথৌনা হায়রক্লম্মী - "হে নুপামচা নহাক্লা ঐহাকপু অসুক মুন্না য়েংলিবসে করিগীনো ? ঐহাক্তি অদুক্কী মতিক তেল্লবা পুন্সি অমগী জীবনি । নখোয়গুম্বনা মুন্না য়েংলক্লবদি খঙহৌদনা তিংথৌ ঐহাক্তি লৈমায়দা থদৎপীদুনা গুরুগী নাক্তা পুশিনবীখিদো । মদুনা ঐগী খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইজবা সংসারনি । নহাক্লা সংসারসিদা থোক্লমদাইদা গুরুনা করম্বা পাওখোন পীবীরকপগে ?" নুপামচা অসিনা খুমজখিরম্মী - "তিংথৌ ইমা মানবী নহাকপু উবদা ইকায় ফিজং মকমদগী থোক্লকপদৌনা উবী পলেম ইমা নহাক্কী ৱারীশিংসি তারুবদা ঐহাক্লা ইমাবু কাউবা ঙম্লোয় । চুম্মী, গুরুনা মমাংদা হায়খিবা ৱারীশিংদু ঐনা কাউথোক্লুবদগী ইমাদা থৌগল্লোন ব্যবহার উৎচখিদ্রে হায়দুনা ইমানা লান্না লৌবীদনবা পুনেমজরি" অসুম্না নুপামচা অসিনা তিংথৌগী পুন্সিগী ৱারী মতেক্লু তারুবদা মহাক্লা ইমাগী শক্তম লৌদুনা শিন্দমশঙ হায়রিবা লোইশঙ কয়াগী যাত্রা ওইবীদুনা নুংঙাই-য়াইফবা কয়া পীবীদুনা পৃথিবীদা জয় ওইহল্লি হায়দুনা তিংথৌবু থাগৎলদুনা মীয়ামদা মহাক্লা খঙহল্লি ।

নুপামচা অদুনা তিংথৌদা মাগী পুন্সিগী ৱারীশিংদু খঙনিঙনা হংগৎচরুবদগী নুপামচা অদুদা তিংথৌ মমা শকপীনা ৱাবী লিবা হৌরক্লম্মী - "মমাংদা খঙহৌদনা নুপামচা অমা লাক্লুনা পৃথিবীগী লৈমায়দা হিংজরিবী ঐহাক্কী পুন্সি অসিবু থিজিনবীদুনা হংলকখি - ইমা নহাক্কী ৱারী কয়ামরুম অমা তারক্লে নুংশিবীদুনা ইমাদা হংজগে খঞ্জরিবা ৱাহংসিদ: অথুপ- অবোন লৈতনা ইমানা তাকপীয়ু" । তিংথৌ ঐহাক্লা খুমখিরম্মী - "নহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈ মতম অদুদা নমা অমসুং নপা লাক্লুনা মচাগী অফ-নুংঙাই পীবানবপীদম এন হায়জনা লাক্লমঃ । ঐহাক্ল হায়খি "মরুপ, মুণীগী য়াথং য়াওবিরক্লব্রা" মতম অদুদা নহাক্তি পলেম নমাগী লুরবা গুহা অমগী মনুংদা লৌরিঙৈদা নহাক্কী নপা-নমানা খনখিবা ৱাখল অমসুং লৌশিং কয়াদুনা নহাকপু শাগৎপীদুনা থল্লিবনি । মসিদা মুণীগী য়াথংবু

পুবিরকপ্রা হায়না হংখিবনি। মতম অদুদা মায়াগী সংসার অমা ওইনা পোকখিবনা অকাউবা হায়বা ৱাখল অদু য়াওখিবনা মহাক্তা খুম্না ঙমখিদে। ঐহাক্কী মরুপ অমসুং মহাকপু থাজবগী যুম্ফমদা পুশিন্নীদুনা ঐহাক্তা মমাংদা লীখিবা ৱারী অমসুং নহাক্তা তারক্লিবা ৱারীশিংদুগা লোয়ননা পৃথিবীদা অচুম্বগীদমক লেপ্তুনা লৈজরিবী তিংথৌনি। মীওইপোক্কী মপোক্তা পোকপা অমসুং শিবা হায়রিবা অনীগী লংদাইবু তাইশিন্নবগীদমক্তা পোক্লকপা অমসুং শেন্নকপা মুণীগী পাউখোল্লোয়নি হায়না নুপামচা অসিদা ৱারীশিংসি লীথোকখিরম্মী।

তিংথৌগী পুন্সিগী ওইরকখিবগী ৱারী কয়ামরুম অমা তারবা মতুংদা নুপামচা অদুনা হংখিরম্মী - "ইমা নঙগী শাথেক-শাহুম অদুনা ফজরবা শক্তম অমগা লোয়ননা ঈশ্বর খুদিংমক্কী মফমদা ইমানা চঙদুনা লৈবা নচানা উজবা ঙম্মী, মসিদনি ঐহাক্তা ইমাগী অঙকপা অমা ওইনা উবা ফংলিবসে"। মমাগী ফজবা, নিংথিবা শংবান্নবা কুচুবু উবদা থৌগল্লোন নিতিগা লোয়ননা মীপুম খুদিংমক্তা নীংশিংনরিবা অসিদা ঐহাক্কী ৱাখল অরেপ্পা লৈতনা ইমাগী শক্তম্বু খিজবা লেপ্পোই হায়বসি নুপামচা অসিগী ৱাখলদা খনগ্রবা নুপা অমগী থৌনা অমগা লোয়ননা লৈশ্রে। নুপামচা অসিনা খনখিবা থৌনা অমসুং লিংজেল অসিবু মাগী পুন্সিগী লোয়নবা ওইগে হায়দুনা মহাক্তা খনখিরম্মী। অমুকসু নুপামচা অদুনা মমাদা হংগৎচখিরম্মী - "ঐহাক্কী ইমানি মীয়ামগী তিংথৌনি, ঐহাক্তা ইমা কৌজবা ঙম্বদি গুরুগী পাউখোল্লোয়নি তাকপীরকপনা ইমা হায়জবা ঙন্নিবনি। মীয়ামদনা ইমানা জীব অমগুম্না শক্তম অমগা লোয়ননা লৈখিবনা ইমা কৌবা ঙমহন্দ্রিবনি। মমানা হায়রকখিরম্মী - "নুপামচা মুন্না তাও পুন্সিগী ওইগদৌরিবা ৱারী লিগে তারো -- য়েংউ শা-ষণ জীব কয়ানা পৃথিবীদা হিংবদা ইমা-ইপা হায়বা খোঙ্থোক অসি তাখ্রব ?, মদু খক তারমলোই তাদনা তায় হায়বা মীওইসু য়াওরমবদি য়াই মদুশিংদুবুনি লৌনস্বা অমসুং নমথাক তৌদুনা হিংলিবা মীওইশিং। মখোয়শিং অদুনা পৃথিবীদা চাওখৎপা অমসুং হিংননবগী লম্বীদা অফবা খক পুরকখিদ্রি। মসিনা তাকপদি নাপী-শিংবী উপাল-উৱাপাল প্রকৃতিগী লোইনাইদ্রবা পোৎশক্লি হায়না খন্দোকপীদুনা থম্মীরগদি নোংমদি মৈরিকপীনা মৈজাও হৌরক্তুনা মহা প্রলয় ওইনা ওইরগনি হায়বদা হায়মনবা খক থোক্লোয়" হায়দুনা তিংথৌনা নুপামচা অসিদা অসুম লীবীবা হৌরক্লি -- "তাও অমুকসু মুন্না, মখা অমুক লিরগে - ঐহাক্কী পুন্সিদা জগৎকী মপু মানা থারকপা থৌদাগী শিন্ফম অৱাববু য়োকখৎপীবা অমসুং নুংঙাইববু হাপকৎপীবা মতৌ করম্না হাপকৎলি হায়বদুদি

ঐহাকপু অশেং-অমাং খায়দোকপীদুনা মীপুম খুদিংমক্তা খুৎলায় ওইনা শিজিন্নবী। হিংবা অমসুং শিবা হায়রিবা অনীগী লংদাইদা লেপ্তুনা ঈচেল অমগা লোয়ননা চেলহল্লি। শকউদ্রবা মুণী অদুগী মমল কয়াদা য়ামশ্লবা। ভগবান মহাক্তা শিনবা লিলানি। সংসারদা খুৎশেম্নগী লিলানা ভগবানগী থম্মোয়দা অপেনবা ওইহনখি। মসিনা তাকপদি ঐহাকপু তিংথৌ ওইনা শাইয়োন অমগা লোয়ননা লৈরকখিবা অসিনা হায়জবনি"। অসুম তৌদুনা নুপামচা অদুদা তিংথৌনা মহাক্কী পুন্সিগী ওইরকখিবা ৱারীশিং অদু লিরুবদা হেন্না অঙকপগী শক্তি অমা ওইখ্রে। নুপামচা অদু অরেপ্পা লৈতনা অমুকসু চৎপা হৌখ্রে।

নুপামচা অসি অরেপ্পা লৈতনা অসুম-অসুম চঙশিল্লক্লুনা লময়ানবা লাক্লি। মহাক্তা অমুকসু অঙকপা অমগা লোয়নবা পোৎশক অমসু থেংনবরে, মহাক অৱাবা অমসুং অনাবা চৈনা ফাওখিদ্রে। থেংনরিবা পোৎশক অসিনা ওইরবা মাল্লে হায়না নুপামচা অসিনা খনখিরম্মী। তুমিন্না ৱাখল খল্লবা মতুংদা মতোম্নতা অঙকপা পোৎশক অদুবু মখুৎনা পায়দুনা মুন্না যেংলদুনা ওন-ওন্দুনা য়েংলম্মী। মমাংদা থেংনখিবা অঙকপা ময়ামদুদগী হেন্না ঙক্লা উরে। মতৌ কবম্না ঙকপা হেনখ্রিবনো হায়বদুদি মহাক্তা পাম্বী অদু পায়দুনা নীক্লুবদা প্রকৃতিগী নুংঙাইবগী লোইনাইদ্রবা মৌসুমী নুংশিৎনা থেক্লা-নৌনা মালংবগা লোয়ননা তপুম তপুন্নবা মীওইবগী তুখোঙ খুদিংদা হুমজিল্লক্লুনা শিরন্নবা শিংলী নাওরী কয়ানা উপাল-ৱাপাল ওইবগুম্না হাইনা হুম্না মনীং-মখা তম্না জগোয় শাবগুম তৌবক্লম্মী। হায়বিবা পোৎশক অসিনা ঙকপা হেল্লী হায়না নুপামচা অসিনা খনখিরম্মী। মহাক্তা মতম খিবিক্তা থম্মোয়গী লন্নি হায়দুনা থমজরিবা মুণিদুবু নিংশিংজবা হৌবক্লে। হেক নীংশিংজরুবা মীৎকুপতা খঙহৌদনা মমাংদা মুর্তি ওইনা চোংথোকপীবকপগুম্না লৌশিংগী মৈরা হাপকৎপীবক্লে। মহাক্কী মমাংদা মুণিনা হায়খিবা ৱারীশিংদুবু নিংশিংদুনা হংখিবম্মী - "হে ভগবান ঐহাক্ত ঙক্লিবা পোৎশক অসিগী মমিংবু ওম্বোক্লা খঙনিংখ্রেদা"। ভগবান্না নুপামচা অসিগী মওং মতৌ উরুবদা ৱারী লিথোক্কে হায়না খনখিরম্মী। শকউদ্রবা ভগবান অদুনা নুপামচা অদুগী থম্মোয়দা চঙদুনা ৱাবীশিংসি লীথোকপা হৌবগে হায়না খল্লিঙৈ মতম অসিদা "ভগবান নহাক্কী নফমদগী তোল্লবা ননাই ঐহাক্তা নিংজরিবা খঞ্জরিবা ৱাখল অমদি ৱাহং খরা ভগবান্দগী লৌজগে" হায়না নুপামচা অসিনা হায়খিরম্মী। ভগবান্না খুন্নক্লম্মী - "হে নুপামচা নহাক্ত মায়াগী সংসার অসিদা থোক্লমদাই মতমদা কনানা নঙবু থারকপনো ? অঙাং ওইনা নহাক্তা অসুক লুরবা ৱাহং

কয়াবু হংগৎলিবসি, ঐহাক্না নহাকপু ঙক্তবা ঙমদে” । নুপামচা অদুনা অমুকসু হায়জখিরম্মী - “ঐহাক্না ভগবান্দা হংগৎতুনা হায়জবা ঙম্বগী শক্তিদী মুণিনা ব্রাহৈ খরা তাকপীদুনা থম্মোয়গী লন খরা পুজরক্তুনা লাকখিবা ঙমজবনা মরম ওইদুনা ভগবান্দা হংগৎচবা ঙমখিবনি । তশেংবদি মপু মাগী মখোঙদা শান্নবা য়াবা লিলা কয়ামরুম শান্নরুরবা মতুংদা মপু মহাক্কী মফমদা লাক্কদবনি হায়না থৌদা পীরকখিবনি । অদুবু থম্মোয়গী লন্নি হায়না নীরকপা থৌদা অমগা লোয়ননা লাকখি । নুপামচা অসিনা ভগবান্দা ব্রারী লীথোক্লবা মতুংদা ভগবান্না হায়রকখি - “হে নুপামচা মুন্না তাউ নহাক্ন খঙনিংলিবা অমদি পান্নিবা, পুক্নিংদা খল্লিবা অদুবু খঙননবগীদমক্তা ঐহাক ব্রারীশিং অসি লীথোক্লগে নহাক্না অঙকপা অমা ওইনা থেংনররিবা পোৎশক অসিগী মমিংদি “তুলসি পত্র” কৌই । মহাক নুপী অমসুং নুপা খাক্তনা লেঙদ্রবা লন অমা ওইনা লৈবা পোৎশক অমনি । মহাক্কী মতিক মগুন্দি কয়াদা নীংথিনা চঙখোন্না ফজখ্রে, মশক্তা মতৌদা হায়রুরগসু শিংথানীঙাই পোৎশক অমনি । মমাংদা নহাক্না থেংনরক্লিবী তিংথৌ হায়রিবী নমা অদুগা তুলসি হায়রিবী অসিগা তৎন-থানবা য়াদ্রবা মরী লৈনৈ । মসিনা তাকপদি মিৎ, নাকোং অমদি থব্রায হায়বিবা অহুম অসিনা লৈত্রবদা উদ্রবদা সংসারদা অমত্তসু উবা ফংলোই অদুগা মখোয় অসিনা মীওইবগী শিংলি নাওরীদা অমা হেক তৎপদা অশোয়বা লৈবগুম্না হায়বিবা পোৎশক অনী অসি থাদোক্লবা য়াবা পোৎশক নত্তে হায়না নুপামচাদুদা হায়খিরম্মী । নহাক্না মমাংদা পোৎশক কয়ামরুম থেংনখিবা লৈত্রবগে ? অমরোমদা অঙকপা কয়াবু থেংনক্নবা মতুংদা থেংনররিব্রা হন্দক নহাক্না ইনাক্তা লাক্তুনা হংলিবসে” ? নুপামচা অদুনা খুমখিরম্মী - “ইমানা মচা ঐহাকপু থাবুম তবা নাওপুরিঙৈ মতম অদুদা লীবীরকখিবা ব্রাবী কয়া অমা তাদুনা লাকখি । ভগবান্না ব্রারীশিংসি তাবদা ঙক্তব্রা হায়না হংলক্লিবদু মুণীগী ব্রারীশিংদু তাজবদা ঐহাক ইতোম্নতা ঙকচবগা লোয়ননা সংসারসিদা পাউখোল্লোয় ওইনা লাক্তুনা হায়রিবা লময়ানবা, লমতাকপা অমসুং লমজিংবা ওইয়ু হাযদুনা ঐহাকপু থাদোবকপা মীওই অমা ওইখিবনা সংসারসিবু হিংননবগী লান্‌ফমদা লাকপদা অমম-অঙান উবা ফংদ্রবা মফম কয়া থেংনজবা ফংলকই । অদুগা অঙানবনা মাংওইন অমম্বনা তুংওইনা অসিগুম্বা পোৎশক কয়ামরুম অমসু থেংনরকই । মসিনা তাকপদি ঐহাক্না লাকপা মতমদা লৈকং অমসুং লৈঙোইনা পৃথিবী হায়রিবা মফম অসি ওইরম্মী । ঐহাক মতমনা ঙাইবীয়ু হায়বা য়ারক্তবনা ইশামক হিংনবগী লানফমদা লময়ানবা হৌজরকখিরম্মী । মখল-

মথেল কয়ানা খুৎলাই ওইদুনা খঙদবা উদবা পোৎশক কয়া লান্দুনা হায়রিবা অঙকপা পোৎশকশিংবু থেংনজবা, উনজবা ঙমর্জখি । মুণীনা থৌনা অমসুং লিংজেল হাপ্পীদুনা সংসারদা লময়ানবা অমা ওইনা ঐহাকপু থাবিরক্লুনা ভগবানবু থেংনজবা ঙম্লরিবনি" হায়না নুপামচা অসিনা ভগবান্দা হায়জখিরম্মী । ভগবান্না অমুক হায়রকখিরম্মী - "নুপামচা নহাক্কী ৱারীশিংসি য়াম্না চঙখোল্লবা পোৎশক অমগুম্না ঐহাক্কী পুক্নিংদা মমি তাবগুম তৌগ্রে, মদুনা মরম ওইদুনা ঐহাক্না হৌজিক নঙোন্দা ৱারী অমা লীথোক্লগে । মীওইবনা চৎনরিবা লমচৎ- শাজৎ, পুক্নিং অমসুং লৌশিং হায়রিবা ৱাখল অদুবু মুণীনা থম্মোয়গী কাচিন্দা চেৎনা লন ওইদুনা মীপুম খুদিংমক্তা পীবীরিবা পোৎশকনি। মসিদসু নত্তনা মীওই কয়ানা অরানবা লম্বীদা চৎখিবা কয়ামরুম য়াওখ্রবদা মুণীনা হিংদবা য়াদে হায়না মীপুম খুদিংমক্তা লৌশিংগী মৈরা হাপ্লুনা লময়াল্লু হায়না থৌদা পীবকখিবনি হায়বিবা ভগবান ঐহাকসু মুণীগী থৌদা অমগা লোয়ননা লৈবা অচুম্বা লম্বীদা খোঙদাবা ওইরুবনা নহাক্লা ঐহাকপু থেংনজবা ঙম্বনি । মীওইবগা ঈশ্বরগা লোযননা হিংমিন্নদ্রবদি ভগবান ঐসু লৈবমলোই, মুণী অমসুং ভগবান্দগী হেন্না মমল য়াম্লবা পোৎশক কযামরুম অমনা ঈশ্বরবু থাজবগী যুমফমদা অচুম্বা মহাক্কী মনাক্তা চঙদুনা প্রকৃতিগী খুদম চাংদম অমনা মীপুম খুদিংমকপ শান্তি পুবীরক্লুনা ভক্তি অমগা লোয়ননা চঙজবকখিবা মহাক অদুগী মমিংনা "তুলসি পত্র" হায়রিবা অদুনি । তুমিন্না লৈজবী অমসুং লৈজবা মখোয় অদুবু কয়াদা মমল লৈখ্রবা, মহাক অদু তশেংনদি জীব অমা ওইনা লৈবসু নত্তে, অমরোমদা মীওইনা পোকপা জীবসু নত্তে । মহাক্কী পুন্সিদি লাইবক ফবী অমা ওইনা মীপু খুদিংমক্লা মহাক্কী শক্তমতবু যেংজদুনা হিংনবিবা ময়াগী সংসারদা লৈনবির্বনি । মসিবু ঙক্তবা ঙল্লোই । মতম অমদি মফম খিবিক্তা মহাক্লা শিন্দম অমসুং লোইশঙ, যুম অমসুং ৱাখলগী মন্দির, মায়াগী মন্দির অসিগী মরক্তা চেল্লিবা ঈচেল অমনি । ভগবান্না নুপামচা অসিদা ৱারীশিংসি লীথোকখিরম্মী, ভগবানগী মমাংদা মুণীগী পাওখোল্লোয় ওইবক্লিবা অদুগা অমরোমদনা ভগবান্নু মীপুম খুদিংমক্ল শোন্নদুনা লৈরম্লিবা নুপামচাদুদা ভগবান্না অমুকসু হন্না মচা খায়না ৱারী কযামরুম অমা লীবা হৌরকখি । মমাংদা হৌখিবা ৱারী কয়ামরুম লৈখ্রে, তাহৌদবা অমসুং খঙহৌদবা ৱারী কযা অমা লীথোকপদা লৌশিনবা ঙমদদুনা পৃথিবীদা মীওই কয়ানা থাজনদবগীদমক্তা মদুনা মরম ওইদুনা ভগবান ঐহাকসু কয়াগী মতিক ৱাখ্রে । মতম অদুদা ঐহাক্কী গুরু অমসুং মুণী হায়রিবা অদুনা তাকপীরকপা ৱারী কয়া অমা পুদুনা লাকখিরম্মী ।

ব্রারীশিংসিগী মরমদি ভগবান হায়রিবা মীং অসিদি শুপ্ততগী মীয়াম অমনা হেক্তা থোঞ্জিনবা য়াবা মীং অমনি অদুবু ঐহাক্লা ইথক থোংবা গুরু কয়াগী মতুং ইঙবা ঙম্বদগী মীপুম খুদিংমক্লা ঐহাকপু ভগবান হায়না মীংথোনবীখি। ঐহাক্লা খনখি, শেম্বীবা মপু মহাক অদুবু কনা ওইরবগে খন্দুনা লৈরক্লবদা মতম শাংলবা পুন্সি কয়া অমা মাঙথ্রগদ্রা হায়না খল্লক্লদুনা ঐহাক মতম অদুদা হায়ফম, তৌফম খঙদ্রবা অমা ওইনা লৈখিরম্মী। ঐহাক্কী মীংথোল অসি অদুক্কী মতিক মগুন লৈদ্রবা মীং অমা ওইরম্মী। মতিক চাদ্রবা ঐহাক অসে মীয়াম্মা থাগৎপীদুনা হায়রিবা মীংথোল অসি ফংজখিরম্মী। নুপামচা অদুনা অমুকসু হংগৎতুনা হায়জখিরম্মী - "ভগবান নহাক্কুম্বা পুকচেল চাওবা অমসুং ফজবা নিংথিবা চঙখোনবা মীওই অমত্তসু থেংনখিদ্রি"- হায়না ভগবানবু অদুক্কী মতিক থাগৎচদুনা পুক্লিংদা চিংশিল্লদুনা থমজখি। "নুপামচা থাগৎপা ব্রাহৈ হায়রিবদু খক হায়রোইদবনি, চীনবানথোক্লা থাগৎলক্লবদি অপাম্বা পোৎশক অদুবু শোয়দনমক্কী মাঙথ্রগনি। অমরোমদসু অথিবা ব্রাহৈনা থাদবীরক্লবসু নহাক্লা থৌজাল হৈবা অমা ওইনা লৈবা ঙল্লবদি নহাক্লা নিংলিবা খল্লিবা ব্রাখল অদু শোয়দনমক্কী ফংগনি" হায়না ভগবান্না হায়খিবম্মী। নুপামচা অদু ভগবানগী ব্রারী অদু তারুবদা মহাক্কী লমচৎ-শাজৎ, ব্রাঙাং-শাঙাং খুদিংমক পামখিবম্মী। মহাক্কী থম্মোয়দা ভগবানগী মীং অসিবু অসুক ফজনা ফাওরিবা অসিবু করম্নো হায়না খঙনিংবা হেনগৎলক্লম্মী। লাকঙমদ্রবা থম্মোয় অদুনা য়েংউ-য়েংউ খুদিংদা অব্রাবা নুংঙাইবা হায়বদু হৌজিক ফাওবা থেংনদ্রিবা করিগীনো হায়না হংজখি। --হে থম্মোয় নহাক্কী কাচিন্দা লৈরিবা পোৎশকশিংদু পুথোরক্লো হায়দুনা নুপামচা অসিনা মহাক্কী থম্মোয়দা খঙনীংবনা হেনখিদুনা মতোম্নতা ব্রাজখিরম্মী। নুপামচা অদু ফনা ব্রাজরবসু মহাক চৎপা-লেপ্পা লৈখিদে। মহাক্লা খঙনিংলিবা-উনিংলিবা পান্দম অদুবু য়ৌদ্রিফাওবা চৎকনি হায়না মহাক লেপ্তুনা চৎখিরম্মী।

নুপামচা অদু খুঙ্গং অমা অমুক লান্দুনা চৎপা হৌখ্রে। মীওইপোক্কী মপোক্তা পোক্লরবা অদুনা মবম ওইদুনা অমুনবা-অশংবা খাক্তনা হাওই নত্রগা হাওতে হায়বা খন্দনা হিংনবগী লানফমদা মহাক লেপ্তুনা চৎলিবনি। অসুম লেপ্তুনা চৎলিঙৈদা মফম অমদা ঙাইহাক লেপ্তুনা অরাপ্পদা মুন্না য়েংলম্মী। অনকপা অদুবুনা হুনজেক্তুনা অরাপ্পা অদুবুনা য়েংবগী মরমদি নুপামচাদু ব্রাংলবা পাম্বী অমা উবা অদুদা করিনো হায়দুনা য়েংলিবনি। য়েংন-য়েংনা পাম্বী অদুগী মনাক্তা চংশিনবা হৌখ্রে। মহাক্ল নকশিল্লুবদা হেন্না ব্রাংখৎপা পোৎশক অমা

ওইনা উখ্রে । মহাক চপ লেপ্তুনা লৈবম্মী, মমাংদা অকিবা তুজুংবা অমত্তসু লৈবকখিদ্রে অদুক্কী মতিক থৌনা ফনা লাকখিবা নুপামচা অমনি । ব্রাংলবা উজাও অসিবু থেংনকবদা মহাক অকিবনা লোইবে। উপাম্বী অসিনা মুন্না যেংদুনা হায়বম্মী - "হে নুপামচা নহাক্না ঐহাকপু অদুক মুন্না য়েংলিবদি কবিগীনো ? নহাক্না ঐহাকপু কীবদগী নমীৎ অনিদু উইশিন্দুনা লৈবা মাল্লে । নহাকপু কদাযদগী লাকপনো কনাগী মচানো ?" নুপামচা অদুনা খুমখিবম্মি "ঐহাক্ত জগৎকী মপু মানা সংসার্বাসিবু শেম্লু চৎলু হায়না থাবকপা পাউখোল্লোর্য়নি । ঐহাকপু হেক পোকপীবা ইমা অমাদ ইপাদি গুপ্পতংগী মুর্ণানি অমসুং গুর্কান" হায়না উজাও অদুদা তাকাখিবম্মা । উজাও অদুনা অমুক হংখিবম্মা "নহাক্কী নমিংপু কাব কৌবগে ?" নুপামচা অদুনা খুম্লখিবম্মা "মালেম ঈমাগী মচানি হায়দনা মাতা লৈপাক পৃথিবী হায়না মাংখোনাবাখিবম্মা । মহাক্কী মমীং অসি উজাও অদুনা তাবদা অঙকপা অঙাং অমা ওইবে হায়না খনখিবম্মী । উজাও অসিনা নহাক্কী পান্দম মখাং অসিদা লীথো ক্লনা খঙতল্লগে খঞ্জখিবম্মী । নুপামচা অসিবু চহী কযামুক গুণমগানি হায়নাসু অহিংগী মতম তেল্লবা মীৎকুপ অমদা পোখ্বাদৌ মতম অদুদা উজাও অসিনা খনখ্রে । নুপামচা অসি হযেংগী ইনুং-শোবা হেক ডাল্লকপদা, মশাক অসিবু ঐনা কৌশন্দনা থল্লগে, মহাক্কী মমীং অসিবু অমুক্তসু তাদ্রিব মাংনে । মমবোমদসু উদ্রিব পাংশক কযা অমবু ঐহাক্না যেংবগুম্না মাপুম খুদংমকসু যেংনিংবা খঙনিংবা পোক্লনগানি হায়না খল্লিবৈদা নুপামচা অদু লংশাং লাকপগী অবাবনা চোকথববা অমা ওইনা মীৎকপ থোক্তবমখৈ তুম্লম্না তবে । উজাও অদুনা মহাক অসি হৌদোক্লসিবা হায়না অমুকসু খল্লম্মী, মশক অমসুং মতৌ অদুবু উকবদা উজাও অদুনা মহাক্কী থবায় ওইবদৌনা তৌখ্রে । ঐহাক মতম অমদ মাঙখিদৌনে হায়না থবায় বানা তৌবক্লম্মী । তবুক্লনা পাম্বা অদুনা মনা অমসুং মশাগা লোয়নানা উপনা শিৎপদৌনা মহাক অদু নুংশং নুংশা ফাওবদা হুমদব মখৈ মহাক্কী নুংশাবা থবায মান্দবা অদুবু পেশাংজনা হায়না বন্দি অমা শাবগুম মহাকপু খনাখিবম্মা । উনা ব্রানা উপাল বাপাল মখোয় কযানা শাববা কালেনগী নুংশা ভাকপীবগুম্না পাক্লিবা অঙাং মহাক্না চাউববা উপাল ঐহাকপুসু মহাক্কী থম্মোযনা লাকাশনবীবে । অঙকপা নুপামচানি হাযবদা হায়মনবা খক থোক্লোই । উজাওগী শক্তম্না মীওইববু শিন্দম অমা ওইহন্দুনা লমজিং লমতাক্লগে হায়না খনখিবা হৌবক্লে । উপাল অসিনা ব্রাখল অসি খল্লিবৈদা নুপামচা অদু মনাক্তা য়ৌশিল্লক্লম্মী । নুপামচা অদুনা উজাও অদুদা হাযজখিবম্মী - "চাউ

শাংলবা উজাও নহাক্লা ঐহাক্কী পুক্লিং অমসুং লৌশিং হাপ্পীয়ু । অমুকসু হংজনিংই, লেঙবা হাইবা ঙমদ্রবা উপাল নহাকপু করি চাদুনা লৈরিবগে ? নহাক্তি লেঙদনা লৈবা অমসু ওই"। উপাল অদুনা খুন্নকখিরম্মী - "হে নুপামচা নহাক্কী ঝাহৈ অমসুং ঝাঙাংশিংসি তারগা ঐহাক্কুনুংশিবা অসুম্না হেনগৎলক্রে" হায়দুনা নুপামচা অদুদা যেংদুনা হায়রম্মী । হে জগৎকী মপু শকউদ্রবা মপু, নহাক্কী মফমদা ননাইনা ঝাহং খরা হংজগে হায়না উপাল অসিনা খনখিরম্মী । তুন্নুরবা নুপা অমনা মীৎকপ থোক্লকপদা মকোক মরু ইচাও চাওবমখৈ হৌগৎলকপগুম উপাল মখোয়গী মকোক মরুসু য়াম্বেকপীদুনা মীপুম খুদিংমক্লা খুৎলাই ওইহনখি । ঐহাকপু শেম্বীরিবা মপু মহাক্লা মতৌ করম্না শেম্বীরিবনো হায়না জগৎকী মপু মহাক্তা হংলি । অমরোমদা অমুকসু হাযখিরম্মী নুপামচা অসে মপু মাবু ওইরিব্রা হাযনসু চিংনদবা ঙন্নমদে । অমুকসু ভগবান মহাকপু ওইরব্রা হাযনসু খনখিরম্মী, অদুগা অমুকসু মীওইবগী মায়াগী সংসারদা পোক্লক্লবা মীওই অমা ওইরিব্রা হায়না মহাক্কী পুক্লিংনা খনখিরম্মী । অচুম্ববু খনবা ঙমদবগীদমক্তা কয়াদা উজাও ঐহাক অসে পীক্লবা উপাল অমা ওইবগুম্না খনখ্রে । উপাল মহাক্লা ফন খল্লুববসু তিন-কাঙ উচেক্লচিংবা কয়াগা লোয়ননা মখোয়না ঐহাক্কী তম্পাক্তা কয়াদা নুংঙাইনা শান্নরমখ্রবা, জীব ময়াম অদুগী মনুংদা নুপামচা অসিসু শান্নবা য়াওববে । মীওইবনা জীব কয়াগা মরুপ ওইমিন্নদুনা পৃথিবীদা লৌশিংগী মৈরানা য়ুম্ফম ওইদুনা লৈহৌরে। ঐহাক্লা মীওইবগী পুক্লিং অমসুং লৌশিংবু হাপ্পীয়ু হায়রক্লবদা ঐহাক করি হাপসিগে হায়না খল্লিঙৈদা নুপামচা অদুনা অমুকসু মমীৎ অনিদুনা খপ্তবমখৈ মখা অদু কাখৎতুনা যেংলম্মী । ওম্বোকপনি, মীওইবসে অকিববু উরগা শিগনি হায়না খনবা ঙম্বা জীবনি । উজাও অদুনা - "নুপামচা ঐহাক্লা মমাংদা থেংনখিবা ঝারী মতেক অমা লীগে । ঐহাকসু মুণীগী পাওখোল্লোয়নি । নহাক্লা পীক্লিঙৈদা সংসারবু মশক খঙবা ঙমদ্রিবা মতম অদুদা ওইখিবগুম্না ঐহাকসু পীক্লা লৈনুংদগী জীব অমগুম্না পাম্বী ওইনা গুরুনা থাবকখিবনি । ঐহাক্কী থৌদাদি জগৎকী মপু মহাকপু নোং, নুংশিৎ অমসুং নুংশানচিংবা মখোয় অহুম অসে সেবা তৌবনা ঐগী ইথৌ অমনি । উপাল অসিনা বাবী লীরিঙৈ মতম অসিদা নুপামচা অসিনা মবক থৎনা হংখিরম্মী - "উপাল মতৌ করম্না মখোয় অহুমদুবু সেবা তৌগদৌবিবনো, মখোয অদু কদাইদা লৈবা মীওইনো ?" মতম অদুদা উপাল অসিনা হায়খিরম্মী - "চহি ১৮দা ঙাইরিবা নুপামচা নহাক্লা অসুক কুপ্পবা তাইবংগী চৎনরোল অসিবু থিগৎতুনা অমসুং হংগৎতুনা খঙনিংলিবা অসিদসু

নত্তনা নহাক্লমতম খিবিক্তা অন্নাবা অমত্তা উত্তবমখৈ লৈবগুমসু তৌই । অঙকপনি নুপামচা নহাক অসে ঐহাক্লা নঙবু থাগৎতবা ঙল্লোই"। খঙহৌদে নুপামচা অদু উপাল অসিগী মনাক্তা চহি অমগা নুমিৎ ১৩নি লৈরম্মী । মহাক্লা লৈরিবঁদা লমদম কয়া কোয়না চৎলুরবসু চাউরবা উজাও অদুগী মখোঙদা মহাক অদুম্মক হঞ্জিন্দুনা লৈখিরম্মী । মহাক চহি ১৮দগী লাকখিবনি হৌজিক চহি ১৯গা নুমিৎ ১৩নি ওইরম্লে । অমুকসু উজাও অদুদা হায়খিবম্মী -"হে পাম্বী নহাক্লা ঐহাক্কী থম্মোয়দা চঙদুনা লৈখ্রবা, ঐহাক্লা নহাক্তবু য়েংজদুনা পুক্লিংদা হায়নিংবা ঙাংনিংবা মখৈ হায়জবা ঙমহল্লিবা অসিবু মখোয় অহুমদুগী মমীং করি কৌবগে ?" উজাও অদুনা - "মখোয় অহুম অসিগী মমীংদি মীওইবগী মীৎ, নাকোং অমসুং কোকনচিংবা অসিনা লৈবিবা শরুক অসিগী মথক্তা সন্ত্রী তাদুনা লৈরিবা মহাক অদুগী মমীংনা বীষ্ণু কৌই, থবাক্কী ময়ায়দা খুৎ হাই-হুমদুনা লৈরিবা মফম অসিবু ব্রহ্মা কৌই । অমরোমদা চনীং তারবা খোয়দৌগী ময়ায়দা লৈরিবা মহাক্লা মহেশ্বর কৌই ।" অসুম তৌদুনা উজাও অদুনা নুপামচা অসিদা হায়রিবা মখোয় অহুমদুগী মচা-খায়না ঋারী লীথোকপা হৌবক্লে । মীওইবগী মশাদা য়াওবা পোৎশক ওইবনিনা ঈশ্বর কনানো হায়দুনা থিরুবা ফংলোই । ঈশ্বরগী খোঙগুল লিরগে হায়দুনা মতম কয়া মাঙনা চৎলুরবসু ফংনবা লৈরোই । তাইবংগী লোনচৎতা হায়রগা হায়রিবা মখোয় অহুম অদুগী - মীংদি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ মসিবু গুকনা তাকপীরকপা পারানি । পৃথিবীদা লৈরিবা থৱায় য়াওদবা জীব কয়াসিদসু ঈশ্বর লৈরিবনি । করিগুম্বা মতম খিবিক্তা মীওইবনা ঋাবৌবা, কপনিংবা অমসুং হরাও-নুংঙাইবা কয়াবু লোয়নবগুম্না উপাল ওইরিবা ঐখোয়গী শাগৈ-নাতৈ কয়াগসু লোয়ননা হিংমিন্নরিবনি । শেম্বীবা মপু মানা মালেমসিদা অঙম্বা মীওই কয়ানা জীববু লাম্থোকপীরি । অশোনবা মীওই কয়ানা অৱাবদা অন্নাবা হাপকৎপীদুনা অখাং কনবা অমসুং কনবী ওইদুনা লৈহৌবা কয়াসু য়াওরি । লৈনম চেল্লবী মীওই কয়ানা লোম্থোক্তবী ওইবম্লগসু তাইবং মীওই কয়ানা মহাকপু মীরোল তম্বীদুনা সমাজদা লৈতেং ওইনা উৎপীদুনা পৃথিবীদা অফাওবা করি কয়া ওইহল্লি । নুপামচা অদুগী থম্মোয়দা অদুক্কী মতিক লৌশিংগী মৈরা হেন্না হাপকৎপীরে । নুপামচা অদুনা হায়খিরম্মী - "হে নুংশিরবা পাম্বী কয়া নখোয়সু জীব অমগুম থৱায় পানবা ওইরবোই। ঐহাক্লা খঙদদুনা খোঙনা অমসুং খুৎনা নেৎখায়বীদুনা চৎলমলিবা ঐহাক অসে পাপকী মশক ওইরমবোইরে হায়না খন্দুনা লৌরিবঁদা ঋাখল অমা অমুকসু হেন্না খনজিল্লকপা হৌরক্লে । মহাক্লা খল্লিবা ঋাখল অসিদি

অদুক্কী মতিক মীওইবনা পুবা থাংবা ঙন্নরোইদবা ব্রাখল কয়ামকমনি । অমুকসু মতোম্নতা হায়জখিবস্মী খনপ্পবা অমসুং উপ্পবা পোৎশক কয়ামকম খঙনবগীদমক্তা মমাংদা চৎপ্পবা পোৎশক কয়ামকম অদুবুসু নীংশিংনবগীদমক্তা শেন্নকপা মীওই অমগী লম্বীনি হায়না নুপামচা অসিনা লুনা খঞ্জখিবস্মী । মহাক্না খঞ্জখিবগী মরমদি পোৎশক খুদিংমক জীব অমা ওইনা লৈবা ঙাক্তান হায়না মুণীনা তাকপীখি। অমবোমদসু হিংনবগী লম্বীদা মখোয় কয়া অমনা হিংনবগী পান্বে পীবী হায়নসু তাকপীখিবস্মী । নুপামচা অদুনা মতম লৈবা খিবিক্তা অবেপ্পা লৈতনা থিজিন্দুনা মহাক্না খেংনকুবা খুদিংমকপু মাযোক্নদুনা ব্রাবী কয়া শামিন্নদুনা লাকখিবস্মী । ঙকুগী মীংখেবোলবুসু মহাক্না অকাওবা লৈখিবমদে । মহাক্কী অনীংবা অমসুং খখনবা কয়াগা লোয়ননা পাক চাউবনা ঈপাক অমগী মনাক্তা লেপ্পুনা লৈবনে । মমাংদা মহাক্না নাপী শীংবী কযাগু থওই উশিংতনা নেৎখিবাশংদুবু নুংশিবগী শক্তম অমগা লোয়ননা লৈপ্পবোইবে হায়না খনখিবস্মী । অসিবু অকিবা অমসুং অকুবা অমা ওইববোই হায়না খল্লস্মী । নেৎলুববা জীবশিংদুগীদমক্ত। খনবনা অকিবা অমসুং অকুবসি খনখিবনি হায়র্বাস উপনা অদুদা হায়বিবান খন্দুনা লৈজখিবস্মী । মহাক লমশাং লাকপগী অবান অমসুং নুংঙাইবা মশক খঙদনমখে চৎলিবা নুপামচানি, অদুবু মীওইপোক্কী মপোক্ত খকাওবা নিংশিংদনা অনানা লংদাই ওইখিবনা মহাক অসে খঙতৌদনা ঈপাল অদুদগী হেন্দোক্না লাক্লে হায়বসি কাওথোকখ্রে । অকাউবনা মাংওইনদুনা খুঙ্গংদু হেক লাম্পোবকপদা উজা ও অসিনা মুকম মুকম শোনবদু হাইফেৎ তাখ্রে অমসুং উহৌরে , উজাওদুনা লাওবকলস্মী - "হে নুপামচা নহাক্নঐহাকপু তাক্নমদনা চংলিবদু কদাগানো ?" নুপামচা অদুনা খংপ্রেৎ খঙলদুনা খুম্নক্লস্মী "হে লোনকী পাওগী ঞ্লোক ওইনিবা উজাও নহাকপু ঐহাক্না কবি হাযদুনা চৎকদবনো হায়না খনাখদবা ... মদুসু খল্লস্লবনি খননমখে খল্লবা মতুংদা ঐহাক্না অমুকসু ... ইথক ... ঐহাক্না নমীং ফাওনদা হংখিদে অমসুং ননাক্তা লৈদুনা শান্দগী ফাওনদ সংশাবদা হিংমিন্নগে হায়নসু খঞ্জখি । খল্লুববা মতুংদা ঐহাক খঙতৌদনা নাশিংনকপা বাখল অমা থোবকখিবস্মী । ব্রাখল অসিগী মবর্মদি গুরুনা চংলমদাই মতমদা - "নহাক্না যাওবা যাবমখে, চৎপা যাবমখে চংলববা মতম অমাদা ঐহাক্কী ইনাক্তা লাক্কদবনি" হায়না তাকপীবকখিবা অদুবু তেল্লবা মীৎকুপ অসিদা নীংশিংহল্লি । অসিনা মবম ওইদুনা উজাও নঙগী লৈফম অমসুং চৎফম খঙদ্রবা নহাক্কী নফমদা ঐহাক্না লৌনম্বা অমসুং নমথাক তৌবা চৎলোই হায়নসু খঞ্জখি । ভগবান মহাক্কী পাউখোক্লোযনি হায়খিবনা ঐহাক্নসু অদোম্বু তাকলম হায়রমদনা চৎখিবনি ।" অমুকসু হন্না নুপামচা

অসিনা হায়জখিরম্মী - "নুংশিরবা উপাল নহাক্না ঐহাকপু খোঙ থাংদোকপা ঙমহন্ত্রিবা করিগীনো ? নহাক্কী খোঞ্জেলনা ঐহাক্কী শিংলি নাওরীবু শেমদোকপীবগুম ঐহাক্কী থম্মোয়দা ফাওহল্লিবা অঙকপনি নহাক্কী খোঞ্জেল।" নুপামচা অদুদা উজাও অদুনা হায়রক্লম্মী - "নুপামচা নহাক্না ঐহাকপু কাউথোকপীদুনা চৎপ্রবসু ঐহাক্নদি নহাকপু খক কাউথোকপা ঙম্রোই। মীওইবনা ঐহাকপু খুৎলাই ওইনা পীজিন্নবগী মরম নহাক্তি খঙলব্রা ? নহাক্না পান্নিবা পান্দম অদুবু ফংবা ঙমগ্রিব্রা ?" হায়নসু মখা তানা হংখিরম্মী। তুমিন্না তারদুনা লৈরম্বদগী নুপামচা অদুনা খঙহৌদনা মমীৎ অনিদগী মপী তরং-তরং চেম্বরক্লুনা লেপ্লিবা উপাল অদুগী মখোঙদা তুপ-তুপ তারকপা হৌরকখিরম্মী। থোক্লমদ্রবা মখোল অদুবুসু থোকপা হৌরকপগা লোয়ননা নুংশিরবা চীনবান অদুদগী ৱারী পীদুনা কপখিরম্মী। মহাক্না হায়রকখিরম্মী - "ঐহাক্না পান্নিবা পোৎশকশিংসিবু ফংখিগদ্রা নত্রগা ফংলরোইদ্রা ?" হায়না ৱাজদুনা কপচরিবনি। লিরিবা ৱারিসি উজাও নহাক্না তাবিদুনা ঐহাকপু নুংশিবীদুনা নীংলিবা পান্দম অসিবু ফংনবগীদমক্তা নহাক্না লমজিং মৈরা ওইদুনা ঐহাকপু পুবিয়ু। নুপামচা অসিনা পান্বী কয়াবুসু ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা ভক্তি তৌজখিরম্মী। অমরোমদা মহাক্কী ৱাখল অমসুং পুক্লিংবু য়েংশিনবীদুনা উজাও অসিনা হায়রকখি - "হে নুপামচা নহাক্কী মীৎলুদগী তারকপা পিগী তুরেলনা চেম্বরক্লুনা ঐহাকপু থুমখিগদৌরে। নহাক্না হেক চৎলমদাইদা ঐহাকপু তাক্লমদবা নুমিৎ অদুদা কয়াদা ৱারৌপ্রবা, নহাক্কী পুক্লিবু ঐহাক্না য়েংশিনবা ঙম্বা হায়বদু ওইরোই, ওইদ্রবসু শা-ষণ, মী, উচেকনচিংবা হায়রিবসিগী মরক্তা ঐহাকসু থৱায় পানবা জীব অমা ওইনা হিংলিবনি। মদুনা মরম ওইদুনা ঐহাক্না নঙোন্দা পীবা ঙম্বা ৱাখল লৌশিং খরা পীগে হায়দুনা নহাকপু হঞ্জিল্লকউ হায়খিবনি। ফরে, নুপামচা নহাক্কী নথৌ মশক খঙদ্রি ফাওবদা নহাক চৎখিগনি হায়বসি ঐহাক্না উই। অদুনা নহাকপু ফাজিল্লগা ৱারী লিপ্রিবনি।

উজাওনা মমল য়াম্নবা ৱারী কয়া শাবীরকপদুনা নুপামচা অদুগী মথৌনা হাপকৎখিরম্মী। থৌনা হাপকৎলকপগী মতুংইন্না মহাকসু অদুম্মক চাউখৎলকপা হেল্লম্মী। মহাক্কী ৱাখল খঙহৌদনা অনৌবা ৱাখলদা হোংবা হৌখিরম্মী। মহাক্না খল্লম্মী ঙসিগী ৱাং-চাউরবা উজাও অসিনা ঐহাকপু পুক্লিং লৌশিং তাকপীদুনা হায়বিরকপসিদা ঐহাক করি তৌসিগে। অসুম্না খল্লিঔদা মতম্না ঙাইহীয়ু হায়বসু য়াখিদে, চহিসু হৈদ্রৌ হায়বা য়াখিদে। ঐহাক্ল লেপ্লিবসিদি চাওরবা ঈশাক

অসিগী মপান্দনিনে । মহাক্না অমুকসু মতোম্নতা খংগ্রেৎ খংলদুনা হায়খিরম্মী - "অসুক চাউরবা ঈপাক অসিদা ঐহাকপু করম্ন চৎকদৌরিবনো ?" হায়না নুপামচা অদুনা খনম্রে । খঙহৌদনা মহাক অমুকসু ব্রাখল মখল-মথেলগী খনবা হৌদ্রে । "ঐহাকসি হেক্তা ইরোইদুনা ঈপাক অসি লাল্লগে" হায়না খন্দুনা ঈশিং ঈয়াই তম্না কুমথরকপা হৌম্রে । মতম অদুদা উজাওনা লাওখিরম্মী - "হে নুপামচা নহাক মতম অমদা শোয়দনা ইনাক্তা লাকখিগনিকো ।" নুপামচা অদুনা খুন্নকখিরম্মী - "ঐহাক্না নীংলিবা পান্দম অসিবু কনা অমত্তা নত্তে ঐহাক্কী শিনফম অমসুং শিন্দম্ন থিবা চৎলিবনি । নুপামচা অসি তুরেল অদু লান্দুনা চৎলগে খল্লুরবা মতুংদা মহাক অমুক লানবা হৌরক্লে । মহাক্না তুরেল অসি হেক লানবদা ঈশিংগী ঈয়াই য়ৌদ্রিঙৈ মতম অদুদা অঙকপা জীব কয়ামকম থেংনরে । মহাক্না অসিগুম্বা জীব অমত্তসু হেক পোক্লকঙৈদগী থেংনবা লৈখিদ্রি, মদুনা মরম ওইদুনা মহাক্না অঙকপা পোৎশক অমা ওইনা উখিরম্মী । হায়রিবা অঙকপা পোৎশকশিংদুদি মীওইবগী শিংলি-নাউরীগী মরক্তা মথৌ তৌবা ঙম্বা জীব ঙাক্তনি । জীবশিংদুগী মমীং-মথাদি মীওইবশিংনা উরুরগা খঙনরবা চান-থক্লরিবা মখোয়দুবু মমীং লৈ অদুগা অমরোমদসু লৈতে । অদুগা লৈতে হায়রিবগী মরমদি মরুওইনা ঙমু, ঙাক্রা অমসুং ঙা-শমজেৎ হায়বশিংসিনা মীওইবগী পুকনুংদা লৈরিবা ব্রাখল অমসুং লৌশিং থোকহনবা ঙম্লিবা অদুগী মতেং পীহল্লি হায়বদা হায়মনবা খক থোক্লোই । নুপামচা অসিনা অমুকসু হায়খিরম্মী - "অসুক ঙক্লবা জীবশিংসিগী মমীং তারুরগা ঐহাক্না ঙক্তবা ঙমদে । মখোয় অদুনা মতৌ করম্না পাঙ্গল অমসুং লৌশিং হাপ্লিবনো হায়বদু মহাক্না খঙবা ঙমদদুনা মহাক তুরেল অদুবু লাম্থোকপা ঙমদনা থেংখাঙ লেপ্লুনা লৈরে । মহাক্ল লানবা ঙমদদুনা লৈরিঙৈ মতম অদুদা জীব অমনা মহাক্কী খুরাইদা থেংজিন্দুনা শাহুম অমগা লোয়ননা মহাকপু মখোঙ থাংগৎপীবা হৌরম্মী । নুপামচা অদুনা অমুকসু খনখিরম্মী, মহাক্না নখোঙ থাংগৎলো লানবা ঙম্লগনি হায়না খঙহল্লিব্রা হায়না খনবা হৌখিরম্মী । অঙকপা জীব অদুদি মহাক্কী মমীংনা খক উবদি ফংখিদে । অদুনা মরম ওইদুনা অদুক্কী মতিক খঙনীংবা উনিংবা হেনখিরম্মী । থৌনা অমসুং লিংজেলগা লোয়ননা নুপামচা অদু হেক্তা লাম্থোক্লগে হায়না লাল্লকপা হৌখিরম্মী । শরুক অহুম থোকপগী মনুংদা শরুক অনি লাল্লরুবা মতম অদুদা মহাক অকিবনা থুমহৎলবা পোৎশক কয়ামরুম থেংনরে । মহাক অদু তনিক-তনিক লাওদুনা লৈরিঙৈ মতম অদুদা কিরিবা পোৎশকশিংদুনা মনাক্তা চঙশিল্লকপা হৌম্রে । মহাক্না খল্লম্মী

ঐহাকপু চিক্লুনা হাংকদৌরিব্রা নত্রগা ঐহাকপু চাওরবা ঈপাক অসিগী ঈমায়সিদা চুপ শাদুনা থমগদৌরিব্রা ? অসুম খল্লিঙৈদা য়ৌশিল্লক্লুনা মখোঙ য়েং থংবসিদা ঈথক-ঈপোমগা লোয়ননা লৈনা-লৈনা কোয়না ঈরৈ শানা য়েংশিনবা হৌরক্লম্মী। মহাক চৈনা য়াওদ্রবা পোংশক অমগা লোয়নবা পোং ওইরম্লে। মহাক্না কিরম্লিবা পোংশক অসিদা হায়খিরম্মী - "নখোয় কনা কনানো ঐহাকপু ফাজিন্দুনা থম্লিবা করিগীনো ?" অমুকসু হন্না হংখিরম্মী - "ঐহাকপু ব্রাংমা তানা লাম্থোক্লগে হায়না খল্লক্লবা মতম অসিদা নখোয় মশক খঙদ্রবা ঐহাক্না অমুক্তা থেংনখিদবা মরম্মা নখোয়বু কয়াগী মতিক কিনা লৈরমখ্রবা।" নুপামচা অদুনা মখোয় অদুদা ব্রাহং কয়া হংগংতুনা হায়খিরম্মী - "হায়বো ঐহাকপু কুইনা লেপহল্লনু" অমরোমদা অমুকসু হংখিরম্মী "নমীংনা করি কৌবগে ? লমদমনা কদাইদগী ওইরবগে ?" নুপামচা অদু তুরেলসি লাম্থোক্লগে হায়না মহাক্না লিংথোকপা য়াননবগীদমক্তা পোংশক কয়ামরুম অদুদা মীনুংশিগী ব্রাহৈ কয়ানা হংগংচবা হৌখিরম্মী। নুপামচা অদুদা পোংশকশিংদুনা হায়খিরম্মী - "হে নুপামচা নঙদি জগৎ মপুগী লিলাদা য়াওরুচো হায়না লাকপা মীওইনি। মদুনা মরম ওইদুনা ঐখোয়না নহাক্কী নখোঙদা য়েংতুনা থম্লিবনি, নহাক্কী পুক্লিংদা নীংলিবা অমসুং খল্লিবা ব্রাখল অদুবু নীংবা থুংনবগীদমক্তা গুকনা ঐখোয়বু সেবা তৌরু চংলু হায়না থারকপা শক্তম অমনি। নহাকপু থেংননিংঙাইগীদমক্তা লাকপদা তোরৈ তরেৎ লান্দুনা লাক্লবা মতম অসিদা নহাকপু থেংনজবা ঙম্লিবনি। নহাক্না ঙক্লিবা ঐখোয় অসিদি ঙককম খক থোক্কে। ঙক্লিবদি ঐখোয়না নহাকপু উবদা অদুক্কী মতিক ঙকখ্রে।" হায়না মখোয়না নুপামচা অদুদা হায়খিরম্মী। অমুকসু হায়খিরম্মী - "নঙনা ঐখোয়গী মীং হংলিবদু হায়রগে তারো, লাকপদি ঐখোয় তরেৎ লাকপনি। ঐখোয় তরেৎমক্কী মীং তাক্লম্লগে। ঐহাক্কী য়েংতা লেপ্লিবা অসিগী মমীংনা তুলসী কৌই, অনিশুবদনা তিংথৌ, অহুমশুবদা লেপলিবা অসিনা চেং কৌই, মরিশুবদা লেপলিবা অসিনা থোইদিং কৌই, মঙাশুবদা লেপলিবা অসিনা লৈখল কৌই, তরুকশুবদা লেপলিবা মহাক্না তোনা কৌই অমসুং তরেৎশুবদা লেপলিবা মহাক্না কুর্সিদামী কৌই। মীওইবগী মরক্তা হিংহন্দুনা লৈরিবা ঐখোয় তরেৎ অসিদি পৃথিবীদা লৈরিবমখৈ মুৎনাইদনা লৈহৌরগদবনি হায়না গুরুনা থারক্লবা পাউখোল্লোয়নি। অব্রা-নুংঙাই ঈপাক্তা লেন্না থোইনা শান্নজদুনা মতম লৈবা খিবিক্তা মীওইবনা ভক্তি তৌদুনা ঐখোয় অসি হিংহল্লিবনি" হায়দুনা নুপামচা অসিদা ব্রারী লিবিখিরম্মী। মতম অদুদা নুপামচা অদুনা হায়খিরম্মী - "নখোয়না

ঐহাক থিরকপগী মরমদি করিগীনো ?" "মমাংদা হায়খ্রিবা ৱারী অদুগী মনুংদা য়াওখ্রবা ওাক্তনি" হায়না অমুকসু পোৎশকশিংদুনা হায়খিরম্মী । নুপামচা অদু হেন্না অৱাবা হাপকৎলক্কে। মহাক্না ৱারিবদি মখোয়শিংসিনা লিরিবা ৱারীশিংসি অঙকপনি, তোৱে তরেৎপু লান্দুনা লাকখিবা অসিদা মহাক্না খঞ্জিন্দুনা ৱাখ্রিবনি। মসিনা মরম ওইদুনা মহাক্না হেন্না অঙকপা অকিবা ওইরিবনি । খঙহৌদে মহাক ৱারবসু হিংদবা য়াদে হায়বগী লিংজেল অমুকসু অদুম থোক্লকই। মহাক্লমনখিরম্মী, অসুক ৱারবা মতম অসিদা ঐহাক্না হিংদবা য়াদে হায়বগী লিংজেল থোক্লক্লিবসি করিগীনো হায়না মতোম্নতা হংখিরম্মী । তুমিন্না লৈরন্নবা মতম অসিদা অমুকসু নীংশিংবা হৌরকখ্রে । "ও ! গুরুনা ঐঙোন্দা পীরকখিবা লন অদুবু মসি ওইরে হায়না খন্দুনা মহাক্না চেংনা ৱাখল অমসুং লৌশিংবু থমজিন্দুনা মহাক্না মুণীবু অমসুং গুরুবুসু শিক্ষা তৌখিরম্মী । নুপামচা অসিনা মহাক্না খল্লিবা ৱাখল অদুগী পান্দম্ন থুংহ্রিফাওবদা চৎখিগনি হায়না খল্লম্মী । মহাক অদু অমুকসু চৎপা হৌরগে হায়না খল্লক্কে, মতম অদুদা মহাক ঈশিং ঈয়ায়দা লেপ্তুনা লৈরম্বদগী কংকাল য়ৌশিল্লক্কে । জীব কয়া থেংনদুনা অসিদসু নত্তনা পোৎশক কয়ামরুম থেংনদুনা মহাক অদু কংকালদগী মথক্তা কাখৎলক্কে । মহাক্না হেক কাখৎলকপদা লৈমায়দা মখুৎ অনী নমদুনা লৈরম্মী। মতম অদুদা মহাক চোৎলবা ফিজোল অদু হোংদোক্লবা অমত্তসু লৈখিরমদে। মদুনা মরম ওইদুনা মখুৎ অনীদু নমদুনা মশাগী অমসুং ফিজোল অদুগী মচুম অদুবু কংনবা নোম্ন্দুনা লৈখি। নুপামচা অদুগী লৌশিং অমসুং ৱাখল কয়াদা লৈখ্রবা অসুম তৌদুনা নুপামচা অদু হৌগৎলক্তুনা চৎপা হৌখ্রে।

নুপামচা অসিনা অমুকসু খোঙ থাংদুনা লাকপা হৌখ্রে। মহাক্না হেক লাকপদা অঙকপা সংসারদা উররোইদবা পোৎশক অমা থেংনররে। পোৎশক অদু অদুক্কী মতিক ৱাংবা অমসুং নেম্বা মপা-মপু চানরবা পোৎশক অমা ওইরম্মী। মহাক্না হংখিরম্মী নহাকপু কনা ওইরিবগে, য়েংবদা ঐহাক্কী পুক্লিংদা অদুক্কী মতিক পুক্লিং হুনা ফজখ্রে। মতম অদুদা মপুং-মরেপ মান্নরবা মহাক অদু চাউরবা পাম্বী অমগী শক্তমনি। মহাক্কী মমীংনা "সনা খোংনাং" কৌই। মদুনা মরম ওইদুনা মহাক অদুক্কী মতিক ফজবা, নীংথিবা অমসুং চঙখোল্লবা পাম্বী অমা ওইনা উরিবনি। উপালদুগী মওং-মতৌ অদুবু য়েংবদা পুক্লিং হুনিংঙাই ওইরবা পোৎশক ওইরম্বনা, মহাক্না পৃথিবীদা উদ্রিবা পোৎশক অমনি হায়বদা হায়মনবা খক থোক্লোই। নুপামচা অদুনা অমুকসু হঞ্জিন্দুনা মপুং-মরেপ ফারবা উপাল অদুদা

হংজখি - "হে নুংশিরবা উপাল ঐহাকপু অরাবা মশাক খঙহন্দদুনা লাকহল্লিবা অসিবু নহাক্না ?" অসুম হায়না হংনরিঙৈ মতম অদুদা খঙহৌদবা পোৎশক অমগা লোয়ননা জীব অমসু পাইশিল্লক্তুনা উজাও অদুদা তোংলরে। ঙাইহাক অমুক লৈরগা অমুকসু জীব কয়াগা লোয়ননা মনা পুংলবা পাম্বীসিগী মশাশিংদা জীব কয়ানা লৈতেং ওইদুনা তোংলখি। জীবশিংদুনা লাওরকখিরম্মী - "হে নুপামচা নহাক্না অদুক ঙক্না য়েংলিবা অদুবু কনাদনো ? নহাক্না ঙক্নিবদু খক ঙকফম থোক্তে, নহাকসু জীব অমনি ঐখোয়সু জীব অমনি, জীব ময়াম পুন্সিল্লগা পৃথিবীদা হিংনরিবা ঙাক্তনি। নহাক্না নীংলিবা অমসুং খল্লিবা পান্দম অদু জীব ঐখোয়নসু খঙবা ঙম্মী।" মখা তানা মখোয় ময়াম্না নুপামচাদা হায়খিরম্মী। "নহাক্না মতৌ করম্ না খঙলিবনো হায়বদু শন্নপ্না হায়গে, নহাক্না গুরুগী পাউখোল্লোয় ওইনা চৎলমদাইদা পীরকপা বরদুনা ঐখোয়সু গুরুগী পাউখোল্লোয়নি মদুনা মরম ওইদুনা খঙলিবনি। নুপামচা অদু পাম্বী অমদি জীব কয়াগা লোয়ননা লৈমিন্নবদুবু উরগা অমুকসু মখোয়না পীরিবা ৱারীশিংসিবু তারুরগা ঐহাক্না কয়াগী মতিক থৌনা হাপকৎলকপ্লবা হায়না মহাক্না খনখিরম্মী। মীওইবা হায়রিবা অদুবুসু মুণীগী পাউখোল্লোয়নি হায়বদা হায়মনবা খক থোক্লোই। অমরোমদসু শা-উচেক, উপাল-ৱাপাল খুদিংমকসু মুণীগী পাউখোল্লোয়নি হায়বদা হায়মনবা খক থোক্লোই। ৱাখল কয়াসি খল্লুরবা মতুংদা অমুকসু খনখিরম্মী, ঐহাক্না থেংনরুরিবা উরুরিবা কয়াসিদা অসুম ৱাখল খন্দুনা খোঙ অসে থাংদোক্তুবদি ঐহাক্কী অনীংবসি ফংলরোইদ্রা হায়নসু ৱাখিরম্মী। ঐহাক্না হিংনবগী লানফম অসিদা য়াওবা ঙম্নরোইদ্রা হায়বগী মখল মথেলগী ৱাখলনা থুমহৎখিরম্মী। মমাংদা গুরুনা পীরকপা লনদুবুদি মহাক্না কাউথোকপা লৈখিদে। অদুনা গুরুবু নীংশিংবা হৌরকপ্রে। গুরুবু হেক নীংশিংলুরবদি ঐহাক অসে অদুক্কী মতিক পাঙ্গল অমসুং লৌশিং হাপকৎপীদুনা ঐহাকপু ঙক্নবা পোৎশক কয়া অসিগা ৱারী শান্নজবা ঙমলিবনি। হায়রিবা পাম্বী অমসুং জীব কযাদুনা অমুকসু হন্না - "নুপামচা নহাক্না ঐখোয়গী ইনাক্তগী চৎপ্লবা মতুংদা খ্বাইদগী হেন্না ঙক্নবা পোৎশক থেংনখিগনি, মতম অদুদা নহাক্কী অবোইবা পম্লুংনি। মদুনা নহাকপু চাংযেং অমা য়েংগদবগী ঙাইরিবনি। নহাক্কী অহানবা চাংয়েংদি অকিবা কয়ানা মাংওইননা লাকনি অমসুং থিজিন্নিংবনা মীৎকুপ খুদিংগী নহাক্কী ৱাখল খল্লকখিগনি, মতম অদুদা নহাক্না অখাং কনবা নুপামচা ওইরবদি পৃথিবীদা নহাক্না লোয় চনবা ঙমগনি। অদুবু মীওইপোক্কী মপোক্তা পোক্লবনা অফাওবা মীওই হায়বদু শোয়দনা ওইগনি,

নহাক্না অফাওবা অমা ওইবা গুন্নবদি খুঙ্গং অদুগী মীওই কয়ানা নহাকপু চাওরবা মীংথোল অমগা লোয়ননা ইকাই খুম্নবা উৎতুনা মতম খুদিংমক্তা শিংথানদুনা লৈহৌগনি।" নুপামচা অদুদা উজাও অদুনা ৱারীশিংদু শীথোকপীখিরম্মী। মহাক্না মখা তানা অমুকসু ৱারী লীবা হৌরক্লম্মী - "নোংমা নহাক্না হায়খিবদায় ঐহাক্তি মুণীগী পাউখোল্লোয়নি, ঙসিদি মুন্না তাশিন্দুনা নহাক্ন ফিজিগী লন ওইনা পুগদবনি। মসিগী মরমদি মুণীনা হায়ব্রিবদু নহাক্না চৎপমখৈ চৎলুরবসু শান্নবমখৈ শান্নরুরবসু নোংমদি উপাল ঐগী ইনাক্তা হল্লক্লদবনি হায়খিবদো চুম্মী। মুণীগী অবতার ওইনা থন্নবা অমসুং শেন্নকপা জীব অমগা লোয়ননা লৈবা পাম্বীনি। মদুনা মরম ওইদুনা ইমীংমক্না "সনা খোংনাং" হায়না কৌরিবনি। নহাক্না লাক্লদৌরিবদো ঐহাক্কী ইনাক্তনি" হায়না নুপামচা অদুদা হায়খিরম্মী। নুপামচা অদুনা তুমিন্না তারদুনা মতোম্নতা খনখিরম্মী। মীওইবগী মশাদা হায়রিবা পোৎচঙশিংসি লোয়ননা য়াওরমবোইরে মদুনা মরম ওইদুনা অহল-লমন্না লাই অমসুং ঈশ্বর হায়বসি নশাদা ইশাদা লোয়না লৈবনি হায়না তাকপীরম্লিবা অসিনা ওইরেকো। মমাংদা ইথক থোংবা মীওই কয়ানা ঙাংবা হায়বা তাদবদগী শোয়খিবা কায়মরুম য়াওব্রিবদো ইশাদা ঈশ্বর লৈ হায়বসি কাউথোক্লুবদগী ওইরম্লে। মহাক অসুম ৱাখল খন্না খন্না চৎলগে হায়না খল্লদুনা উপাল অদুদা য়েংখৎতুনা খুরুম্বা হৌখ্রে । মহাক্না নোল্লুকচদুনা হায়খিরম্মী - "গুরু ঐহাক্না লানখিবা কয়ামরুম অমা য়াওখ্রবসু গুরুনা ঙাকপীগনি। অমুকসু গুরুগী মনাই ঐহাক্না সংসারদা হিংনবগী লানফমদা অশোয়-অঙাম য়াওখ্রবসু ভগবান মহাক্না ঙাকপীগনি। সংসারগী লিলা কয়া শান্নরুরবসু মুণীগী ঈপাক্তা অমসুং হকচাংদা ঈচেল অমা ওইনা চেলহনবীয়ু হায়না মমীৎ অনিদগী মপী তাদুনা নুপামচা অদুনা বর নিজখি। উপাল অসিনা নুপামচা অদুদা বব পীগদবগী ৱাখল খন্দুনা লৈরম্লিঙৈ মতম অদুদা মহাক্না চুম্না চৎতুনা লাকপা নুপামচা অমা ওইরম্বনা ঐহাক্কী ৱাখল খঙখি উখিবনা হাল্লম্লে। মদুনা মরম ওইদুনা অহল-লমন্না পীক্লিবা অঙাং অদুবু লাইনি হায়না লৌনরম্লিবনি। অদুগা মীবোল লোল্লবা মীওইশিং অদুবুনা খঙদবা অমসুং উদবা মীওইশিং ওইহনখিরম্মী। মহাক্কী অরোয়বা পঙ্গেং অসিদা ঐহাক্না মহাকপু মতেং পীরম্নগে হায়না খল্লক্লে। নুপামচা অদুনা হায়খিরম্মী - "গুরু ঐ খোঙ অসে থাংলগে।" গুরুনা - "নুপামচা, হিংনবগী লানফমদা লেপ্তুনা লৈবা খক য়ারোই। ঐহাক্না নঙবু খক খাম্লোই, তৌসঙগীদি মমাংদা হায়খিবা অকি তুজুং লাক্লনি হায়বগী ৱারিশিংদু নহাক্ন খঙজিল্লু। মদুনা নহাক্কী অনিংবা অমসুং অরোয়বা

পম্থেংনি। নহাক্লা খল্লিবা অমসুং নিংলিবা মফম অদুদা ফজরবা নুপী অমা লৈরমগনি। নুপী অদু ইমা লৈবাক পৃথিবী অসিবু হিংননবগী পুক্কেগী লন অমনি। মহাক্কী মমীংনা লক্ষ্মী কৌই। মহাক্কী মনাই অমা মনাক্তা লৈরমগনি মদুনা অকিবা শক্তম অমা ওইনা ইগনি। মহাক্কী মমীংনা অথৌবা কৈ কৌই। হায়রিবা মখোয় অনীদুনা পৃথিবীদা খোঙজেল অমা ওইনা চেল্লিবনি। মহাক্লা চেনবগী মরমদি মীপুম খুদিংমক্লা থম্মোয়গী পোত্থা শঙ হায়রিবদুবু হিংননবগীদমক্তা লৈনরিবনি। মহাক্লা শক্তম অমগা লোয়ননা লক্ষ্মীনা মথক্তা নেৎতুনা অমসুং তোংদুনা লৈবা পোৎশক অমনি মদুনা মরম ওইদুনা শেল অমসুং চে অনিসিনা পুন্দুনা পৃথিবীদা জয় পুরক্তুনা হিংনরিবনি। মসিনা কিহনবগী থক্কৎহনবগী অমসুং মীপাইহন্দুনা অরানববু চৈরাক পীবা, অচুম্ববু পুরক্লবা ওস্বা শক্তি পুবা কৈনি হায়বদা হায়মনবা খক থোক্লোই" হায়না উপাল অসিনা নুপামচা অসিদা হায়খিরম্মী। নুপামচা অদুনা ঋারীশিংদু ফিগাও শানা য়াজখি।

নুপামচা অদু গুরু অমসুং ভগবানগী লনবু পুরদুনা চৎপা হৌরক্লে। মহাক্লা অসুম খন্দুনা হায়খিরম্মী - "ঐহাক্লা ওসি থেংনগদৌরিবা খুঙ্গং অসিবু করম্মা তৌরমগদৌরিবা। খোঙজেলনা লেপ্তুনা চৎলকপনা অসুম নকশিল্লকপা হৌরক্লে। হায়রিঙৈদা অরেপ্পা লৈন্তনা চৎখিবদা লমদম অমা য়ৌরক্লে। মহাক্লা লমদম অসিদা য়ৌরকপা মতম্ম অসিদা কনাগুম্বা অমত্তসু থেংনবা নত্রগা উবা লৈখিদ্রে। চীক্লবা লমহাং লমজাও অমা ওইনা উরে। মহাক মতম অদুদা অকিবা, তুজুংবা খক লৈখিরমদে। মতৌ করম্মা লৈখিদ্রিবনো হায়ববু মহাক্লা মালেমসিদা থোক্লমদাই মতমদুদা গুরুনা শিন্নরকপা পুক্লিং অমসুং লৌশিংদুবু ফাওরকখিরম্মী। মদুনা মরম ওইদুনা মালেমসিদা থোক্লকপা মতম অসিদা লৈরম্বা খুঙ্গং অসিগা চপ মান্নরা উরে। মহাক্লা অকিবা অমসুং তুজুংবা কয়ামরুম থেংনগনি হায়না মমাংদা পাম্বী অমসুং জীবশিংদুনা ঋারী লিবিরকপা অদুবু নিংশিংলকখি। নুপামচা অসিনা কনা লৈত্রবা অঙকপবু লৈত্রবা অকিববু থেংনদ্রবদা মহাক অদু ঋারী অমত্তসু শানিংঙাই লৈখিদ্রে। মহাক্লা খল্লকখিরম্মী - ঐহাকপু সনা খোংনাং হায়রিবা গুরু অদুনা কৈ অমসুং নুপী অমা থেংনগনি হায়খিবনি অদুবু কদাইদা লৈরমগদগে হায়না মহাক অমুক থিনিংলক্লে। অমুকসু খল্লুরবা মতুংদা মহাক্লু অরোইবা পম্থেংনি হায়না তাকপীখিবদু নিংশিংলকখি "নহাক্লা খল্লিবা বাখল অদুগীসু পম্থুংনি"। অসুম্মা খল্লিঙৈদা মহাক অদু খোঙ থাংলগে হায়না কাউথোকপ্রে। মহাক তুম্নিংবা পোক্লক্লে। তুম্নিংবনা হেনখিদুনা ফমথদুনা লৈমায়দা

হিপথবা হৌখ্রে। হিপত্রবা মতুংদা মহাক য়াম্না নুংঙাইবা মংলোন অমা তাখ্রে। মহাক্কী মংলান অদুদা নুপী অমা লাক্তুনা হায়রম্মী - "হে নুপামচা নহাক্না ভুমদুনা লৈরবদি নথৌ মশক খণ্ডলরোই।" নুপামচা অদুনা হংলম্মই - "নহাকপু কনানো ?" নুপী অদুনা খুন্নক্লম্মী - "ঐদি মহা-প্রলয় বিদ্যা লক্ষ্মী হায়বী অদুনি। নহাক্না মতম লৈবা খিবিক্তা অবা-অনা খণ্ডদবমখৈ থিদুনা লাক্লিবা পোৎশক অদু ঐহাক্কি। অমুকসু নুপামচা অদুনা হংগৎচখি - "নুংশিবীদুনা নহাক অসে ঐহাক্কী ওইরগে ঐনা নিংলিবদি নহাক্তবুনি। করিগুম্বা অতোপ্পা নহাক নত্তবা অমনা শাশিন্নদুনা পুবা খক ঙম্লোই।" "নহাক্না ঐহাকপু কোয়পু পুদুনা চৎখ্রবা ঙাক্তনি। অদুনা ঙসিনা কবিগী ঐহাকপু নৌহৌননা শক খণ্ডদবগুম্না হংলিবদু নহাক্না লোয়নদুনতা লাকখ্রবা ঐহাকপু কাউথোক্তুনা চৎখিবনা তেল্লবা লখ্বী অসিবু শাংলবা লখ্বী অমা ওইনা নাকোয়ননা চৎলুরিবদু মদুগী অৱাবদি নহাক্না ফংজবা তাই" হায়না লক্ষ্মীনা ৱারীশিংসি লীবীখিরম্মী। নুপামচা অদু শাংখ্রবা মতম অদুদা চৎখ্রিবা লখ্বী কয়া অমা লাকখিবদু মহাক কাউথোকখ্রে। লক্ষ্মীগী ৱাহৈশিং অদু তাকবদা নুপামচা অসিনা চৎখ্রিবা লখ্বী ময়াম অসিদা মহাক চাবা অমসুং থকপা কয়াদু অহাও-হাওত থিদনা হিংনবগী লানফমদা থেংনখিবা ময়াম অদু মীকপ থোক্লবা মহাক্কী মংলানদা লিরিবা ৱারীশিংসি মুন্না তাশিন্দুনা থিজিন হুমজিন্দুনা মহাকপু হিংনবগী লানফমদা য়াওবীবা হায়বসি মীয়ামগী অমসুং লাইয়াম মরক্তা মহাকপুসু হিংননবগীদমক্তা লীরীবা ৱারীনি। অমুকসু নুপামচা অদু মংলান অমমুক তাখ্রে। মহাক্না উজরম্বী নুপী অদু শক্তম অমগা লোয়ননা থোরক্লে। মতম অদুদা নুপামচা অসিনা মুন্না য়েংলদুনা হায়খিবম্মী ঙরাং উখিবা নুপী অদুনা কদোমদা চৎখ্রবা ঙসিনা অতোপ্পা নুপী অমা লাক্লিবসে, ঙাইহাক লৈরগা মহাকুম্বা নুপামচা অনী অমসু লাক্লম্মী পুন্না নুপা অনী নুপী অনী মখোয় মরী শুখ্রে। মহাক্না খল্লম্মী ঐহাকপু মখোয় মরী অসিনা হাৎকদৌরিব্রা ? মহাক্না খল্লিঙৈদা মখোয় অনীদুনা হায়রকখিরম্মী - "হোয় নুপা নহাক অদুক কুইনা মংলান তাদুনা লৈরবদি পৃথিবী অসিদা নহাক করিগুম্বা অমত্তা পাঙথোকপা ঙম্লবোই। অমুকসু নুপা অনী অদুনা হায়রকখিরম্মী - "মরুপ নহাক্কী শোৎথরবা ৱাখল য়াওরবসু ফুগৎকে হায়না লাক্লিবনি। নহাক্না পাল্লিবা অমসুং নীংলিবদো হায়দোরক্লো ঐখোয় মরী লাক্লে নহাক্না পাল্লিবদু পীরগে। নুপামচা অদুনা মখোয় মরী অদুদা মহাক্কী অনীংবা অদু থুংহনবীরো হায়দুনা ভক্তি তৌখিরম্মী। মহাক্না ভক্তি তৌরুরবা মতুংদা ৱাহৈ অমখক্তংদা হায়জখিগে হায়না হায়রম্মী। নখোয় মরীগী মীং অদুবু তাকপীয়ু।

"নুপামচা মীওইবনা নীংবু নীংলবদি ঈশ্বরনা থৌজানবা হায়বদু নহাক্তি ফংবা ওইজরো, নহাক্না নিংলিবা পোৎশক, ব্রাখল অমসুং লৌশিং অদুনা মৈরা ওইনা পুদুনা চৎলো" হায়না মখোয় মরীনা বর পীবীরকখি। নুপামচা অসিনা হায়খিরম্মী - "ঐহাকপুদি বরদি পীবীরি অদুবু মশক্তি উবা ফংদ্রি, করম্বা বর ওইরবনো?" মখোয় মরীনা পাউখুম্নকখি - "নুপামচা নহাক্না পৃথিবীদা অফাওবা করি অমা ওইরবা মতুংদা ঐগীনি হায়বা লাক্কনি মদুদা পাম্মুবা মশক খঙদনা হিংবগী পাম্মে ওইরু চৎলু হায়না বর পীবীরে। পীরিবা বর অসিদি নহাক্না ঐখোয় মরীসি পুরদুনা চৎকদবনি, নঙনা ঐখোয় মরীবু শেম্বী শাবিদুনা থমগদবনি। মদুদা নহাক্না অফাওবা ওইরগনি। ঐখোয় মরীসিগী মমীং তাকথোকপগা লোয়ননা ব্রারীশিংসু শুগায়না তাক্কে, খুৎ য়েৎ হায়রিবসিনা 'আশা'নি অনিশুবদা লেপ্লিবা অসিনা 'কলম'নি, অহুমশুবদা লেপ্লিবা মহাক্না 'ভৌরবা চেবাং'নি, মরিশুবদা লেপ্লিবা মহাক অদুবুনা 'অমুবা মুক' হায়বদুনি। খুঙ্গংগী মীওই কয়াশিংবুনা টেবল, চৌক্রিনচিংবা অদুগা লৈমিন্নগদবনি। মিৎকপ থোক্লক্তুনা নীংশিংবগী পাঙ্গল অমগা লোয়ননা মহাক পৃথিবীদা হায়রিবা খুৎলাইশিংসিনা হিংহনবীরিবা পোৎশকশিংসিবু ফংহন্নবগীদমক্তা নুপামচা অসিনা লময়ানবা চৎলকখি। মহাক্না চৎচখিবা ময়াম অসিনা ঙসিগী পৃথিবীদা চে, কলম, মুক হায়রিবসিবু লোইশঙ অমসুং শিন্দম হাযবিবা অবোইবা লৈত্রবা য়ুম্ফম আসগী মনুংদা মহা প্রলয় বিদ্যা লক্ষ্মীনা মতম লৈবা খিবিক্তা লেঙদনা লৈরম্লে। মীওইবনা ব্রাখলবু হস্তনা খন্দবদগী পান্দম অসিবু যৌবকখিবনি হায়না মীয়ামদা নুপামচা অসিনা লীথোকচখিবম্মী। নুপামচা অসি মতম লৈবা খিবিক্তা পৃথিবীদা শিন্দম শঙগী মনুংদা শিন্থা ওইহৌরে।

নুপামচা অদু শিন্দমগী মনুংদা শিন্থানহৌবে হায়না মীপুম খুদীংমক্তা শক্তাকপগা লোযননা মীওইবনা লান্দবা অমসুং অখাং কনবা ওইরবদি লেপনাইদ্রবা লোইনাইদ্রবা শিন্দমগী মনুংদা পুন্সি চুপ্পা ব্রাক্ত-পাদবা মীওই ওইখি। মহাক্না নিংজবা থুংদুনা পৃথিবীদা লোইনাইদ্রবা শিন্দম মনুংদা শিন্থাদুনা লৈহৌবগী মবমদা ইমানা মীয়ামদা ব্রারী লীখিরম্মী। মুৎলরোইদ্রবা শিন্দমগী মনুংদা জীব কয়ানা হিংননবগীদমক্তা মশানা মশাবু শিন্থা মশক খঙনা নোমদুনা লৈরম্লি। মহাক্কী শিন্থাগী মনুং অসিদা মখল-মথেল অদুক্কী মতিক লৈবম্লে। শিন্দম হায়রিবা মহাক অদু মতম খিবিক্তা শু-চৎতুনা অমসুং নোমদুনা পোথাবা লৈতবমখৈ লৈবা মীওইনি। হায়রিবা মহাক অসি জীব হায়বদি থব্রায় পানবা পোৎশকসু নত্তে। মমাংদা শিন্দমগী পুন্সিগী ব্রারী কয়ামরুম লীপ্রবা ঙাক্তনি। মসিদা মীপুম খুদীংমক্না

ইশাগী ইথৌ অমবু ফংলবদি কয়াগী মতিক নুংঙাইজরমগনি হায়না খল্লুবীরগদি অমদি হায়নরবদি কয়াদা নুংঙাইবা ফংগনি। শিন্দমগী ইমানা চাওখৎ-থৌরাংগীদমক্তা শিন্দম মহাকপু মীপুম খুদিংমক্তা মীৎয়েং তাশিনবীরগদি মথৌ মশক খঙবা ঙমগনি। ব্বারীশিংসিবু লিরিঙে মতম অসিদা নুপামচা অনী লাক্লুনা শিন্দমগী ইমাবু য়াওরিব্রা হায়না থিরক্লম্মী অমসুং হংখিবম্মী। শিন্দম মশক খঙলবা ছাত্র, ছাত্রী অমসুং প্রজা ইপা-ইমা শক্লবা মীওইশিংগী মরক্তা মখোয় অনী অদু চঙলক্লুনা শিন্দম ইমাগী মফম তাকপীনবা হায়জখি। মীয়াম অদুনা নুপামচা অনীদুদা হংগৎলুনা হায়খিরম্মী - "নখোয় অনীদি কনানা তাক্লুনা শিন্দমগী ইমাবু লৈ হাযদুনা মফম অসিদা থিবা অমসুং হংবা লাক্লিবনো ?" মখোয় অনীদুনা খুল্লক্লম্মী - "ঐখোয়না লম্বীদা চৎপা মতমদা অহল খরনা ব্বারী শান্নরম্মী। মখোয়না শান্নরিবা ব্বারীদু অদুক্কী মতিক পুক্লিং অমসুং লৌশিং ওইবা ব্বারী ওইবনা মুন্না তাশিঞ্জখি। মদুনা মরম ওইদুনা অহলশিংদুদা ঐখোয় অনীনা চঙদুনা হংজখিরম্মী - "ইমাখোয়, ইবোকখোয় নখোয়না শান্নরিবা ব্বারীদু করম্বা ব্বারিনো কনাগী ব্বাবী ওইবিরবগে ?" "নখোয়না ব্বাবীশিংদুবু মুন্না তাশিন্দুনা হংলক্লিবা অসিবু করিগীনো?" অমুকসু মখা তানা অহলশিংদুনা চৈদুনা হায়খিরম্মী - "অঙাওবা লৈরক্তা নথৌ মশক খঙদনা কোয়চৎ চৎলুনা লৈবা নখোয়দা ব্বারীশিংসি তাক্লবদা কান্নবা খক ফংলোই।" অহলশিংদুগী ব্বাঙাং তাবদা নুপামচা অনী অদু ইকায়-নুংশি য়ান্ননা হায়ফম তৌফম খঙদবমখৈ অদুক্কী মতিক ব্বারৌখি। অদুবু ফনা ইকায়বা নংলবসু ব্বারী অসি খঙগে হায়দুনা মখোয় অনীনা নীংখিরম্মী। নুপামচা অনীসিগী মমীংদি সুদাম অমসুং সুরচন্দ্রা কৌরম্মী। মখোয় অনী অদু মমা অমসুং মপাগী মনিং থুংহন্দবা মচা ওইরম্মী। সুদামনা হায়খিরম্মী - "মরুপ, ইকায়বা হায়বা অসিদি অরোনবা চৎপা হৈবা মীওইখক্তনা ইকায়গদবনি। অখাঙ-কন্নবা অনী অদুদা অহলশিংদুনা অমুকসু হায়খিরম্মী - "ব্বারীশিংদুবু অদুক তানিংবা অমসুং খঙনিংবগা লোয়ননা হংলক্লিবা নখোয় অনী অসে অচম্বা অঙাং অমদি নক্তমাল্লে, অদুনা ব্বারীশিংসি অমত্তা চিখদনা লিরগে তারো। নখোয় অনীনা ব্বারীশিংসি মুন্না তারবা মতংদা নমা অমসুং নপাবু ঈশ্বরমক্তি খন্দুনা চৎকদবনি। অহল, লমন খ্বাই খিবিকমকপুসু ব্যবহার নীতি উৎকদবনি। নখোয অনীনা ব্বারীশিংসি সনা অমসুং লুপা ফংননবগীদমক্তা লীথোক্কদৌরিবনি। অহল লমন্না হায়নবা পাউরৌ অমদি লৈবনিকো, মদু তশেংনা পাউরৌনি।" ব্বারী লীনা লীনা মরক থৎলুনা নুপামচা অনীদুদা ব্বাহং হংবা হৌগ্রে। মরমদি মখোয় অনি অদু মীকী লাইকীদবা

মীওই ওইবা মাল্লি। অমরোমদনা মরম মোকপা, জ্ঞান লৌশিং লৈবা মীওইসু মাল্লি। মদুনা মরম ওইদুনা শিত্রমালা হায়রিবা অসিনা - "নখোয় অনী কদাইদগীনো করম্বা লৈকাইদগী ওইরবগে ?" "ইবোক ঐখোয়না শিন্দমগী ইমাবু য়াওরিব্রা হায়না খিজরকপদা ঐখোয়বু ফৎত্রবা অমসুং ওক্লবা গুন্দা ওইনা উবা মাল্লে। ঐখোয়না পামজবা শিন্দমগী ইমা অদুবু উবা ফংলরোইদ্রা হায়দুনা থবায় তনিক্লবা অমগা লোইনরক্লে" হায়দুনা সুদাম্মা মহাক্কী থম্মোয়দা থাজবা ব্রাখল কয়াগা লোয়ননা ফোংদোকখিরম্মী। মতম অদুদা শিত্রমালানা অমুকসু মচা তানা হংলকখিরম্মী - "নখোয়না শিন্দমগী ইমাগী ব্রারী তানিংলবদি ঐহাক্না লৈফমদু তাক্লগে তৌবতবু ঐহাক্লসু নখোয় অনীগী অপোকপা-অপোকপীগী মমীং অমদি লৈফম লৈকাইসু খঙনিংই। মসিদসু নত্তনা নখোয়না থিরক্লিবা ইমাসিগী মরী মখোং নখোয় অনীদা কনানা তাকপীরকপনো হায়বসু খঙনিংই। ঐহাক্না য়াম্না কুপথনা খঙনিংলিবগী মরমদি হৌজিক্কী সমাজ অসিদা ইচাসু মীচাসু অফবা মীওই য়াওরক্লবা উরক্লবদা চীংনদবা ওন্নকত্রে। মীওইবনা অফবা নিংথিবা কয়াবুসু মীহৌদবা লৈখিদে, অথিববু ফজে হায়বা ব্রাহে অদুবুসু লৈখিদে। হরানবনা থম্মোয় শেংহেদে হায়বসু লৈখিদে। মরম অসিনা থাজববু অরেপ্পা থম্বা মীওইবদা লৈহন্দে। মীওইবনা থাজবগী য়ুম্ফমদা লেপকে হায়না খল্লক্লবদা পুক্লিং অমসুং থম্মোয় শেংদোকপা ওন্নবা মীওইশিংবু উকরগদি মীপুম খুদীংমকপা অফবা ওাক্তনি হায়বা অমসু খঙহনবা ওম্মী।" শিত্রমালাগী ওক্লবা মীওইবগী থম্মোয়বু জয় তৌহনবা ওম্বা অমদি মী মীদুগী লমচৎ-শাজৎতুগী মরমদা খঙবী নুপী অমা ওইরম্বনা মখোয় অনী মশক লোৎপা ওন্নক্লে। অহানবদা সুরচন্দ্রনা মশক তাক্লকখি - "ঐহাক্কী ইমীংনা সুরচন্দ্র, ইমাগী মমীংনা পুজারি অমসুং বাজিগী মীংনা বাসু কৌই। লৈফমনা ককচিং সুমাক লৈকায়দগীনি", সুদাম্মা অমুক হায়রকই - "ঐহাক্কী ইমীংনা সুদাম কৌজে। অপোকপীগী মমীংনা থম্বাল, অপোকপগী মমীংনা অচৌবা কৌই। ঐহাক্তি ককচিং খুনয়াই লৈকাইদগীনি।" মখোয় অনীনা মখোয়গী লৈফম অমসুং মমা-মপাগী মমীং ফজনা তাকথোক্ল ম্মী। শিত্রমালানা অমুকসু হায়রকখিরম্মী - "মখোয় অদুবু লংথোক্লন্নগা পোক্লবী শিন্দম নমাবু থিরক্লিবা করিগীনো ? নখোয়গী অনীংবা, খল্লিবা ব্রাখল কয়াদুসু শাদোক্লো, অদুগ নখোয়দা কনানা ব্রারী শাবীদুনা শিন্দম ইমাগী করম্বা ব্রারী খঙনিংদুনা থিরক্লিবনো ? নখোয়বু শেম্বীবা মপু মহাক্লসু শোয়দনমক্কী নখোয়না নিংলিবা অমসুং পাল্লিবা খুদিংমক পীজনি। নুপামচা নখোয়গী ব্রাখল্লোনশিংদু তানিংবনা

ইবোক্তি খাঙবা ঙমদরে।” “ইবোক ঐখোয়বু নুংশিবীদুনা মতম্বু শাংনা তাকথোকপীদনা থম্বীরগনু ঐখোয়না নীংলিবা অমসুং পাম্লিবা পান্দমদি অদুক্কী মতিক আশা অমগা লোয়ননা লৈরক অমসুং লমহাংদা তুম্বা চাবদা পল্লেপফম খঙদবমখৈ চৎতুনা লৈরিবনি। ঐহাক অদুক্কী মতিক কেথোক মৌথোক্লা অবাং-অপা খঙদবা অঙাং অমা ওইনা ইমা বাজিনা থম্বীরকখি। মদু ঐহাকখক্তা ওইরগ্লোই, মীপুম খুদীংমকপা মচাবু নুংঙাইনা থল্লমগনি। মীওইবনা মীরোল লোনবা হৈত্রিবা মতম অদুদা খনখিবা উখিবা অমত্তসু হায়দোকপা ঙম্লোই। মদুগুম্না ঐহাকসু অঙাং ওইরকখিবনা অঙাং খুদীংমক চপ মান্নে হায়জবগী বানি।” সুদাম্না শিত্রমালাদা অহানবা ওইনা মাগী পুন্সিগী বারী মতেক অমা লীথোকচদুনা মাগী অনীংবা অদুবুসু ফোংদোকচখি। শিত্রমালাগী মমাম্নবী অমনা হায়রকখিরম্মী - “ইনে অঙাংশিংসিনা খঙনীংদুনা থিরক্লিবা মীওই অদুবু ইনেনা তাকথোকপীগ্রো।” চাওবী কৌবী নুপী অমনা অমুক হায়রক্লম্মী - “ই! অঙাংশিংসিগী বারীশিংসি তাবদা পুক্লিংদা নুংশিবা অমা ফাওব্রেদা। অঙাংশা নখোয়না থিরক্লিবা শিন্দমশঙগী ইমাদো য়াম্না লায়না লৈবা মাল্লি নখোয়গী ইবোক্লা হায়রিবসে।” নুপামচা অনী অদু মতমনা অসুম হৌজিনখিদুনা মমা অদুবু ফংলরোইদ্রা হায়না অমুকসু থবায় বাবগা লোয়ননা মমীৎ অনীদগী মপী তাবা হৌরকব্রে। শিত্রমালানা অঙাং অনীদুগী মতৌদুবু য়েংলদুনা হায়বকখিরম্মী। - “নখোয় অনীদা শিন্দমশঙগী ইমাগী লৈফম থিরুচো হায়না তাক্লক্লিবা মীওই অদুবু তাক্লবদি ঐহাক্লা মতম খক মাংহন্দনা তাক্লগ্লোইদ্রা? হৌজিক্তি নখোয় অনীনা থিগদৌরিবা লম্বী অদু ঐহাক্লা শোয়দনমক্কী লমজিংদুনা পুবিগনি। নখোয় অনীগী খল্লিবা বাখল অমসুং নিংলিবা অদুবু তাক্লবগীদমক্তা মতম কুইনা ফাজিন্দুনা থমখিবনি অমসুং থিগৎলমলিবনি।” বাহৈ অসি তাবদা নুপামচা অনী অদু কপ্লস্বদগী লেপব্রে। সুদাম্না হায়রকখিবম্মী - “মরুপ ঐখোয় অনীনা খল্লিবা অমসুং নিংলিবা পান্দম অসিবু অহলশিংসিনা খঙব্রবা মাল্লি। মখোয় অহলশিংনা নিংলিবদি নীংবা থুংদ্রবা ঐখোয় অনী অসে থৌদোক কয়া থোক্লুনা অহিং অমগী মতমদুদা য়ুম-কৈ থাদোক্লুনা থোক্লকখিবা ওইনা খনগ্রে। অচুম্বমক্লি অহলশিংনা খল্লগ্লিবসিগী মরমদি ঐখোয় অনীনা ইনাক কৈরাক খুনবা মীওইশিং অদুগী শেৎপা-চাবা অমসুং মনীং-মখা তম্না লৈবদুবু উবদা অদুক্কী মতিক খোইরাংবা খোইশাওনবা লৈখিবম্মী।” সুরচন্দ্রনা মখা তানা হায়রকখি - “ঐহাকসু ঐখোযগী ইমা অমসুং বাজিনা ঐবু মীগা মীমান্নহনবা ঙমহন্দ্রিবা করিগীনো হায়না ইতোম্নতা নিন্দা

তৌরিঙৈদা সুদাম্মা লাক্লুনা নহাক্কা তুমিন্না মুরুম-মুরুম শোন্দুনা করিগী লৈরমলিবনো ?” হায়না হংলক্লম্মী। ঐহাক্না পাউখুম পীদ্রিঙৈদা মহাক্না মখা তানা - “মরুপ ঙসিদি ইমা বাজিনা ঐবু থিনা চৈরকখ্রে। অসুম্মা চৈরক্লবদা ঐহাক শাওনিংবগী ঙমখে লৈখিদ্রে” হায়না পাউদমজখি। সুদাম্বু মমা-মপানা চৈবগী মরমদি মহাক্না ঙন্নরোইদ্রবা ফিজেৎ লৈতেং অমসুং পৈশা কয়াবু পীয়ু হায়না মনিংঙাই লিংজেল ফুদোক্লুনা দাবী তানখিবননি। অদুদসু নত্তনা থকসি-খাসি নাইদবগী ৱাঙাং কয়াগা লোয়নননা ঙাংখিরম্মী। মদুদা সুদাম্মা মহাক্কী অরানবা ৱাখল অদুবু খম্থবা ঙমদদুনা ময়ুম থাদোক্লগা ইনাক্তা লাকখিরম্মী। ঐহাকসু ইমা বাজিদা পেন্দবা কয়া লৈদুনা সুদাম ঐখোয় অনী তুংগী ৱাখল খম্থবা ঙমদদুনা, ইমা অমসুং বাজিবু মীৎনা উবা ঈশ্বরমক্লিহায়না খম্থবা ঙমদবনা থোকখিবা থৌদোক্লি। মখোয় অনী অদু চাওখৎ থৌবাংগীদমক্তাময়াওগে হায়বা খন্দবমখে অদুক্কী মতিক নিন্দা তৌগ্রে। মীমান্নবা মীওই ওইবা ঙম্মনবা থবক কন্না শুদুনা হিংগে হায়বা ফাওবদা খনখিদে। মতম্মা ঙাইবিয়ু হায়বা য়াদবগুম্মা চাদনা হিংবসু ঙমখিরমদে। মখোয় অনী অদু শেংপা-চাবা মনীং থুংদবগীদমক্তা কয়াদা মতম মাঙহনগ্রবা। পৃথিবীদা শু-চৎতুনা চারুচো হায়না তাইবং মীওইববু শেম-শাদুনা মশক খঙখিদবনা ঙসিগী সমাজসিদা অৱাবা নত্তনা করিগুম্বী অমতা অফবা ওইরকখিদ্রি। মসিনা তাকপদি মখোয় অনি অসে অৱাবদা ঈরাক্লদুনা লৈরম্লে। মীওইবদা ফজবা উবদা পাম্বগুম্মা থবক্তসু অপাম্বা খন্দুনা তৌরম্লবদি খক ৱারম্লোই হায়না নিংঙমদবগা লোয়নননা লৈরিঙৈ মতম অদুদা লাইওইরবা অহল অমা লাক্লুনা মখোয় অনী অদুবু মম্থরবা হকচাং পোলাং অমা ওইনা উখিরম্মী। অহল অসিনা হায়খিরম্মী - “হে নুপামচা নখোয় অনীবু অসুক চিক্লবা মফম অসিদা করি তৌদুনা লৈরন্নিবনো ? মমাংঙৈদা অহল লমন্না হায়খিবা অমা লৈরম্মী। জঙ্গল চৎপদা শানা কৈনা শোক্কনি হায়না তাক্লম্মী। চীক্লবা মফম থেংনববদি ফৎত্রবা মীওই লৈরমগনি হায়না তাকপীখিবম্মী। অহল লমন্না পীক্লিবা অঙাং অমদা পুক্লিং লৌশিং ওইননবগীদমক্তা থৌথেম্মদুনা কপ্লকপদা লীখিবা ৱাবীশিংদো কয়াদা মগুন লৈখিরম্মী। মগুন লৈখিবগী মবমদি মচা অদুদা লীখিবা বাবীদ্ কিবা অমসুং তুজুংবা ৱারী ঙাক্তনি। পীক্লিবা অঙাং অদুদা কৈ লাকই হায়দনা থেম্ন হৌখিরম্মী। অমম্ববু য়েংহন্দুনা হিংচাবী লাকই অঙাংচাবী লাকই হায়দুনা থেমখিরম্মী। হায়বিবা ৱাহৈশিংসে মীওইবগী থৌনা অমসুং লিংজেল হাপকৎপীশ ৱারীনি। পৃথিবীদা হিংনরিবা শিজিন্নরিবা পোৎশক অমদা মুৎলরোইদ্রবা শক্তাক

খুদম অমা ওইনা লৈরি। মপু মহাক্কী মমীংদি শেল হায়রিবা মহাক অদুবুনি। মহাক্কী মমায় ফজরবা-নাল্লবা, লংলবা লাইবক অদুগী ময়ায়দা য়েংবদা অকিবগা তুজুংবগা লোয়নরবা পোৎশক অমনা মীপুম খুদিংমক্তা ব্ৰারক-ব্ৰাতেম্বীদুনা অমরোমদা ওক্তবা কয়া মরুমসু ফাজনবীদুনা মখোয় অদুবু লমজিংবীদুনা ঙাল্লবা লম্বী অমদা পুদুনা ফৎত্ৰবা ব্ৰাখল অমসুং লমচৎ-শাজৎপু চুমথোকপীবা শক্তাক খুদমনি। শক্তাক খুদমদুগী ময়েক্তি অহল-লমন্না পাউরৌ তৌনরিবা ব্ৰাহে অদুবু অশেংবা ব্ৰাহেনি। মসিনা পৃথিবীদা মীয়াম্না লিংজেন মান্ননা লিচিংদুনা শাবা শক্তাক খুদমনি। কিবা অমসুং তুজুংলিবা মহাক অদু নোংশা অমসুং কৈনা খুদম ওইরিবা অদুবুনি। মীওইবনা অকিবা লৈতনা জঙ্গল কয়া চৎলুরবসু, অহাঙবা কয়াদা লৈরুরবসু, অমম্বা কয়াদা লৈরুরবসু ইদোম নদোম হিংবা খক য়ারোই। জীব অমা ওইনা হিংবগী লম্বীদা পোক্লরুবদি হিংননবগীদমক্তা মমাংদা হৌখিবা অমসুং উখিবা পোৎশক কয়ামরুম পুক্লিংদা লৌশিন্দুনা থমগদবনি। "ইথৌ নশুশিংনা খল্লিবা ব্ৰাখল অসি ইথৌনা উবিবা মাল্লি। ইথৌগী ব্ৰারীশিং তাবদা পুন্সিদা অমুক হন্না অরানবা খক তৌজররোয়। ইমা অমসুং বাজিবু ঐখোয়না পেন্দবা কয়ানা মখোয় অদুদা ঙম্লরোইদবা পোৎশক কয়া অমা পীয়ু হায়দুনা নিঙাই তৌজখিবা কয়াশিংদুনা থম্মোয়দা নীংঙমদবা ফাওরক্লে" হায়না নুপামচা অনী হায়বদি সুরচন্দ্ৰ অমসুং সুদাম্না মখুৎ লোন্নদুনা হায়জখিরম্মী। "নুপামচা নখোয় অনীদা ব্ৰাহং খরা হংগে নখোয় অনীনা চুম্না খুম্লরুবদি ঐহাক্না শোয়দনমক্কী হিংনবগী লম্বী অমসু তাক্তুনা নখোয় অনীনা চৎপা ঙম্লবদি নপুন্সিগী খুৎলাই ওইনদুনা মীওইজবা ফংদুনা হিংনবগী লানফমদা জয় ওইগনি। অমুকসু মুন্না কাউদনা তাবো ঐহাক্কী লৈফম্না মীওইবগী থম্মোয়নুংদা লৈরিবা আশাগী পান্দম হায়রিবা অসিদা লৈবনি" হায়না মথৌ অদুনা তাকখিরম্মী। ঙক্লবা ব্ৰাহে অসিবু তারুবদা মখোয় অনী অসি হেন্না অমুক ঙকখ্ৰে। সুদাম্না হায়নকখিরম্মী - "মরুপ, অসিবু লাই ওইরব্ৰা মী ওইরব্ৰা ? অহল অসুম ওইরবদি মনাসু পঙই মমীৎসু উদে অদুদসু নত্তনা মচা মশুনা থৌওইনা তৌদে হায়নৈ।" "ইতোম্নতা ঐহাকসু ঙমখে লৈতবা মখে কিরক্লে। পুন্সিদা মুৎলরোইদ্ৰবা ময়েক অমনা ঐখোয় অনীবু মাঙনবগীদমক্তা শিনবীরক্তুনা মীবক্তা থোক্তনবা, ইনীং-ইখা তমহনবা ঙমহন্দ্ৰে" হায়না সুরচন্দ্ৰনা সুদামদা হায়খিরম্মী। সুদাম অমসুং সুরচন্দ্ৰনা মথৌদা মতম লৈবা খিবিক্তা নশু ঐখোয়না চৎলিবা অমসুং খল্লিবা ব্ৰাখল ফোংদোক্তবা ঙম্লরোই হায়না মথৌদা হংগৎচখি। "নখোয় অনী ব্ৰাখল চেৎপা অমসুং থৌনা লৈবা ওইবা ঙম্লনি হায়না

খঙলে। নখোয় অনীদা শন্দোক্লা তাক্লগে। মমাংদা কৈ লাক্লে হায়দুনা থেমখিবা ব্রারী অদু মীওইবদা হাপকৎলিবা থৌনানি। অমম্বদা হিংচাবা লাক্লে হায়রিবদু নশামক্লি। মশানা মশাবু তম্নলাই শাজদুনা কপ্পা অমসুং নোকহনবা ঙম্লিবা মীওইশিং অদুসু তম্নলাইনি। মীওইবনা থেংনদবা পোৎশক লৈখিরমদে। অদুনা নথৌবু মশক খঙলবদি কৈ লাকই হায়রবসু অকিবা খক লৈরোই। কৈ অমসুং নোংশা হায়রিবদু তাইবং মীগী মখুৎ অমসুং মখোঙদা খুৎলাই ওইনৌ হায়দুনা থারক্লবা পোৎশক অমনি। মখোয় অনীবু কিদুনা চেল্লিবা মীওইশিং অদুদি তেল্লবা মীৎকুপ খরনি লম্বীদা লাকখিবা মীওইশিংনি। নখোয় অনী চিংনবা লৈতনা হিংনবগী লানফমদা পোক্লক্লবদি নশানা নশাবু মমল লৈহনগদবনি।" "ইথৌ ঐখোয়না চৎকদৌরিবা মফম অদুবু কদায়দা ওইরবনো অমুক্তদি তাকপীয়ু। ঐখোয় অনীদি য়ুমদা চঙবা ঙম্লরোই। ঐখোয় ইরোমদোম লেপচবা, হিংবা ঙম্লগনি হায়না থোরকখিবনি। ইমা অমদি বাজিগী মমাংদা ইশাগী হিংনবগী লম্বী পুদনা চঙবা ঙম্লোই। ফত্তবা লম্বীদা কৈ অমসুং নোংশাদুবু লায়না লৈরমগদবা মানখিরম্মী। মসিনা মরম ওইদুনা য়ুমদা চঙবা ঙমখিরোই হাযজবনি। মায়থিরবা মচা ঐখোয়না ইমাগীদমক্তা লমন শিংগে হায়রুবদা কৈদৌনুংদা থাজবা লৈরোই। ইরালনা ইপোৎ ফারবা মীওই হায়বদু ওইরমাল্লে।" "... নাম অমদি সুরচন্দ্র নখোয় অনী শিন্দমশঙ হায়রিবা ইমা অদুগী মমীং তারব্রা অদু... অমুকসু মহাক্কী লৈফম্নু খঙলব্রা ?" হায়না হংদুনা মশু অনীদুদা ব্রারী লীদুনা লমতাকপীবা হৌখ্রে। মহাক্লা লিবিবা ব্রারীদি পুক্লিং লৌশিং ওইননবা ব্রাবীনি। সুদাম অমসুং সুবচন্দ্রনা লাইওইরবা অহল অসিদা হায়জখিরম্মী - "মীৎনা উবা ঈশ্বরবু ফংজবা ঙম্লম্লবদি অবাবা খক লৈরম্লোই হায়না মীপুম খুদীংমক্লা হায়নবা অদুবু ঙসিদি ঐখোয়না থেংনরিবা অমসুং উরিবা অহল অসিবু মীৎনা উবা ঈশ্বরমক্লি হায়না খঞ্জপ্লবনি। ঐখোযনা অব্রাবা য়াওদনা কৈবু ফানিংলুবা, ঙম্লোইদবা থবকপু লায়না খল্লুবা হায়বা ঙাংবা খুদিংমক ইঞ্জখিদে। অদুগা ইশানা ইশাবু শিবোই নারোইদবগুম্না খনখিরম্মী। লৌনম্বা অমসুং নমথাক তৌবা কয়ানা হিংগনি হায়না খনবা খক য়ারমদ্রে। ইশানা হৈনজবা খুৎলাই মতিক চাবা পায়রম্লগদি মাতক চাবা মীওই অমা ওইরমগদবনি হায়বদু হৌজিক্তদা নীংঙমদবনা লায়না ওইদুনা অকিবগী শক্তম হায়রিবদু লাক্লে। লাল্লবা ঐখোয় অনীনা কনাদা লাম্লি হায়দুনা ইবালবু কোকপীগনি হায়বদু ঙসি ফাওবদা খঙবা ঙমদদুনা কয়াদা ব্রাপ্লবা। অব্রাবতা নত্তনা মী হাৎপা ঙম্বগী শক্তি

ফাওবদা হাপচিল্লকখিবনা ইমা অমসুং বাজীদা থকসি খাসি নাইখিদে। মসিনসু ঐখোয় অনীগী চাওববা পাপ অসিবু ঙাকপীনবা ঈশ্বব অমসুং মীওইববু থেংনবা ঙমদ্রিবনি।"

মখোয় অনীগী হায়জবা অসিদা মথৌনা পাউতাকপীখি - "ঙসিদি নখোয় অনীনা পাপকী মশক খঙলবা অমসুং লাল্লি হায়না নবালবু মশক খঙলবা নখোয অনী অসিগী ব্রাবীনা তাকপদি শিন্দমশঙ হায়বিবদু নখোয়না খক খঙলমলোই, মহাক্কী লৈফমসু খঙলমলোই। ঐহাক্না তাক্লিবা মফম অদু তানা চৎকদবনি। মীওই কয়া কয়ানা নখোয়দা ব্রা হংলক্কবসু লেপ্পুনা লৈথোকপা তৌবোইদবনি। শিন্দমশঙগী ইমা অদুদি পৃথিবীদা লৈতবা অমসুং যৌদবা মফমসু লৈতে। হাযবিবা মহাক অদুগী হৌবকফম যুম্ফম অদুদা হুঞ্জিন্দুনা চঙবা ঙন্নবদি অদুক্কী মতিক হবাওবগা লোযননা কয়াগী মতিক নুংঙাইগনি। মদুবু কোক লৈবন্নগদি মতম অদুদা নখোযনা মমাংদা কিপ্রিবা পোৎশক অদুনা লমতাকুনা হিংনবগী লানফমদা অব্রাবা মশক খঙদনা পুশির্শীননবগীদমক্তগা লৈবমগনি। মহাক অদু পোক্লফম ইবমদম অসিবু নিংশিংজবা ঙম্বা মীওইবা ওইদুনা চঙজবক্লবদি সনাগী মথক্তা তম্ফানা থিম্বীদুনা পৃথিবীদা থোকপা মনি ওইনা ঙালহম্বীবনি।" অসিগুম্বা লাইওইববা অহলদুগী পাউতাকশিংদুনা মবম ওইদুনা শিন্দমগী ইমাবু থিবা লাকখিবনি হাযনা শিত্রমালাদা মখোয অনীনা ব্রাবী লীথোকচখি। অহল অদুগী লৈফমদি থম্মোয়গী আত্মা মনুংদা লৈবিবা আশাগী পান্দমনি হায়না সুদাম অমসুং সুবচন্দ্র মখোয় অনীনা খঙখি।

শিত্রমালানা শিন্দমশঙগী ইমাবু শক খঙহনগে হাযনা মখোয় অনীদু পুদুনা চৎপা হৌখ্রে। মথং মথং খুঙ্গং কয়া লান্দুনা চঙলক্লবদা অঙাং অনীদুনা "মখোযগী পস্তুংফম অদুবু যৌদ্রিব্রা" হাযনা হংজখি। শিত্রমালানা - "নখোয় অনীবু ব্রাবব্রা ঙাইহাক পোথাখিসি" হাযনা যুম অমদা পুশিনখিবম্মী। মতুং ইল্লক্লিবা মখোয অনীদি ব্রাববসু ব্রানা চৎলাস হাযজবকপদা শিত্রমালানা - "নখোয অনীনা থিবক্লিবা নমা অদু নমাংদা লেপ্লিবা ঐহাক অসি মানব্রা" হাযদুনা মুন্না যেংহল্লম্মী। "নখোয অনীনা লৌবিবা যুম অসি শিন্দমশঙ হাযবিবা শঙ অদুনি। ঐহাক অসিনা শিন্দমশঙগী ইমা হাযনবিবা অদুনি।" মখোয অনী অদু হবাওবনা ঙমথে লৈখিদ্রে মীওইবনা হবাওবগী পন্দোম হেনখ্রবাদ মাংকী পা লোযনবকাখিবম্মী। সুদাম অমসুং সুবচন্দ্রনা পোকপগী মহৈ য়াল্লে হায়না লাওজবম্মী। মতম কুইনা

মমা অমসুং মপাবু থাদোক্তুনা লৈরম্লবা মখোয় অনী অদু মমাবু উজবা ফংলকপদা হয়াওজখিবনি। মখোয় অনীনা খুৎলাই য়াওদনা থৌনা ফবতা ওইরম্বনা কয়াদা মতম মাংহনম্রবা। মপা-মমা, মচিন-মনাও ফাওবদা পুকমেন পাউমেন্নবা ঙমদনা লৈজখিরম্বনা ঙসিদি পোক্লকবদি হিংদবা য়াদে হায়না খঙলক্তুনা হিংননবগীদমক্তা থবক কয়া শুগনি। চারবদি ইশাগী ইথৌ মশক খঙগদবনি হায়নসু খঙলক্লে। শিন্দমগী ইমানা কয়াদা নুংশিনা মখোয় অনীসিবু অৱাবগী ঈপাক্তগী কম্বীদুনা সংসারগী মনুংদা হিংলিবা মীওইশিং অসিগী মরক্তা লমজিং হৈবা ওইহম্বীদুনা শিন্দমগী ইমানা অফাওবা মীওই ওইহনখি। পৃথিবীদা ইমা অসিনা মীপুম খুদিংমকপু অৱাৎ অপা লৈতনা থম্বীবা ঙম্বা ইমা অসিবু মীপুম খুদিংমক্লা মহাকপুসু মতম কুইনা হিংনবগীদমক্তা শেমগৎ-শাগৎপীদুনা ঐখোয়না কাউথোকপীদনা হিংহনবীসি।

------

## থম্মোয় শেংবী
### (ব্রারী মচা)

শংবান্নরবা লৌবুক লমহাং কয়ানা লৈতেং ওইরিবী .......। প্রকৃতিগী ফজবনা থল্লবী ঈংনা চিক্লা ঙাম্থোইরিবী ককচিং লমদম অসিদা লৈশক লৈচু তিন্নদ্রবী শিংঙেল লৈরাংলত্তুংগী হেন্না থোইবী লৈরাংনি ... ইবেমহল .......। মমা-মপাগী মদোম তরক পোকচবী ওইদুনা কেনা-নৌনা চাওজরকখি অব্রাবা মশক খঙহন্দনা থমজরকখিবী ইবেমহলগী থম্মোয়দা করিগুম্বদা নীংঙমদবগী মমিদি অদুম্মক তাদুনা লৈরি ....।

ইবেমহল মতোম্লতা পোকচবীনি। মপাগী মমীং বাম অমসুং মাবু পোকপী মমাগী মীংনা ইবেনী কৌই। ইবেমহল অব্রাৎ-অপা অমত্তা লৈরমদে। মহাক্কী অব্রাৎপা হায়ববু মতম লৈবা খিবিক্তা মীরক তিনবা য়াওবা ঙমজখিদবা অদুনি। মরমদি নুপী অমা ওইবগী পুন্সিদা য়েংশিনবিনঙাই লৈত্রবদা হবাও-কুম্মৈ য়াওনিংবা পোকখিদে। অদুবু অমবোমদা পোকচমনগী মহৈ যান্নবগীদমক্তা খন্দবসু ঙমখিদে। মহাক অব্রা-নুংঙাই মীনুংশি কযা মকম খঙলবসু মদোম তুমিন তুমিন লৈজবা নত্তনা কবি অমত্তা ব্রাবৌবা থমখিদে। মাগী থম্মোযনা মতম কৌবী লাইবেম্বী ঈমা নঙবু নচানা মতম খিবিক্তা পোকচমনগী মহৈ য়ালহনবীযু হায়না মতম খিবিক্তা নীংজদুনা লৈজরকখি। ইবেমহলগী পুন্সিদি হিংনবগী লানফমদা অকি তুজুংবগা লোয়ননা ঈশ্বনা মহাক্কী নীংলিবা মমী অদুবুদি খক মাংহল্লোই হায়বগুম থম্মোয়দা মমি তাহনখিবম্মী। নুপী ওইবীগী ইং-তপ্পা ব্যবহার নিতি খঙবী অমদি শাওদবা অসিনা খ্বাইদগী লন অশেংবনি হায়না ব্রাশকপগা লোয়ননা লৈখিরম্মী।

ইবেমহল মতম খিবিক্তা হবাও-কুম্মৈ চৎখিদে হায়বগীদমক্তা মমান্নবী-মমান্নবা কয়ানা মহাকপু শীংথানবীবমদে। ইবেমহলদি মীওইবগী চৎনরোল খঙদবা নুপীদি নৎখিদে। মহাক্লা খনখিবম্মী "ঐহাক্কী পুক্লিংদা লৈরিবা লন অসিবু কনানসু লৌখিবা লৈরোই, নোংমা নত্ত্রগা নোংমদি লাকখিগনি" হায়না খনখি। মীংচৎ থিবা হায়বা অসিবু খঙজরম্লর্বদি কবিগীদমক্তা ঐহাক্লা অসুক য়াম্না কিরুগনি। হৌখিবা পুন্সিবু অমুক হন্না লারুবোই হাযনা অহল-লমন্না পাওবৌ ওইনা শীংথানরি। অদুবু ঐহাক্কী পুন্সিনদি অশেংবা থোকখিবা অদুবু পাওরৌনি হায়না

খঙ্গবা ঙম্লোই। ঙসিগী মণিপুরদা থোক্লিবা ব্রাথোকশিংসিবু ব্রারী ওইনা শেমগৎপদা কনা অমত্তনা কিনিঙাই লৈতে। ইবেমহল হৌখিবা ব্রারী কয়া অমা নৌহৌননা মমাংদা লেপ্লরবদা হাইফম তৌফম খঙদ্রবা অমসুং পল্লেপফম লৈত্রবা নিঙোলগী পুন্সি অমা হায়বদু ওইরে হায়না খল্লম্মী। খঙহৌদে মতম্না অসুম অসুম ঙাইবীয়ু য়াদনা হৌজিনখিদুনা মহাক্কী চহিসু য়ামখৎলকপগা লোয়ননা অহোংবা লাকখিরম্মী। ইবেমহল অপাম নুংশিগী ব্রাখল খনবগা লোয়ননা খোঙ থাংজিনবা হৌরকখি। মতম অদুদা মহাকপু নুংশিবীবা মীওই কয়া চঙলকপা হৌরক্লম্মী। ইবেমহল মহাক্না লৈগদবদি অমখক্তনি, অসোমদদি লৈকাইগী ইচে ইন্দোল কয়ানা নুংশিবীদুনা "ইবেমহল লুহোংনবা তৌরোদা তাঞ্জা চারিঙেদা" হায়না মহাক্কী নাকোংদা ইতৎ-তৎতনা য়ৈবা হৌরকখি। ইবেমহল খঙহৌদে অদুক শাংথ্রবা মতম অদুবু ব্রাখলর্দদি অয়ুক চাকচমাং অমগী মতৌগুম খনখ্রে। অদুবু অরেপ্পা লৈত্রবা মীওইবগী চৎনরিবা অসিগী মরক অসিদা ঐহাকপু অসুম য়াওখ্রদরা হায়না খল্লকপসু হৌরক্লে। মাগী পুক্লিংদা লেপ্পা ঙমদবা অমা ওইখ্রগদ্রা হায়না খন্দবা ঙমদে। নোংমদি মমানা "ইমাগী মোইরাং থোইবী" হায়না থাগৎলকপগা লোয়ননা মচাদা মুন্না য়েংদুনা হায়খিরমই - "হন্দক মরকসি নশা নুঙাইতববা'? নমায়দু ইমক মর্কাশিল্লি করি তৌরবগে ?" "ইমা ঐহাক করি অমত্তা তৌদেদা হরাও-নুংঙাইবগী মমি ওইরিানদা" হায়না খুল্লমই। তাঞ্জা অসিদা মপা চঙলক্তনা "নমাগা করি হায়নদুনা লৈর্রাল্লবনো ?" হায়না হায়রকই। "বাবা ঐহাক ইমানা ব্রানা উরবা মাল্লি অদুগীদমক্তা হংলল্লিবা। ঐখোয়গী ইমাসে মহাক্না লৈশারিঙেদা য়াম্না থব্রায় ব্রাগনবী নুপী অমা ওইরকপ্রা ....?" "ইপাগী ইবেম্মা নহাক ফববসু ফত্রবসু লৈশা মপুং-মরেপ ফারবী অমনি।" মপা-মমা অনীনা মচাবু অব্রাবগী মমি অমত্তসু তাদনবগীদমক্ত ব্রারী-ব্রাতাই লিবীবা হৌরকখিরম্মী। মমানা মচাগী পুক্লিংবু থেমজিনবা ওইনা হায়রকই - "ইমাগী থোইবী ঙসিদি নঙোন্দা ব্রারী লিরগে নহাক্না লিগদৌরিবা ব্রারি অসি পুক্লিং চঙনা তাগদবনি মসিদি পুন্সিগী য়েক্তনা থমহৌগদৌরিবনি। মদুদা মমা-মপা অনীবু মীৎনা উবা লাইনি হায়বগী মহৈ হায়বদু ফংলক্তনি। হৌখিবা ব্রারিশিংদু নীংশিংদুনা ওইবা য়াবা কয়া অমসু য়াওগনি। অদুগা অমরোমদসু হুন্দোকপা য়াবা পোৎশক অমগুম্না লংশেক্ল বসু হোৎনগদবনি। লুরিবদি হৌজিক হৌজিক পুন্সিদা থেংনরক্কদবা ঈচেল অসিদা য়াওরিবা পোৎশকশিংসিবু মতৌ করম্না ফাজিন্দুনা থমগদগে হায়বা ঙম্লবগীদমক্তা মীওইবা ঐখোয়না মসিবু ঈশ্বরদৌনা মতম খিবিক্তা

লেঙদবা লন ওইনা পুক্নিংদা থমগদবনি। নুপা ওইবগী ফিদমদি মনুংদা চেল্লিবা ঈচেল অসি অতৈ করি নত্তে। নুংশিবা মরুপ থন্বা মীপুম খুদিংমক্কী হৌনবীনি মসিসু হন্দোকপা য়াদ্রবা অমনি।" ইবেমহলগী পুন্সিগী মী অমা ওইনবগীদমক্তা ৱারী শানা শানা মচাবু ইকাইখিনি খঙবনা পাউরৌগা লোয়ননা তপ্না হংজবা হৌরক্লম্মী। মমাগী ৱারীশিংদু হৌদোরকপা তারুবদা থম্মোয়দা কপ্লিংবা অমসুং নুংনাংনবা হৌরক্লম্মী। মতমগী চৎনবী অদুদা ঐহাকপু খোঙ থাংজিন্দুনা চৎখ্রবদি বাবা অমদি ইমানা করম তৌবা হায়বগা লোয়ননা অরেপ্পা নৈতনা মীৎকী শীরাং শিন্থবা হৌরক্কে। মমা অমদি মপা অনীনা অমত্তা পোকচবী ইবেমহলবু নুংঙাই-য়াইফবা ইমুং অমগী মৌগী শিংদা ওইহন্নবগীদমক্তা মচাদা অরেপ্পা নৈতনা ৱারক ৱাতেম তৌদুনা মপুক্লিং নাহন্দনা মচাবু থেম্বা হৌরকখিরমই।

ইবেমহল মমা অমসুং মপাগী ৱারী তাবদা মমাংদা হৌখিবা অমসুং হিংলকলিবা পুন্সিগী ৱারী কয়া অমা থেংনজখিবশিং অদুনা লৌশিংগী মৈরা ওইবে। "করম তৌসিগে হায়না খল্লম্বা অমসুং ককঙাওনরবা পুন্সি অসিবু বাবা অমদি ইমাগী ৱাহে় কয়ানা মচা ওইবী ঐহাক্কী ৱাখল অসি চঙখোল্লবা মফম অমদা পুন্সিগী ওইগদবা অমদা থম্বীগে হায়না লিরকপা ৱাবী ওইখিবনা মতৌ করম্না ৱারীশিংসিবু খেৎতোক্কনি" হায়না ইবেমহলনা খনখিরম্মী। ইবেমহল নৈগদবদি অমখক্তনি নুংশিবীবদি অদুক্কী মতিক য়ামখ্রে। মসিনা মরম ওইদুনা মীওইবগী চৎনবী হায়বদু ওইখিবনা নুপী ওইবীশিংগী অৱাবা ওইরে হায়না খঞ্জরম্মী। অদুবু মাগী থম্মোয়দা খনখিবা ঙাক্তনি। মহাক্না ৱাখল কয়ামরুম খল্লুরবসু মমা অমসুং মপানা অরেপ্পা নৈতনা মচাবু মী ওইনবা থেম্বা লেপ্পা কৌবা নৈখিদে। মহাক্না খল্লিবা ৱাখল অদুবুদি মমা অমসুং মপাদা হায়দোকপা নৈখিদবনা মাগী পুক্নিংগী ৱাখল অদুবুদি খঙবা ঙমখিদে। মমানা অমুকসু হন্না হায়খিরম্মী - "ইবেম্মা নহাকপু ইমানা কল্লিঙৌ নপানা শুবা চৎপা ঙল্লিঙৌ মতম অসিদা নহাক্না অপাম্বা অমসুং শেৎনিং-চানিংবা খুদিংমক হায়হৌরো। ইমাগী ইবেম্মা মোইরাং থোইবী নবুং নৌপুৱা কনা নৈতে হায়দুনা নহাক্না হরাও কুম্মে য়াওদনা নৈখিবদু ইমানা উবা ফংই। ইচাগীদমক্তা নমা ঐনা মতম খিবিক্তা নুংঙাই য়াইফনবগীদমক্তা শেন্নগে হায়দুনা ঈশ্বরদা মতম খিবিক্তা প্রার্থনা তৌদুনা লৈরিবনি। নুপী ওইবীশিংসে মমা লোইনা ওইগদৌরিবনি, নুপা ওইবশিং অসিনা মপা হায়বদু ওইগদৌরিবনি। মীওইপোক্কী মপোক্তা নুপী অমসুং নুপা হায়বা খায়দোক্তুনা ঈশ্বরনা শিল্লক্তুনা মীপুম খুদীংমক্তা উবা ফংহনবীদুনা লৈরিবা অসিদা মমা ওইবীশিংনা মচাশিংদা

মথৌ মশক খণ্ডনা চৎলিবা মচা মশু অদুবু কয়াদা শিংথানদুনা থম্লরি। অমবোমদা মথৌ মশক খণ্ডদ্রবা মচা কয়া অমনা শিংথানদবগীদমক্তা মমা ওইবী কয়ানা কয়াদা ৱানা লৈখ্রবা। মথোং হুক্তবা কনাদা য়ুম পাল্লুরবদি ইবোইবা হৈতবা অমগা অহৈবা অমগা ঈরাকমিন্নদুনা কয়াদা ৱানা হিংখ্রবা। অদুবু মমা অমসুং মপা অদুনা নুংঙাইবমগদ্রা হায়না মচাবু ৱাহৈ ৱাঙাং কয়া অমা লিবিদুনা মচাবু থেমজখিবম্মী। মতম অদুদা ইবেমহলনা খুন্নক্লম্মী - "ইমা, ফরে ইমানা হায়বিবশিং অদু ঐহাক জ্ঞান লোইনা তারে। ঐগীদি কনা লৈবিবগে ইথক্তা য়েংই লৈতে ইখাদা য়েংই লৈরমদে অমরোমদা ইতোমতা পোকচবী ওইবগী হায়কববদি ঐহাক্কী লাইবক কয়াদা ফত্রবা। মীওইবনা হাযনৈ অমত্ত পোকপা মীওইশিংদি শেৎপা চাবা মনীং মখা তম্না শেৎলমগনি চাবমগনি অমবোমদা লাইবক থিবা নচা ঐদি ইমানা ফনা নুংঙাইনা থম্বীববসু ঐহাক্কী ওইনদি থম্মোয়দা ৱাদবা ঙমদে।" অমুকসু মখা হাযখিবম্মী - " ফবে ইমা নখোযদি অহল-লমন্না ৱাত্ত-পাদনা থন্নম্বনা ঐহাকপুদি নুংঙাইনা থম্বা ঙমহনবগীদমক্তা ঐহাক্লা কয়াগী মতিক ইমা অমসুং বাবাদগী মতম খিবিক্তা বাবা অমসুং ইমাগুম্ন ঐহাকসু ওইজগে। ইমা, অমত্তা পোকপা মবল মথুম লৈতবশিং অদুবু নুংঙাইবমগদ্রা মদুসু নুংঙাইবা চিংগদবা মদুদা ঐহাক্তি নুংঙাইবনি হাযনা লৌজবা ঙম্লোই। অমবোমদদি মহাক্লা ঐহাক্তগী হেন্না নুংঙাইনা লৈবা উবা ফংই। মতৌ কবম্না উবিবগে হাযবদুদি মহাক্কী মমা-মপানা মচাবু শেৎপা-চাবা নীংবা থুংখিবোই হায়দুনা অফংবা থবক ইনখাং শুদুনা মচাবু মীমান্নবা ঙম্নবগীদমক্তা হোৎনবা অদুবু ঐহাক্লা কল্লক্তবা ঙমদে। মদুনা মবম ওইদুনা অমত্তা পোকপা মীওইগীদমক্তা মীপুম খুদিংমক্তা নুংঙাইনা লৈবা উবিবা হাযবসে বাবাগা ইমাগনা মচাবু থাগৎপীবা হাযবা ৱাহৈ অসে মতম খিবিক্তা নচানা পামজখিদে" হাযদুনা ইবেমহলনা মমাদা মহাক্কী পামদবা ৱাবীশিং অদুবু লীথোকচখিবম্মী। মমানা মচাগী ৱাবীশিং অদুবু তাবদা মহাক্লা লিখিবা ৱাবীশিং অসিবুদি য়াম্না লায়না খন্দোকপিখ্রে হাযনা খনখ্রে। মহাক্লা মচানুপী অদুদা অবোইবা ওইনা হায়খিবম্মী - "ইবেম্মা ঐহাক্লা খনবগা নহাক্লা খনবগা অনী অসে ওম্ব্লোক্লা খেন্নখ্রে, ইনাক কৈবাক খুনবা ইমুং অমগী শাগৈগী মৌ ওইযু হাযববু নহাক্লা অদুক্কী মতিক শাওনিংখ্রবা মাল্লে। ফবে, ঈশ্বরনা তন্নম্বা লাইবক অমদা থুংলুববা হায়বদুনি হায়না ইমা খন্দোক্লগে।" মচানা খুমজবকখি - "ইমানা পোকচববসু ইমাগী ৱাখল চেল্লু হাযবদু যাদে। মীওইপোক্কী মপোক্তা লাযব-ইনাকখুনবা খায়দোকপগুম্না পুক্লিং লৌশিং অমসুং শক-চু তিন্নদে। (ইবেমহলনা

মমাদা মুন্না য়েংলদুনা) ইমা ঐগী লাইবক্তা লায়ববা ইবোয়াইমগী মফমদা পুক্নিগী লোয়নবী ওইয়ু তমম্রে। ইমাগী ৱাখল অমসুং বাবাগী ৱাখল কয়ামরুম অসিনা ঐহাক্কী অউনপোৎ ওইনা পুদুনা চৎচগে” হায়না মপা অমসুং মমাদা বব নিজখি। মমা মপানা মচাগী নুংশিরবা ৱাহৈশিং অদুবু তাবদা হায়খ্রে - “ইমাগী ইবেম্মা ইচাদি থম্মোয় শেংবীনি পুকচেল চাওবীনি ইচাগী অনীংবা অপাম্বদা ইমানা অমত্তা থিংখ্রবোই।” মতৌ অসুম তৌদুনা ইবেমহল ইবোয়াইমদা শাগেগী মৌগী শিংদা চলহনখি।

-------

# হিংমিন্নবা

বিরনজয় অমদি চন্দ্রা ঈশ্বরনা মপোক

অসিমগী কায়নৌ হায়না তন্নন্নবা মাঙ্গে মখোয় অনী মপুন্সিগী থা অমা অনীদং নুংশি-লৈপুল শেন্নন্নগা চন্দ্রাগী মমা-মপানা চন্দ্রাবু বিরনজয়গী মনাক্তগী শেংতুনা পুখিরম্মী। মমাগী মথাদগী মচা শেংনবগুম বিরনজয় চন্দ্রাগা শেংন-কায়নবা হায়বদু ওইখিরম্মী। মঙদা ফাওবা থোকহৈদবা থৌদোক্তু তাইবংদা বিরনজয়গী পুন্সিদা থোক্লরে। কায়রবা থম্মোয়না চোয়না তারবা ব্রাখল কয়ানা লৈতেংলদুনা হায়ফম তৌফম খঙদনা অঙাওবা অমগুম মতোম্নতা মচিং খুদিং মুরুম-মুরুম শোন্দুনা লৈরম্মী। ঙসিদি বিরনজয় ঈশ্বরবু ব্রারৌবা হৌরক্লে। পেন্দবা অমগা লোয়ননা "হে ঈশ্বর ঐহাকপু করিগী অসুক য়াম্না ব্রাহন্নিবনো ? ঐহাক্তি তাইবং মীনি ঐহাক্কী পুন্সিবু ইতোমতা শেমজবা ঙন্নন্নবদি ঈশ্বরগী মফমদা অব্রাবা কয়াসে হংলগ্নোই, ব্রারৌদবা ঙমদে ঙসিসু ঈশ্বরবু।" মহাক্কী ব্রারবা থম্মোয় অদুবু কনানসু উবা ঙমখিদে। মতোম্নতা শোঙ্গখি "হে ঈশ্বর, অমম-অঙান উহনবীরিবা ঈশ্বর নহাক্লা তাইবং মীওইববু মতৌ করম্না থম্বীরম্নিবনো হায়বসু ঐহাক হংদবা ঙম্নোই। ঐহাকপু পোকপা ইপানা ঈশ্বর মহাকপু নীংলবদি অব্রা-অনা খুদিংমকপা কাউথোকপা ঙমহন্নি হায়না ব্রারি লৌবিখি। করিগীনো ঙসিদি ঐহাক্কী ইফমদা মীপুম খুদীংমক্লা নুংশিবগী ঈরিক অমত্তসু য়াওহনবীদ্রিবা" হায়দুনা মতোমতা মতম লৈবা খিবিক্তা ব্রারৌবনা থন্দুনা লৈখি। মতম্না ঙাইবীয়ু য়াখিদে, য়াখিদবগী মতিক থোক্লা চহিসু হাপকংখিরমই। নৌহৌনবা ব্রাখল অমগা লোযননা লমজিং লমতাকপীনবা মীওই কয়া অমা থেংনদুনা মহাকপু মী-ওইনবা ব্রারী কয়া অমা শাখিরম্মী। বিরনজয় শিবা ঙমদ্রবা পুন্সি অমা ওইখিবনা হিংনবগী লাফমদা খোঙ থাংজিনবা হৌখ্রে। মহাক্কী মরুপ চান্দ অমদি বিরেন মখোয় অনীনা বিরনজয়দা ব্রারী ঙীনবগীদমক্তা মখোয়গী ময়ুমদা লাক্তুনা মহাকপু মখোয়গী ময়ুমদগী কৌথোকখিরমই। বিরনজয়না মাগী মরুপশিংদা হায়রকই "মরুপ নখোয়না চাওখৎ-থৌরাংগী হোৎননবগীদমক্তা ঐহাকপু হৌরকপসিদা কয়াগী মতিক হরাওখ্রে। অসিদসু নত্তনা শিবু শিবশিরা হাযনা খন্দুনা লৈজরকপা ফাওবা য়াওখ্রবনি হৌজিকসু নীংশিংবা ফাওবা য়াওরকই। ঙসিগী সমাজগী হিংনবগী লানফম অসিদা ঐহাকসু য়াওজবা ঙমহনবীনবগীদমক্তা মরুপ নখোয় অনীগী মরক্তা ঐহাকপুসু ইলহন্নবগীদমক্তা হায়বীরকপা অসিবু ঐহাক্লা মীৎনা উবা ঈশ্বরবু

থাজবগী মতিক থোক্লা থম্বা অদুম্না খঙ্গরিবনি।" চান্দনা হায়খিরম্মী মহাক্কী মরুপ বিরনজয়দা "মরুপ নহাক্ল অসুক থাগৎলিবা করিগীনো হায়না ঐহাক্লা নঙোন্দা হৎনিংই। ঐখোয়দি নহাকপু অশেংবা মরুপনি খঙ্গদুনা ৱাখল লৌশিং থোক্লনবা অদুক ৱারী শাজবনি। নহাক্কী থোকখিবা থৌদোকশিংদু খঙথ্রবা ঙাক্তনি। মদু খঙলবা মতুংদা নহাক ঐহাক্কী মরক্তা খেন্নবা লৈখিবনা ঐহাক্লা নহাকপু ৱারী লিজবগী ৱানি। মসিদা নহাক্লা ঐহাকপু অদুক্কী মতিক থাগৎলকপসু ঐহাক হরাওবা ওইদে। মরুপ ঐহাক্লা পান্নিবদি মী অমগা মী অমগা লিংজেল খোয়জেল তিন্নবা অমসুং নুংশিনা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবদুনি। অমরোমদা পৃথিবীদা ফাওববা অঙম অথৌনচিংবা লময়ানবা মীওই কয়ানা লমতাকপীদুনা ঙসিগী সমাজদা ইমা অমত্তগী মচানি ইপা অমত্তগী মচানি জাতিগী য়ুম্বী অমত্তনি হায়বগী খোল্লাও অমা মতম চুপ্পদা নিংশিংহল্লি। হায়রিবা খোল্লাও অসিনা মীকপ মীরাওখোনতনা থল্লবা মালেমসিদা নুপী-নুপা হায়রিবা অনীসিনা সংসারবু অরেপ্পা লৈতনা ইমুং অমত্তদা পুনসিন্নবগীদমক্তা চাওখৎ-থৌরাং হায়রিবা শিনফম অসিনা য়ুম্বান অমা ওইনবগীদমক্তা হিংনবগী লানফম অমদা য়াওজবা ঙন্নিবনি। মতম খিবিক্তা নুপা অমা ওইনা পোক্লবদি শাফম-লানফম খুদিংমক লানথোংনবা য়াওজবা ঙম্নবগীদমক্তা ঐখোয় ঐখোয়না মতম খিবিক্তা নীংশিংবনা নুপা ঐখোয়গীদি লন্নি। মসিবু যাওবা ঙমজরবদি মীপুম খুদিংমক্লা থাজবগী য়ুম্ফমদা অদুম্মক ভক্তিগা লোয়ননা থাগৎ ৱাহৈশিং অদু লাক্কনি। মদুনি ঐখোযনা নীংজবা মহৈ হাযবদু।" "ঙসিগী ঐখোয় মরুপকী ৱারীশিংসি তাবদা অদুক্কী মতিক পুক্লিং লৌশিং য়াম্না হাপখ্রেদা। ঐহাক যাম্না শাওগনবা মীওই অমা ওই, অদুবু মরুপকী ৱাহৈশিং তাবদা শঙ্গোমগা চুহিগা নপ্পবদৌনা ঐহাক্কী ৱাখল অসিসু মমি তাখি।"

মহাক্কী মরুপ চান্দ অমসুং বিবেন মখোয অনীবু অদুক্কী মতিক থাগৎচখিরম্মী। নৌনা নুপী কায়নবগী ৱাখলনা চোযজাইননা লৈরম্লবা বিরনজয় ঙসিদি মীৎকপ থোক্লরে। মহাক পল্লেন বাজাবদা দুকান মচা অমা ফন্বা হৌজখি। দুকান অসিনা মহাক্কী তুমিন তুমিন লৈরম্বা অদুবু কোকহন্দুনা মঙাল পীবা হৌবক্লম্মী। মহাক্লা নুপী অঙাং অমতদসু মিৎয়েং কারন চল্লমদে। মতমনা অসুম অসুম পুবক্তুনা চাওখৎ-থৌরাংদা মহাকসু যাওজবা হৌরক্লম্মী। মহাক্লা পীক্লবা শিনফম অমসুং পৈশাদগী পীক্লা হৌগৎতুনা অপিকপা নুপা মঙা তরানা লমজিং ওইদুনা সোসাইতি অমা লিংবা হৌরক্লম্মী। লান্দবা মীওই অদুদি ঈশ্বরনা অদুম্মক পীবী হায়বসি থাজদবা ঙমদে। মসিনা তাকপদি মহাক য়াম্না অৱাবা থেংনরক্লবা

মীওই অমনি। মহাক্না কনা অমত্তগী মফমদা অশাওবা চিংনবা থমখিদবনা খঙহৌদনা চাওখৎ-থৌরাংদা মায় পাকপা হৌরকখি। এসোসিএসন অসিগী মখাদা মীয়াম্না য়ানবা চৎপা ঙমজবগীদমক্তা ফংজরকপা মহৈনা বিরনজয় পল্লেন বজারদা নুংঙাইবা মীওই অমা ওইবা ফংজরকখি। মতম্নঙাইবীয়ু হায়বা য়ারক্লবদা মহাক নুপী নহাদা ব্না ঙাংবা হায়নিংবা হৌরক্লম্মী। মীওইবগী মপোক্তি হন্দক্লা লোইবে হায়না খলহৈদবা ব্নাখলবু খঙহৌদনা মহাক নুপা ওইবগী লানফমদা অমুকসু চৎপদা তারে। নোংমা সোসাইতিগী মীওই খরনা কল্লক-কমজাও হুল্লকপদগী লন-থুম মাংবা য়াবা ব্নাহে কয়াগা লোয়ননা বিরনজয়বু অরানবা লম্বীদা পুশিন্দুনা ব্নারী শান্নবা হৌখ্রে। বিরনজয়না মহাক্কী নুপী অঙাং লৈতবসিদা থাজদবা অমদি উশিংতবা তৌরব্রা হায়বা ব্নাফমসিদা মহাক্কী মরুপতা ব্নারী তৌজখি। মীপুম খুদিংমক নুংঙাইনবগীদমক্তা চেঞ্জখিবশিংদু মহাক্লা ব্নাখল মুন্না খল্লবা মতুংদা মহাক্কী নুংঙাই-য়াইফবা অমসুং প্রজাগী খুদোংচাবা পুরক্লবগীদমক্তা চাকা মরি পানবা অমা লোইবদুনা মীয়াম অসিবু পেলহনবা ঙম্নবগীদমক্তা তৌবগে হায়না খনখি। অহল লমনগী য়াথং ইঞ্জদুনা মহাক্ল সোসাইতি অসিবু হেন্না চাওখৎনবা খোঙজং চংশিনবা হৌখিরম্মী।

বিরনজয়গী অশেংবা অরুবা উবদা, থম্মোয় শেংনা থবক অসি পায়খৎলকপদা মীয়াম্না নুংশিখিরম্মী। মীপুম খুদিংমক্লসু মহাক্কী থবক অসি করিনো হায়দুনা হংগৎতুনা থিজিন হুমজিন তৌনখিরম্মী। মহাক্লা মীয়ামদা হংগৎচদুনা হায়জখি "ঐহাক্লা নুংশিজরবা লমদমসিগী কোনবীরিবা ইবুধৌ সেকমাই নিংথৌ অমদি ইবুধৌ নোংপোক নিংথৌ অনীগী মরক্তা লৈবাং লৈশাৎ তমজদুনা হিংজরিবা ঐহাক্কী পুন্সিনা খুবাক চাংজৌ তরাগা লোয়ননা মীয়ামবু ইকায় খুম্নবা উৎচরি। ইরমদম অসিদা ঐহাক্লা এসোসিএসন সোসাইতি অসিবু লিংজবা ঙল্লিবসিনা মীয়ামগী সেবা তৌবা শকচগেকো" হায়না মীয়ামদা ভক্তি তৌজখিরম্মী। অরেপ্পা লৈতনা চাওখৎ-থৌরাংগীদমক চাবা থকপা ফাওবা খঙদবমখৈ ফিজেৎ শেৎপা ফাওবা ফজে নত্রগা থি হায়বা ফাওবা খন্দবমখৈ মীয়ামগী পোস্থাশঙ অদুগী মনুংদা নোংমতসু পোখাজবা ফংজবা ঙমজগে হায়দুনা হিংনবগী লানফমদা থব্নায় ফাওবা কখোকপা পামুদনা হোৎনজখি। নুংশিরবা মণিপুরগী ইতিহাসকী মনুংদা চন্দুনা লৈরিবা শিন্দমশঙ অসিবু ঐখোয় খুদীংমক্লা হিংনবগী লানফম ওইহনবা হায়বসে থক কাওদনবা বিরনজয়না মীয়ামদ. লাউথোকচদুনা চেঞ্জখিরম্মী। মহাক্লা শিন্দম শঙদা চঙজদুনা লমজিং অমা পীবিদুনা

লমতাকপা অমা ওইখিরম্মী। খঙহৌদে প্রকৃতিগী খুৎশেমগী লাইরেম্বীনা অমম-অঙান নাইহনবীবগুম্না ঐহাক্কী থম্মোয়দসু পোকপা অমসুং শিবা নাইহনবীরিবা ঈশ্বরদুবুসু মখোয় অনীসিদগী কনানা চাউবনো কনানা পীকপনো হায়না হংলি। থম্মোয়গী কাচিন্দা কনা খঙদা কনা উদবা মফমদা লোন্না থুপ্না লৈদুনা তাইবং মাবু পোকপা অমসুং শিবা নাইহনবিরিবা মহাক অদুবু কনাসু নৎলমদে। ঙসিদি হায়রক্লে বিরনজয়দা -- বিরনজয় নহাক্কী হকচাং পোলাং অসিদনি ঐহাক্ক নহাক্কী অফ-ফত্ত খুদিংমক য়েংশিন্দুনা লৈরিবনি। ঐহাক্কী লৈফম্না নহাক্কী থবাক্কী অকুৎপা মীহুন মঙাগা লোয়ননা ফমদুনা লৈবিবা ঐহাক্কী ইমিংনা ব্রহ্মা কৌই। মতমগী শায়োনগী মতুংইন্না ঐহাক্কী লৈফমদি হকচাংগী কাচিন কোয়া থুংনা লৈ। মীওইবগী কোক অসিগীদা য়াওবিবা থোপ অদুদা ফমদুনা লৈরিবা মহাক অদুগী মমীংনা বিষ্ণু কৌই। খোয়দৌদা ফমদুনা লৈরিবা অসিনা মহেশ্বর কৌই। তাইবংগী লোনচত্তা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অসিনা মীওইবগী সংসার অসিদা লিলা ওইনা শান্নহল্লি। জগৎকী মপু ওইরিবা কৃষ্ণ মহাক অদু মশক-মমীং ফাওবদা উবা ফংবা ঙম্বা নত্তেকো। নহাক্না চুম্না ফজনা চৎপা ঙন্নবদি হিরম খুদিংমক্তা ঙাকপীনবগীদমক্তা নহাক্কী থম্মোয়গী পোম্থাশঙ অদুদা ঈশানা মতম খুদিংমক্তা থব্বায়বু অব্বা-নুংঙাই পুন্সিদা লমজিংবীরবদি মী অমা ওইনা পোকপগী অব্বাবা কোকপীবনি। নহাক শিন্দমশঙদা অব্বা নুংঙাই শরুক য়ামিন্নদুনা মীয়াম্বু চিংশিনবীয়ু লাইবক ফবা বিরনজয। নহাক্কী চহিসিনা শকক অহুম থোক্লা য়েন্নদুনা লৈববা মতম অদুদা শরুক অমদি নহাক্না লানখিবা  শকক অদুগী ব্বাবা তাই। বিবনজয়, অব্বাবা লোইরক্লবা মতম অদুদা নহাক্কী নুংঙাইবগী শকক লাকখিগনি। নিংহন্নবা লৈতনা চেনবা ওইবগদি। শ্রী কৃষ্ণ ভগবান মহাক্না তাইবংদা ব্বারী শান্নবগুম্না বিবনজয়গী মংলান্দা ব্বারীশিংসি শান্নখিরম্মী। বিরনজয় খঙহৌদনা মীৎকপ থোক্লকপদা শ্রী কৃষ্ণ ভগবান মহাকপু মনাক্তা লৈরব্রা হায়না খন্দুনা কাচিন কোয়াদা কোয়থি থিদুনা চৎখিবম্মী। খংগ্রেৎ খংবা অমুকসু হেক্তা য়াওরকপদু মহাক মীৎকপ থোক্লবা ফাওবদা অদুমক লৈখিরম্মী। বিরনজয় ঈশ্বর মহাকপু থিবা খঙলক্লবদা মমীৎ অনীদগী পীরাং শিন্থদুনা তেংথাদুনা হায়রক্লম্মী - "হে ঈশ্বর ঐহাক্কী লাইবক্তা করি ওইনা তশ্বীবিগে ঐহাকপু শেম্বী শাবীরিবা মহাক অদুনদি খঙলমগনিদা ঐগী পুন্সি অসি পোকপদগী ঙসি ফাওবদা নুংঙাইফম খঙদনা লেন্দুনা লাক্লবা ঐহাকনিকো। করম্বা নোংদমখোন্না ব্বায়েন বিচার তৌবীদুনা অরানবা খিবিকপু ঙাকপীনবগীদমক্তা লৈবিদ্রবরা?" কপ্পমখৈ কপ্পুরবা মতুংদা মতোম্নতা জ্ঞান

তারক্লুনা "ঐহাক অসি ইথৌ তৌরিবা নুপা অমনিকো। ঐহাক মীয়াম্না করি হায়নরমগনি" হায়নসু খঞ্জখি।

মহাক সোসাইতি অদুগী অৱাৎ অপা খুদিংমক য়েংশিন্দুনা চেনবা অমুকসু হৌরকখি। মীয়ামগীদমক হোৎনবনা মখৌদাং ওইনা চেঞ্জখিবা অসিনা মরম ওইদুনা মীয়ামগী কৃপাদগী ঙসিগী সমাজনা মহাক মীশক খঙবা মীলই অমা ওইজবা ফংখিবনি। য়াম্না ইংবা-তপ্পা নুপামচা অমা ওইনা নুপী নহা থিগ্রিবা মতম অদুদা তানবা য়াবা পৈশা কয়া মরম চানা তানবা হৌখিরম্মী। মহাক্কী পুকচেল খোয়জেল ফজবা নোংম নোংমগী হেনগৎলক্লুনা মীয়াম্না থাজবা মীশক ওইরক্লুনা মঙোন্দা শেল থুম শিন্নদুনা চাওখৎপগী লম্বীদা পুরক্লবগীদমক্তা শিম্বীরে। মহাক্না মুন্না ব্রাখল তৌরবা মতুংদা মহাক্কী নিংশিংলকপা অমগা লোয়ননা মমাংদা অহল-লমন্না হায়খিবা ব্রাহৈদু "বিরনজয় চাকা মরি পানবা গাড়ী অমা লোইয়ুকো" হায়বদু মহাক নিংশিংলক্লে। বিরনজয়গী থৌনা অমদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানগা লোয়ননা মাগী ব্রাখলদা চৎমিন্নরে হায়না খল্লগা কালিমাই মহাকপু মরুপ অমা ওইনা লৈমিন্নবগীদমক্তা পুরক্লম্মী। গাড়ী অসিগী মমীংনা শান্তিপুর লৈবাক বস সোনি হায়না কৌই। মহাক্কী নুংশিরবা বোদি অসিনা প্রজা মীয়াম্সু নুংঙাই য়াইফবা পুরক্লনি হায়না খন্দুনা মহাকপু লাৎপা হৌগ্রে। বিরনজয়না ঈশ্বরবু অদুক্কী মতিক নীংজবগী মতিক খোক্লা ঈশ্বরনসু চানবীদুনা প্রজাগী অৱা অনা কয়ামরুম ঙাকপীদুনা ইমা ইবেন লাই গুরুশিংগী তুংনফম তিনফম ওইরিবা কৈথেল হায়রিবা লমদম অদুদা থৱায়গী হিংনবগী পোৎথা শঙ কয়ানা লৈতেং ওইরদুনা হিংহনবীরিবা শঙলেন কয়াদুদা মায়কৈ খুদিংমক্কী প্রজাশিংবু জাতি খেন্নবগী ব্রাখল লৈহন্দনা য়ৌহনবীখি। বিরনজয়গী লমজিং লমতাক ফজবা অদুনা মীয়াম্সুসু নুংঙাইবা পোকহল্লম্মী। অসিগুম্বা মহাক্কী লাইবক চুন্নক্লবা মতম অসিদা মপা য়ুমজাওনা মঙোন্দা হায়রকখি - "বিরনজয়, মীয়ামগী থবক তৌবা হায়বসি য়াম্না চেকশিন খোয়জিন্না থবকশিংদু তৌশিল্লু। মীওইবা হায়বসে শক-চু তিন্নদবগুম্না ব্রাখলসু খক তিন্নরোই। মমা অমগী মচা মঙা পোক্লবা ইমুং অমগী মীওইশিংসু মশক অমত্তসু তিন্নদে। অমরোমদা মীংগৌ-থাগৌসু মান্নদে। নুপা ওইবশিংনা অতোপ্পা শাগৈগী মীওই কয়া অমা পুশিল্লক্লুনা ইমুং অমা ওইনা শাগৎনরি। নিংঙোল ওইবী কয়াসু অতোপ্পা শাগৈদা চৎখিদুনা অসিগুম্বা ইমুং অমা অমসু শাগৎনখি। অমগা অমগা শকখঙনবা হায়বদু করিসু লৈবা নত্তে। ঙসিগী সমাজ অসিদা নুংশি-চান্নবা লৈবা মীওইশিং অদুদী পোকমিন্নবা অমসুং পোকমিন্নদবা থিদনা মখোয়শিংদুগী

থম্মোয়দুবু ফজবা ইমুং অমগী মেম্বরশিংনি হায়বদা অকায়বা লৈরোই। মসিনা মরম ওইদুনা ইপাদি থব্রায় ব্রাজশ্রেদা বিরনজয় অমুকসু হন্না হায়রিবসিনি মীওইবা হায়বসে অমগা অমগা মান্নদবগুম্না হিংনবগী লানফমদা অচুম্বা চৎচবা মখোয়বুসু লান্না লমজিংদুনা পুশ্রবদি থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাং অমগুম্না শাথিবনিকো। অদুননি ইপানা নঙোন্দা হায়জবদি নহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা হৌখিবা ব্রারীশিংদু মান্নবা য়াওবা মীওইনা, মান্নদবা য়াওরিবা মীওইশিংদুনা নহাকপু লান্না পুশিন্দুনা খনবীদুনা থম্বীরক্কনি। মতম অদুদা নহাক্কী ব্রাখল অদু ফাজিনবা ঙমদদুনা নাম্থোকপ্রবদি নহাক্না শেমজরিবা ব্রাখলগী চর্‌াশিংসি অরেম্বদা লৈকংলা ওইখিদুনা নশা ফাওবদা হিংবগী মহাও য়াওরক্লোই। মতম অদুদা ইকায়বা অমসুং লংজবা নত্তনা করি অমত্তা ফংলোই মসিনি ইপানা হায়গদবা।" বিরনজয় মপাগী ব্রারীশিংদু তারবা মতুংদা খনখিরম্মী "ঐহাকপু করি থোক্লগবা" হায়না থব্রায় ব্রাবা হৌরক্লম্মী। মহাক্না অমুকসু খনবা হৌরক্লম্মী "ঐহাক্কী ইমুংদা ঈশ্বরনা নুংঙাই-য়াইফবা পুবক্কনি হায়না তাকপীখিবদু নীংশিংবা ফাওরক্লে। ফরে, মসি খুদিংমকপা অমগা অমগা নুংশিনবা হায়বসে ঐগীদি খ্বাইগী ইথৌনি। মসি খুদিংমকপা অসিবু পুক্লিংদা ব্রাশকপা অমগা লোয়ননা বিরনজয় ঐহাক্কী অনীংবসে থুংদ্রিবা ফাওবদি চেনখিগনি। অসিদসু নত্তনা নুপী অঙাংবুসু থিদুনা ঐহাক য়ুমলেপ চারসু থম্বা হায়না খনবা হৌরক্লে। ব্রাখলসি খন্দুনা লৈবা য়ারক্লে, মহাক্কী সোসাইতিনা নোংমা নোংমগী চাওখৎলকপগী মতুংইন্না মথৌ অসুম অসুম চিনশিল্লকখিরম্মী। মীওইবদা শেংপা অমসুং চাবা অসিদা মীওই খরদি সেবা লৈতবা খক য়াখিরমদে। অদুনা নুপী অমসুং নুপা হায়বদু দরকাব ওইরকখিরম্মী। মহাক্কী সোসাইতিগী ওফিস মনুংদা মীটিং তৌদুনা লৈরিঙৈ মতম অদুদা চীংমী নিংঙোল অমা লাক্লুনা হংলম্মী "ইবুং ঙসিসি করি তৌরিব্রা মীসু য়াম্না তিনবা উই অদুগা করিগুম্বা মতমদা মীসু ব্রাৎতনা লৈরম্মী। মসিশিংসিবু করি ওইব্রা ?" মতম অদুদা বিরনজয়না হায়রম্মী "ইচল নঙবু ইথক থক্লা ইপাই পাইনা উব্রেদা অদুগা ঐখোয়সিগীসি সোসাইতি অমগী ওফিসনি। ঙসিসি থাগী ওইবা মীটিং তৌরিবনি।" চীংমী নিঙোল অদুনা হায়রম্মী "ইবুং করি থবক্লা ঐখোয়সু য়াওবা য়াব্রা ? সোসাইতি হায়বা অসিবু থবক খুদিংমক মান্নব্রা মাগী মাগী হৈজবা খুদিংমক তৌবা য়াব্রা ?" বিরনজয়না ফজনা জ্ঞান তানা হায়রকখিরম্মী "ইচল খুদিংমকপদা য়াদবা খক লৈতে। মীপুম খুদিংমক মতম্ব অরেম্বদা মাংহন্দুনা লৈতনবগীদমক্তা ঐখোয়বু লমতাকপীনবগীদমক্তা লৈজবা এসোসিএসন সোসাইতিনি। বিরনজয়না জ্ঞান তাহল্লবা মতুংদা হায়রম্মী

"কবিগীনো অসুক মুন্না হংলিবা অদুগা নহাক্কী মায়থোংদা অৱাবগী মমি লৈবসু উবে। নহাকপু য়ুম-কৈ পাল্লব্রা পান্দ্রিবা হায়বদুসু ঐহাক্কা খঙনিংই। নমীংনা কবি কৌই। অদুগা নহাক্কী লৈফমনা কদাইদগীনো ? নহাক্কা য়াম্না থৱায় ৱানা ইকাযবা অমসুং অকিবা লৈতনা ওফিস মনুংদা চঙলকপগী মবম কবিগীনো ? মসিসু অঙকপনি, ইচল নঙগী ৱাবীশিংদু ঐহাক যাম্না তানিংই।" চীংমী নিঙোল অদুনা ৱাবী লীবা হৌবকখিবস্মী - "নুংশিজববা ইবুং ঐহাক অৱাবনা লোযবক্কবা মতম অদুদা শিগনি হায়বা খঙদবমখৈ লাকখিবনি। ইবুং ঐহাক মী লৈ নত্রগা লৈতে হাযবদু খঙদবমখৈ চঙলকখিবনি। লাইবক ফর্বাদি মী ওইবগী হিংননবা শিন্দম শঙ ওইবল্লবা অসিদা ঐহাক কযাগী মতিক চাওথোকচবা, ইবুংবু থেংনজবম্বা অসিনা ঐগী খ্বাইদগী লাইবক ফবা হাযবদু ওইবে। নুংশিবীদুনা ঐহাক্কী থবায অসিবু কনবীনবগীদমক্তা হাযজবি। ঐহাক্কী মীংনা মথা কৌই, লৈফমনা লোকচাও, ঐহাক য়ুম পাল্লবি নুপী অমনি। বিবনজযনা মবক থংনা হাযবর্কখিবমই "নহাক্কী ইমা-বাবা লৈবিব্রা অদুগা নহাক্কী নুপানা কবি তৌবি? বাবা অমদি ইমাদি লৈবিব্র ?"
"বাবা অমদি ইমা কনা অমত্তা লৈখিদ্রে। লাইবক থিবদি ঐহাক্কী শাগে-নাতৈ অমসুং ঐহাকপু কোর্নাশিশ্বানবসু লৈতে। ঐহাক্কা য়ুম পাল্লুবিবা নুপা অসি জাতি তিন্নবসু ওইদে। অদুনা মবম ওইদুনা ঐহাক্কী খোঙগুন মুংখিবনি ঐহাক্কা মতম অমদা নুংশিবগী ঈথক-ইবাওখোল মবক্তা লৈবিঙৈ মতমদুদা ঐবু যাম্না লুনা-চান্না পুক্নিগী শিবা ফাওবদা ইন্নবক্কদবনি হাযনা পামজবকখিবা ইপুবোইবনি। অদুগা অহানবদা ইচানুপী অমা অনীশুবদা ইচানুপা অমা ফংজখি। মতম অদুদা ঐহাক্কী ইজাতিবু নিংশিংলবসু মহাক্তবু ঐগী ঈশ্বরবর্মাক্ক খঞ্জদুনা লৈজখি। অদুবু ঙাসিদি অপাইবা তেলঙ্গাগী মতৌগুম্না লংলো যাওদবা মীওই ওইহল্লবে।" মথানা বিবনজদা মহাক্কী জাতিমক্কী মবুংমকনি খন্দুনা ৱাবীশিংসে লীথোকচর্বনি। বিবনজযনা অমুকসু মথাদা হংলকখি "নচা অমদি নঙগী নুপা লৈববা নহাক্কা কবিগীদমক্তা অদুক নুংঙাইতবা থস্মোয শোকলিবগী মবম শেংনা অমত্রা চিংগদনা লীযু। নবুং ঐহাক্তি চীংমীতম্মী ঐহাক্কা ইফমর্দাদ খেন্নবা লৈতে।" মথানা পেনমনগ্রদুনা মহাক্কী থস্মোযগী কাচিন কোযাদা লৈবিবা বাবীশিংদু তমথোকখিবস্মী। "ইবুং ঐহাক্কী নুপা অসি মমাংথক্তা যাম্না ফবমই। মহাক্কখাবক মতমদুদা থবক যাম্না শুবমই। নোংমতা পোখাবা কবিসু যাওখিদে। লাইবক থির্বাদি মহাক্কী ইমুংবু ৱাত্ত-পাদ হাযবসু ওইদে। নোংমগী খুংশুমল ফংদুনা চাজবা অর্মনি। লৌজা-শিংজাসু তানশিনবগী শক্তিসু লৈখিদে। নোংম নোংমগী পৈশা তান্দে

হায়দুনা খংনবা হৌরক্লে। পোকচবা ইচা ফাওবদা মনীং থুংহনবা ঙম্লক্তরে। চীংমী ঐখোয়গীদি নুপা-নুপী খাক্তবমখৈ চীংলৌ য়াম্দুনা নোংমগী য়োনবা য়াবা পোংশক কয়া অমা পুরক্লগা মণিপুর লৈবাক ইমা লাইরেম্বীগী মফমদা নোংমগী শিল্পানা শেম্লোক লম্বী ওইজরগা হিংলকপা নচলনি। অসিদা অপেনবা লৈত্রবা মাল্লে মহাক্লা শা-ঙাগুম্না ঐহাকপু হিংবগী মহাও ফাওবদা য়াওদমখৈ মীৎয়েং অমগা লোয়ননা চম্খরকখি। অসিবু ইবুং নুপা খুদিংমক অসুম হায়না তৌরবদি পৃথিবীদা হিংলিবা নুপীশিংবু কমদৌনা থমম্লগদ্রা মসিদা ঐহাক ৱারৌদবা ঙমদে।” বিরনজয়না মহাক্কীসু চীংমী নিঙোল মচলদুদা ৱারী লীরকই “ইচল নহাক্তি অমরোমদা লাইবক য়াম্না ফবনি। নহাক্কী নপুরোইবা অদুসু তেক্ত কায়দনা লৈবা ফংলিবনি নুপী ওইবা নখোয়দি লৈদৌনা থোংচবীনি। অপাম্বদা উরুবা পোংশক থেংনরুর্বদি লৈবিদ্রিফাওবা ওইনজবা নুপীশিংনি। অদুম্নদি ওইরগা নুপী-নুপা খেন্নবা অনীগী কয়াংতা লৈরিবা ঈচেল অসিবু খঙবা ঙমদ্রবা নুপী কয়া য়াওদবা নত্তে, য়াওখিরম্মী। অদুবু ইচল নহাক্কী নফমদদি হায়রিবা চংনরিবা মবম অসিদা করি অমত্তসু য়াওদবগুম তৌই। ইচল ৱারৌবীরোই চীংমী তম্মী অনীগী মবক্তা চেল্লীবা ঈচেল অসিবু চিংনরুগনু। ঐহাক হৌজিকমক মীপুম খুদিংমক্তা নুংঙাইতবা ৱারীশিংসি লীথোক্লুনা তুংগী পুন্সিদা নুপীবু মমল য়াওনা খম্বুবগীদমক্তা মতেং পীনিংঙ্গেদা। বিরনজয়গী ৱাফর্মসি তাবদা র্মথানা মহাক্কী মপুবোইবগী ফংত্রবা লীচং-শাজং অদুবু চুমথোক্লে হাযনা চপ য়ুংনা খন্দুনা লৈম্রে। র্মথানা পেনমনম্লদুনা অসুম্না খনখিরম্মী ঈশ্বর হাযবসি মপু অমত্তনি হায়না। জাতি-বিজাতি অনীগী মরক্তা চেম্পুরক্লিবা ঈচেল কয়াসি অমত্তা ওইনা তিনমিন্নদুনা পৃথিবী অসিদা হিংমিন্নদুনা লৈরমবোই। নুংশিরবা চীংমী তম্মী অনীগী ঈচেল অমত্তনি হায়বগী ৱাখলদুনা র্মথানা বিরনজয়বু মহাক্কী হেক পোকমিন্নবা মবুং অমগুম্না খনখিরম্মী। অমরোমদা ঈশ্বরবু, মীপুম খুদিংবুসু অকাউবা লৈতনা প্র্াথনা তৌজখি। মপুরোইবনা থম্মোয়গী খোইমোম লাইরেম্বী ইমা মহাক্কী য়ুবু থকপা হেনখিবদগী মহাক্কী নুপী অঙাং হায়বা ফাওবদা খঙবা ঙমশিল্লক্তদুনা সংসারগী হায়রোই-ঙাংলোইদবা ৱাহৈ কয়ানা চুমথাংগী মতৌগুম্না খলহন্দুনা মীরক্তা অঙাওবগী শক্তম থোকহনখিরম্মী। মপুং মরেপ ফারবা উপাল-ৱাপাল কয়াগা লোয়ননা ঐহাক্কী ইচাসু অসুম্মক প্রকৃতিগী খুংশেমগা মান্নখিবা খঙহৌদে। ফিজেং চাকচা ওন্নরকপা ময়াম অমা য়াওদবা নত্তে অদু পুম্নমক্ত ঐহাক খল্লরোই হায়না লেপথোকপা মতমনা য়াখিদে। চহিগী মতুংইন্না থবকসু, মতম মতমগী ওইবা

থবক লেপ্না য়াখি হায়না খণ্ডলন্নবদি কয়াগী মতিক নুংঙাইরমগনি হায়না লোয়বা নাইদ্রবা অব্বাবগা লোয়ননা লাকখ্রবী মথানা লিজখি। বিরনজয় মথাগী ব্বারীশিংসি তারুরবা মতুংদা হায়রকখি -"মীওইবা হায়বা অসি কনানসু তম্বা ঙম্বা নত্তে। ঐহাকসু নুপা অমনি। নহাক্কী থোক্লিবা থৌদোক্তুগা চপ মান্নবা থোক্তবা নত্তে। নহাক্কী ব্বারীশিংদু তারগা মমাংথক্তা হৌখিবা থৌদোকশিংদু ইমাংদা লেপ্লরে ....।

বিরনজয় মাগী ব্বারীশিংদু তপ্না তপ্না লিরকই। নুপী ওইবী নখোয়দি থাজবা ঙমদবা লৈরবদি নুপাশিংসি নত্ত-ওইদবা চৎপগুম্না হেক্তা খনজিল্লি। ঐহাক ইশামক নুপী থিদুনা লৈরম্নবা নুপা অমনি। ঈশ্বরনা কালিগী ঙময়ায় চন্দ্রিবা মতম অসিদা ঐখোয় অনীগী কায়নৌ হায়বা তমখ্রমাল্লে, নুপীগী মমা মপানা ঐহাকপু লায়রৈ-লৈতে হায়দুনা অপাম্বা নুংশিবা থম্বীখিরমদে। মদুনা মরম ওইদুনা ঐহাক্কী লোয়নবী মহাক্তুবুসু ময়ুমদা পুননবগীদমক্তা নত্ত-নত্তবা ব্বারী শাজিন্দুনা ফত্তবা লম্বেল অমদা পুথোক্তুনা চৎখ্রে। মমি অদুদা নামা হাংহৌরবা নুপা অদুনা করম লেল্লমগনি হায়বদু মহাক খণ্ডলমগদ্রা ? ঐহাক মতম অদুদা নৌরবা পুন্সিগী নুংশিনবগী ঈপাক্তা লুপ্পবগী মথ্থৎ কায়নবগী অব্বাবনা শিনখিদুনা অঙাওবা অমগুম পুন্সিসে লেল্লগে খনখি। নোংমা নোংমা হৌখিবনা থা অনী ফাজিনখ্রে অদুবু মীওইবগী পুন্সিগী শিবা ঙন্নক্তবা চাদ সু য়াদ্রবা অমগী ময়ায়দা করম্না থিংঙেল থিংবা ঙমগনি খল্লকপা মতমদুদা ঐহাক হিংনবগী লানফম্না অরুবা ওইরক্তুনা নুংশি-নুংওনগী লম্বী থাদোকখিরম্মী। ঙসিগী সমাজ অসিদা হিংনবগী লানফমদা খুদিংমকপা মায়োক্রদুনা লাক্লিবনি। সংসারসে ওম্বোকপনি তায়োন্নবা মংলানগী ঈপাক্তা তাওদুনা লাক্লিবা মীওইবা ঐখোয় অসিনা অশাওবনা তুংওইনা অব্বাবনা মাংওইন অফবনা তুংদা থমদুনা লাক্লিবী নহাকপু লান্না খনখিগনি। হৌজিক্তি ফরে নহাক্কী চন্নবা ব্বারীশিংদু তারবনিনা ইচল, চীংমী অমসুং তম্মী হায়বদু খায়দোক্তনা মরুপ অমগুম হিংমিন্নসি। বিরনজয়গী ব্বাহৈনা মথাদা অনৌবা ইনোৎ অমা হাপখ্রে। মপুং অমনি হায়না খঞ্জদুনা থাগৎ ব্বাহৈনা বিরনজয়দা হায়খিরম্মী। "ইবুং ঐহাক অদুক্কী মতিক অব্বাবনা লাঙ্গোয় চন্দুনা লৈরম্বদু ঙসিদি ঈশ্বর মহাক্লা ঐগী অব্বাবসে উবিদুনা নহাক ব্বাবা য়াদে হায়দুনা তমখ্রবা মাল্লে। ইবুংনা পীবিরকপা জ্ঞান লৌশিং অসিনা ঐহাক্কী থম্মোয় চাওথোকচবগা লোয়ননা লমদম তাম্না লৈহৌরিবা ইচা অনী অদুগা ঈংনা তপ্না লৈমিন্নগদবা মাল্লিদা, লৈখিগনি ইচাসু য়োকখিগনি। নুপী অমা ওইনা পোক্লুরবনিনা অখাং-কনবী অমা ওইনবা" হায়দুনা মহাক্কী মপুয়োইবদুবুসু মহাক্কী থম্মোয়দা চিংশিন্দুনা থমজবা হৌখি।

বিবনজয় অমসুং মথা মখোয় অনী অথুপ অবোল লৈতনা পুন্সিগী রাবিশিংদু শান্নদুনা লৈবিঙেদা ঙখিবা লৈবাক্কী মীওই খবনা লান্না পাউথোকপীবশ্মী। মখোয়না বিবনজযদা - "নহাকপু নুপী অমুকসু কোইবা হৌবক্রো ? নুপা অমনা নুপী মঙাসু লোন্নে হাযবিপোৎনি অদুদসু নত্তনা মণিপুবগী নুপী মশিংগা নুপাগী মশিংগা খেন্নবকপগী মবক্তা নুপা অমগা নুপী তবেৎকা থুংলবা মতুংদা লাইবক থিববী নুপী অমা লেমহৌই হাযনা পাওবৌ তৌবিপোৎনি। নহাক্তি লেম্বা অমসুং লেমদবা কবিসু লৈবল্লোই।" বিবনজয় অশাওবদুনা মমীৎ মনা ঙাংশং ঙাংদুনা হাযবকই "মশাদা কবিগুম্বা সমাজগী চাওখৎপা যাইফবা খন্দবা মীওই অমা হায়বদু নখোয ওইবমগনি। সংসাবসি ফত্তববু শকক থুংনিংলবদি কবিগীদমক্তা মীবু হন্থনা যেংগদগে। ঐহাক্কী পুন্সিদা থোক্লিবা থৌদোকশিংসি নখোযদা থোক্লম্বা তাববদি ঐহাক্কী মীৎনা কয়াদা পেল্লমগনি। হৌজিক ফাওবদি লাইবক থিবা থৌদোক্তু নখোয়দদি থোকখিবা লৈতবনিনা মীওইববু অচুম-অবান খঙদনা শিংনবগা লোযননা পুক্লিংদা অশাওবা হাযবদু হাপকৎহন্দুনা মীবু মৈ থোকহল্লি।" বিবনজয শাওনিংবা কযা লৈববসু মহাক ঈশ্ববগা পান্দম্নদুনা অশাওববু থেমজন্নবা হোৎনখি। অবাবা কযা নুংঙাইবা কযা লান্থেংনদুনা লাকপ্লবসু মীওইবাদ লান্দবসু ঙমদে। অদুগা অচুম্বা চৎনবগীদমক্তা ঈশ্বব মহাক্নদি পুক্লিংদা থাজবা অমগা লোযননা ইথিল ফাওহল্লকখি। মসিনা মবম ওইদুনা মীওইদুসু পুক্লিংদা শান্তি পুবকপা ঙমহল্লি। মসি খঙনা-খঙনা অবানধনা মাঙওইনা চৎখিদুনা মণিপুব সমাজদা চৎনবিবা অসিবু ঐহাকখক্তবা হাযনা ঐহাক্কী থম্মোযনা হংলি। অবেপ্পা ৱাখল কযাগা লোযননা মতোম্নতা বিচাব তৌখি। হিংবগী মহাওদা মচান মনাও অমসুং শাগৈ নাতৈ, মরুপ মপাং লৈমিন্নব্রবদি মীওইবা হায়বসি হিংবা অদুক্কী মতিক ৱাথ। ঙসিগী সমাজদা চৎনবিবা থাংনবিবা লমচৎ শাজৎ আসিবু খোঙলোই ইনবা ঙমদ্রবা মীওইশিং অদুবু মীপুম খুদিংমক্না অবেম্বা পোৎশক অমা ওইনা লংথোকখি। মহাক্না হিংনবগীদমক্তা অপাম পামদা শিনফম থিদনা নুপা ওইবগা গৌনাগা লোযননা লমযানলকখি।

বিবনজয অঙাং ওইর্লিবা ... মশক খঙদবা অমসুং কেনা নৌনা লৈজবকাখবা পুন্সি অদুবু ... থোক্লগা হিংনবগী লম্বীদা খোঙদাবা হৌবক্রে। খুৎশা হৈবগী লম্বীদা কবি অমত্তা পাযবকপা লৈখিদে। মদুনা শাংলবা পুন্সি অদুবু যোক্লবা খুৎলাই পাযবমদবনা মহাক্তি অব্রাবনা মাং থাদুনা চৎপা হৌবকখি। অঙকপনি মহাক্কী পুন্সি নুপী নহা থিদুনা পুন্সিগী হিংনবগী লানফমদা খোংদাবকখি।

অদুবু য়ুম্বানবগী লম্বীনা কাং-খোং চাইহল্লমদুনা নাইতোম তারবা মহাক্তি শিবা কিদনা জঙ্গল কয়া চওদুনা মীরক্তা কয়া অমা চওদুনা অফ-ফত্তা কয়া য়েংশিন্দুনা মশাগী হিংবা ওম্নবা মণিপুরদা করম্বা শিনফম শুশিগে হায়না খনজখি। ব্রাখল কয়াসিনা লমজিং ওইবদগী মহাক্কী সোসাইতিনা চাউখৎলক্নুনা সমাজনা মশক খঙবা মীশক ওইহ্ল্লিবনি। বিরনজয়না মহাক্কী শিন্দমশঙদা চওদুনা পুক্সিগী থৌদাং কয়া নিজখি। মহাক হরাও-নুংঙাইবগা লোয়নন শিন্দমগী ইমাদা খুবাক চাংজৌ তরাগা লোয়নন হায়জখিরম্মী "হে ঈশ্বর নহাক্কী নফমদা পোকপা অমসুং হিংহনবীরিবা পুক্সিগী ব্রাত্ত-পাদবা পীনবীদুনা সমাজসিদা প্রজা মীয়ামগী সেবা তৌবা ঙমজগে।

------

# খৌনা

শিন্দম শঙগী ইমানা মালেমসু কোয়বা চৎতুনা হিংননবগী লম্বীদা খোঙদাদুনা অবেপ্পা লৈতনা শেঙ্গোক লম্বী থিদুনা চৎখিবস্মী। অঙকপা অমসুং অকিবা লৈতনা মচাশিংবু নাওয়োক নাওকোনবীনবগীদমক্তা অৱাবা থিদনা চৎলিবী ইমানি। ইমানা মালেম কোইনা চৎলকপদা খঙহৌদনা পাবি ইমোম কয়াবু থেংনদুনা ৱাবী শাবীখিবস্মী। নখোয় অনী কদোমদগী লাকপনো হায়না শিন্দম শঙগী ইমানা হংখিবস্মী। নখোয় অনীনা অশুকপা জঙ্গল অসিদা লৈবল্লিবা অসিবু কবি শিনফম তৌবিগে ? মচাশিং অদুনা মমাগী পাউখুম পীবল্লা তৌদনা ৱাহং অমা হংজখি - "ইমাবু কদোমদগী ওইবীবগে?" "ঐহাক্তি শিন্দম শঙগী ইমা হাযবিবদুনি।" "ইমা শিন্দমশঙ হাযবিবা অদুবুদি লেঙদ্রবা শিন্দমনি হাযনৈ। অদুগা ঙসি শিন্দমশঙগী ইমানি হাযদুনা নচাগী নাক্তা লেঙবীবক্তুনা শক্তাকপীবকপা আসদা নচা ঙক্তবা ঙমদে।" মমা ওইবী অদুনা মচাগী মফমদা শিন্দমগী অশেংবা ৱাবী লীথোকপীখি। "ইমাগী ইবুংঙো নখোযবু থাবুম তবা নাওপুদুনা পোক্লকবী পলেম নমা অদুবু থাদোক্তুনা লৈববদি পলেম নমানা কয়াদা ৱানা খাঙলমগনি। কুমওন অমা লাকপদা মমা-মচা চামিন থর্কমিন্ন তৌবিবা চৈবাওবা হাযবিবা নুমিৎ অদুদা নমাদি কযাদা অৱাবা চৈথেং ফংলিবা, মদুদা শিন্দমসু ৱাবা য়াওবিবনি। মমা কযানা মচা কযাবু শেন্নবিদুনা মচাগীদমক্তা থৱায ফাওবা থাদোক্লগে হায়না পৃথিবীদা লৈবিবা মমা খুদিংমক্লা লৈনবিবনি। নখোযদি শিন্দমবু মশক খঙদদুনা ৱাবিবনি। নখোয়গুম্বা কযাদি অৱাবা খাংদোক্তুনা শিন্দমগী পুক্সিবু থিজিন্দুনা কয়াগী মতিক ৱাজকববসু খঙলক্লবা মতম অদুদা অৱা-অনা খুদিংমকপু থাদোক্তুনা পুক্সিদি পোক্লকবদি হিংদবা য়াদে হায়দুনা শিন্দমদা হংগৎচদুনা থাজবগা লোয়ননা চঙজখি। মতম অদুদা নখোযগুম্বা কয়াদি অদুক্কী মতিক নুংঙাইখ্রবা, শিন্দমশঙ হায়বিবা মহাক অদুদি মীপুম খুদিংমক্তা ওইদবা অমসুং লৌনম্বা চৎতনবগীদমক ৱাবক ৱাতেম্বীদুনা তুংগী পুক্সিগী লম্বীদা লমতাকপী। হৈনজবা শীনফম্বু পীবীদুনা মহাক্কী নুংঙাইজবা হায়বদু ওইনহল্লি। মীপুম খুদিংমকপু শিনফম পীবীদুনা লৈবিবী শীন্দমগী ইমানা নীংঙমদ্রবা অমসুং মনীং থুংদ্রবা মচাশিং অদুবু ৱাবী লিবিদুনা তুংগী পুক্সিদা য়াইফবা পুবক্তুনা শিন্দমগী লোইশঙদা চাউববা অঙম্বা অমা ওইদুনা মীওইবা খুদিংদা লমতাকপা ওইহনখি। ইবুংঙো ইমানা হায়বিবা ৱাবিশিংসি মুন্না খন্দুনা নমাংদা চৎস্লিবা

অহল-লমন লাই গুরুশিংনা তাকপীরম্বা ব্রারিশিংদুনা খুৎলাই ওইদুনা পৃথিবীদা নখোয়না অপাম্বা পোৎশক কয়া অমা ফংদুনা মনীং-মখা তম্বা কয়া ফংগনি। ঙসিদি ইচাশিংগা থেংনদুনা অব্রা-অনা খুদিংমক কাওথোক্লুনা মাংখিবা ইরন কয়াবু কৈদৌঙেদা হল্লক্কনি হায়দুনা মতম খুদিংমক্তা অকাওবা লৈতনা অরোৎপগা লোয়ননা মীৎলুদগী পীরাং শিন্থবা লোইখিদনা লাকখিবা নমা ঐহাক্কী হরাওবা-নুংঙাইবা, নীংথিবা চঙখোনবা হায়বদু ওইহল্লরে নখোয় অনীনা। মতম অসিদা নখোয়গী ইমা-ইপানা নখোয়বু থেংনবা ঙম্লবদি ঐহাক্না নুংঙাইরিবা অসিগুম্না কয়াগী মতিক নুংঙাইবা ফংজরমগনি। নুংঙাইখ্রবা মীৎকুপ অসিদা ঐহাক্কী শিখ্রবা ইচা-ইমৌ অমদি লৈকায়, শাগৈ কয়াবু নিংশিংদুনা পুক্নিং অসে কয়াদা নুংঙাইহনখ্রবা। যৌখ্রবা পুক্নিগী অমুকহন্না লাক্লরোইদ্রবা মীওই কয়াদুবু নিংশিংদুনা পুক্নিংদা নুংনাংবা পোক্লক্লিবা অসিসু কয়াদা মমল য়ামখ্রবা।" "পোকপা অমসুং শিবা লৈবমদ্রবদি ঐখোয়না থেংনবদা হেক্তা শক খঙনবা খঙনদবা নাইদনা নচামক্লি খনবীদুনা ব্রারীশিংসিবু লীথোকপীরিবা অমদি তুংগী পুক্নিবু কন্নবগীদমক্তা হাযবিবকপা অসিদা নচানা ইমাবু হেন্না মশক খঙনিংই।" মচানুপী অসিনা শিন্দমগী মমাদা হায়খিরম্মী। মচাগী পাউখুমদি পীদনা শিন্দমগী মমানা হায়খিরম্মী - "নখোয অনীনা চিক্লবা লমহাং লমজাও অসিদা করি চাদুনা করি থক্লুনা হিংলিবগে হায়বদু ইমানা য়াম্না খঙ্লিংই।" মচাশিংনা অমুকসু হন্না হংখিরম্মী "ইমাবু কদাইদগী ওইরবগে ?" মচাগী খঙনিংনা হংজিল্লকপা ব্রাহং কয়াদুদা - "ইবেম্মা ইমা অতে কনাসু নত্তে শিন্দমশঙ হায়রিবদুগী পাউখোল্লোয় অমনি। মদুনা মরম ওইদুনা নখোয়গা মফমসিদা উনবা ফংলিবনি। ঐহাক্লম্মী কয়া অমসু শিন্দমশঙগী মনুংদা লৈহৌরিবনি। মখোয় অদুগী মরক্তগী ঐহাক্না খ্বাইদগী হেন্না লাইবক থিবা ওইখিবনা ইতোম্নতা মীওইশিং অদুগা মীমান্নবা ঙমদদুনা কয়া ব্রানা লৈরক্লি। অদুবু পৃথিবীদা শিন্দমশঙ হায়রিবা অদুদি শিনফম অমসুং শিন্দমগী লৈফম শঙ অদুবু  শিন্দমশঙনি হায়না শকতাক্লি। মহাক্না ঙসি ফাওবদা অব্রাবা মশক খঙহন্দনা লাক্লি। অদুবু ব্রারিবদি ঐহাক্কী থম্মোয়দা চেল্লিবা ইচেলসিদি কনানসু উবিবা অমসুং খঙবিবা লৈখিদে। ঐহাক ইচানুপী অনী, ইচানুপা অনী পোকচখি। ঐহাক্না করি পাপ লংজদুনা ঈশ্বরনা দন্দি অমগা লোয়ননা পীবগুম্না ইচা অমত্তসু ঐহাকপু সেবা তৌবীনবা লৈখিদে। নুপীমচা নখোয়দা ইমানা হংগৎতুনা ব্রারী লিগদবদি নৎতে। অদুবু উন তানদ্রবা ইচাশিংদুনা অপোকপা অপোকপী মমাগী লমন শিংগে খন্দনা চৎখিবনা মমা ওইবী ঐহাক্না করম্নখাংলমগনি হায়বসি কনানা

পাউ পীবীদুনা ইচাশিংদুনা খঙবা ঙমগদগে হায়দুনা নমানা খৌরাংনা ঙাইজরকপনি। নখোয়গী মরক্তা ঐহাক্কী ইচাশিং য়াওরিব্রা হায়না হংগে খঙ্গনরকপা লোইদাম কয়াদি কুইরক্লে। পংলবা ইচাশিংদুবু কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমনা লমজিংবীদুনা হিংনবগী লানফমদা লৈরম্লবদি ইমানা পোকপগী মহৈ য়াম্লে। শিন্দমগী মনুংদা পাউদমজবদু ফংজরবদি কয়াগী মতিক নুংঙাইজগনি। নুংশিবীদুনা নমামক্কি খনবীদুনা শিন্দমগী মনাক্তা চৎমিন্নদুনা নখোয়না পামজবা করম্বা শিনফম য়াওরিবগে হায়বদু য়েংশিল্লুসি। শিনফম অদুদসু নত্তনা করিগুম্বা নখোয়গী ইমা অমসুং বাবা য়াওরম্লবদি নখোয় হরাওরোইদ্রা। শিন্দমগী পাউখোল্লোয়না মচাশিং অদুবু লমজিং লান্না চৎখিগদ্রা হায়দুনা থেম্বা হৌরকখিরম্মী। ফৎত্রবা লম্বীদা চৎখিগনি খন্দুনা মখোয়শিংসিবু ইমা লৈবাক মণিপুর শিন্দম শঙগী মনাক্তা চৎসি হায়দুনা মখল-মথেল লৌশিংগী মৈবানা মালেম কোয়না চুখৎতুনা হিংমিন্নসি হায়দুনা মচাশিংবু পুদুনা লাক্লম্মী। শুক্লবা জঙ্গল কয়াবু লান্দুনা লাক্লবগী তুংদা শিন্দমগী পাউখোল্লোয়না মচাশিংবু ব্রাদনবগীদমক্তা হৌখিবা অমসুং লাক্কদবা লম্বী কয়াবু খঙননবগীদমক্তা ঙায়হাক পোথামিন্নদুনা ফমখিবম্মী। মতম অদুদা অমুকসু মমানা মচাবু ব্রারী লিবীদুনা মুন্না য়েংলগা হাযখিরম্মী - "ইমাগী ইবুংঙো ঐহাক্কী ইচানুপা রামনা মনিং থুংদদুনা চৎখিবা লোইদাম মশিং য়াম্লরক্লে। ঐহাক্ক ইচাগীদমক্তা ব্রাজরকখিবা থব্রায়সিনা ঙসি ফাওবদা ইচাগী খোঙগুন লীবা ফংলক্তবা মতম অদুদা শিরগে হায়দুনা খৌরাং কয়া অমা তৌরুবদা শিঙমদদুনা ঐহাক ঙসি ফাওবদা লেন্দুনা লৈরকখিবা অসিদা কনানা হিংহল্লি হায়বদুদি অরেপ্পা অমদি অরোইবা লৈত্রবা ইমা লৈবাক মণিপুর শিন্দমশঙনা ঐহাক্কী পুক্সিবু কনবীদুনা থম্লকখি। অঙকপনি শিন্দমশঙগী পুক্সি মহাক্তা মীপুম খুদিংমক্তা শক্তি পীবীদুনা হিংহল্লি। শিন্দমগী পাউখোল্লোয়না পোকপা অমসুং পোক্তবা থিদনা মচা খুদিংমকপু মচানি হায়না খন্দুনা শিন্দমগী মফমদা পুজরকখি।" নুপীমচা অদুনা হায়রম্মী - "ইমা শিন্দমগী মায়থোং অসিদি কয়াদা নিংথিশ্লবা ওম্থোক্লা চঙখোনথ্রেদা য়েংবদা অদুক্কী মতিক ফজথ্রে। অঙকপনি, মহাক্কী শক্তম অসিনা ঐহাক্কী থম্মোয়সিদা চৎখিবা হৌখিবা পুক্সি অদুবু নীংশিংবা ঙম্লমদ্রবসু ওম্থোক্লা তেল্লবা মীৎকুপ অসিদা শক্তিগী মঙালনা যৈবকপা ব্রাখলগী লমজিং পীরকপগুম তৌথ্রে। ওহ ! শিন্দম হায়রিবা মুর্তি অসিনা হৌদোকপা ঙমদ্রবা মীপুম খুদিংবু হৌদোকপীদুনা লৈরম্বোইরে।

মচানুপী অদুনা শিন্দমবু উরগা কয়াদা পেঞ্জদুনা হরাওজখিবা। মচানুপা

অদুনা অমুক হায়রকখিরম্মী - "পলেম ইমা মানবী নহাক্কুম্বী ইমা কয়ানা লমজিংবীদুনা চাওখৎ-থৌরাং পুবীরক্লগা মচা ঐখোয়দা লৌশিংগী মৈরা হাপ্পীদুনা থম্বীরম্লবদি নচা ঐখোয়না শুক্লবা জঙ্গল কয়াবু চৎতুনা পুন্সিবু অবেম্বদা মাংলগে হায়না খন্দুনা চৎহনখিবা, ইমা মহাক্তা ব্বারৌদবা ঙমদে। মীওইবগী মীপোক লম্বীদা মীপুম খুদিংমক পোক্লবদি হিংগনি অমসুং হিংলবদি ঐখোয়গী ইথৌ মশক খঙদুনা হিংখিগনি হায়বসি মমাংদা অথৌবা কয়ানা তাকপীরম্লবা লৌশিংগী মৈরানি হায়বদু খঙদবা তাদবা নত্তে। পীক্লিখৈদা খঙলমদ্রগসু মতম্মা পুরক্লুনা অব্বা নুংঙাই লাম্ছেং য়াওবা চৎলগে হায়দুনা নীংখিবা পুন্সিনি। পুন্সিনা পুন্সিবু ব্বারকচবগা লোয়নননা ঐহাক্কী পাঙ্গল অমসুং থৌনা লিংজেলনা ইমা লৈবাক মণিপুর শিন্দমশঙগী মনুংসিদা হিংজদুনা ইমাগী সেবা মতোল লোম্মা তৌজগে। পৃথিবীদা লৈরিবা মীওই কয়াগী থব্বায়গী মন্দিব ওইনবিবা শিন্দমশঙ হায়রিবা মহাক অসিনা পুক্লিং অসি কয়াদা হহনখ্রবা। ওম্হোকপনি ঐহাক্কী থম্মোয় ফৎতবনা মাংওইনা অফবনা তুংওইনা মীওইপোক্কী মপোক্তা ইমাগী শিন্দমশঙ অসিবু মশক উজরুবা খঙজরুবা অসিনা মীপুম খুদিংমক্তা সহরগী মমি তাবগুম্মা শিন্দমশঙ মহাক্লা মচা মশুবু অকাউবা লৈতনা চিকোন-নাওকোনবীগে হায়না থিজিনবীরক্লুনা ঐখোয়বু লমতাকপীদুনা পুবীর্বাক্লবা শিন্দমগী পাউখোল্লোয় ইমা নহাকপু পুন্সিগী সেবা তৌবা ঙমহনবীয়ু হায়না খুবাক চাংজৌ তরাগা লোয়নননা নোল্লুকচরি। নহাক্কী অঙকপবু শৈথাদুনা পুন্সিসিমগী ঐবু পোকচবী ইমামক্লি হায়না খঞ্জবা ঙমজগে।" অমুকসু হন্না হায়জখিরম্মী - "মীওইবগী শক্তম অসিবু মান্নদবগা লোয়নননা কুচুসু মান্নদে ব্বাঙাং-শাঙাং, লীচৎ-শাজৎ অমতা তিন্নদে। হায়বিবশিংসি যেংউবগা ঐহাক্ল শিন্দমগী পাউখোল্লোযবু ইমামক্লি হাযজবা ঙমজবিবনি।"

পুক্কৈগী লন ওইরিবা শীনফমদি অবোইবা লৈতে অরেপ্পা লৈতে। কৃষ্ণগী মুর্ত্তি ওইনা লাৎনদুনা মীপুম খুদিংমক্লা মহাক্কী মমিংতবু শোন্দুনা অব্বাবা কযাবু কোক্লরি। মীওই কয়ানা মহাক্কী হৌবকফম কযা অমা থিগৎতুনা মীপুম খুদিংমকপু মঙাল পীরিবা মহাকপু ঙসি ফাওবদা অরেপ্পা লৈতনা খঙনবা হোৎনরি। মহাক্কী পোকফম হৌরকফম লৈতবদি নত্তে। মদুসু খঙহৌবা উহৌবা মীওই কয়া অমা লৈরম্বনা ঙসিগী পৃথিবীদা মহাক্লম্বাইদগী হেন্না চাউরবা থম্মোয়গী লন ওইরির্বনি। মহাকপু নিংজবা ঙমদ্রবদি হকচাংদা অব্বাবগা পাম্মকনি। অসুম তৌদুনা মীওইবনা শ্রীকৃষ্ণ-রাধা অনীসিবু লাৎচদুনা নিংনরিবনি। তাইবং মীগা ঈশ্বরগা খোঙদামিন্নদু॰ । লৈমিন্নবগী শাক্কিদি মখোয় অসি কাউদবনা মরম ওইদুনা হায়রিবা শিন্দমশঙ

অসিবু শ্রীকৃষ্ণ-বাধাগী লৈফম অদুবুসু শিন্দমশঙনী। শিন্দমশঙগী লোইনাইদ্রবা শীনফম শিন্দমবু ঈশ্বব মহাক্ন পান্দমবগা চপ মান্নবা হকচাং পোলাংবু শাবীবক্তুনা তাইবং মীবু যোকউ হায়না শেন্বীবকপনি। শিন্দমশঙনা অমুকসু মীয়ামদা হায়জখি - ঈশ্ববগী মনাই অমগা লোযননা লাকখিবা মীওইশিংসি পৃথিবীদা থমহৌরবা অমসুং লৈহৌববা মুর্ত্তি কযাবু লাংন-শোন্নদুনা মীওইবগী লংলা লংজিন ওইনবিবা মহাত্মা গান্ধী হাযবিবা মহাক অদুসু অঙকপনি। মহাক্কী শীনফম অমসুং থৌশু-থৌচং মহাক্কুম্বা নুপা অমনা নুপী-নুপাগী শীনফম্বু খায়দোকপা লৈতনা পৃথিবীদা ইকায় খুম্নবা ঙাক্লবা পোংশক কযাবু ফিজেৎ অমসুং লংলা লংজিন পুথোকপীদুনা অৱা-অনা কয়াবু মায়োক্নদুনা হিংনবগী লানফমদা মীপুম খুদিংমকপা শিন্থা পীবীখি। মহাক্কী ঙক্লবা শীনফম অসিগী মমীংদি শিনাই তবেং শিন্থা কৌই। মহাক্না মীপুম খুদিংমক তুমদুনা লৈশ্রবদা মহাক্কী শিনাই অসিনা মীৎকপ থোক্লো হাযনা মতম চানা হৌদোকপীদুনা মখোযগী শিন্থা তৌহল্লম্মী। শক্তি অসিনা মীপুম খুদিংগী থম্মোযদা মহাক্কী মতৌ তম্বা ঙমজহৌগেকো হায়না শোন্নবিবা অসিসু থম্মোযগী লন্নি। শীনফম-শিন্দম অসিগা মহাত্মা গান্ধী অসিগা তৎন থানবা যাদ্রবা পোংশক অমনি। মহাত্মা গান্ধীসু শিন্দম অসিবু খ্বাইদগী হেন্না নুংশিবা মীশক অমনি।

শিন্দমগী ইমানা নুংশিববা মচা পাবী অসিগীদমক্তা অহিং নুংথিল খাক্তনা হিংনবগী লম্বীদা কয়াদা ৱানা লৈখ্রবা। কবিগীনো মচা ওইবশিংনা মমাবু ইমা নত্তে হায়বা ঙম্লিবা। ওছোক্লা চুম্মীদা অহল-লমন্না তুবেলগী ঈশিংবু হনগৎনা চেন্দে হাযনবদু। ঐহাক্না পোকচবা ইচা ফাওবগী পুন্সিদা ৱাবক ৱাতেম ঙমদ্রবা হায়না মতোম্নতা ৱাবৌজদুনা শিন্দমগী ইমানা অবেপ্পা লৈতনা অবোইবা লৈতনা অপুনবা মীয়াম অমগী মবক্তা চঙদুনা মচাশিংদুবু হংজবম্মী। "কনা কনা ওইবীবগে অসোমদা মীওই খবা লৈরম্বা থেংনবীব্রা ?" নুপী অমনা হায়বকখিরম্মী - "পলেম মানবী ইমা নহাক্লহংলিবা অদুবু করিনো কনাবু থিবক্লিবনো ?" "ঐহাক্না থিরক্লিবা মীওই অসিদি পৃথিবীদা লৈবিবা মীয়াম অসিগী মরক্তা য়াওরমগনি। লাইবক থিবদি য়ুমথোং খুদিংগী চঙদুনা মীৎকী পীরাংগা লোযননা পোখাদ্রিবা হকচাং পোলাংতা ঙাইরবা পুন্সি অসিনা ঐহাক্কী ইচাশিংদুবু থিজরক্লিবনি।" শিন্দমগী পাউখোল্লোয় মমাদুনা ৱারী শাজদুনা নুপী অদুগী মমীংবু হংজখি। মচাশিংবু উজনিংবনা ঙাওববী মমা অমগী মতৌদুনা নুংশিবা উৎতুনা ৱাহং হংলক্লিবী অদুগী লৈফম্সু খঙনিংখি। "ইমা ঐহাক্কী মীংদি মেম্মী কৌই। লৈফমনা পল্লেন বজারদগীনি। মীৎকুপসিদা

ইমাগী ৱাহৈ খরসিনা অদুক্কী মতিক নচানা ইমাগী ৱাখল খরা ফাওবদি উজবা ফংজে। ঈশ্বরনা ইমাগী অৱাবসি উবীদুনা থিরক্লিবা ইচাশিং অদুবু শোয়দনমক্কী থেংনবা ওইসনু।" মেম্মীনা মমাগী অৱাবদা শরুক য়াজদুনা মাগী পুন্সিগী ৱারী মতেক অমসু লীজখিরম্মী।

ইমা ঐহাক্কা অঙাং ওইরিঙেদা ইমা-বাবানা অৱাৎ-অপা লৈতনা থল্লকখিরম্মী। মতম অদুদা তুংদা লাক্কদবা পুন্সিবু উবা ফংজখিদে। মতম অমদা খনখিবা ৱাখলদুগা ওইরক্লিবা হৌজিক্কী ৱাখলগা পুন্সিগী তাঙ্ককশিংদু কয়াদা খেন্নখ্রবা। ঐগী ৱাখলনা খঙহৌ-উহৌদ্রবা অদুবু খঙজিন উশিন্নবগীদমক্তা পুন্সিবু মী ওইননবা হায়দুনা মীরক কয়া তিন্দুনা অফবা কয়াবু খঙজিন্দুনা থম্মোয়গী লন থম্বা হৌখিরম্মী। পুন্সিসিদা মমাংদা হৌখিবা অহল-লমন কয়াগী লমচৎ-শাজৎ, ৱাঙাং শঙাং, থৌগল্লোন নীতি কয়াদুগী মতৌ তমজদুনা নুপী ওইবগী ফিদম অমা ওইহনগে হায়বসি ঐহাক্কী লেঙদ্রবা ৱাখলনি। মমাংদা পুন্সিনা পুন্সিবু লায়না খন্দোকখিবা মীওই কয়া অমা লৈ হায়দুনা লীবীখিবা ৱারী অদুবুসু ঐহাক্কা খঙজিন্দুনা পুন্সিবু হেন্না মমল লৈহল্লি।" শিন্দমগী ইমানা হায়খিবম্মী - "তাইবং মীওইবা হায়বসি নুংঙাই হায়বা ৱাহৈ অসে হায়দুনা মতম খিবিক্তা লৈতবোই। কনা অমনা মচা কায়নবগী অৱাবা, কনা অমনা মপুরোইবনা নৈহৎপীবগী অৱা মৈশা লাংবদুনা অরেপ্পা অমত্তসু লৈরমদবোই। শিন্দমগী ইমানা অৱাবনা কোকথোং পুদুনা লৈরম্ববু মেম্মী কৌবী নুপীমচা অসিগী ৱাহৈ খরনা মহাকপু কয়াদা নুংঙাইহনখ্রবা হায়না খনজখি। মেম্মীগী থৌনাবু থাগৎচদুনা মানা চৎপা মফম খুদিংদা পাউদমজখি।

মেম্মীগী পুন্সিনা মীপুম খুদিংমকপু অৱা অনা উশিনবীদুনা মহাক্কুম্বা নুপীমচা অমনা কনা অমগী মফমদগী নীদুনা চারোই হায়দুনা হিংনবগী লানফমদা হৈনজবা শিনফম অমবু লোয়নদুনা তুংগী শাংলবা পুন্সি অমবু শেম্নবগীদমক্তা মশাগী লনাই থবক কয়ামরুম অমা পায়জরম্মী। মমাংদা থেংনজরকখিবা ককচিংদা পোকচখিবী বীনারানীবু মীপুম খুদিংমক্তা শৈথানবগুম্না ঙসিসু অমগা লোয়ননা ইচা অমা থেংনররে। মহাক্কী পুন্সিদা নুংশি নুংঙোল কয়াবু লংথোক্তুনা থম্বীরগা মীওইবগী ইকায় খুম্নবা ইজৎ-সলমান তৌবীনবা লম্বীদা খোঙদাদুনা লেল্লগে হায়দুনা খঞ্জবা মেম্মীনি। মতমনা ঙাইবীযু হায়বা যাদবনিনা মেম্মী লৈশা মপুং ফারক্তুনা মীওইবগী চৎনবী অমগী মখাদা লৈখিবনা কন্নমক খাংলবসু ঈশ্বরগী

লম্বীদদি লাইবক্লতন্নমগ্রবা অমা ওইখিবনা মহাক শাগেগী মৌগী শিংদা চনখিরম্মী। মেম্মী নুংঙাই ঈপাক্তা তাওজবম্বা অদু মমা-মপানা নুংঙাই য়াইফবা মফমদা পীগে হায়বদু য়াদদুনা লৈখিবম্মী। নুপী ওইবী মহাক্কী ব্রাখল অঙকপনি মহাক্কী মরমদা কবি অমতা খনবা লৈখিদে। মহাক্লা খল্লিবা ব্রাখল অদুনা অচুম্বনি হায়দুনা মতুং ইনখিবম্মী। মহাক্কী মনেম মকুদুবু মীংনা উবা লাইনি হায়না খন্দুনা অব্রা-নুংঙাই কয়াদু লেঞ্জখি। মহাক্কী মপুবোইবা থোইবগা ব্রারী-ব্রাতাই শাবা মতমদদি মেম্মীনা কয়াদা থাজব্রবা। মপুবোইবগী যাথংবু হিক্তোক্তনা লাকখ্রবা মেম্মীগী ব্রাখলদা মবক মবক্তা মখোয়গী ইমুংগী চংনবিবা নিতি অদুবু উকবগা মহাক চিংনদবসু ঙন্নমদে। অদুম্মক ওইবগসু মহাক্কী অখাং কনবা অদুনা ইমুংদুনা অবানবা কয়া খঞ্জববসু থম্মোয চেংপী নুপী অমা ওইখিবম্মী। মহাক্কী নুপা থোইবা হাযবিবা অসিদি বি.এস.এফ. ওইবম্মী। অখাং কল্লবী নুপী অসিদি সমাজদা কয়াগী মতিক হাযবদু উংনবগীদমক্তা মহাক্কী নুপা অদুদা তমজখি। থোইবগী ব্রাখলদা অখাং কল্লি হায়বা অসিবু লান্না লৌবীদুনা অহিং নুংথিল চিক্লা লন-থুম তানমিন্নদুনা লৈজবম্বী মহাক অদুবু অতোপ্পা মীওই অমগুম্না মতম খবা উখি। থোইবনা লান্না লৌবগী মবমদি মেম্মীগী মমাদু পান দুকান ফম্বী নুপী অমা ওইবম্মী। মদুনা মবম ওইদুনা অফবা ফত্তবা কয়া লাকফম ওইবম্মী। অদুদসু নত্তনা থোইবা মশামক্লা নোংমা ককচিংদগী নুপা অনীনা ব্রাবী শান্নবদু তাখি। অদুম ওইনমক ব্রাবিদুদি কবি মবমগীনো হাযবদুদি খঙখিদে।

------

# শিন্দম শঙবু শক তাকপা

ওস্থোকপনি ! মীয়ামশিংসিনা ভাব তাবীরল্লগদি ঐহাক করিগীদমক্তা শিন্দম শঙ হায়রিবা মহাক অদুবু খঙলোই। খঙনা উনা খঙদে হায়রবদা করিদি উপায় লৈ। শিন্দম শঙ অসিবু অব্বাবগী শকফম ওইনা মীয়াম্মা খনখিবনা ময়েক শেংনা খঙবা ঙমখিদে। ঐহাক ইশামক্তি পুল্লিনা মীরোল তারকপদগী মমাংদা চৎখিবা। অঙম অথৌ কয়ানা থল্লল্লবা লন কয়া অমা লৈহৌরিবা অদুবু ঙসি ফাওবদা অরেপ্পা লৈতনা মীপুম খুদিংমক্তা পাঙ্গল পীবীদুনা মতম লৈবা খিবিক্তা মতুং ইন্দুনা চৎচগে হায়দুনা অহল-লমন কয়াদা হংগৎচদুনা থিগৎচবা হৌখিবম্মী। অমুকসু অথৌবশিং অদুনা কনানো ? মখোয় অদুনা থল্লম্বা লনশিং অদুনা কনাদা শীন্নরম্বগে হায়না হংগৎচখি। অসুম হংগৎচরুবদগী নুংশিবীদুনা তাকপীরকখি "পীক্লিবা অঙাং নহাক্লা অসুক খঙনিংলিবা অসিবু কবিগীনো ?" ঐহাক্লা খুমখিবম্মী - "ঐহাক পীক্লবসু অমসুং অঙাং ওইরবসু শুবা চৎপা য়াদব্রা ?" মতম অদুদা ইথক থোংবা অহল কয়ানা ব্বারী কয়া লীবিখিবম্মী। "অহল লমনগী যাথং হিক্তোক্লবা মীওইশিং অদুদি শিন্দম শঙগী মহৈ মচুম চাদুনা হিংবা ঙমগনি। অমবোমদসু মহাক য়াওদ্রবদি থব্বায়গা হকচাং পোলাংগা খায়নবগা চপ মান্নে। মহাক অদু অদুক্কী মতিক মগুন চাউপ্রবা শিন্দম শঙনি। ঐহাক্লা হংখিবম্মী - "ওজা অথৌবশিংগী লন থল্লম্মী হায়না হায়বিরিবা অসিবু করম্বা লন্নো, মীয়ামদসু থৌনা অমদি লিংজেল হাপ্পীদুনা লন য়েস্থোকপীবি হায়নসু তাজবা ফংই।" ওজানা তাকপীখি - "অথৌবশিংগী লনদি পৈশা, মমল য়াম্বা পোৎসু নত্তে, জগৎকী মপু মানা শেম্বীবা হকচাংগা লোয়ননা থল্লম্বা পুক্লিং অমসুং লৌশিং অদুনি। পৃথিবীদা লৈরিবা অঙম-অথৌ কয়াগী থম্মোযগী পোস্থা শঙ অদুবু মীওইবগী হিংনবগীদমক্তা মশাগী মথৌ মশক খঙনা চৎতুনা হিংনবিবা মহাক্কী লোইশঙ অদুবু শিন্দম শঙ কৌই। মীপুম খুদিংমক হায়রিবা লোইশঙ অসিদা চঙনহৈদে হায়বা খক লৈখিদে। চঙনানবগীদমক্তসু হৌজিক ফাওবা মীয়াম অপুনববু ঙাইদুনতা লৈরিবনি। মহাক্কী পন্সি অসিদি অবোইবা নাইদনা মতমগী খোংচত্তা অদম চেস্থখি। মীযাম্মাদ অংতোপ্পা মাং অমবোমদা শিন্দাকপানা মমীৎ তুমহন্দুনা লৈহাল্লে। মহাক্কী মমাংদ 'অথোবাশিংগা লৈফম শঙলেনা' হায়না

মীংথোম্বীবনা মবম ওইদুনা শিন্দম শঙগী অশেংবা মশক খঙবা ঙাংখ্রিবনি।"
মীপুম খুদিংমক্তা শিন্দম শঙ অসিনা হায়বিবদি সবকাবগী থবক তৌবতনা থবক্তা অমবোমদা লৌমী শিন্নী কয়না শু-নোমদুনা তৌবিবা অদুবুসু থবক নত্তব্রা ?
চাওখৎলকপগী হৌনশা মীপুম খুদিংমক শিনফম অমমমগা লোযননা লৈবিবগদি শিন্দম শঙনা অবেপ্পা লৈতনা চাওখৎলক্কনি হায়বসি মীয়ামদা তুমদুনা লৈবন্না মীওই কযা অমসু হৌগৎলো হাযদুনা নুংশিববা খোম্থাংগা লোযননা শিন্দম শঙনা লাওথোকচবি। মীওইবা কযা অমা তুমদবগীদমক্তা কযাগী মতিক ঙানা খাংনবিবা মীওইশিং অদুবুসু নুংশিবীদুনা তুম্লিবা মীওইশিং অদুগীদমক্তা মতেং ওইমিন্নবগীদমক্তা শিন্দমনা মতম খিবিক্তা অপুনবা পুবক্কবগীদমক্তা অহিং নুংথিল খাত্তনা মুর্ত্তি ওইনা লৈবিবা পোৎশক অসিসু হার্যবিবা শিন্দম শঙ অদুনি। যুম অসিদগী পুন্সিগী হৌবকফম ওইদুনা হিংননবগী লানফমদা কযা অমা থেংনদুনা শুনা-চৎনবিবা অদুবুসু শিনফম অমনি। শিনফম অসিনা নুপী অমসুং নুপা খাইদনা শুমিন্নখিবা কযামকম অমা লৈতর্বদি নত্তে। মণিপুবদা নুপী অমদি নুপা খাইবগুম্না শিনফম খাযদোকই হাযনা খল্লিবা মীওইশিং অদুনা চাওখৎপা খক পুবকপা যাবোই। শিন্দমনা অশোগ্বা অবানবা খুদিংমকপু শিনফম অমবু শুবর্বদি মতম খিবিক্তা অব্রা অন' ঙাকপীখিদবা লৈখিদ্রি। মমাংদা হৌখিবা মীবোল কযানা হিংদুনা লৈবল্লিবা অদুগা হৌগৎলকলিবা মীওইশিং অসিগা খেন্নবা খক লৈতে। চাওখৎপা হাযবিবা অদুদি মীবোল লোল্লবা মী ওই কযা অমা লৈবদুনসু ওইহল্লি। ঐখোয় খুদিংমক হিংমিন্নবা ঙম্নবা অমসুং শেম্গোক লম্বী লৈবা শিনফম অমমম পাযমিন্নববদি অমনা অমবু খক হস্তনা যেংলম্লোই। হাযবিবা শিনফম অসিবু পুখৎপীবিবা অসিনা চাওখৎপা পুবক্কনি হাযনা মীযাম্না খন্নবিবনি। শিন্দমগী পুন্সিনা পোকপা অমসুং শিবা নাইহনবিবিবা তাইবং অসিবু তাইবং মীনা শিন্দমবু লৌশিনবীদুনা থম্বীবা ঙম্নবদি খঙহৌদনা ঈথক ইবাওখোলগা লোয়ননা মীয়ামদা শিন্দম্না তক-তকবা ফিজেৎ চাকচা কযাগা লোয়ননা মনীং-মখা তম্না ইমা অমতগী মচানি ইপা অমতগী মচানি জাতিগী য়ুম্বী অমত্তনি হায়না লাওজবা ঙম্বা অদুবু শিন্দমনা ঙাযবি। ইমা লৈবাক মণিপুব শিন্দম শঙ হায়বিবা অসিগী মতিক মগুন কয়াদা লৈখ্রবা মীপুম খুদিংমক্ক চঙজফম ওইবিবা লোইশঙ কয়ানা লৈতেংলিবা পৃথিবীদা শকতাক্লিবা শিন্দম শঙনি। শিন্দম শঙ হাযবিবা শঙ অসিগী চৎলিবা পুন্সি ঙাবীদি লোইনাইদ্রবা ঈপাকুম্না মীপুম খুদিংনা নুংশি হৈত্রবসু মতোম্নতা ওইববসু চাওখৎপা পুবকপা ঙমগনি। মহাক্না পামজবিবদি পোকপা অমসুং শিবা

নাইহনবিরিবা পুন্সি অসিবু শেম্বী শাবীদুনা মীওইবদা চৎনরিবা খোংথাং শাজৎ লীচৎ অমসুং ব্রাঙাং শঙাং হায়রিবা অসিবু ফজরবা নিতি অমগা লোয়ননা ব্যবহার কাইদনা চৎপা ঙম্বা মীওইবনা অদুক্কী মতিক মীয়ামদগী মকোক থোংনা লাকখিবা ঙম্মী। অচুম্বা চৎচবা মহাকসু অচুম্বদুগী মতুংইনবা ঙমদদুনা লান্না লৌশিনবীদুনা মরাল কয়া পীশিনবীবদগী মণিপুরদা অব্রাবা ফংলক্লিবনি। মসিসু শিন্দম্না উদবা নত্তে। ঐহাক্তি মতম খিবিক্তা অচুম অরানবু শেমদোকচদুনা লাকখিবা ঙাক্তনি। শিন্দমনা অব্রাবা কয়া লেম্ফোক্তুনা লাকখি। অব্রাবসি পুন্সিগী ওইনা লেনবা খক য়ারোই হায়না মীপুম খুদিংমক্তা কোকনা শীজিন্নবা য়াবা শীজিন্নবীয়ু, মীৎনা শিজিন্নবা য়াবা শীজিন্নবীয়ু হায়না মীয়ামদা তৎতনা হায়খিবম্মী। অব্রাবা হায়রিবদু পুবমদ্রবদি নুংঙাইবা খক পুরকপা ঙল্লোই। মীওইবা হায়বিবা অসিসু শা মখল অমনি অদুগা শা হায়রিবা জাৎ অসিসু জিব মখল অমনি। জীব মখল কয়া কয়ানা মীওইবদা লৈতেং অমা ওইদুনা পৃথিবীদা মুৎপা নাইদনা মীওইবগা তৎন থানবা য়াদনবা ঈশ্বরনা খল কায়হন্দনা শেমদুনা লৈরিবনি। মসিদা মীওইবনা খন্নবা ঙম্নবা অমদি ঙসিগী সমাজদা থোক্লিবা থৌদোকশিং অসিদা চাওখৎপা পুরক্লবা শিন্দমনা তৎতনা খনবগা লোয়ননা মীয়ামদা পাউতাকচখি। পাউতাকচবগা লোয়ননা পৃথিবীদা লৈবিবা শক-চ খেন্নববা চৎনবী মান্নদ্রবা ধর্ম্ম খেন্নবা মীওইশিংদা শিন্দম শঙনা হিংনবগী. শম্বীদা লমতাকপীগে হায়রিবা অসিবু লমতাকপাশিংনা মুন্না তাশিম্বীদুনা মীয়ামদা ব্রাবীশিংসি হায়দোকপা অমসুং লীথোকপা ঙম্নবগীদমক্তা লীবা ব্রারীনি। ঐহাক্কী পুন্সিদি তুমিন্না ইরোন ফাওবা থোকচদবমখৈ লৈজবা পুন্সি অমা ওইরকখি। সমাজনা ফজববু উরগা অঙকপনি খন্নবগুম শিন্দমগী পুন্সিবু তুমিন্না লৈজবা অঙকপা অমা ওইনা উবীখিরম্মী। ফজবা অমসুং অথিবা অনীসিগী লংদাইদা লৈনরিবা মরী অসিগী মতৌগুম্না ঙসিগী সমাজদা চৎনরিবা অসিসু চাওখৎপা হায়রিবা অদুগা চওখৎতবা হায়রিবা অসিগা মীওইবগী কল্লকপা য়েংথিবা হায়রিবা অসিগগী মরক্তা লৈরিবা খেন্নবদু করম্না খঙগনি হায়বসি মীয়ামদা শিন্দমনা হংজখি। মীওইবদা লাইরবা অমসুং ইনাকখুনবা অসিগী খেন্নবনা সমাজদা কয়াগী মতিক ব্রাম্লবা। পৃথিবীদা শিনফম্নু হৈনা পোক্লকখিবা কনাসু লৈখিদে। মীদা অমসুং শাদা প্রমান তৌদুনা পৃথিবীদা লোম্ফোক্তবা মীওই কয়া অমা হিংমিন্নবসিদা কনা অমতগী মফমদা চঙদুনা অব্রাবা খক পীখিদে। মরোল লোন্দ্রবা মীওইদুসু চাদবদি য়ারমদে, থক্তবসু য়ারমদে। মহাক মরোল থোক্তে হায়দুনা শেন্দান লম্বী ওইনবগীদমক্তা জীব কয়া সেবা

তৌবীদুনা মহাকপু হিংনবগীদমক্তা শেন্দান লম্বী ওইদুনা সেবা তৌখিবন্মী। মসিদা তাইবং মীওইবসু শাহিং চাবা শা মখল অমনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। মবমদি লোম্বোক্তুবা জীবশিং অদুবু মীওইবনা মতম লৈবা খিবিক্তা নুংশি-নুংওন্না চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবন্নবসু মাগী কান্নবা মীনুংশি লৈতনা সংসাবদগী লাম্থোকপীখি। মসিনা মীওইবনা মহাক্কী পুক্সিগী যাইফনবা পুবক্লবগীদমক্তা জীব অমসুং মীওইবদা লৌনম নমথাক তৌদুনা হিংলিবা পৃথিবীনি। অচুম অবান অসিনা মবম ওইদুনা মশানা মশাবু খম্বৰা ঙমজদবা মীওইশিংদা হৌখিবা মীবোন কয়ানা পাউতাক পিদুনা হিংহৌবিবা লাক্লিবা মীবোন কযানা থন্নমগদৌবিবা মীবোন কযা অমা লৈহৌগনি। অবেপ্পা লৈত্রবা পুক্কৈগী লনসে মীয়ামদা পীথোক্লন্নগে হাযদুনা তুমদুনা লৈবিবা অহল-লমন, ছাত্র-ছাত্রি খ্বাই খিবিক্তা পৃথিবীগী মনুং চন্না হিংলিবা মণিপুব ইমা লৈবাক অসিবু মীমান্ননিংঙাই শিন্দম শঙনা খুবাক চাংজৌ তবাগা লোযননা খুকমজবি।

শিন্দম শঙনা থম্বালবু থাগৎ ব্রাহৈনা হাযবকই - "থম্বাল কৌবী ইবেম্মা নহাক্তি শাৎঙমদনা শাৎচবী লৈ ওইনা লৈববোই অদুবু নহাক্কী নগুর্নদি কযাদা চাওখ্রবা। মীপুম খুদিংমক্লা নতৌবু তমজগে হাযদুনা কযাদা ব্রানা হোৎনজবা নগুন লৈববা নহাক্কী নতৌবু তম্বা ঙমজদ্রে।" থম্বালনা হাযবক্লম্মী - "থাগৎপীবা ব্রাহে অসি ঐহাক্তদি অবেম্বা লৈকংলাদা ওইখিগনি ইশানা খঙনা কুমওন অমা লাকপদা শাৎচখিবনি খঙহৌদনা মপুং মবেপ ফাদ্রিঙৈদা কল্লক কমজাও কনখিবনা ঐহাকপু চোইজাইননা মাঙহনখি। মাঙখ্রবসু ঐহাক্কী থম্মোযদা মীনুংশি অমগা লোযননা পাক্লবা ইপাকযাইদা ঈথক ইবাওখোনগা লোযননা অব্রা চৈনাখোলগী মবক্তা শাৎচবী থম্বালনি। শিন্দম শঙনা থম্বালবু থাগৎচকবদা ঈংল-তপ্লবা পাউখুম্না ইকাইবা পীবকখি। ইকাযবা পীবীবক্লবসু মহাক্কী মগুন অদুদি খক মাঙখিদবনা মহাকপু থাগৎতবা ঙমখিদে। ফজবা মীওই অমগা ফজবা লৈ অমগা অনীগী খেন্নবা অসিবু কনানা হেল্লি হায়বসি শিন্দমনা হংলি। মীওইবগা লৈগা পাংখক নাইনা পৃথিবীদা হিংমিন্নদুনা লৈবি।

থম্বাল কৌবী লৈনুংশি মহাক্কী মগুণতনা লৈবাক্কী সেবা তৌনহল্লি। ফজববা থম্মোযগী পোখাফম মন্দিলদা মহাক্লা কুমওন অমা লাকপদা ঙাম্বোইদুনা মীযামদা পেলহনবা ঙমই। অ... থম্বালগা মগুন অসব পৃথিবীদা মাঙহনবা ঙম্লোই। ঈশ্বরনা তাইবং মী আসব লৈগা মবপ শাৎদুনা নুংঙাইনা পানমিন্নদুনা

হিংমিন্নহল্লি। শিন্দম শঙনা মগুন অসিবু অহানবমক্তদা য়েংম্লোকচবা হৌখিরম্মী।

মীওইবনা থাদোক্লবা য়াদ্রবা শিনফম অসিবু হৈজ-শিংজ লৌশিম্বীদুনা লুনা অমসুং নান্না থম্বীরবদি শিন্দমগী লন অসি অব্বাংপা লৈত্রবা শিনফমনি। মমাংদা হায়খিবা মীওই অমগা থম্বাল কৌবী অমগা মখোয় অনী অসি মরুপ ওইদুনা সংসারদা হিংমিন্নদুনা চৎমিন্নখি। অঙকপনি মীওইবগী পুন্সি ওম্লোকপনি থম্বালগী পুন্সি মখোয় অনীগী অঙকপসিবু উবগা শিন্দমনা হায়জখি - "থম্বাল নহাক্লা ঐহাকপু থিনা মায়থিবা পীবিবক্তুনা কয়াগী মতিক ঐহাকপুদি থৌনা হাপকৎপগা চপ মান্নখি। ঙসিগী হিংলিবা মীওই কয়ানা অবেপ্পা লৈতনা নহাক্তবু শক্ত-শোন্নরিবা নহাক্কী নগুন অসিবু মীপুম খুদিংমক্লা কাউথোক্লোই। লৈহৌবনি পৃথিবীগী পাক-চাউববা সমাজ অসিগী মনুংদা নহাক্লা মীপুম খুদিংমক্তা থনম্লবা লন অসিবু মীয়াম্না অবেপ্পা লৈতনা লৌশিম্বীদুনা থম্মোযগী মন্দিরদা লৌশিংগী মৈবা চুখৎপীদুনা অব্বাববু কোকহনবীবে।

থম্বাল মহাক্লা নুপীমক ওইজরবসু মীওইবগী হিংনবগী লম্বীদা লমতাকপীদুনা চৎলি। অবেপ্পা লৈতনা থেংনরিবা অব্রাবা কয়া অমসুং নুংঙাইবা কযা অসিনা মবম ওইদুনা থম্বালনা হায়বি মীয়ামদা - "শিন্দমনা ঐহাকপু কযাগী মতিক থাগৎপীদুনা ব্রাহং কযা অমা হংগৎপীবকপদা ঐহাক্লা হাযজখি নুপী ওইবীশিংদি ফজবা, নীংথিবা চঙখোনবা নুপী ওইববদি মশানা মশাবু থাগৎচদুনা মত ওইনা শিজিন্নখি। মসিনদি মীওইবগী নুংদা চেল্লিবা ঈচেলদি খক খঙবা ঙল্লোই। ফজবনা লাকহৎপ্লবদি মতম খিবিক্তা মহাক্কী অফ নুংঙাই পুবকপা ঙল্লোই। মসিনা মরম ওইদুনা নুপী ওইবীগী হৌন-লোনচৎ খঙদ্রবা মীওই কয়ানা অফবা খক পুরকপা ঙমখিদ্রি। জ্ঞান তাদ্রবা মীওইশিংদুগী মমাংদা প্রকৃতিগী লৈমায়দা থম্বাল ওইনা শাৎতুনা জ্ঞান লৌশিং পুরক্লবগীদমক্তা হায়দুনা শাৎহনখি।" থম্বালনা অমুকসু হায়খিরম্মী - "মীয়ামদা অহল-লমনগী পাউতাক অসিবু ইনবা ঙমহল্লবদি মীওইবনা থৌগল্লোন ব্যবহার কাইবা ঙম্লোই। মমাংদা চৎখিবা অহল-লমন হায়রিবশিংদুদগী অথোই অহেন লৌখিবশিং অদুবু অথৌবা কৌই। মখোয়শিং অসিনা হায়রম্বা ব্রাহৈশিং অদুদি কয়াগী মতিক ফজম্রে। সংসারদা মখোয়শিং অসিবু লাইনি হায়না ঙসি ফাওবদা শক্ত শোন্নদুনা লৈহৌরি অমরোমদসু মখোয়শিংদুসু ঐহাক্লুম তাইবং মীওইবনি। অদুগা ঙসিদি ঐহাকপুদি করিগী শোন্নদ্রি? মসিনা তাকপদি মশাগী মথৌ মশক খঙদ্রবা মীওই অমা ওইখিবননি।

অসিদসু নত্তনা অহল লমনগী ঝরী মনাদা হাপখিদবা অমসু ওইখি। মখোয়গুম্বা মীওই কয়ানা নুপা অমসুং নুপী অনীগী থবক খায়দোকপীদুনা কয়াদা মতম মাংহনখ্রবা থম্বালগী লৈনমতনা লৈবাক পৃথিবীদা ফাওবদুগুম্না মীওইবা খুদিংমক ফাওহন্নিংই হায়না অমুকসু হন্না পাউতাক পীজবি।

মীওইশিং অদুনা ঈশ্বরবু থাজবগী য়ুম্ফমদা ঈরাং থৌনিজখি। মতম অদুদা ঐখোয়না ঈশ্বরবু হে-লৈ অমদি ঈশিংগা লোয়নদুনা কংখিরম্মী। মসিনা থাজবগী য়ুম্ফমদা লেপ্তুনা ঙসি ফাওবদা ঈশ্বরদা সেবা তৌনরিবা পোৎশক অমনি। মৈরা, হৈ লৈনচিংবা পোৎলমশিং অসিবু পৃথিবী লৈমায়দা পোকপা অমসুং শিবগা চপ মান্নবা পোৎশক অমনি। মতৌ কবম্না মান্নরিবনো হায়বগী ঝবী অমা লীথোক্কে - লৈ হাযরিবা মহাক অদু মীওইবনা শেম্বী শাবীদুনা মীপোক লম্বীদা মহাকপু জীব অমগা লোয়ননা লৈবগুম্না মীপুম খুদিংমক্না শেম্বীখি অমসুং পোকপীখি। মহাক্নমীয়ামদা লাল্লম্বা কয়া লৈববসু লৈখল-লৈচু কযানা মহাকপু লৌখৎপীদুনা মীয়াম মাংদা অখাং কনবী ওইখি। মুৎপা অমসুং লোইবা লৈবরোইদ্রবা লৈখল কয়াসু ঈশ্বরগী খুদোলনি। শিন্দমনা ঈশ্ববনা পীবীবা খুদোল পোৎ অসিবু মীয়াম্না নিংশিংলবদি নোংমদি অব্রাবা কোকখিগনি।

শিন্দমনা হায়রি মণিপুর অমসুং পৃথিবী অসিগী মনুংদা মীওইবগী লোইশঙ কয়াগী মনুংদা মশা মশাগী হিংনবগী মথৌ তৌরিবা অথৌবশিং অমসুং অঙম্বশিং, লাইররবা প্রজা কয়া অসিবু য়েংশিনবীদুনা পুক্নিংগী থৌনা হাম্নীয়ু। নুংশিববা লৌমী প্রজা মীওই কয়াসু থবক ফংদে হায়দুনা ঝাখল লৌশিং হন্থবীবা তৌবীগনু। খ্বাইদগী হেন্না চাওবসি লৌমীনি। ঐহাক্নথাগৎচবগী ঝাদি নত্তে, অশেংবা হায়জবনি মতমনা পুরকপা লৌমীগী অথোই অহেন কয়াশিংদুনা মীয়ামদা শোইদনমক্নী চাউখৎপা পুরক্কনি। মপাল লমগী মীওইশিংগী মতৌ তমদুনা লৌমী হাম্নবা জাং অসি লৈরমদ্রবদি চাউখৎপা পুরক্লোই। শেংপা চাবা নীংবা থুংদ্রবা মখোয় কয়াবু হিংননবগী লম্বেল অসিদা লৌমীনা কনখৎপীদুনা মখোয় অদুবু শেংপা চাবা নীংবা থুংহনখি। ঐখোয়না লৌমীবু খক মীরাইবা য়ারোই হায়না শিন্দমনা মীয়ামদা হায়জখি।

পৃথিবীদা লৈরিবা মীয়ামশিং অসিবু লিংজেন মান্নহনবা খক ঙম্লোই। মসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয়না মীয়ামদগী অমতা ওইবগী থাজবা মহাক অদুবু মীপুম খুদিংমকনা শেম্বীদুনা ইমা অমসুং ইপা ওইবীয়ু হায়দুনা মীয়ামগী মমাংদা

পুথোকপীদুনা লৈবাক্কী লুচিং পুরেল কয়া ওইখিবা য়াওথ্রে। অহোংবা লৈতবা পোৎশক ওইরন্নগদি মণিপুর অমদি পৃথিবীদা কয়াগী মতিক চাউখৎলমগনি। চাউখৎপগী মমিদা ব্রারী ব্রাতাই কয়া অমগা লোয়ননা মতমগী ওইবা শিনফম কয়া অমা পুথোক্লুনা মীপুম খুদিংমক্তা শিনফম পীননবগীদমক্তা লোইশঙ কয়া অমদি শিন্দমগা মান্ননা মণিপুরগী ইন্দষ্ট্রি কয়া এসোসিএসন কয়া অসিবু মীয়াম্ন থৌশাবীদনা থম্বীরবা মখোয়শিং অদুবু হিংননবগীদমক্তা সরকারগী কর্মচারিশিংনা য়েংশিনবীয়ু, মীপুম খুদিংমকপু লিংজেন মান্ননা হিংমিন্ননবা শিন্দমনা হায়জরি।

মীওইবদা অপিক অচৌ নাইবগুম্না শিনফম অসিদসু খায়দোকখিরম্বনা মীওইবগী থম্মোয়দা ইকায় খুম্না পোৎশক অমা ওইনা থমখিবম্মী। শিন্দমনা ব্রারৌবশিং অদুবু থাদোকপীদুনা অপীক অচৌ লৈতে হায়দুনা মখোয়দা চাওথোকপীয়ু হায়না হায়জখি। লুপা অমা পায়রিবা মীওই অদুগা লুপা তরা পায়রিবা মীওই অদুগা খেন্নবা লৈতে। ইশানা তাঞ্জবা অপীকপা মীওই অদুগা খ্বাইদগী হেন্না চাওবা ওইখি। কনা অমগী মফমদগী হুরানবা লৌনম্বা তৌদুনা লৌখিদবা ওইদুনা মহাক্না লাইরবা ওইজরবসু অচৌবা পৈশা অদুবু কল্লকখিদে।

মীওইবদা শিন্দমনা লন অমসুং পাউতাক পীবা অসিবু মীয়ামনা লায়থোকপীরবদি মমাংদা অথৌবা কয়া শিখিবা, লৌমী কয়া শিখিবা মখোয়না খল্লম্বা ব্রাখল লৌশিং কয়ানা লমতাকপীদুনা থল্লম্বা লৌশিংগী মৈরানা মুৎপা নাইররোইদ্রবা পোৎশক অসিবু মাংহল্লবদি মীওইবগী হিংনবগী লানফমদা মায়োক্লবা ওগ্নোই হায়না মতম খিবিক্তা মীয়ামদা নোল্লুকচবগা লোয়ননা ইশাগী শিনফম্বু অরেম্বদা খক মাংহনবীগনু হায়নসু মীয়ামদা পাউজেঞ্জরি।

শিন্দমনা হায়রি নোংম-নোংমগী হৌখিদুনা পৃথিবীদা অরেপ্পা নাইদ্রবা শিনফম কয়া অসিবু নীংশিংবিদদুনা কয়াদা মাংহনম্রবা, মাংম্রবা শিনফম কয়া অদুবু নোংমতসু হল্লকখো হায়বা খক য়ারোই। শেৎপা-চাবা মনিং থুংদ্রবা কয়াদা ইথক ইরাং হৌরবা মীপুম খুদিংমক মানা মানা হৈজ-শিংজবা শেম্থোক লম্বী লৈরগদি অমগা অমগা খৎন-চৈনবা থোক্লগ্নোই। মীওইবদা অপেনবা হায়রিবা অদুবু লৈরম্নবদি ওসিগী সমাজদা অপাইবা নোংলৈ নুংশিৎকী চৈনারক্তা লৈচিনগী ব্রাওরবা মচুদুদা নহা কয়ানা নীংঙমদবগী মৈশানা মীপুম খুদিংমক্তা অনৌবা লৈশাৎ তম্বীগে হায়দুনা অমংবা নোং চুরক্লুনা ইমা লৈবাক মণিপুরগীদমক্তা অৱা চৈনা খাওদুনা ওসিগী লৈরিবা মমা ওইবীশিংনা পৃথিবী অসিদা লৈরিবা মীওই কয়াবু

লোই চনগে হায়দুনা থব্রায় ফাওবা কৎখিদুনা কয়াদা থৌনা ফগ্রবা।

শিন্দমনা অমুকসু হন্না হায়খিরম্মী - মীয়াম্মা শেমগৎপীদুনা হিংজরিবী লোইশঙ অসিবু কাওথোকপীদুনা থম্মোয়গী পোম্থা শঙদা ব্রারী শামিন্নদুনা শিন্দম হায়রিবা অসিবু হিংহনবিয়ু, মীয়াম্মা নুংশিবীয়ু। জগৎকী মপু মানা শিনবনা অমা তাইবং মীনা শিনবনা অমা ঈশ্বরগা তাইবং মীগা খক থাদোক্লবা য়ারোই। মীওইবনা মীনুংশি খঙবীদুনা ধুপ, মৈরা, থোইদিং, তিংথৌ, লাংথ্রে হায়রিবসিগা অথেনপোৎ কয়াগা পৃথিবীদা থাজবগী য়ুম্ফমদা লাইশঙ কয়াদা কৎচদুনা থম্মোয়গী পোম্থা শঙ ওইনখি। ঈশ্বরগী লম্বীদা ঐখোয়দা লান্না খক চৎতবা ফৈ হায়না শিন্দমনা পাউজেঞ্জখি।

শিন্দমগী পান্দমদি পোকপা অমসুং শিবা নাইবিবা মীওইবা অসিবু নুংঙাই য়াইফবা মীওই অমা ওইহনবা ঙম্বা অমরোমদা মীওই কয়াবু মানা হৈনজবা শিনফমদা মশানা মশাবু থবক ফংজনবগী ট্রেনিং পীদুনা থম্বা, মশানা হৈরক্লবা মতমদা ময়ুমদা লৈনা লৈনা শুববসু য়াবা, ময়ুম মকৈ লৈত্রবা মীওইশিংবু শিন্দমগী মনুংদা থম্বীবা অমসুং মখোয়না শুরিবা থবকশিং অদুনা ইন্দষ্ট্রি অমসুং সোসাইতিবু চাওখৎহনবা। অমরোমদা নুপী মচাশিংবু য়ুম পানবগী চেকশিন থৌরাংগা লোয়ননা লৌশিংগী মৈরা ওইরকপা। ককচিং মায়কৈ অমদি মণিপুবগী শিন্দমশঙনা অরেপ্পা লৈতনা মতম্মু মাংহন্দনা চাওখৎপা পুবকপা অসি শিন্দমগী অরেপ্পা ব্রাশকনি। ব্রাশক অমগা লোয়ননা থমজবিবা অসিবু সমাজনা পাঙ্গল লৌশিং হাপ্পীরক্লুনা শিন্দমবু হিংননবগীদমক্তা পাউতাকচবনি। হৌখিবা মীওই কয়াবু শিম্থানবদৌনা শিন্দমবু শিম্থাবীনবগীদমক্তা ঙাইহাক্তা ওইরবসু মীয়াম্মা খম্থবীদুনা মহাকপু নীংশিংবীয়ু।

------

# অরোইবা লৈরবা

ওজা মেমচানা ছাত্রীশিংদা পুন্সিদা পোক্লকুবদি হিংননবগীদমক্তা লীজবা ৱারিনি। লীগদৌরিবা ৱারী অসে ঙসিগী পৃথিবীদা চৎনরিবা অমসুং শুনরিবা অসিগী মরমদনি। "তাইবং মীওইবনা শুন-চৎনদুনা হিংলিবনি হায়বসি অপীক অচৌ খাক্তবমখৈ খঙনরিবা ৱাফম ঙাক্তনি। অমরোমদা চাকচা-ফিজেত্তা অমগা অমগা ইকায় খুম্নবা ঙাক্তুনা চৎনরিবা অসিসু মীয়াম্না খঙনরিবা ঙাক্তনি। অসুবু পৃথিবীদা লৈরিবা লাইরিকশিংসিদা য়াওরিবা মীপুম খুদিংমক অফবা মীওই ওইনবগী পাউতাক কয়া। লাইবক থিবদি মমা মপা ওইরিবা মীওই কয়া অসিসু শক-চু খেন্নবগুম ৱাখল লিংজেল অসিসু অমত্তা মান্নদে। অদুম্নদি ওইরগা ঙসিগী সমাজদা কনা অমতনা ইশানা লান্না চৎপ্রবা থবক কয়া অমা য়াওখিবদু মশানা মশাবু লাল্লি হায়বা মীওইসু ইয়াও য়াওখিদে। মদুনা নোংম-নোংমগী ব্যবহার নিতি কায়রক্তুনা সমাজসিদা, পৃথিবীগী মফম খুদিংদা অৱাবগী শক্তম ওইনা উহল্লি। মসিগীদমক লাইরিকনা ৱাদবা ঙমখিদে, মদুনা মরম ওইদুনা লাইবক থি হাযজবনি। নখোয়গী ইমা বাবাদা ঙসি লিরিবা ৱারিসি ইমুং পুন্না খঙননবা অমুক লিকগদবনি" হায়না ওজা মেমচানা হায়রম্মী।

ওজানা মহাক্কী ছাত্রিশিংদা হংলক্লম্মী - অঙাংশা ! নখোয়গী ইমানা থাবুম তবা মালেম অসিদা অমম অঙানগী লংদাইদা পোকপীদুনা লাকখিবনি। ঙসিদি নখোয়বু চাওনবা য়োকপিরকপী পলেম ইমাবু নিংশিংবা ঙমদ্রিবা করিগীনো? খঙহৌদনা ছাত্র অমনা হৌগৎতুনা খুন্নক্লম্মী - "ওজাগী ৱাহং অসি তাজবদা ওঙ্খোক্লা ঐহাক্কী থম্মোয়দা অদুক্কী মতিক খঙনিংদুনা ওজাদা হায়জনিংই। ঐহাক্কী ৱাখল অসিনা খল্লিবা অসিবু চুম্রা নত্রগা লানব্রা হায়বসিদি খঙজদে। ওজা, ঐহাক্কী ৱাখল অসিবু চুমথোকপীদুনা ঐহাক্লা পীজনিংলিবা পাউখুম অসি চুম্মী নত্রগা লাল্লি হায়বা ৱাহৈদু তাজনিংই। ঐহাকপু পোকচবী ইমা অদুবুদি মতম খিবিক কাউদনা মীৎনা উবা লাইনি হাযনা খঞ্জদুনা লৈজরিবনি।" ওজানা ছাত্র অদুগী ৱাখল অদুদা কয়াদা নুংঙাইবা ফোংদোকপ্রবা।

ওজানা ছাত্রি কয়াগী পুক্নিংবু খঙদোক্তুনা অফ-নুংঙাইগী ৱারীদসু নত্তনা মহৈ মশিংগী লম্বীদসু লৌশিংগী মৈরা ওইরক্লবগীদমক্তা হৌখিবা অৱা নুংঙাই

কয়াবু নিংশিংবগা লোয়ননা তুংদা লাক্কদবা পুন্সি কয়াদুবু শেমগৎ শাগৎনবা অমুক ৱারী লীবা হৌরকই -

ঐহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী ঙসি ফাওবগী ৱারীসিদা নখোয়বু জ্ঞান লৌশিং ফংনবগী মচাকশিং য়াওরি খন্দুনা লিরিবনি। অঙাং নৱা ওইরিঙৈ নিংথিবা চঙখোনবা খঙদ্রিঙৈ মতম অদুদগী ইথক থোংবা ইচে-ইবুংনা ঐগী ৱাঙাং, লিচৎ শাজৎশিংদুবু খঙখিরম্মী। মখোয়শিং অদুনা ঐহাক্কী অফবা অমসুং ফত্তবা কয়াবু শেন্নবীদুনা লৈরকখি হায়না লৈকাইগী ইচে ইন্দোল কয়ানা শক্তম লৌদুনা পাউদমবীরকখি। ঐহাক্না জ্ঞান তাদ্রিবা মতম অদুদদি থোয়দোক্না অৱা-নুংঙাই করিনো হায়বা খঙলুদ্রবসু ঐহাক্না চহি ৮ শুরকপা মতম অদুদদি মপুং ফাবা জ্ঞান লাক্নুনা ঐখোয়গী ইমুং অসি অৱাবা ইমুং অমদি ওইদ্রে হায়বদি খঙলকখি। অঙাং ওইরবসু অপাম-পামদা মশক খঙলক্নুনা শেৎনিংবা চানিংবা কয়াদু ইমা-বাবাদা পীনবা লৈনবা কন্না হায়জখি। মখোয়না অয়াবা পীরক্তবদুদা ঐহাক্না কয়াদা ৱারৌনা কপচখি। ফন কপচরবসু ইমা অমদি বাবানা পীবীবক্তবদা করি অমত্তা উপায় লৈখিদে। ঐহাক্না খনখি তামো অমদি চেচেনা হাযবদি লোইনা পীরমগনি হায়দুনা নোংম-নোংমগী ৱারৌবনা অসুম অসুম হেনগৎলকখিরম্মী। ইতোম্নতা অমুকসু খল্লরুম্মী ঐখোয়গী ইমা বাবানা মচা য়াম্না পোক্লম্বনা ঐখোয়না শেৎপা চাবা নীংবা থুংলোইদ্রা হায়না ৱাজদুনা পীদ্রিব্রা ? অদু নত্রগনা মখোয় অনীমক তলব চাদবা, নোংমগী থবক শুরগা ইমুং পুনবা হোৎনবদা কোন্নদবনা পীদ্রিব্রা হায়বসু খন্দবা ঙমখিদে। ৱাখল কয়ামরুম খনখ্রবা মতম কয়াদু থল্লম্লগা অনৌবা ৱাখল অমুক লাক্লম্মী। অঙকপনি ঐগী ৱাখল ঐহাক্না ফন য়াম্না ৱাখল খল্লুরবসু অহল-লমন্না হায়খিবা ঙাংখিবা অদুবু মুন্না তাশিন্দুনা অনৌবা ৱাখল অমদা শাগৎখি। অনৌবা ৱাখল অসিনা লমজিং ওইদুনা অহল-লমনগী য়াথং হিক্তোক্তনা চৎপা ঙমজগে হায়দুনা ৱাশকচখি। ঐহাক্না ৱাশক্লবগী মরমদি হৌজিক্কী সমাজসিদা হিংননবগী লম্বীসিদা কনানা মপী মপা ওইরিবগে হায়না থিজিন্দুনা শক্লিবা ৱাশক অসিবু ঙাক্লবগীদমক্তা থিজবা হৌখিরম্মী। হে ঈশ্বর তাইবংপানগী হিংননবগী পুক্কৈগী লন লৈরিবা মফম অদুদা ঐহাকপুসু পুশিনবীয়ু। অৱাবনা মাংওইনা নুংঙাইবনা তুংওইনা অনীগী লংদায় অসিদা ঐহাকপু শকখঙবীবা মীওই অমা ওইনা ওইহনবিয়ু হায়জখিরম্মী। ঐহাক ৱাশক কায়দনবগী মরমদা কয়াদা ৱানা লেঙ্খি। ঐ নুপী অমা ওইনা পোক্লবনা হিংনবগী লম্বীদা নুপী অমসুং নুপা খায়বা

থবক কয়ামরুম থেংনরকখি। মতম অদুদা মমা মপা ওইবশিংনা মচাশিংবু নুংঙাইহন্নিবদগী কয়াদা ৱানা য়োক্লকখিবা অদুদা মচা ওইবা ঐহাক্না খনখিবা অমসুং নিংখিবা অদুনা অচুম্বমক্তি হায়না খঙদুনা ঐহাকপু য়োকপীরিবী ইমা বাবাগী মফমদা কয়াদা অৱাবা পীখ্রবা। হেক পোক্লকপদগী চাউনবা য়োকচরিবী ইমা অদুদা ঐহাক্না করিগীদমক্তা পেন্দ্রিবনো হায়না পুক্লিংদা ৱারৌবা ফাওরকখিরম্মী। ঐহাক মতমগী ঈচেলনা লমজিংবীদুনা ঐহাকপু চাউখৎ থৌরাং কয়া উজবা ফংখিরম্মী। পোক্লকবদি হিংগনি হিংলবদি ইথৌ মশক খঙনা মীয়ামগী মরক্তা ঐবুসু য়াওজবা ঙম্মবগীদমক্তা ঐহাক্না ঈশ্বরদা নিন্দা তৌজখি।

ওজানা মহাক্কী ছাত্রশিংদা তুংদা লাক্কদবা অমসুং ওইরক্কদবা লম্বী কয়া অমা তাকপীদুনা হায়রকই - অঙাংশা নখোয়না খঘগদবদি য়ুম্লোন কৈবোন্নবা শাগৈ নাতৈ হায়রিবা মখোয়শিং অদু ঐখোয়না য়াম্না খঙজিন-উশিনবা দরকার ওই। মীওইবা অমা ওইনা পোকপদগী শিবা ফাওবদা শুনরিবা চৎনরিবা কয়াসি অহোংবা লৈত্রিবা ওইদুনা নথক থোংবা অহল লমনদা শিক্ষা তৌগদবনি। ঈশ্বরনা লাইরিক হায়রিবা অসিবু মীওইবদা লমজিং ওইননবা পীরকপনি। মসিদা নখোয়না লাইরিক্কী মগুন খঙদদুনা নশা নশাবু লায়থোকচবদগী লায়না লাইরিক্লা নঙবু কাওহল্লিবনি। লাইরিক হায়রিবা অসি ঐখোয় মীওইবগী লমজিং-লমতাক্তি হায়বসি কাওগনু। অমুকসু মুন্না তাও মখা তাবা ৱারী পীরগে - অঙাং ওইরিঙৈদা ইমা বাবানা ঐবু অফবা মী অমা ওইনবগীদমক তাকপীরকখিবা, ঙাংলকখিবা অথুম্বা ৱাহৈ অমসুং চৈরাক কয়াগা লোয়ননা ঐবু ৱারকপীখি। নোংমদা পরা অমা ফাদ্রবদি ঐবু চরা হেলহনবমখৈ ফানবা হোৎনহনখি। ঐহাক্না থৌওংদুবু কয়াগী মতিক শাওনিংগ্রবা, মদুদা ইমাদা ঐহাক চরা হেলহল্লবদি লাইরিক অমত্তসু পাররোই হায়না নিংঙাই তৌজখি। তাঙ্গা অদুমক্তা ঐখোয় বাবা লাক্কুনা করিগীদমক কপ্লিবনো হায়না হংলকখি। ঐহাক্না কপ্না কপ্না মমানা ঐবু লাইরিক ফাদ্রিবা মখৈ চাক পীজরোয় হায়দুনা চরা হেলহল্লিবনি। বাবানা ঐগী পাউদম তারগা নমানা হায়রিবশিং অদু অচুম্না ঙাক্তনি। বাবাসু করিগুম্বদা নমানা হায়রিবা অসিগুম লাইরিক লাইশুদা নিংথিনা হৈরক্লবদি চরা কয়া হেলহন্দুনা পাহনগদৌরিবনি। বাবা ৱা হায়গে, ঈশ্বরনা মীওইবা হায়বসি শু-চৎতুনা চারুচো হায়না থারক্লবা মীওইনি। লাইনা ঐখোয়বু লেম্না খক পীরকপা লৈরোই। অমরোমদদি মীওইবনা ৱাহৈদা য়াম্না শীজিন্নৈ লাইনা য়াৎপা খয়াৎনি।

পৃথিবীদা শুন চৎনরিবা হিংনরিবা মখোয় অসে চাউনা অমসুং মীয়োন শুরগা পোক্লকখিবা কনা অমত্তসু য়াওখিদে। পুম্নমক হোৎনবগী মপান্না হৈরকখিবা ঙাক্তনি। নহাক্লা হোৎনবী কনবী নুপীমচা অমা ওইদুনা লাইরিকপু থব্রায়মক্লি খন্দুনা মীয়াম মরক্তগী থোইদোক হেন্দোকপা অমা ওইরকপদু বাবাগী অপাম্বনি। নহাক্লা অচুম্বনা করিনো অরানবনা করিনো খঙবা ঙমদদুনা মমা মপানা হায়বা ইন্দবী অমসুং লৌদ্রবী অঙাং ওইরবদি মীপুম খুদিংমক্লা নহাকপু হম্বনা য়েংবিরক্লনি। মতম অদুদা মমা মপা ওইরিবা ঐখোয়দা মচা পোকচমনগী মহৈ হায়বদু ইকায়বা চোপ্লা নংবদুনা ওইহনগদৌরিব্রা ? ইচাদি হায়বা ইনবীনি মমা মপাবু স্বর্গ য়ৌনা পুখৎপী ঙম্বী নুপীমচা ওইনবা মমানা হায়বা ইনগদবনি। অসুম্না বাবানা পুম্নিগী ওইবক্লদবা ব্রারী কয়ামরুম লীবীখি । বাবা মমাগী ব্রারীশিংদু তাবদা অঙাং ওইবননি খঙদে কয়াদা কীখিবা অমসুং খঞ্জখিবা লাইরিক হাযরিবা অসি অরুবা পোৎশক অমনি। মসিগী মপান্দগী সংসারগী লৌশিং জ্ঞান ময়াম অমা ফংগদৌরিবনি। নুমিত্তুদগী ঐ ওজানা ফানবা পীরকপা পরা কয়াদু ফাননবা কন্না পাখি। স্কুলদা তম্মীন্নরিবা শক মান্নদবা মরুপ কয়া অদুগী মবক্তা লাইবিক্তা য়াম্না লায়খোকপা অমসুং মীরাইবা মখোয খরসু য়াওবম্মী। মখোয অদুনা ঐঙোন্দা হাযখিরম্মী - "মেমচা নহাক্লা লাইরিক্তা অদুক থব্রায় য়াওশিল্লিবা কবিগীনো ? ঐখোয়দি করি অমত্তসু খনবীদে, ওজানা তাক্লকপা পরাশিং নীংশিংবা থোকহৌদ্রবসু লাইরিক্তা মশানা ইদুনা লৈরবা অদুদগী হুরান্দুনা শিল্লগা লোইরে মদুদা নহাক্লা করিগীদমক্তা ননীং-নখা তম্না শান্নবা অমসুং কোইথোকপা ঙমদনা লৈরিবা অদুবু পাম্মুদ্রা।" মখোয়গী ব্রাহৈশিংদু তাবদা অদুক্কী মতিক ঐগী থম্মোয়দা অব্রাবা অমদি লৈখি। ঐখোয়গী ইমানা ইচিন-ইনাও মরি-মঙা পোক্লম্বনা ব্রানা মহৈ মশিং তম্বদা নীংবা থুংনবা হায়দুনা শু-নোমদুনা ঐখোয়বু চাউনবা য়োকপীরক্লিবী ইমা অসিনা ঐবু ব্রারক-ব্রাতেম তৌরম্লিবা অদুদি ঐগী মরুপ-মপাং অসিগুম লৌনম নমথাক তৌবা মচা ওইদনবগীনিকো হায়বসি ইতোম্নতা খঞ্জখি। ইমাগী মতিক মগুন কয়াদা চাওখ্রবা মচাবু অরান-অহুই নাইদনা যোকপা ঙম্বী ইমাগী মতৌ অসিসু নোংমদি শোয়দনমক্কী মমা অমা ওইরগদৌরিবা ঐহাক্লা তম্বা ঙমজগে হাযনা খঞ্জখি। ঐহাক্কী পান্দমদি শু-চৎপা নোম্বা ঙমদ্রিবা মতম অসিদা ইমাদগী অমসুং বাবাদগী ইশাগী ইহৈগী পুক্কৈগী লনবু পীননবগীদমক্তা অমসুং লৌশিং লৌমন কয়া অমা খঙজিন উশিন্দুনা থমহৌরগে হায়দুনা অমদি লৌশিংগী মৈরা পুরক্তুনা সমাজগী সেবা য়াওবা ঙমজনবগীদমক খঞ্জখিরম্মী। ঐহাকপু অসুম ব্রাখল খন্দুনা লৈবগী মতম

নংত্রে হায়না থম্মোয়দা নুংনাংবা অমগা লোয়ননা থৌনা লিংজেল ফুদোক্নুনা ঐহাক লাইরিক-লাইশুদা খোঙদাবা হৌখিরম্মী। মতম অদুদা ঐখোয় তামো অমদি ইচে মখোয় অদুসু মহাক মহাক্না নীংজবা ব্রাখল কয়ামরুম লৈরমগনি। ঐহাক্না হোৎনবা তন্দবদগী বাবা অমদি ইমা মখোয় অনীনা ঐহাকী ব্রাখল অমসুং লিংজেলবু থৌনা হাপ্পীদুনা অরেপ্পা লৈতনা ঐহাকপু ইহে ইশিং তম্বদা অপনবা লৈতনা লাকহনখিরম্মী। মতম অদুদা ইচিন-ইনাওনা কয়াদা ব্রারৌনা ঐহাকপু নত্তবা অমসুং লমলানবা অমগা চপ মান্ননা খনবীখিরম্মী। মদুদা ঐহাক্না ব্রারৌবা খক থমখিদে। ঐহাক্না খনখি ওহ ! মীওইবনা হৈনিংবা-খঙনিংবা অমা তান্নবদা ইচিল-ইনাও, শাগে নাতে অমত্তসু নুংশিনবা হায়বসি লৈরমদবোই। মসিনা তাক্লিবদি ঐখোয়গী ইমা অমদি বাবা মমাংদা হায়খিবা ব্রারী অদু চুমখ্রেদা অফবা থবক তৌবা মীওই অদুদি ময়ামদগী হু চেনবা মীওই অমগা চপ মান্নবনি মদু চেকশিল্লু। ইশাগী ইথৌ মশক খঙনা চৎলিবা মাওই অদুদি ফন হু চেল্লী হায়না খনবীরবসু মখোয়না খক লাকশিনবা ওল্লোই হায়না তাকপীরকখিবা অদুবু ঈশ্বরনা পীরকপা লন হায়বদু অসি ওইরেকো হায়না খন্না চৎচরকপনা ঙসি ফাওবদা ঐহাকী ইথক্তা কনা অমত্তনসু অরানবা চৎপা য়াওবা লৈরকখিদ্রি। মসিনা তাকপদি মীৎনা উবা লাইনি হায়নরিবদু ইমা অমসুং ইপানি হায়বা খক থোক্লোইদ্রা হায়না ইশানা য়ানা নিয়ম কায়দনা চৎখিরম্মী। নখোয়দগীদি ঐহাক্না পোকপা হানবনিনা উদবা খঙদবা লৈরম্লগসু নখোয়না হংনিংবা কয়াদু হংলকউ। "ওজা ঐখোয়গী পল্লেলদদি ওজাগুম্বা ইমা অমা লৈজরম্লবদি কয়াদা নুংঙাইরমগদবা। ঐহাক ইশামক ওজানা ঙসি লীবিরিবা ব্রারীশিংসি কাউবা ঙম্লরোইদবা ব্রারী ওইবনা তাজবদা কয়াদা পুক্রিং নুংঙাইখ্রবা। ওজাগী খেৎতোকনিংঙাই লৈত্রবা ব্রারীশিংসি ঐহাক্না করম্না হুন্দোক্নুনা চৎকনি। হুন্দোক্কে খল্লবসু ইতোম্নতা পাপ চেনগদবা মাল্লি। মমাংদা ওজানা পৃথিবীদা শক্তম লৌরগা ঐখোয়দা ব্রারী লীবিখিবদু মদুদগী হৌনা থম্মোয়দা চাউথোকচনিংঙাই ওইরবা পোৎশক অমদি ব্রাখল লৌশিং কয়ানা লমতাকপীদুনা ঐখোয়বু মী অমা ওইননবা লমজিং মৈরা পীবিবসিদা কয়াদা নুংঙাইখ্রবা। ওজা, ঐখোয়গী পল্লেল হায়রিবা খুঙ্গং অসিদি য়াম্না পীকপা খুঙ্গংনি অমরোমদা অপীকপা খুঙ্গং অসিদা তিল্লিবা মীওইশিং অসিদি লাইরবা অমসুং ঈনাকখুনবা খায়দনা লৈবা খুঙ্গং অমা ওইনা উদুনা ঙসি ফাওবদা লৈরি। মসিনা হৌরক্লিবা ঐখোয়দদি কয়াদা ব্রাহনখ্রবা। মহে য়াওদ্রিঙৈদা মপালনা হান্না শারম্লবদি ওজাগী মফমদা নীংশিংলল্লোই। মদুগী ওন্ন-তৈনবা অমদা মপাল শাদনা

মহে য়ানখিবা ওইবনা মাই হায়জবগী মাফমনি। ওজানা ঙসি লীবিরিবা মারীশিংসি ঐখোয়গী খুঙ্গং অদুদা তাজবা ফংজরন্নবদি মখোয়শিং অদু জ্ঞান লৌশিং ফংজদুনা চাওখৎমিন্নবা হায়বদু ওইরমগনি। পুস্পা - নহাক্না ঐহাকপু ওহ্মোক্না থাগৎপিশ্রে। ঐনা পান্নিবদি থাগৎপা হায়বা মাহে অদু নত্তে। থাগৎপা হায়রিবা মাহে অসিনা অমাংবা কয়াসু পুরকই। মণিপুরদা নত্তনা পৃথিবীদা লৈরিবা মীশিংসি উদ্রিবা খঙদ্রিবা কয়াদুবু খঙনবগীদমক থিবদা মাজরবা খঙননবা হোৎনবদা পাঙ্গল অপুম্বা শিজিন্নরিবা মীওইশিংনি। মসিগীদমক লাইরিক তমদুনা মপাল লমদা চৎতুনা চাওখৎ থৌরাংগীদমক্তা মতম কয়া চঙনা মানা ইমা-ইপা ইচিন-ইনাও থাদোক্তুনা চৎখিবা মীওই কয়া পৃথিবী অসিদা হিংলিবনি। অসিদসু নত্তনা লৈবাক্কী ফাওবদা থমায় থাদোক্লগে হায়বা মীওই কয়া অমসু লৈরিবনি, অমরোমদা লৈবাক্কী অঙম অথৌ কয়ানা মচু কয়ানা লৈতেং ওইদুনা লৈত-লাইর খোংমাই তেংননবগীদমক্তা থমায়বু থমায়না শিবা অমসুং হিংবা অনীগী লংদায়দা মখোয়দুনা জাতিগী যুম্নীরেল ওইদুনা লৈরিবনি। মখোয়দি থাগৎপা মাহে অদুবুসু খক লৌশিনবা লৈত্রিবনি। লৌখিদবগী মরমদি পৃথিবীদা লেঙদনা লৈরিবা পোৎশক অদুবুদি কনানসু থাগৎপীবা লৈখিদে। মীওইবশিংদি অমগা অমগা ইকায়খুম্নবা ঙাক্তুনা ঙাকপী হৈবা ভক্তি কয়াবুদি তৌনরি। ইমা লৈবাক শিন্দম শঙ হায়রিবা মফম অসিবুদি থাগৎ মাহে অমত্তসু থম্বীখিরমদে। মদুনা মরম ওইদুনা নহাক্না ঐহাকপু থাগৎলকপদা মরম চাদ্রি হায়জবনি। পৃথিবী লৈবাক অসিবু কনানা ফক্তুনা পুরক্তুনা মফম হোংবা য়াওগ্নবগে? মদুবু ঙম্বা মীওই অমত্তা লৈখিদ্রি হায়না ওজানা পুস্পাদা মারী লীখোকপীখিরম্মী।

ওজানা মখা তানা অমুকসু লীবা হৌখিরম্মী - অঙাংশা হোৎনবা কনবা মীওইদদি মশাগী শিনফম অমসুং শিন্দম্মু খঙলক্লবা মতম অদুদা "ঐহাক্ত মমাংদা ইথৌ মশক খঙদনা লৈবম্লিবা" হায়না মতোম্নতা তকসি শোন্দুনা মাঙহনখিবা মতম অদুবু পাম্মুরক্কনি। শিন্দম্না শিনফম্মু মথৌ মশক খঙনবগীদমক্তা মখোয় অদু শোয়দনমক্কী লৌশিম্বীদুনা পুন্সিগী পুক্কৈগী লন পীবীরক্কনি। মথৌবু মশক খঙলবা মহাক্না মমাংদা মাংম্রিবা মতম অদু শোয়দনমক্কী অমুক হল্লক্তুনা হেন্না মথৌ হাপলক্কনি। শিন্দম অমসুং শিনফম অনী অসি য়াওদ্রবদি পৃথিবীদা মীওইবনা তংদু লৈতানা হিংবা ঙম্লোই। মমাংদা অখঙ অহে, ওজা গুরু কয়ানা শিনতাক শিন্দমদুনা ঐখোয়বুসু লাকখিবনি। ঐহাক্না উজরুবা খঙজরুবা লৈবনা নখোয়দা মারীশিংসি লীখোকপা ঙমজরিবনি। শিন্‌ফমগী পুন্সিবু কাউদবা ঙম্লবদি মতম

মতমগী অহেনবা লৌশিংগী মৈরা পুদুনা মীয়ামগী শক্তিগা লোয়ননা হিংননবগী লানফমদা অকিবা খক লৈরোই।

ওজানা মহাক্কী ছাত্রশিংদা পুন্সিগী হিংননবগীদমক্তা লৌশিংগী মৈরা ওইননবা পাউতাকচখি - নুংঙাইবনা অৱাববু তেংবাংবিবা অৱাবনা নুংঙাইববু তশেংনা মরুপ ওইবিবা, অপোকপা অমসুং পোক্তবা থিবিদনা অপুনবা লিংজেল অমা ওইমিন্না, মীয়ামগীদমক্তনি হায়না খনবীদুনা প্রজা ইমা ইবেন কয়াগা থৌদাং য়ামিন্নবা, পীক্লিবা মচাশিংগী লমজিং লমতাক পীবা হায়বসিদা থৌদাং য়ামিন্নবা, অমনা অমবু য়েংশিনবীদুনা মরুপ ওইমিন্নবা, অৱা-অনা তারক্লবদা মীপুম খুদিংমকপা থৌদাং য়ামিন্নবা, মণিপুর সমাজগী অৱাবা লাক্লবদা য়াওন্নবা পোক্লরবা ইচা কয়াবু অচুম অরান থিগৎপীদুনা মীযামদা অফবা পাউতাক পীমিন্নবা, সরকারগী লোইশঙ অমসুং শিন্দম শঙ কয়াবু ঙাকপী শেনবীবা তুংগী হৌরক্কদৌবিবা নহারোলশিংগীদমক খনবীবা মহে-মশিং তন্নকপদা মশাগী মহে মশিং হৈনিংবা খঙনিংবা কয়াদুবু মতেং পাংবিবা, ময়ুম মকে পাল্লবা মীওইশিংগী নত্তবা লান্না চৎলক্লবা মীওইশিং অদুবু মীপুম খুদিংমক্তা অচুম্বা লম্বীদা পুবীনবা লৌমী-শিন্নীগী ফিজোল হোংবীবা হায়বসি মীপুম খুদিংমক্তা ফিদম লৌবীবা, চাওখৎ থৌবাংগীদমক্তা এসোসিএসন সোসাইটি মখোয় অদুবুসু থৱায়মক্কি হায়না খনবীবা, মীওইপোক্কী মপোক্তা নুংশিনবা অমসুং চান্নবা হায়বা অসি মচু অহমগী লৈতেংনা জাতিগী ফিরাল ওইনা লৈরিবা মহাক অদুবুসু থৱায়মক্কি হায়না খনবীবা, ঐখোয় খুদিংমক্তা ইমা অমতগী মচানি, ইপা অমতগী মচানি, জাতিগী য়ুম্বী অমতনি হায়বগী খোল্লাও অসিবু মতম চুপ্পদা তাইবং মীবোলনা লৈবিবমখে লেংদনা লৈহনসি। অসুম তৌনা ওজা মেমচানা মাগী ছাত্রীশিংদা ৱারী লিজখি।

-------

# নুপী ওইবীশিংনা খাংদোকখ্রবা খোংথাঙ

ওস্তোকপনি নুপী ওইবগী পুন্সি ঙসিদি পাল্লুবে য়ুম ঈনাক কৈরাক খুনবা লাইরিক লাইশু হৈবা মীওই অমদা পুন্সিগী লোয়নবী ওইরুরে। নহা ওইরিঙৈ অব্রাবা হায়বদু নিংশিংবা ফাওদবমখে হরাও মীনোক তম্মীন্নদুনা মতম খিবিত্তা অব্রা-নুংঙাই শিন্থামিন্নদুনা ইচা-ইশু ফংমিন্নদুনা তুংদা লাক্কদবা লম্বীবু খঙদবা উদবা মখে নুংঙাইবগী ঈপাক্তা লেল্লকখি। ঙসিদি নুংঙাইবনা নাথেবিরম্লবা ঐহাকসে তুংগী ওইরক্কদবা লম্বী কয়া অমা ইথক থোংবা মীওই কয়ানা ব্রারী লীবদা তারুবদা অঙকপা অমসুং অকিবা ফাওরক্রে। য়ুম পানবগী লম্বী অদুক্কী মতিক লুনা লৈরমখ্রে। মমাংদা য়ুম্বানবগী পুন্সিনা নৌনা খোঙদাবকপদা মঙাইবিঙৈদা ঐহাক্কী লোয়নবা নুপা অসিনা ঐহাকপু ব্রাত্ত-পাদনা থম্বীগনি হায়না ব্রাশক কয়া শকখি। মদুদা পংলবা থম্মোয়না ইল্লুবদগী ফংলক্লিবা অব্রাবসে কনানা কোকপীগদবনো খনবদা অব্রাবনা পোৎলুম ওইশিল্লক্লে। ঐহাক্কা মমাংদা চৎম্রিবা হিংম্রিবা পুন্সি মরেল অদুগা হৌজিক, ঙসি লাক্কদৌরিবা থবক, লমচৎ অসিগা কয়াদা খেন্নম্রবা। ঐহাক্কা অচুম অরান খিদুনা য়ুম পানবা ওইরম্লবা ঙসি ঐনা ব্রারিবসি ব্রারম্লোই। কনাদনো ঐহাক্কা ব্রারৌগদবা অসিবু। নোংমদি অশাওবনা মীৎ ঙাংহনখিদুনা থকসি-খাসি নাইদবা ব্রাঙাং কয়া ঙাংখি শকখিবা অদুবু কনানা পাপ চেনগদৌরিবনো হায়বসি ঐহাক্কা খন্দবা ঙমখিদে। তাইনফম খঙদ্রবা ঐহাক অসে ঈশ্বরদা তাইনজখি। অমুক খঞ্জখি ঈশ্বরনা ঐহাকপু শাপ পীরক্লুনা ব্রারিব্রা? মতম অমদা ঐহাকমুক লাইবক ফবী লৈরম্লোইদ্রা হায়না কয়াদা মকা লামজখিবা, ঙসিদি অকপ্পনা মাঙদা থাররে। ঐহাক্কা কপ্লিবদি মহাক অসি য়াম্না ফবা মীনি হায়না হরাওবনা পন্দোল লোম্লুবনা নুপা অসিনা অদুক্কী মতিক চাউথোকচনিংঙাই ওইখ্রে। মহাক অচাউরম হেন্না কাখিদুনা নুপী ওইবী ঐহাক্ক হায়বা ঙাংবা তাবা কৌবা লৈখিদে। নুংশিরবা নুপী অঙাং অসি ফাওবদা হন্না য়েংবা ঙমখিদ্রে। মহাক নিশা চারমদবদগী চারক্পনা মরম ওইদুনা মমাংদা হবাও তয়াম্না লৈমিন্নরকখিবা ব্রাখল কয়াদু হু ওইনা উখ্রে। ফজবা ফিজেৎ চাকচা লৈতেং অদুবুনা সংসারগী চৎনদ্রবা

ব্রাহ্মে অমা ওইহন্দুনা মহাক্কী ব্রাখলদা হৈদোকপীরে। নুংশিবা ব্রাহ্মে কয়া অমনা শাগৎখিবা ব্রারীশিংদুগী মহুত্তা ফি শেৎত্রবা তাবদা তুজুংলবা ব্রাহ্মে কয়ানা মীওইবগী থস্মোয় মচেৎ তাহল্লে। ইচাগীদমক্তা শাগৎচবা আশা কয়াদু অমম্বা মংলানগী ব্রাখলগুম মহাও য়াওদ্রবা ব্রাহ্মে কয়ানা ইমায়দা ফিরু কুপশিনহল্লে। অঙকপনি মীওইবগী ব্রাখল মসিদনি তেল্লবা পুক্সি কয়াগী জীবগুম্মা ঐহাকপুসু ওইহল্লি। মসিরা ঐহাক্কা মহাকপু থাজরুবদগী থোক্লিবা থৌদোক কয়া অসিনা ঐগী ব্রাখলদা তুংদা লাক্কদবা ব্রাখল করম্মপুশিনবা ঙমগদৌরিবনো ? পীক্লিবা ইচাশিংসিনা ইখোঙদা থৌরীগী মতৌগুম য়েৎতুনা লৈরে। মসিবু ঐহাকখক্তরা হায়না কপ্পুরবসু মণিপুর সমাজ অসিগী মনুংদা ঐগুম্বী কয়া অমসু য়াওরমগনি হায়না খন্দবা ঙমখিদে। হৌজিক্তি ইচাশিং লৈশা পাখং ফারকপগী মতম ওইরবনিনা ইপামদা করম্মা চৎতুনা লৈরুগনি হায়বসু খল্লকখি। নুপা হায়বা জাৎসিনা চৎলিবা মচৎসিদি অঙকপগী সংসারনি। মচাশিংনা করি চারি থক্লি হায়বগী খন্থনবগী ব্রাখল মতেক অমত্তসু লৈতে। নিশা চাবা য়ু থকপা মখোয়দি শিজিন্নরিবা নিশাদুনা মরম ওইদুনা অফবা ব্রাখল অমত্তসু খঞ্জিনবা ঙমখিদে। মখোয়না খল্লিবদি লৈরক-লমজাওদা মকপ-মপাং থেংনজদুনা হরাও মীনোক্কা লোয়ননা মরুপ ওইমিন্নদুনা মতম্মু অরেম্বদা মাংহনবা লমচৎ-শাজৎ অদুনি। নিশাগী পম্মুংফম মফমদদি মখোয় মশেন ব্যবহাব য়াম্মা তৌনদুনা ইকাঃ খুম্নবা ঙাক্লে। পুক্সিগী হিংবগী লানফমদদি কৈগী শক্তম লৌদুনা পুক্সিগী খোঙলোয় ওইরিবী নুপীশিংদদি থস্মোয়বু লল্লোনবা য়াবদৌনা তৌই। মদুনা ঐগী থস্মোয়সিদা শিবা-হিংবা অনীসিগী মরক্তা কপ লাওদুনা কয়া অমা তৌববসু মখোয়না নুংশিবা খক ফাওবা ঙমখিদে। তোল্লবা নুপী ওইবী ঐখোয়দি কনাদা চৎতুনা অব্রাবসি তেংথারুনি। মখোয়দি নিশাগী মফমদা তেংথাফম অদুক্কী মতিক য়াম্মা লৈবনা য়ুমগী নুপী অঙাং কয়াসি নুংশিবা ফাওদ্রিবনি। ঐহাক পাল্লুরবা য়ুম অসিবু হন্দোক্লুনা চৎখ্রগে খনবা মতম কয়া অমা য়াওখ্রবনি। মদু ফাওবা মখোয়না খনবীবা কৌবা লৈখিদে। পৃথিবীদা নিশাগী মগুন, হৈনবীনা পাক শন্না লোই চনখিগদৌবে। নুপী ওইবী কয়াদি লুখ্রাশিংদা চন্দুনা অব্রাবগী ঈপাক্তা লৈহৌরনি। ব্রাহ্মেদদি নুপা-নুপী খেন্নবা লৈতে, রাইত (থৌদাং) চপ মান্নো হায়দুনা পৃথিবীদা ব্রাহ্মে ওইনা শিজিন্নরি। ব্রাহ্মে অসিনা থবক ওইনা চৎথরক্কদবা মতমদু খন্দবা অব্রাবা ওইরে। মীরক তিনবা মীওই কয়া অমসুং লায়রবা মীওই কয়া নিশা শুকসি শিজিন্নদবদু ঐদি কল্লক্তবা ঙমখিদে। কললকই হায়না চৎনদ্রবা তৌহৈদ্রবা লমচৎ কয়াদু চৎতুনা সমাজদা ঐহাক্কী করম্বা

ওইজবা ফংগদৌরিবা খন্দুনা য়েংবদা মদুবু শাপকী মশাক ওইরোইদ্রা। ঐহাকপুদি ফংত্রবা মীওই অমা ওইরে হায়না খল্লবসু তুংদা লাক্কদবা মীওই কয়ানা ইতৌ তমদুনা লাক্লবদি নোরোক্কী কোমদা ইচা-ইশু খুদিংমকপা মাঙগদৌরিবনি। নুপী ওইবীশিংদি অহানবা মপুরোইবা অদুবু ঈশ্বরমক্কি হায়না লাংনদুনা থম্নবা ঈশ্বরনা থৌদাবীরক্লবনি। অসুম তৌদুনা ঈশ্বরনা খুদম চাংদম পীবীদুনা নুপী অমসুং নুপা হায়রিবা অসিসু মতম খিবিক্তা খায়দোক্তুনা লাক্লিবনি। অদুবু ঐগী থম্মোয়গী অৱাবদি কনানসু ইহুৎ শিম্বীনবা লৈখিদে নুংশিরবা ইচা ফাওবনসু। নুপী ওইবীশিংগী লমতাক লমজিং লান্না পুম্নবদা অমুক হন্নকপা য়াদে হায়না অহল লমন্না মতম খিবিক্তা শিংথানিঙাই ওইরবা পাউতাক ওইখিদো। মসিনা ওইরে মচা-মশু লৈরবা মীওইশিং অদু শিগে হায়দুনা থোরক্লবসু শিবা ঙমহন্দ্রিবা। অমুকসু খন্দবা ঙমখিদে নুপা ওইবশিংনা নুপী ওইবশিংবু ওৎ নৈবিরিবা করিগীনো হায়না ঐগী থম্মোয়না হংলি। অসুক ফংত্রবা চীঞ্জাক অসিনা মতম খিবিক্তা মপুঙ্গি অসি লোইশ্লগদ্রা হায়না ৱাদবসু ঙমখিদে। অদুগা মখোয়দি নুপী অঙাংশিংনা ফত্তে হায়বা থবকসি তোক্তুনা অফবা লম্বী অমদা চৎলগে হায়বা করিগী খনবা ঙমদ্রিবনো ? মানা তৌবনা মানা ফংবা তাই হায়না খন্দোক্তুনা লৈবা নত্রবদি ইচা য়োক্তনা মাংশ্লগনি হায়দুনা ঈশ্বরবু নিংজবা নৎতনদি উপায় অমত্তা লৈখিদে। কৈন্যা মহাক্লা ৱাখল কয়ামকম খন্দুনা মচা-মশু কয়াগী লমজিং লমতাক পুরক্লগীদমক্তা ঈশ্বরবু খুরুমজদুনা লৈরমই।

মতম কুইনদগী উনরক্লবী মতারোই অমসু কৈন্যাগী ৱাখল ফুম্বংনরিঙৈ মতম অদুদা লাক্লম্মী। সনামচানা তুমিন লৈরন্নিবা অদুবু করি খল্লিবনো হায়না খঙনিংদুনা তপ্না হংলকই - "কৈন্যা করি তৌরে তুমিন লৈরন্নিববু।" কৈন্যাদু ইখং খংলদুনা সনামচারোমদা য়েংথোরকপদা ইথা থাজদবা মমান্নবী অমা লাকপদুদা মাগী হান্নগী মপাও তৌগনবদু হৌরকই - "অদোম্বু কদোমদা চৎপীরুবগে ?" "করি ৱানোদা ননাক্তা লাক্লিবা ঐহাক অসিবু য়াম্না লায়না কদাইদা চৎলুবগে হায়নসু হংজশারিবা। ঐখোয়দা নোংমা শোয়দনা লাক্কনি হায়রম্বদু নোংমা হায়বদু করমকান্দা ওইহন্দৌরিনো হংবা লাক্লিবনি।" কৈন্যানা সনামচাদা মহাক্কী অনিংবা ৱাখল কয়াদু ফোংদোকচবা হৌজরকখি - "সনা নহাক্তি করম তৌরিবগে য়াম্না নুংঙাইনা লৈরমগদবা মাল্লি নহাক্কী মায়থোঙসিনা তাকপদি। নখোয়গী তাদদি নিশা চাদবা মীশক ওইবনিনা নহাক্কী পুন্সি অদুক্কী মতিক শান্তি

লৈরমগনি। হান্নগী মতৌগুম নিশাগী য়েক্কুবা ওইদুনা লৈরিবদো নুংঙাইরমগনি।” “কৈন্যা নহাক্লা ঙসি ঐঙোন্দা হায়রোইদবা থাহৈ থাজদনা হায়রক্লিবা অসিবু চিংনদবা ঙমদে। ঐহাক্লা হেক চঙলকপদগী নহাক্লা লৈরল্লিবা অদুদা ঐহাকসু থাখল অমদি খনগ্রবনি হৌজিক্তদা জ্ঞান তারক্লি। নহাক্কী নুংঙাইতবা অমদি শোয়দনমক্কী লৈরমগনি খুদিংমকপা চিংনদনা ঐঙোন্দা হায়বীয়ু। নখোয়গী তাদসু নিশা শিজিন্নখিদবা মীশকনি। অদুগা ঐঙোন্দদি নহাক্ল নুংঙাইবা ওইনা উরে হায়রিবদু নহাকপুদি খক নুংঙাইত্রবরা। নঙগা ঐগদি য়াম্না খেন্নে। নহাক্তি লাইবক ফবী ওইদুনা নয়ুমদা লৈরিঙৈদসু অথাং-অপা লৈতনা হিংলকখিবী পুক্সিনি। পুক্সিগী লোয়নবা ওইরিবা মহাকসু ননীং থুংনা চৎচখিবনি। নহাক্লা করি থাক্তুনা চিন্তা অদুক তৌরল্লিবা ঐদি ঙক্তববু ঙমদরে।” “সনা পুক্সিদা নুংঙাইবতনা ইশরুক ওইরবা ঐহাক অসে নঙোন্দা ঐগী অথাবা কয়াসে অমত্তা চিখ্রদনা লীথোক্লগে? নুপী ওইবী ঐখোয়সে অদুক্কী মতিক অথাবনা মাংওইনা নুংঙাইবনা তুংওইনা ওইরল্লবদি ঐহাক্লা থারিবসি থারল্লোই। মতম অমদা নুপা ওইবশিং অসিনা নুপীবু মীরাইরোইদবগুম খনখিবনা মখোয়গী লীচৎ-শাজৎ থিজিনবা থাংহৌবনা কয়াদা থানা থাংনরিবা। মসি ঐহাক্তগী থা নত্তে মণিপুর সমাজ অসিদা য়াওরমগনি। অদুবু ঐহাক্লা পাল্লুরবা য়ুম অসে হন্দোকপা য়াদবা ওইবনা মমাংদা হৌখিবা থারী কয়ামরুম অদুবু নিংশিংদুনা অথাবা অসিদি কোকহনবা ঙমদে। তুংদা তৌরক্কদবা অমসুং লাক্কদবা থৌওং কয়াদুদা নুংশিরবা ইচাশিং য়াওরক্লবদি খন্দবা অমুকসু ঙমদে। থাজবা হায়বা থাহৈ কয়ানা পুক্লিংগী শান্তি মতম লৈবা খিবিক্তা লৈগদবা ওইনা খনখি। মসিগী ওন্ন তৈনবা লম্বীদা লাকপনা নুংশিবা হায়বা মমল অদুবু য়াম্না লায়না খনগ্রে। নহাকসু নুপীনি, নুপী খুদিংমক্কী অথাবা নুংঙায়বসু অদুম খেন্নে। পুক্সিনা পুক্সিবু থারক্লবদা কনা অমত্তনসু নুংশিবা খক লৈরমগদবা মান্দে। মহাক্লা নিশা চাবা য়ু থকপা মীওই হায়বদু ওইদ্রিঙৈদা মীপুম খুদিংমক্লা নুংশিবা অমদি থাজবা য়াম্না থম্বীবম্মী। য়ু অসিবু হেক থকখিবা নুমিত্তগী অমাঙবতনা মশরুক ওই অথিবা থাহৈনা পোবোকপুংদা তেংথা নাওইননা লৈবনা মীপুম খুদিংমক্লইকায়খুম্নবা উৎপিদে। ঐহাক্লা মতৌ করম্না মহাক অসিবু য়ু থকপা থিংগদগে খনবদা অথাবা অমা ওইরে। নোংম-নোংমগী থবায় অসি চাক্লুনা শিসি হায়বা শিঙমদা হিংসি হায়বা হিংঙমদা অথাবগী ঈপাক্তা লংথবীরে।

কৈন্যাগী থাখল অমসুং পামজদুনা চৎখিবা য়ুম্বাল অদুবু অফ-ফত্ত খঙ্গহৌদনা চৎখিবগী অথাবা কয়ামরুম মহাক্কী মরুপ সনামচাদা লীথোকচখি।

সনামচানা অমুক হায়রকখি - "নোংমতসু ঐহাক্কী বারী লীথোকচগে হায়দুনা খঞ্জরকপা মতম কুইরে। ঙসিদি পুক্লিং অসি খঙনুং নুংশিরকই। ঐহাক্না লীথোকচগে খল্লিবা বারী অসি লীবা ঙমদনা তোকখ্রগদবা মাল্লি। মীওইবা হায়বসি পুক্নুংদা লৈবা বাখল অদুবু উবা ফংলবদি কয়াদা নুংঙাইরমগনি। মদু উদবনা অমনা অমবু কল্লক য়েংথি লৈনদুনা কয়াদা বানা লেল্লিবা। ঐহাক্কী থম্মোয়দা লৈরিবা বাখল অসি অবাবনা চিন্তা ওইদুনা সংসারসিদা হিংবগী মহাও য়াওবা ঙল্লরোইদ্রা হায়না কয়াদা বানা লাকখ্রবা। হায়নৈ অহল-লমন্না বাদ বারবদি ঈশ্বর নিংউ মদুদা অবাবা কোক্কনি। মদুসু ফনা নীংলবসু অকিবা শক্তমগা লোয়ননা ইতোম্নতা পুক্লিংদা ফাওহল্লি, অদুসু ওইবা খক য়াখিদে। মীওইবগী অবা নুংঙাই মবক্তা লেল্লগে খন্দোকপদুনা অবাবদু কোকপতৌনা তৌহল্লি। মরুপ-মপাং শাগৈ নাতৈ মখোয় অদুগা নুংশি চান্নবা লৈমিন্নবা ঙমজবসি ঈশ্বর নীংবগী মপান্ননি। নহাক্না মমাংদা ঐহাকপু অদুক্কী মতিক নুংঙাইনা লৈরমগনি হায়না খনলিবদু মদু খুদিংমকপদু ঐহাক্তী নুংঙাইতে হাযবা বাহৈ অসি হায়নিংখিদে। মরমদি মী অমনা নুংঙাইনা উবিরগা ঐহাক্না নুংঙাইতে হায়ববদি কবিনো নহাক্না নুংঙাইত্রিবা মবমদু হায়য়ু হায়না হংলকলোইদ্রা। নুপী ওইবীশিংনা মচিন মখা য়াংবদগী লৈকায় বাথোক্লবা কয়া য়াওনখিবদু মসিদগীসু ওইবিবনি। ঙসিসু পৃথিবীদা বাথোক য়াওরক্লবদা নুপী হায়বা বাহৈসে ইচেন্দা চেন্নবী। অহল লমন্না হায়নবা বাফম অমসু লৈ নুপী হায়বা জাৎ অসি নোংমদা অহুমলক পংথে। অমরোমদা নুপীগী শক্তি য়াওদ্রবদি লৈবাক্কী মপী মপা ওইবা য়ারোই হায়নসু হায়নবিবনি। কৈন্যা, অফবা মীওইদি চামগী মনুংদা অমখক্তা য়াওবনি। হৈদা লৈদা প্রমান তৌরবসু ঐখোয়না লৈ অমা থাবা মতমদা মচিঞ্জাক পীদুনা নিংথিনা শেম্বী শাবীদুনা চাউহন্দুনা ফজহল্লি। মখোয় অদুবু থবায় পান্দবা পোৎকুম ঐখোয়না মখোয়বু নুংশিবা খক লৈখিদে। মীওইবনা কল্লক খম্বঞ্জবগা লোয়ননা মপুং ফাবা পোৎশক ওইহন্দুনা পাঙ্গল লৌশিং হাপকৎহল্লিবা। কয়াদা লোম্তোক্লবা মহাকসে তরাইনা হুন্দোকপা য়াগদ্রা মদু খক ওইথোক্লোই । মবম অদুনা নুপী অমগা হৈপাল-লৈপাল মখোয় অদুগা চাংদম্নদুনা লৈরিবনি। নহাক্না ঐহাক্কী পুক্লিংগী বাখল অসিবু খঙবা ঙল্লবদি নুংদা চেল্লিবা ঈচেল অসি উবা ফংলল্লবদি অদুক থাগৎলল্লোই। মতম খিবিক্তা লাইরবা অসিদগী হেনবা শক্তি অমত্তসু লৈতবনা অবা-নুংঙাই অনীমক ঐখোয়দদি অবাবদা শরুক ওইদুনা নুংঙাইবনা মমি শান্নি। অদুগা ঈনাক খুনবা নিশা চাবা পৈশা পায়বা মখোয়নসু মীপুম খুদিংমক অপেনবা পীবা ঙমহল্লি হায়বসিদি

ওইখোক্লবা য়াফম্লি। ইনাক খুনবা মীওইশিংনা নিশা চাদুনা লৈবা মীশক ওইরবদি ফন পৈশা পায়দুনসু মীপুম খুদিংমক্তা অপেনবা পীবা ঙমহল্লি হায়বসি ওইখোক্লবা থাজদবা য়াফম্লি। ঐহাক্না হৌজিক খল্লিবা অসিদি য়াখল লিংজেল মান্নবনি। য়াখল লিংজেলনা মান্নদ্রবা মীওইশিং অদুদি ফজবা নীংথিবগী অপাম্বা লৈরম্লোই। নহাক্তা নত্তে ঐসু শক মান্নদবগী অদুম নঙগা খেন্নে হায়বতনি য়াখল লৌশিং মান্নরবদি পোকপা অমসুং পোক্তবা থোইদোক্না খেন্নবা লৈতে। নিশা চারবা মীওই ওইরবসু হায়ন তানবা য়াবা মীওইসু লৈতবা নত্তে। অয়াবা কয়াদু খাংদুনা ইচা চাউরক্লগা অয়াবা কোক্কনি খন্নরিবনি। অসুম্না নুপী ওইবী খুদিংমক্না মমা হায়বদু ওইদুনা মচাগী আশাদা হিংনরিবনি। নহাক্কী অয়াবা অদুবুদি করিসু লৈতনা কনথোক্লি। ঐদি য়াত্ত পাদবা মীওইশিং অদুবু অয়াবনি হায়বদা ঐহাক য়ানিংবা ফাওদে। ঐখোয়দি অয়াৎপদনা থল্লবা ইমুং অমনিনা লনদা হায়রে লৈতবনা মক ফংই, থবক্তা হায়রে শুফম তৌফম খঙদ্রবা মীওই অমসু ওই। নহা ওইবিঙৈদা মনীং থুংদে হায়দুনা মতমবু কয়াদা মাংহনবনা মরম ওইদুনা মহাক্কী লোয়নবী ঐহাক্তি করম নুংঙাইগনি। লায়রবগী খুৎলাই লৈতবনা ঙসিনা নুপী অঙাং থিদুনা খুৎলাই ওইনরে মসিসু অয়াবা মখল অমনি। মহাক্ত নিশা চাদবা মীওই ওইরবসু ঐখোয় খক ইনাকখুনবা অমসুং য়াৎতবা ঙমদে। মসি করিগীদমক্তা ওইবা ঙমদ্রিবনো হায়রবদি ঐখোয়না মতিক চাবা শিনফম অমত্তসু হৈনরক্তবনা অয়াবা শিনফম অসি ফংলরিবনি। সনামচানা কৈন্যাদা নুংগী ওইবা য়ারী কয়া অমা শান্নমিন্নদুনা কয়াদা পুকচেল শেংনা ফোংদোক্নরিবা। কৈন্যানসু অমুক মাগী মরুপকী য়ারীশিংদু চুম্মী হায়না মখা তারকখি। - "নহাক্না লীরিবা য়ারীশিংসে মীওইবনা পোক্লকপদগী খনগদবা য়াখল ঙাক্তনি। নহাক্না অমুক্তা হেন্না খন্থরবদি কয়াদা নুংঙাইরমগদবা অয়াবসু মশক খঙলমগনি নুংঙাইবসু মশক খঙলমগনি। ঐখোয়গী মপাদি মতম অমদা ঐহাকপু উদ্রবদি করিগুম্বা পোৎ অমা ফাওবা মহাও তংদবা মীশক ওইরম্মী। মচামখৈসু চাখিরোই থকখিরোই হায়দুনা কয়াদা নুংশিনা হোৎনজে। অওনবা নোংলৈ নুংশিংকী অকনবা শাহুম্না মাগী লমচৎ শাজৎতা অহোংবা লাকখি। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা ইমা পাবুংনা কেনা নৌনা চানিংবতা চাহন শেৎনিংবতা শেৎহন অরেম্বদা পৈশা য়াম্না মাংহনখিবা ওইবনা কৈনা ময়েক মাংবা য়াদে হায়বগুম ইচা ইশু লৈরকলবা মতমসিদা নিশাগা সঙ্গ ওইরক্লি। নুংশিবীরীনি হায়দুনা মমান্নবা কয়া অদুনা মতশু অরেম্বদা মাংহনবতা নত্তনা নিশাসিবুসু নুংশিবগী মরুপ ওইমিন্নখ্রে। মণিপুরগী মফম খুদিংমক্তা ইমা-ইবেন কয়ানা খুত্তা

মৈরা পায়দুনা পারি ইমোম কয়া মথ্বায় মাংখিগদ্রা হায়না ঝাজবগা লোয়ননা মালেম পৃথিবী অসিবু য়ুহার হাবগুম্ননিক্লিবা অসিদা ঐখোয়না তুমিন্না খক লৈবা য়ারোই। ইপুরোইবনা নিশাগী মরুপ ওইগ্রবদি নুপী ওইবী ঐখোয়দি তিন চারবা পোৎশক অমগা চপ মান্নরে। অসুক শাংথ্রবা পুন্সি অসিবু নোংমতসু অব্রাবা কোকপীনবা কনা অমতসু মতেং পীরকপা থেংনরকখিদে। ইশানা ইশাবু মরোমদোম হিংজবা নত্রবদি হিংফম খক লৈখিদে। কুইনা উনরুদ্রবা নহাক্লা মমাংদা হৌখিবা পুন্সি কয়াবু নৌহৌননা নিংশিংলক্লি। অমুক থাংথ্রবা খোঙথাং অদুনা অমুক হল্লক্লরোই খল্লুবদা পুক্লিং অসে নুংশিহল্লি। নুপী ওইবী ঐখোয়সে থাংথ্রবা খোঙসে হঞ্জিল্লবোই লেপখ্রবনি। অদুগুম মহাক্লা নিশাগা মরুপ ওইখিগনি হায়না লেপথ্রবা জাৎলা ? মদু ফনমক ওইরবসু নোংমদি শোয়দনা নুপী ওইবীশিংনা পামজবা নুংশিবা অফবা মপুরোইবা অমদি ওইবকখিনি হায়বগী আশাদা অব্রা-নুংঙাই কয়াসি থেংনদুনা হিংবা তাবনি। মসিনা নুংঙাইবা হায়বদু শক্লসি।

কুইনা উনরুদ্রবা মতারোই অনী অদু লৈশক-লৈচু মান্নদনা মখোয়গী নুংশি পল্হুংসু মান্নদে। অব্রা-নুংঙাই ব্রাবী কয়াদু শান্নজদুনা মখোযনিগী অপাম পামদসু ফোংদোক্লখি। মখোয়নিগী মরীদি নুংশিবগী মখল মথেল কয়া অমা মতম লৈবা খিবিক্তা লৈবা মরুপ মপাংনি, নিংঙোল ওইবীশিংগী পোখা লম্বী ওইনবা, পুক্লিং লৌশিং কয়া পীশিন্নদুনা লৈবা মতারোইনি।

সনামচা ব্রাখল কয়ানা পোৎলুম ওইদুনা ময়ুম মায়কৈ পাংলকখি। ব্রাখলশিং অদুনা মহাকপু থৌনা হাপ্লরি। মহাক্লা কৈন্যাগী ব্রারীশিংদা চমন্নবা অমদি লৈখি। কৈন্যাগী নুপাদু হান্নদি য়াম্না ফরম্বনি হৌজিক্লা নিশা অমুক চারক্লিবা মসিবু ঐবু থাজসিরা। অসুম খন্না খন্না য়ুমগী থবক ইনখাং লোইশিল্লিঙৈদা য়ু ঙাওবা মানবা নুপা অমা মশা মরু অদু ফাওবদা মরাক ময়ুং হুম্না চঙশিল্লকপদা সনামচানা - তাদ কদায়দা চৎপীরুবদগীনো তৌরিসিবু? মহাক্লা হংজে হায়বতা মঙায়রে পাউখুমদি ফংলমদে। সনামচাদি মতৌ অদু উবদা কিবনা থক থক নিক্লে। মতোম্নতা শোঞ্জে তাদ নহাকসে ওম্থোক্লা জ্ঞান তাখিদ্রে, নিশাগা অসুম্না শঙ্গ ওইরবা। তাঞ্জা অসিদা লেপ্পা ঙমদ্রবা মাল্লে লৈমায়দা লোংনা হাইথদুনা তুশিনখ্রে। মতৌ অদু উবদা মতোম্নতা ইকায় নুংশি য়ান্নদুনা কোয়না কনা কনা লাকপগে হায়বসু য়েংজরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা নুপাদু নিশাগী মগুন খমথ্রবা মাল্লে ইচম চমজবা মীওই অমগুম মহাক তপ্না তপ্না হৌগৎলক্লম্মী। মহাক্লা

হায়রকই - "কৈন্যা ঐখোয়গী চাকপু লোইরব্রা, ইনশাংনা করি থোংলিবা। ঐহাকপু খরা ঙম্না হৌদোরকপা য়াদ্রনে।" সনামচাদি লৈকাই তাখিনি কিবনা ব্রা ফাওবদা ঙাংবা ঙমজখিদ্রে। মহাক্কী মশাদা শৌরক্লিবা হুমাংদু লৈমায়দা তুপ তুপ তারক্লে।। অমুকসু ইখং খংবা মখৈ - "চাক চারগে চাক পুথোরক্লো হায়খ্রগা করিগী তুমিন লেপ্তুনা লৈরিবা" হায়না লাওরক্লম্মী। মঙ অমগা মঙলোন তাবদৌনা চপ মান্ননা লৈপ্লে। তুমিন্না লেপ্তুনা লৈবদা শাওনিংবা অমগা লোয়নননা খুবাক অদু থাংগৎতুনা ফুগদবগী পাইশিনলকখি। মহাক অদু মংলান অদুদগী মঙফাওনরকপগুম থোকপ্রে। মহাক্তি কৈন্যানি খন্দুনা ঙাংখিবা হায়খিবা ময়াম অদুদি তায়ওন্নরম্লে। মহাক্কী মমান্নবী সনামচা ওইরম্লে অদুগা ময়ুমসু সনামচাগীদা ওইরম্বদা মহাক জ্ঞান খংতা তারকই। নিশাগা মরুপ ওইরুবদগী মতু মচা অমদি ময়ুম ফাওবা মফম মরাং খঙখিদ্রিবনি। তুমিন্না ঙাইহাক নিংশিংবা ঙম্বা লৈরমই। মহাক অয়ুক ঙন্তা হৌগৎলক্লগা ময়ুমদগী থোরক্লগা য়ু হোটেলদা য়ু থকখিবনি। অদুদগী সরক অমদা চৎখিবনি মফম অদু য়ুমগী ফমুংগুম উরকখি মদুদগী অদুম জ্ঞান তারকখিদ্রে তুমখ্রবা মাল্লে। নুংতিগী চাক চারবা মতৌগুম নিশাগী মগুন হৎখ্রবা মতমদা য়ুমদা চংলকপনি। অদুবু মসিদি সনামচাগী ময়ুম ওইরমখ্রবা কয়াদা ইকায়বা নংখ্রবা। ফক্তবা লমচৎ শাজৎ অসি য়ুগা মরুপ ওইরুবদগীনি হায়না মতোম্নতা তকসি শোঞ্জখি। মহাক্লা সনামচাদা ব্রারী কয়াসু শাজখি লোয়নননা ব্রাশকচখি - "ঙসিদগী নিশাগা মরুপ ওইবা পুন্সিসিনা হিংলিবা মখৈ ওইথোক্লরোয়। সনামচাগী থম্মোয় অপেনবনা হরাওবনা থুমহৎখ্রে। মতারোই কৈন্যাগী পুন্সিদু অমুক হান্নগী ফিভমদা নুংঙাইরবা য়ুম্বান ওইরক্লবা ঈশ্বরদা থৌনিজখি। তেল্লবা মীৎকুপ পুংজা খরদসু মথোং হুক্লবা লাক্ল ফানবা ঙল্লমদ্রবা থম্মোয় অদুবু ফাথবীরি। অদুগুম অব্রাৎপা লৈতবগী মৈশা মরক্তা পেম্ভোক্লুনা হিংবা তাবনি পুন্সিসি। ঐগীদা ফংবা লৈবা পোৎ অরৈবা য়াইফবা কনাগীদসু হেক্তা মব্রাৎলম্মী। ব্রাখল কয়াসি ঙসিদি সনামচাগী অমকপা পুন্সিবু অঙানবা পুন্সি ওইরক্লবা মঙাল পীররে।

নবা মথোং হুক্লবা থৌদোক অদুগী মতুংদগী মহাক্কী নুপীনা ঙাংখিবা কয়াদু অচুম্বনি খল্লক্লে। মহাক্কী থম্মোয়দা হায়জৈ ঐহাক নিশা চাবা মীশক অমনি। করিগীনো খঙদে ফক্তে হায়রিবা নিশাবু মরুপা ওইরুরিবা। ওইখিনি খনখি মহাকপু পুন্সিগী কাউথোকপা ঙমদ্রবা মরুপ, ঐহাক্কী নিংবা থুংদ্রবা পুন্সি অসিবু নিশানা পুম্নমক কাউথোকহনবা ঙমহনখি। ঐখোয়গী ইমা পাজি মতিক চাদবনা ঐহাক

নিংবা কায়বা পুন্সি অমা ওইহনখি। ঐগী থম্মোয়না ব্রাহং কয়া অমা হংখিবসু মতিক চাবা পাউখুমদি ফংবা ঙমখিদে। নিশা মহাক্রুদি ব্রাহং খুদিংমক্কী পাউখুম য়াম্না লায়না ঐঙোন্দা শীরকখি। অঙকপনি নিশা মহাক্কী মগুন মতম চুপ্পদা নহাক্না অব্রাবা কয়া অদুবু মশক খঙহনখিদবা, নহাকপু অশেংবা মরুপ অমনি হায়দবা ঙমখিদে। ঐহাক্না নহাকপু করম্না হুন্দোক্নুনা চংকদৌরিবা নশক্তি অদুক্কী মতিক ফজবগী লোইবা নাইদ্রবা ঈথক ইরাওখোন্না লৈতেংলমই। শাবান মুর্ত্তিদা হায়রবসু অদুক্কী মতিক তবা-তবারবা তরু তয়াংলবা নহাক্কী নগুন অসিনা শেংপা চাবা ফাওবদা শেংলি অমসুং চারি হায়বা ফাওবা খঙদবা মখৈ নুংঙাইহল্লিবা। পৃথিবীদা নহাক্কী শক্তমনা অরেপ্পা লৈতনা খোঙজেল অমা ওইনা চৎলিবা হে মরুপ নহাক্তবু মীপুম খুদিংমক্না তান্নরি। ঐহাক্কীদমক্তা ওইনদি মতম খিবিক্তা চুরবা থম্মোয় অসিনা কাওবা ঙম্লোয় খনখি। তুংদা হৌগৎলকলিবা মীওই কয়াদি ঐহাক্কী মরুপ অসিগা শক খঙনদবা চুমগনি। মগুন লৈববা মরুপ অসিনা হরাওবা অমসুং শাওনিংবা অনীগী লংদাইদা য়ুম্ফম ওইবনি। মহাক্রবু মীওইবগী মাথা অসিসু অফ-ফত্ত খম্নবা ঙমহন্দদুনা ঙাংলোয় হায়রোইদবা ব্রাহৈ কয়ানা লৈবাক ব্রাখোক চাওহল্লি। অদুগা তৌহৈদ্রবা থবক কয়া অমসু তৌবদগী ঈরাং লৈবা সমাজ অমসু ওইহল্লি। মদুগী মরম্না নিশাবু শক খঙনদবনা হেন্না অফবা ওই। নিশা হায়রিবা মহাক অসিগী মখলদি ম্রাম্না য়াম্মী। মীওইবগুম নিশাগীসু শাক চাউরবা লমদম কয়াদা য়ুমথোং খুদিংগী মানা লল্লোন পোৎকুম য়ৌবা ঙমই। ঐহাক্না মকপ য়ুবু য়াম্না লায়না তিন্নরুবনা মাংলবা পুন্সি অমা ওইহনবিরম্লে। য়ু শিজিন্নরুবা মতুংদগী নিশা মখল কয়া অমসু মথং মথং মচিন মনাওগুম ঐগী মরুপ ওইরকখি। য়ুগী মনাওনি খন্নরিবা গুলি হায়বা জাৎ অদুনা ঐবু কয়াদা ব্রাখল পোখাহল্লিবা, খুইকম খুইক্রম তৌবা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা। মথংদা খৈনি অদুক হাক্লা য়ারি য়াখোংদা কেকু লোৎপি শান্নজবা, মখোয়গী শাগৈ অহন ব্রাচৎ ব্রাতেম্বিবা মোর্ফিন হায়বদুসু লৈ। সভাগী অয়াবা ব্রাচৎপা কানি হায়বা অমসু নোক্না মায়থোং ঙানবা গঞ্জা মখোয় অসিনা জগৎকী লিলা অসিদা লৈতেং ওইনা য়াওররি। পৃথিবীসি জয় তৌরনি হায়দুনা নিশানা চাওথোকপা ফোংদোক্লি। আইনগী থোঙদা সন্ত্রী তৌদুনা ঙাক্লিবা পোৎশক কয়া মরুম অমসু লৈরি। ঙসিগী সমাজনা শক খঙনদ্রিবা নিংথৌ কয়ানা ফমথোন পায়দুনা লৈখিবনা নুপী অঙাংদা ব্রায়েন বিচার তৌদুনা অব্রাবা কয়া শীরি। অরানবা হায়বা অসিবু লৈরমদ্রবদি অচুম্বা হায়বসি লৈরম্লোই। অচুম্ববু অরানবনি হায়দুনা চৎহনবা ঙম্লিবা অসিসু সমাজনা খঙবা ঙমদ্রিবগী কয়াদা

ব্রানা খাঙনরিবা। মসি খুদিংমকসিগী মথক্তা নিশাগী মপান তাংদুনা থম্মোয় শোল্লবা মীওই কয়াবু থৌনা লিংজেল হাপকৎতুনা অথৌবা কয়া অমসু ওইহল্লি। অমা হেক্তসু অপাম্বা হায়নিংবা ব্রাহে কয়া অমসু লায়না হায়দোক্তুনা ফুমদুনা লৈরন্নবা ব্রাখল অদুবুসু খঙহল্লি। অদুবু নিশাগী লম্বীদা মীওই কয়ানা য়াম্মনখিবনা শোখরবা য়ুমথোং খুদিং মনমনা লৈকাই পল্লানবা লমদম অমা ওইহল্লে। নিশাবু নিয়ম নাইনা শিজিন্নরবদি অফবা কয়া অমসু পুরকই হায়বসি হৌজিক্তদা জ্ঞান তারকই। ঐহাক্না মাঙলবা মীওই ওইরম্বনা হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংদা অদুক হায়জবনি নিশাগা মরুপ ওইদনবা। মরমদি ঙসিগী সমাজদা ওইরক্লিবা লীচৎ-শাজৎ অমসুং ব্রাঙাং শাঙাং ব্যবহার নীতি অমত্তসু য়াওদবমখৈ চৎনখিবনা ঐহাক ইশামকসু অঙাওবা নুপা অমা ওইখি। তুংদা লাক্কদবা মীরোল কয়াগী পুন্সি অদুবু খঞ্জবা য়াওজগে হায়দুনা মীয়ামদা হায়জবনি। ঐহাক্কী মরুপ নিশা নহাকপু মতম খিবিক্তা লাক্কদৌরিবা মচা মনাই কয়াবুসু থাদোকপীয়ু। ইমা লৈবাক মণিপুর ফজবগী লোইনাইদ্রবা লমদম অসিবু নহাক্না ফজরবা লৈকোল অমা ওইনা থম্বীরগদি কযাদা নহাকপু ঈশ্বরগুম্না খন্নগনি হে মরুপ নিশা। নহাক্তি তুমিন্না লৈজবনি, পাপ পুন্য লংজবা পামদে তশেংনা নহাক্তি চুম্না লৈজবা মরুপনি, হায়দুনা নহাকপু থাগৎতবা ঙম্লোই। নুংশিবীয়ু মতম খিবি দ। অফবা লম্বীদা লমজিংবীয়ু, লমতাকপীয়ু হে মরুপ নিশা।

লোম্বোক্তুবা নিশাগী মগুন্না বীপুম খুদিংমক্তা অঙকপা ব্রাহৈনা পাউতাকচদুনা ময়োল লোল্লক্লি হে মীওইবা নহাক্না ঐহাকপু তুন্নম্বদগী অরাক অখঙননা হৌদোকপীরম্লগা ঙসিনা তাইওন্নরবা মংলানগী ব্রারী লীবগুম্না নহাক্না ঐহাকপু চৎলো অমসুং থাদোক্লগে হায়না হায়রক্লিবদু ঐহাক লোয়না খঙই। মতম অমদা নহাক্না ঐহাকপু হেক খেংনবদা ইকায়বা হঙ্গোয়বা লৈতনা মরুপ ওইমিন্নসি হায়না হায়রকখিবা অদুবু ঐহাক্কী ইরাল্লা নত্রগা নহাক্কী নরাল্লা মদুসু নহাক্না ঐাহাক্না লাল্লি হায়না খল্লদুনা ঐহাকপু মরুপ ওইররোই হায়রক্লিবদু খুদিংমকপা ইশানা লোয়নবা য়াজগনি। ঐহাক ইশামক হু চেনবা নিশা অমনি। হু চেল্লবা মরুপ কয়াবুসু ঐহাক্কী হু অসিবুসু পামজবা মীওই কয়ামরুম অদুবুসু মরুপ ওইমিন্নবা য়াওখি। ঐহাক্কী ইপান্দগী লুরবা লায়না কয়ানা পুন্সি চেংজেল লোইগদবা মীওই কয়া অমসু কঞ্জখি। হুগী কল্লবা ময়াই অসিনসু জব্রান কয়াগী পাঙ্গল লৌশিং কয়ামরুমসু পীবিবা ঙম্বা নিশানি। মদুনা মীপুম খুদিংমক্না ঐহাকসু চাংয়েং কয়া

য়েংলিবনি। মরুপ মতম খিবিক্তা ঐহাক্লা নহাকপু থক মাংহল্লোই। নহাক্লা ঐহাকপুদি মতম খিবিক্তা মাংহনগে হায়বা ঙমগনি। ঐহাক য়ু হায়রিবা অসিদসু নত্তনা অতোপ্পা নিশা কয়াবুসু শিজিন্নদুনা নখোয়না নশা নথন্তা মাংহনজবনি। ঐদি লেঙদনা লৈবা নিশানি, নখোয় খক্তনা ঐহাকপু নোইহৎপীদুনা পুক্নি অসি মাংহনবগী ৱাতনি। নখোযগুম্বা কয়ানা ইনাক্তা লাক্লবদি পৃথিবী অসিদা জয় ওইদুনা শান্তিগী লৈবাক অমা ওইরমগদবনি। শাংলবা পুক্নিগী মতম কয়াবু কাওথোক্লগা তেল্লবা মীৎকুপ অমদা মকপ ওইমিন্নরগুমসি হায়রকপদা মণিপুর ইমা লৈবাক্কী অথৌবা মপারী অমগুম থৌনা উৎলকপসিদা ঐহাক্লা কয়াদা নুংঙাইখ্রবা। মীপুম খুদিংমক্তা লৌশিংগী মৈরানা যুম্ফম ওইহৌরসনু হাযজরি। অমুকস্‌ হন্না হাযজবি পৃথিবীদা চাওখৎপা অমসুং চাওখৎত্রিবা মফম খুদিংমক নিশা ঐহাক্কীদি যুম্ফমনি। অৱাবা তারক্লবা মতম অমা লাক্লবদি ঐহাক্লা তবাম তরাম ওকচগনি। মতম খুদিংমক্তা ইমা লৈবাক মণিপুরগী হকচাং পোলাং মনুংদা চেল্লিবা ঈচেল্লক্তুদা ঐহাকসু যাওরিবনি হায়বসে মীপুম খুদিংমক্লা কাওথোকপীরোয়।

-------

# কায়রবা থম্মোয়

ঙসি ঐগী থম্মোয়দা তারিবা মমি অসিনা করম তৌরগদৌরিবনো ঐহাক অসে খঙবা ঙমখিদ্রেদা ......। ঐহাক লৈশাবী ফারক্লে হায়বসে মখোয় খঙদ্রমাল্লে। ঐহাক্লা হেক হায়রুদ্রিবা মখৈ মখোয় পঙশিন্নদুনা ইচাসিনা করি পাল্লিবনো খন্থদবা মাল্লি। করিগুম্বা মপাল লমদা থোক্লুনা র্নস তম্বা চৎকে হায়রুবদা মখোয়না য়াবু য়ারক্কদরা। ব্রাখলনা মণ্ডল-মণ্ডল খল্লিঙৈদা খঙহৌদনা ঐখোয় বাবাদু ঐঙোনলোমদা ওনশিন্দুনা চৈরক্লম্মী - "হায়, তোম্বী ......।। নঙ অদুদা করি খল্লিবগে ? নতোম্নতা অঙাও অফৈদৌনা মুরুম মুরুম শোন্দুনা লৈরিবদু কবি হায়রিবনো ইপাদা হায়য়ু।" তোম্বীনা মপাদা হংগৎলুনা য়েংলগা ওম্বোক্লা শাওনা খুম্লকখিরম্মী মাগী মীংগী ওইনা ওম্বোক্লগা - "ইমীংমক্লা তোম্বী হায়না হেক থোনবীরে, মীংশিমক্লসু পুন্সিদা নীংবা থুংলোইদ্রিবরা খঙদে। কনানবু থোম্বীরিনো হায়দুনা ইতোম্নতা শাওজনিংদুনা মুরুম মুরুম শোল্লল্লিবা।" "অঙাওবীসিদি মীংগীবু অদুক কন্না শাওরিবা ইপা হায়গে তাও - নখোয়গী নবেন্না নুংশিনা থোম্বীরম্বা মীংনি।" "মীংদাসিদি ওম্বোক্লাপামজদে মসিনা করম্না অফবা ওইগদৌরিবা।" "ইবেম্মা অহল লমন্না থোল্লম্বা মীংসিদি তোপ তোপ্পা অখন্নবা মীংনি। অতোনবা মীওই লৈরমদ্রবদি মীংসি থোল্লল্লোই। মীওই কয়ানা অফবা থবক কয়া তৌরবসু ফত্তবা কয়া তৌরবসু ঐখোয়মুক তোনবা লৈতে হায়রিসি মীংসিনসু ময়েক শেংনা তাক্লিবনি।" "বাবা ঐহাক্লা মমাংদা বাবা অমদি ইমাদা য়াম্না ব্রারৌজখি। মরমদি অপীকপদগী অচৌবা ফাওবা ঐনা মীরোল তারকপদগী পাখোন শিদুনা লাকপিরকপা অসিদা ইতোম্নতা মীংদাসিনা ওইরমাল্লে খঞ্জদুনা ব্রারৌজখি।" "নোংমতসু নপা ঐনা পাখোন নেকপদদি য়াবা কৌবা লৈখিদে। ঐহাক্লসু ইচানুপী অহানবা ফংজবনি মনীং মখা তমজসনু হায়না শাওনিংলকপা চৈনিংলকপা মতাং কয়াদু নেমদুনা লৈখিবনি। নঙগী নখাদা লাক্লিবা ননাওশিংদদি পাখোন কয়া অমা ঐনসু শিখি। অদুগা নহাক্লা নঙোন্দদা পাখোন নেকখি হায়বগী ব্রারৌবসু লৈরল্লিবা। মদুনা ব্রারৌবা খক ওইবা য়ারোই নুপী অমা ওইনা পোক্লরুবদি সমাজসিদা চৎনরিবা লীচৎ শাজৎ পুম্নমক অসি খঙনা হিংবা তাই। নমাগা ঐখোয় অনী মান্নদুনা নখোয়বু করিদা ব্রাৎখিগদগে করম্না নীংবা থুংহনগদগে হায়না খনবদা অহিং নুংথিল খাত্তনা

তুম্বা চাবা খঙদবমখে শুবা চৎপা তৌদুনা নখোয়বু চাওনবা হোৎনজরকপনি। মতমগী খোঙচত্তা অদুম য়াওখিদুনা নয়ুম নকে পাল্লক্লগা নখোয়সু ঐখোয়গুম্না মমা মপা হায়বদু ওইরক্কনি। মতম অদুদা শোয়দনা নমা নপাবু নুংশিবা মশক খঙলক্কনি।” তোম্বীনা মপাগী ব্রাহৈশিংদু তারগা খুন্নকখি - “নচানা বাবাগী ব্রাহৈশিংসি তারগা অমুক হন্না বাবাগা ইমাগদা ব্রারৌবা থমখ্ররোই। অদুবু বাবা নচানা বাবাদা হায়জনিংবদি ......।।” “করিনো ইচানা পাম্লিবদু বাবাদা শেংনা হায়য়ু। বাবানা শোয়দনা তৌগনি।” “বাবা ঙসিগী সমাজ অসিদা নুপা ওইবা কয়ানা নুপীবু হস্থনা য়েংদনবা নুপীগী সংস্থান কয়াবু চাওখৎনবা হায়দুনা কন্না হোৎনজরিবা মীওইশিং অদুদা ঐসু অঙম্বা মতেং পাংননবা জ্ঞান লৌশিং হেনগৎনবা বাবা মতম খরা নচা মপাল লমদা থোক্লুনা ইহে তমজক্লগে হায়ববু .....।” “বাবা য়াম্নপেল্লে ইচাগী ব্রাহৈশিংসি তাবদা নমাগা ঐখোয় অনী তানদুনা শোয়দনা নঙনা পামজরিবা শিনফম অদুবু ফংননবা থাগনি।” তোম্বী কয়াগী মতিক হরাওখ্রবা অনৌবা ব্রাখল মখল মথেল কয়াগা লোয়ননা খল্লক্লে ..... ঐহাক বাবাগা ইমাগদা হায়নিংবা হায়বদা য়ারক্লনি হায়না খনখি। থিম্বুররোই ইমা বাবাদা হেক্তা হায়রগে। “বাবা ঐহাক নর্স হাযবিবা শিনফমসি য়াম্না পামজে। নর্স অমা ওইদুনা অনা-অয়েক, তোল্ল-তারবশিংবু সেবা তৌজবদু ঐগী খ্বাইদগী পামজবা শিনফমনি। নর্সকী ফজরবা ফিদম্‌বু অতে থবক্তগী হেন্না নচানা খনজে। অদুনা দিল্লিগী এ.আই.আই.এম.এস.তা বি.এ.সি. নর্সিংগী এন্ট্রান্স একজাম য়াওদুনা লাইবক চাংয়েংগে। কবিগুম্বা পবিক্ষা অদুদা খল্লক্লগনা মফমদুদা তমগনি, খল্লক্ত্রগনা অতোপ্পা নর্সিং হোসপিটাল অমদা তমগনি।” “মপাল লমদা পবিক্ষা থারুগদবা অদুনা করম তৌগদৌরিবা।” “পরিক্ষা থারুগদবা অদুগীদি ইম্ফালদা কোচিং তৌরুগদবনি। দিল্লিদা হৌজিক্তগী হৌনা অদুম কোচিং তৌদুনা লৈরুবসু য়াই, মদুদি পৈশা য়াম্না চংগনি। অদুনা ইম্ফালদা জয়ানে, ময়ানে ঐখোয় অহুম বি.এ.ফার্ষ্ট ইয়ারগী পবিক্ষা থাদনা কোচিং তৌদুনা লৈননবা হায়নরিবনি।” “অদুগীদি লায়বু লায়রি, মীরমদা কনাগা চৎমিন্নগদৌরিবা, করম তৌগদৌরিবা।” “জয়াগা ময়াগগী বাজিহলগী মচানুপা দিল্লিদা লাইরিক তম্লগা লৈবদু মাগা পুল্লপ্পা চৎমিন্নগদবনি। মানা পরিক্ষা থাবগী এডমিসন তৌবগী পুম্নমক শিনগদবনি। অদু ওইরবসু বাবানা চৎলগা হংলুবনা ফগনি।” “হোয় ইচাগী থবকপু বাবানা করিগী চেল্লোইদগে। পুম্নমক খন্ন নৈনরগা থোক্লদবনি।”

মপানা মচানুপীগী অপাম্বদু পাংথোকহল্লগে খন্দুনা মরী লৈননবা ব্রাফম খুদিংমক কোইচেন চেন্দুনা হংদোকচরে। মতম ওইরক্লদুনা দিল্লি চৎনবগী শেম শারে। পরিক্ষা য়াওরুগদবা ওইবনা নুমিৎ খরনি ঙনখৎনা চৎনবা টিকেট ককহল্লুরে। মমানা মচানুপীগীদমক বোবীদা পুকমেন পাউমেঞ্জখি। মখোয় মরী ময়ুম লমদম থাদোক্লুনা দিল্লি পাংখ্রে। অহানবা মীরমদা চৎপনিনা ঈঙক ঙকপা অকিবা চরাংনবা ব্রাখল কয়া পোক্লবসু মহাক্কী পান্দম অদুবু ফংনবা তানখিগনি হায়বগী ব্রাখলদা য়ুমদা লৈহৌরিবা মপা মমাবুসু নিংশিংজদুনা লাকপনা হাওরা ষ্টেসন য়ৌরে। মফমদুদা ঙাইহাক পল্লিঙৈদা মহাক্লা থোংনাওদগী মিত্রংগুম্লবা দৃশ্য ময়ামদু য়েংজরম্মী। ত্রেন্দু চৎলমদাই মিনিট অমত্তা ঙাইরকপা মতমদা ঈশিং থক্লিংলক্লুনা য়েংলুবদা ঈশিংগী বোটলশিং ইহাঙ হাংলম্লে। অদুনা বোবীগা মখোয় অনী ঈশিং বোটল খরা লৈরুনবা ট্রেন্দগী কুমথরকই। মানা ঈশিংদু লৈরগা থক্লিঙৈদা বোবীদি ত্রেন্দা কাখৎখ্রে। মানা ঈশিংদু থকপা লোয়রগা চৎলসি হায়না য়েংথোরকপদা বোবী লৈরমদবদুদা মীয়াম মরক্তা চঙদুনা কোয়থী থিরিঙৈদা ট্রেন্দু চেনবা হৌরক্লে। ট্রেন চৎখিগদৌরে হায়না মীয়াম মরক্তা ইন্না ইন্নদুনা চেনশিঞ্জরক্লবসু উপায় অমত্তা লৈহৌদ্রে, ট্রেন্দু চেনখিবনা হানখ্রে। ট্রেন ময়ামদু মথং মথং চৎনখিদুনা অদুক য়াম্লবা মীয়ামদু পুখ্রমাল্লে ষ্টেসনদু মী ইতাক তাকখ্রে। মহাক মতোমতা লম্বীদুদা অঙাওবীগুম তপ্লা তপ্লা হিক হিক কপ্পুনা লাকপদা মাগী সুইট কেশতু তারম্বা থেংনরে। মহাক্লা মদু পুরদুনা কদায়দনো খঙদনা পংচত্তা চৎলে। মাগী মতুংদা ময়াং মখোয় অহুমদি অদুম ইন্নরক্লুনা অচেঙবা তাঞ্জা লৌদুনা মাবু মফমদুদগী ফাদুনা গোডাউন অমদা পুশিল্লে। সরক্লুদা মাবু কনবীনবা ফন কন্না লাওরবসু কনবীনবা কনা অমত্তা লৈখিদে। নুপাশিংদুগী মখোঙদা কোল্লদুনা মরোল খঙনদ্রবসু কপ্পুনা মাবু থাদোকপীনবা হায়জরম্মী। মখোয়না মাগী হায়জবদু তাবীদনা ওৎ নৈবা হৌরক্লম্মী। উপায় লৈত্রবী মহাক্লা অরোয়বা ওইনা ঈশ্বরদা নুপী ওইবীগী ইজ্জৎপু কনবীনবা হায়জখি। চীংনা কোয়না পনশাদুনা পনঙাক্লিবা তম্পাক লমদমদগী লাকপী মৈতৈ চনুরা অমগীদমক পনঙাকপীনবা মবুং অমদি অদুম লৈরম্মী। গাড়ী মচা অমা মফমদুদা থৌজিল্লক্লুনা লৈরল্লিবা নুপা মখৈদু তানখায়রম্মী। তোম্বীবু গাড়ীদুদা কাখৎহন্দুনা মাগী লৈফম তানা পুবিবক্লে। মশিং থিঙমদ্রবা সরক ময়ামদু লান্দুনা লাকপদা অঙকপা অমদি অদুম ফাওরকই, মাবু অসুক শাংলবা লম্বীসিদা লাকখিবনি হায়বসি নিংশিংবা থোক্লে। নুংহিক্লনা কপ্পা কপ্পা তোংলিবা লম্বীদুদা মাবু কদোমদা পুরিবনো হায়বসু খঙলমদে। নুমিৎতু

ময়ুম চঙপ্রমাল্লে লম্বীদু অসুম মমশিল্লক্তুনা মহাকসু জ্ঞান তারক্লে। মহাক্লা জ্ঞান তারকপদদি মোল্লবা ফমুং মথক্তা লৈরম্মী। ফমুংদগী কুমথরক্তুনা কাদু কোইয়েং য়েংলকপদা কনা অমতসু লৈরমদ্রে। তোম্বী ইঙাও ঙাওই মহাক মফমসিদা মতৌ করম্মা, পাক্লবা মিংশেলগী থোংনাওদুদগী ব্রাংল-ব্রাংলবা ফুরা দলান ময়ামদু য়েংজদুনা থোকখিবা থৌদোক অদুবু নিংশিংনবা হোৎনজে। মপুং ফানা নিংশিংলকপা মীৎকুপতা থম্মোয় চাক্লা কপলকই। মাগী কপ্পদু তারগা মপান্দগী মখোয় অনী পাখৎনা চেনশিল্লকই। অমদি ঙরাং মাবু কনবীখিবা মৈতৈ মচাদুনি, নুপীদুনা নর্সকী ফিজেৎ শেত্তুনা মাগী মনাক্তা লেপ্পরে। নুপাদুনা মশক তাক্লকই - "ঐহাক্কী ইমিং কান্তা কৌই। সিষ্টর অসিননি নহাকপু ঙরাং লায়কম্নখিবা। ঙরাংদি মহাক্লা অহিং মিৎশেল খাঙদুনা নঙবু শেন্নবনি। কলকত্তা সহরসিদা ঐগী খ্বাইদগী ফবী মরুপনি।" তোম্বী ব্রাহ্মেদু তাবদগী কপ্পদু চপ লেপখ্রে। নুপীদুনা মোমোন নোক্তুনা মকোক্তু নানবী। নুপাদুনা মখা তানা হায়রকখি - "ঐহাক মণিপুরদা পোকপা মৈতৈ মচানি, লৈফম্মা শিংজমৈ য়ুম্নাম লৈকায়দগীনি। দিল্লিদা প্রাইবেট বেঙ্ক অমদা মেনেজর ওইদুনা থবক তৌবা চহি তরুক শুরে। লম চৎপদা মৈতৈ নুপীশিংনা থেংনরিবা অব্রাবদু লমদা লৈরিবা ঐখোয়না অমুক্তা হেন্না খঙই। ইবুংনা শোয়দনা নহাক্কী মতেং পাংগনি। থব্রায় করি অমত্ত ব্রাগনু। ব্রাখল শোম্নবা তমগনু নঙগীদমক জাতি মান্নদবী নচে অমসু ননাক্তা লৈরবনি, নুংশা থিনিঙাই লৈতে।" তোম্বী মহাক্কী নিংজবশিংদু তেংথাজরকই - "হে ঈশ্বর ঐনা নীংজরিবা অসিবু থুংলরোইদ্রা। নুপী ওইবীগী মপোকসে কয়াদা তোনথ্রবা। ঐহাক্লা নুপা ওইরম্লবদি থৌনা লিংজেল ফুদোক্তুনা মতম চানা মফমদু যৌদুনা পরিক্ষা মতম চানা পীবা ঙম্নমগদবনি। ওম্ভোকপনি নুপা ওইবশিংনা নুপী ওইবীশিংবু অদুক হম্থনা খল্লিবা। মখোয়গী ব্রাখলশিংদুনা করম্মা চাওখৎপা সমাজ অমা ওইরক্কনি। ঐহাকসি করম্মা বাবাগা ইমাগগী মনাক্তা শিনফম পুদনা চৎকদৌরিবনো।" "নুপীমচা নঙনা ঙসি তেংথারিবা ময়াম অসে অচুম্বমক্নি, নহাকপু করেম্নরমলিবা মীওইশিংদুগী মমাংদা থৌনা লিংজেল ফুদোক্তুনা মী ওইনবা হোৎনবদা ইবুংনা অঙম্বা মতেং পাংগনি। ঐহাক মফমসিদা হয়েং মীটিং অমা লৈবদগী য়াওনবা লাকপনি। অদুনা নহাক্কী পরিক্ষা থাবা নংনবা থিনবদি ঙম্নরোই। অদুগীসু মথক্তা নহাক পাঙ্গল, ব্রাখলসু য়াম্না শোম্থরে, মফমসিদা নুমিৎ নিনি পোত্থাদুনা সিষ্টরসিগা লৈমিন্নবনা ফগনি। হোসপিটালদুদা নত্রবসু অতোপ্পা নর্সিং স্কুল ময়াম অমা লৈরিবসিদা অফবা স্কুল অমদা শোয়দনা তমহনগনি। ঙসি ফোন তৌদুনা কৈন্যাকুমারী স্কুল ওফ নর্সিংদা

নহাক্কী মীং চন্নবগী হায়নগনি। নহাক্কী ৱারী পুন্বা ডায়রী অমদি চে চাংশিং অদুদগী লোয়না খঙলে। চিংনবা লৈতনা হায়য়ু নহাক্নফমসিদা করম তৌনা....।" "তামো, ঐখোয় অহুম জয়া, মায়া মচীন মনাওনে মখোয় তামো থোকপা বোবী দিল্লিদা লাইব্রিক তমদুনা লৈরিবদুগা পুন্না লাকমিন্নবনি। ঐখোয়না তোংলকখিবা গাড়ীদু দিমাপুর য়ৌরমদাইদা কাংবু অমনা কিদনেপ তৌদুনা নুমিৎ নিনিরোম ফাজিন্দুনা থমখি। সরকারগা য়াশিন্নবা পুরকপদগী অমুক তেক্ত কায়দনা ঐখোয়বু থাদোরকখি। দাকু গুন্দা ওইরবসু ঐখোয়বু ওৎ নৈবদি খক তৌরক্তে। মখোয়না করি দিমান্দ তৌবগীনো হায়বদুদি থক্কৎলিঙেদা খঙহৌদ্রে। মদুদগী হান্না কক্লুবগী ট্রেন টিকেট চৎনবা য়াদদুনা অমুক নৌহৌননা ককপা তারে। হোটেল অমদা নোংমা গৌহাটিদা লৈরিঙেদা তামো বোবীনা ঐঙোন্দা নত্তবা মীৎয়েংনা য়েংবা হৌরকই। নুংথিল ইমান্নবী অনীদুনা কোয়থোকপা চৎখ্রিঙৈদা মানা ঐগী কাদা চংলক্লুনা তাবা য়াদবা ৱাঙাংনা ঐবু থেল্লকখি। ঐনা ফন কন্না মচলগুম খন্নবা হায়জে। মানা অসুম হেঞ্জিল্লক্লুনা খাংবা ঙল্লক্লদুনা মচল অনীদুগী মমাংদা খুবাক্লা থাখি। কোন্না মানা লাল্লে হায়জবকপদগী পুন্না অমুক লাকমিন্নবনি। হাওরা ষ্টেসন্দা ঈশিং থক্লিঙৈদা মানা লমন শিংবা ওইনা ঐবু লংথোক্লম্বনি। মাদি মরমদমগী মচলবু নত্তবা মীৎয়েংনা য়েংবা শানি।" তোম্বীনা ৱারীশিংদু তপ্না মচা তানা মবুং শক্লবা কান্তা অমসুং সিষ্টরদুদা ৱারীজখি। মখোয়দগী হেন্না অফবা মশক থোকপা নর্স ওইনবা কান্তানা হোৎনবিদুনা নর্স তম্বগী অচংবা শেল-থুম পুথোক্লুনা মাবু মীং চনবীখি। মাগী পুরকপা পৈশাদি বোবীনা পুল্লপ্না পায়শিনখ্রবনি। তোম্বী মাগী শিনফম মশক খঙনবগীদমক্তা হোসপিটালদুদা পুশিনবীবদগী মহাক্কী মহৈ অসিবু মপুং ফানা তম্লগনি হায়না মহাক্কী থম্মোয়না হৱাওজখি। অঙকপনি মীওইবা হায়বসে তৌনিংবনা অমা তৌথোরকপনা অমা খঞ্জরুবনা অমা পুক্সিসিদা অৱাবনা মাংজিল থা নুংঙাইবনা তুংওইনা অসি ওইরেকো মীওইবগী চৎনরোল। হায়নৈ অহল লমন্না অৱাবা অমসুং কাইনবা অনী অসিগী মরক্তা অখাং কনবা মীওইতনা মীওইবা ঙম্বনি। মসি ওম্ভোক্লা চুমখ্রবা ৱাফম্নি খঞ্জদুনা মমা অমসুং মপা অদুবুসু নিংশিংদুনা মতোম্নতা লাপ্না খুরুমজখি।

মতম্না ঙাইবীয়ু য়ারক্তদুনা মহাক্কী কোর্স তম্বা লোইশিল্লকদৌরে তোম্বীনা ভুমিন্না ৱাখল খন্দুনা লৈরিঙেদা মহাকপু কনবীখিবা মবুং অদুবুসু লাক্লম্মী। "তোম্বী করম তৌরি নহাক্কী ট্রেনিংসু লোইগদৌরে তাবদা লাকইবনি। নখোয়গী খুঙ্গংদুদা

চৎখিবদা মীয়ামগী সেবা মতোল লোম্না তৌরকউকো।" "তামো ...... তামোগী মফমদগী নচল ঐনা মায়পাকপা ঙমজরিবনি। তামোনা থম্মোয় শেংনা নচলবু নুংশিবদগী নচলগী হিংনবগী লম্বী অসি ফংজরিবনি। খঙহৌদনা তামো লাকপীবসে ঐগী থম্মোয়দা য়াম্না হরাওজে। ঐহাক্না তুমিন্না ৱাখল খল্লম্লিবা অদু অতৈ করিসু নত্তেদা মমাংদা থোকখিবা থৌদোক্তুদা তামোনা কনবীরমদ্রগদি ঐহাক মী খক ওইবা ঙম্লম্লোই। থম্মোয়দা নুংনাংনদুনা লৈরম্বা ঐহাক অসে ঙসি ইবুং শক্লবা নহাক্না কোকহনবীরে। ঐনা চৎলমদাই মতম অসিদা ইবুং উজবা ফংলরোইদ্রা হায়না ৱাজরম্বনি। ইরমদমদুদা য়ৌরগা ইমা বাবাগী মফমদা তামোনা তৌবিখিবা পুম্নমক লীজদুনা তামোবু মীৎনা উজবা ঈশ্বরনি হায়না লাৎচদুনা প্রজা মীয়ামগী সেবা তৌবা ঙমজবসু ওইজগে।" "তোম্বী ঐগী হায়বদবু ইথৌ য়াম্না চিনবা ওইদুনা ঐহাক মণিপুর থোরক্লুনা তোয়না লাকপদি ঙম্লরোয়। নহাক্না নুপীমচা অমা ওইবগী নথৌ ফজনা পাংথোক্লুনা মণিপুর ইমাগী সেবা তৌবদুনা অফবা হায়বদু ওইগদৌরিবনি।" তোম্বী কান্তাগী ৱাহৈশিং অদুবু থম্মোয়নুংদা চেৎনা নীংজদুনা অমুক হন্না পোক্লফম লমদম মণিপুরদা প্রজা মীয়ামগী সেবা ফংনবগীদমক মহাক থোরকখি। মণিপুর হেক য়ৌবকপগা মাগী মবমদা ঙাংনরম্বা কয়াদু তারকখি। বোবীনা মাগী মরমদা ঙাংনরম্বা শন্দোক্লম্বা কয়াদুনা মাবু নুপামখৈনা উশিৎপীরমদে। মতম খরা লৈরগা মাগী লমচৎ-শাজৎ তৌথোরকপা থবক্লুনা ঙাংনরম্বা মখোয়গী মচিন মেনখরে। হোসপিটাল অমদা থবক পুবা য়াওদুনা ইমুংগী মতেং পাংখিরম্মী।

নুপী ওইবীগী মপোক্তি পলেম পম্ভৌগী শঙ্গায়দা পুন্সি লোম্মু তন্নমদবনা মাসু অতোপ্পা শাগৈগী মৌগী শিংদা চনখ্রে। য়ুম্বানবগী লমদা নৌনা খোঙদারবী মহাক্না য়ুম্বানবীন্নবগী মশক করিনো হায়বা খঙলমদে। মরমদি মহাক নুপা কয়াগী তুগৎচবা মীৎয়েং নায়েং শাজৎ লিচৎ কয়াদুদা মহাক্কী মপুরোইববু থাজবা শুকঙম ঙম্লমদে। নুপা হায়বা জাৎসিনা নুপীবু মখোয়গী মখাদা থম্নবা হোৎনৈ হায়দুনা তোম্বীনা মপুরোইববু অদুক থওইনা তৌরুদে। অদুবু অমুকসু খনখি মবুং কান্তাগুম্বা মীওই লৈরমদ্রবদি মহাক ঙসি সমাজসিদা ইজ্জৎ লৈনা হিংবা ঙম্লম্লোই। তোম্বীগী অইংবা অতপ্পা মোং হাদবা মতৌদুনা মাগী নুপাদি নোংম নোংমগী নুপী হায়বসিগী মগুন চপ চানা খঙলক্লুনা মহাকসু অফবা মপুরোইবা হায়বদু ওইরকখি। মহাক্কী থৌনা লিংজেল অঙকপনি, চপচাবী মৈতৈ চনুরানি। মপুরোইববু ফজরবা মায়থোং

ওইহন্দুনা মাগী থাজবগী য়ুম্ফমদা তিনখিদুনা মখোয় অনীদি হকচাং তোঙাল্লবসু থব্বায়দি অমত্তনি হায়বগী নুংঙাইরবা য়ুম্বান পাল্লক্লম্মী। তোম্বীগী পুক্নিদা মপুরোইবগী নুংশিবা মীৎয়েংখাদা কুইনা লৈয়ু তল্লমদ্রমাল্লে মচানুপা অমা থল্লম্বা তুংদা ঈশ্বরগী নোংদমখোদগী খঙহৌদনা তাইবংপান থাদোকখ্র। তোম্বী কায়রবা থম্মোয়দুনা মচাবু পমদুনা তেংথাজখি। মাগী পুক্নিগী হুল্লক্লিবা য়েন্নিংবু অমুক নুংশি হৈতনা থদৎপীব্রবদা তৌফম হায়ফম খঙদ্রবা নুপী ওইরুরবসু মচাগীদমক হোসপিটালদুদা পুক্নিগী শিনফম মশক খঙনা লেনখি।

------

# শন্তম অমা

অঙাংশা, মমাংঙৈদা অহল লমন্না পাউখোং অমদি পাউরৌ হায়রিবা অদুশিংদুগী ৱারী লীগে। অহলশিংদুনা ঐখোয়দা লীরকপা ৱারিনি। ৱারি অদুদি মীৎ পান্দ্রবা না য়াওদ্রবা মরোল লোন্দ্রবা মহাক্কী হকচাং পোলাংবু শেম্বী শাবীদুনা তাইবং মীওইবনা শেংলম্বা ফিজেৎ অমনবদুনা হকচাং অদুবু শাবীখিবগী ৱারীনি। মহাক অদুগী মমিংদি লাইফদবী কৌই হায়না মেম্মানা অঙাংশিংদুদা লাইফদবীগী ৱারী কয়া শুগায়না লীবিখি। মেম্মানা অঙাং ওইরিঙৈদা লাইফদবীগী মরমদা খঙ্নিংদুনা থিজিনখিবা কয়ানা ঙসিদি মহাক্না খঙজিঞ্জরিবা অদুনা হৌগৎলক্লিবা অঙাংশিংদা জ্ঞান লৌশিং ওইনা পীররে।

নোংম নুপীমচা অমা লম থোক্লুনা শান্নজবা লাকখিরম্মী। মহাক অদু চহি মরি-মঙা শুরবা মতমগী অঙাংনি। মহাক্না ফৎত্রবা খোংবান-লুকপান মনাক্তা তাবা ফিজেৎ-ফিগাইশিংদুবু উখিরম্মী। মতম অদুদা নুপীমচা অদুগী ৱাখলদা খনখিবম্মী - ঐহাক ফিজেৎসি খুন্দুনা লাইফদবী শাগে। অঙাংদুনা তাবিবা ফিজেৎশিংদু খুনগে তৌরিঙৈদা দেব কর্ম্ম চৎলুবগী হল্লকপা অহল অমসু লাক্লম্মী। অহলদুনা লাওরক্লম্মী - "কনাগী অঙাংনো ফৎত্রবা খোঙবান মনাকসিদা লেপলমলিবসি। অহলদুগী লাওরকপদু তারদুনা নুপীমচাদুনা তুমিন্না মঙোন্দা হনগৎতুনা য়েংলক্লম্মী। মহাক্না খনখিরম্মী নুপীমচা অসি চাক য়াম্না লান্নবা মাল্লি মহাক্কী মীৎয়েংসি। মপা মমাবু লৈত্রবাজাংলা অসুক মোংলবা মফমসিদা লৈরন্নিবসিবু। ঐহাক্না পুরক্লিবা তল অসিবু লাক্লুনা চাগে খল্লমগদবা মাল্লি মাগী মীৎয়েং অসি চুমদে।" ৱাখলদু মওন মওন খল্লিঙৈদা নুপীমচাদুনা হায়খিরম্মী - "পুপু কদোমদা চৎপীরুবগে পুপুনা পায়রিবা অচাপোৎ অদু ঐহাকসু খরা চাজগেবা।" নুপীমচাদুগী ৱাহৈদু তাবদা মমাংদা মহাক্না খনম্লিবা ৱাখলশিংদুবু ওহ্লোক্লা চুম্না মান্নথ্রেদা হায়না অহল অদুনা পীক্লিবা অঙাং অদুগী মওং মতৌ অদুদা মহাক্না পুরক্লিবা তল অদু তঙ্খায় অমা পীরম্মী। তল অদু পীরবা মতুংদা হংখিরম্মী - "নহাকপু করি তৌরন্নিবনো ?" নুপীমচাদুনা খুন্নক্লম্মী - "পুপু ঐহাক লাইফদবী শাগে হায়দুনা ফিজেৎ খুন্দুনা লৈরন্নিবা।" অহলদুনা হায়রক্লম্মী - "নহাক্না লাইফদবী শাদুনা করি তৌগদৌরিবনো। লাইফদবী হায়রিবা পোৎশক অদুদি নমা নপানা শেংলম্বা ফনেক অমসুং খুদৈনচিংবা অদুনা শেম্বা পোৎনি।

মহাক অদু মীওইবনা থৱায় হাপ্পা ঙম্বজাং নত্তে। অদুগা করিগীনো নহাক্না অদুক য়াম্না থৱায় য়াওনা শানিংলুরিবা ?" "পুপু ঐহাক্কীদি ইমান্নবী-ইমান্নবা অমতসু লৈতে অদুনা মরম ওইদুনা ঐহাকসে ঈশ্বর মহাক্না ঐহাক্কী থম্মোয়দা চঙদুনা লৈপ্লবা মাল্লে। পুপু ঐহাক্কী অনিংবা অপাম্বা ময়াম অসিবু থুংনবগীদমক্তা পুপুবু থেংনজবা ওইরবা মাল্লি। ইমাগী ফিজিগী লন্না পুন্সিগী মরুপ ওইনবগীদমক্তা শাগদৌরিবা লাইফদবীনি মদুনা ঐহাক্কী পুন্সিদা নুংঙাইবা হায়বদু ওইহনগনি হায়দুনা শাজনিংখিবনি।" অহল অদুনা পীক্লিবা নুপীমচাদুনা হায়দোরকপা ময়ামদগী থোয়দোক হেন্দোক্লা শিংথ্রবা ৱাঙাং অমসুং পুক্লিং অদুবু খঙদুনা নুপীমচা অদুদা লাইফদবীগী ৱারী লীবিগে হায়না খনখিরম্মী। অদুগা অমুকসু হায়রকই-পুপু নহাক্না নিংলিবা অমসুং খল্লিবা অদুবু ননীং থুংনবগীদমক্তা মতম খিবিক্তা মতম্বু অরেম্বদা মাংখিদনবগী শাগদবা হকচাং পোলাং লাইফদবী হায়রিবা মহাক্কী লোনচৎ শাজৎতু নোংমদি শোয়দনা লীথোকপীগনি।

নুপীমচা অদু মতমদা ঙাইবিয়ু হায়বা য়াদবগুম্না মহাক অদু চহি তরানিথোই ফারক্লে। মহাক্কী পুপুনা হায়রম্মী - "নুপীমচা সংসারদা মথ্বায় য়াওদ্রবা জীববু লৈতবা খক লৈখিদে, অঙাং ওইরিঙৈদগী ঙসি ফাওবদা থেংনখিদ্রি। থৱায় য়াওদ্রবা পোৎশক কয়ানা মীওইবগী পুক্লিংদা কয়াদা লুমহনবা অদুবুসু য়াওখিদবা নত্তে। মদুনা তাকপদি নহাক্না পাল্লিবা লাইফদবী অসি মল্লবা ফিজোল কয়ানা শাবিদুনা মীপুম খুদিংমক্না ঙসি ফাওবদা লাইফদবী হায়না পৃথিবীদা মীংথোন্নদুনা লৈহৌরিবনি। অদুদা করম্না থৱায় য়াওদে হায়বদা কনানা থাজবা ফংগদৌরিবনো। অঙকপনি মীওইবনা থাজথ্রবা অমসুং নীংথ্রবা পোৎশক অমা ওইথ্রবদি থৱায় য়াওবগা চপ মান্নহল্লি। অনীংবা অমসুং চুথ্রবা থম্মোয়না নীংবু নীংলবদি লাই ওইহনখিদো মসিনি মীওইবনা থাজবগী য়ুম্ফমদা লাৎনরিবা। মদুদা লাইফদবী হায়রিবা মহাক অদু হেক শাদুনা মরুপ-মপাং ওইমিন্নবা ঙল্লবদি মতম লৈবা খিবিক্তা অতোপ্পা ৱাখল চোইজাইননা লাকপা ঙমদে হায়দুনা লাইফদবীগী (লাইথি) শক্তিগী মঙালনা তাইবং মীগী ৱাখলদা অকিবা নুংঙাইবা ফাওহনবা ঙম্মী। মতৌ করম্না ওইখিবগে হায়বদুদি মমাংদা হৌখিবা অহল-লমন, লাই-গুরুশিংদুনা তাকপী তম্বীদুনা থল্লম্বা পোৎশক অমদি মমীংনি। মহাক্কী মতিক মগুন কয়াদা নিংথিথ্রবা অমসুং চঙখোনথ্রবা মহাক্কী শক্তম মীপুম খুদিংমক্না শরুক য়াবীদুনা মহৎ শিন্দুনা চৎথ্রে হায়দুনা মীওইবনা কয়াদা হরাওজবা পোৎশক্লি। মসিবু ঙক্তবা

ঙমখিদে, ঙক্লিবগী মরমদি মমাংদা হায়খ্রিবা অদুদা য়াওগ্নবনি। মহাক্লা শাজবা লাইফদবী অদুবু মতোম্নতা ঙাংদুনা চেলহনবা ঙল্লিবদু অহল-লমন্না ঙাংবা হায়বা তাবা ঙন্বা মীওইবনা থাজবগী য়ুম্ফমদা লান্নফম ওইরিবা শক্তিনি। মসিনা তাকপদি মহাক অদু চবান থাবদা ফৎতবা দশা লাকপদা ঊশিন অমা ওইনা থানরিবনি অদুবু ঙক্তবা ঙমদে হায়বগী ৱানি। পৃথিবীদা লোইনাইদ্রবা অমদি লেপনাইররোইদ্রবা ঈচেল্লক্তা মহাকসু তবেৎকী শাইয়োন ওইদুনা মী মান্না শেম্বীদুনা লৈহনবা মুর্ত্তি অমনি। নখোয়না খঙগদবনি পোৎশক অমা শারগে হায়না নিংলবদি শকউদ্রবা ঈশ্বর মহাকপুদি মীওইবনা নোংমতসু কাউথোকপীবা লৈখিদে। অমরোমদা ঈশ্বর মহাক্লা মীওইবদা শক্তম অমত্তসু উৎপা লৈখিদে। হায়নৈ দ্বাপুরগী যুগতা অমসুং সত্য যুগতা লক্ষী কয়া চৎতুনা জগৎকী লিলা কয়া শান্নবগী থন্নল্লিবা অয়েকপা অমদি অশাবা মুর্ত্তি কয়াসু ঈশ্বরমক্লি হায়না লাৎনদুনা পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা থাজবনা য়ুম্ফম ওইদুনা ঈশ্বর কয়াবু ভক্তি তৌনরি। নুপীমচা নহাকপুসু হায়নিংই খঙদ্রবা উদ্রবা পোৎশক অমবু শাগে নীংলবদি তুংদা লাক্কদবা মাংদা হৌখিবা অনীগী লংদায়দা কবম্না লেপ্পুনা শারগনি হায়ববদি নশাগী ফিরেপ লেপ্পবা মতমদুদা শাবীয়ু নত্রবদি মংলানগী নুংঙাই ঈপাক্তা তাওকববা মতুংদা কেকু মরু তাদুনা তোকখিবা য়াওগ্রবা মীওই কয়া অমা লৈবনি" হায়না মহাক্কী পুপুনা লীবিরম্মী।

নুপীমচা অদু মহাক্কী পুপুনা লীরিবা ৱারীশিংদু তারবা মতুংদা "ঐহাক্ল ইচম-চম্না লাইথি শাগে খল্লুরিবা অসিদি কয়াদা লুনা লৈরমগ্লবা" হায়না খনখিরম্মী। নোংমা ঐখোয়গী ইমানা ঐনা ফুঙ্গা মপান্দা ফমদুনা মীৎ উইদুনা মৈদা উপশিনগে তৌরিঙৈদা ঙাংলকই - "মেম্মা অদুক য়াম্না তুম্নিংলিববু করি তৌবগীনো ? তুম্নিংলগা চৎলো তুমলুরো নঙগুম্বা লৈশাবী মচা অমনা উইদুনা লৈবদা কনানা ফজে হায়বিগনি। ওম্থোক্লা লুগদৌরিদা নহাকসে ঙাংবা শকপদা মনাসিদবু হাপত্রবরা খঙদ্রে।" ইমানা ঙাংলক্লিবদু থোয়দোক্লা ঐঙোন্দা শাওনিংবা লৈখিদে। ঐগী খল্লিবা ৱাখলদুদা অদুম লুগুনা লৈরম্মী। ঐহাক্লা হৌগৎপা লৈরক্কবদা উপায় য়েংলকই। অমুক মপুক্লিংদু ফাথদুনা ঐঙোন্দা তপ্না তপ্না হায়রকই - "নহাক্লা তুম্নিংবদু তুম্মুরো হায়বা য়াদ্রবনিনা নঙোন্দা মৌশিং ওইনবা চাক অসি থোংনা ৱাবী অমা লীগে। ৱারীদুগী মরুদি মরুদি কনানো খঙব্রা ? মদু নমা ঐগনি।" ইমানা কয়াদা নুংশিনা মচা ঐবু তৌবিরিবা হায়না ইতোম্নতা পুক্লিং

নুংশিজখি। ইমানা ৱারী লীরকই - "ঐহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈদা বাবা ইমানা য়াম্না লুনা চান্না থন্নকখি। ঐহাক্কী নুংঙাইখ্রবা পুন্সি অদুদা মতেং ওইননবা শান্নমিন্ননবা ঐখোয়গী লৈকায়দা ইথক্তা অমদি ইখাদা মখোয় খরদি লৈরবসু লেঙ্গা ওইবা ইমান্নবী অমত্তসু লৈরমদে। মখোয় অদুবু থোয়দোক্লা তিন্ননিংবা লৈমিন্ননিংবা পোকখিদে। ইমানা ফিশাবীনি বাবানা ইংখোল কোয়বনি। অদুনা বাবানা ঐবু মরক মরক্তা ইংখোলদা পুবীরম্মী। বাবানা চীংমায় অমা লফু থাবদু ইমাদি ঐগা য়ুমদা লৈবনা নোংমতসু য়াওবা ফংখিদে। বাবানা মানা থারল্লিবা লফুশিংদু হৌরে য়েংউসি হায়দুনা ইমাগা ঐখোয় অহুম ইংখোলদুদা চৎলে। ইংখোল অদুদি লফুতগী ওইবা লৈকোল অমগুম কযাদা ফজরিবা। ইনৌ নৌবা মনাশিংদুনা মনীং মখা তন্না নুংশিৎকী শাহুমদা তপ্না তপ্না লেং হাইবা তৌবদুদি ঐগী থম্মোয়দা অদুক্কী মতিক অপেনবনা থনখ্রে। অদুগুম্নবা তাঞ্জাদুদা ঐগী ইশুং-ইমান্নবী অমত্তং লৈজরল্লবদি কয়াদা নুংঙাইরমগনিদা হায়না খল্লদুনা লফু পাম্বী মখোঙদা চংশিল্লবদা ফিজেৎ অমা তাদুনা লৈরম্মী। ঐহাক্লা তারল্লিবা ফিজেৎ অদু তাপ খুনগৎতুনা মসিবু লৌশিল্লসিরা নত্রগা অমুক হন্দোক্লম্লসিরা হায়বা খনবসু লৈত চঙক্রদুনা তুমিন লেপ্তুনা লৈরম্মী। অসুম লম্মুকননা লৈরিঙৈ ঐখোয় বাবানা কদোমদগী করমহাইনা উরুবনো খঙদে ঐঙোন্দা কন্না লাওরকই - "সোরো নহাক্লা পায়রিবা পোৎশক অদুদি পায়হৈবা নত্তে থুনা থাদোক্লো।" বাবাগী খোল্লাওদুনে ফিজেৎতু পায়রুবগী থুগৎপনে পুনখিদুনা ঐহাক পুংখঙ খঙখ্রে। ঐহাক্কী ইতৌদুদা বাবাদু থৱায় ৱানা চেনশিল্লকখি। মহাক্লা ঐবু কোনশিনবীদুনা হায়রকই - "ইচাসিদি করিসু কিরুনু বাবা লৈরিসিদি।" মতোম্নতা শোঞ্জখি - ঐখোয় সোরোগী মীহুনসিদি ফ্রং ফ্রং চোংখ্রেদা মসিবু লাইওক্লরবা জাৎলা, করম তৌগনি। বাবানা চেৎনা কোনশিনবীদুনা শঙমচাদু তানা লফু মখোংদা ফিজেত্তু হন্দোক্লম্লগা ঐবু পুরকখি। ঐদি ঙাইহাক অকিবা ফাওরুবসু তপ্না তপ্না ফরক্লে মীহুন কন্না চোংবদু। বাবানা ঐগী মীহুন অসি মাঙখ্রবরা হায়না থৱায় ৱাবদু উবদা ঐহাক্লা - "বাবা করিসু তৌদরে, বাবাগী খোল্লাওদু তাবদা অদুক থগৎলুবগী ৱাতনি। মদুদা বাবানা অদুক য়াম্না থৱায় ৱারিবা অমদি নচাবু অকিবা পকপ্রগনি খল্লিবদুগী মরম নচানা খঙজনিংই।" "সোরো নহাক্লা পায়রুরিবা পোৎশক অসিদি লৈবাক্কী অখঙ-অহৈ মাইবা মাইবী কয়ানা মখৌ তৌবদা শিজিন্নবা পোৎশক্লি। ফত্রবা দশা কয়াবু থৈদোক্লবগীদমক্তা মুর্ত্তি ওইনা শাদুনা উশিন ওইনরিবা পোৎশক লাইফদবী অদুগী ফিজেৎ মতৎনি।

নখোয়গী নপুবোক্না ঐঙোন্দা লাইফদবীগী লৈফমদি লফু মখোঙদা লৈগদবনি, মহাকপু থেংনদুনা পায়রুরবদি তিনচু-লাইচুবা লৈ হায়না তাকপীরম্মী। অকি-তুজুংবা লাক্লবদি হেন্না অৱাবা শক্তি ওইহল্লি হায়নসু হায়বীরকখি। মরমদুনা বাবাদি ৱাদবা ঙমদেনে। লাইবক থিরবদি লৈরক লমহাংদা চৎপা ফাওবদা অকিবা পুথোকপা য়াওখিবা মীওই কয়াসু লৈগ্রবনি। মদু ইচাদা থোক্কদ্রা হায়দুনা কিরুবনি। অদুবু ইচাদি করিসু থোইদোকপা তৌদবসিদা বাবাদি য়াম্না নুংঙাইজগ্রে।" বাবাগী ৱাহৈ কয়াশিংদু ঙসি ফাওবা ঐগী নাকোংদা ঙংদুনা লৈরি। মদুদগী ঐহাক্না লাইফদবী হায়রিবা পোৎশক অসে তরাইনা থম্না ঙমখিদে। নহাকসু চাওরক্লবনিনা মসিগী মরমদা খঙজিন্নবা ইমানা লীবিবনি।" মেম্মদা মমানা মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী থেংনরকখিবা ৱারিশিংদু লীরুবা মতুংদগী অকি-তুজুংবগা লোয়নবা মীৎয়েংনা মমাদা মুন্না য়েংজখি। মহাক্কী মীৎয়েংদু অতোপ্পা কনাদা য়েংলুরবদি অঙাওবীগুম খনখিনি। মহাক অকিবদুনা মাংওইনা মমা মপাবু থাদোক্লম অঙাওবী ওইদুনা চৎখ্রগদ্রা খঞ্জখি। অদুবু মাগী পুপুনা লীবিরকখিবা ৱারীশিংদুসু অকাওবা লৈতনা নিংশিংলকখি মদুদা মহাক্না হেন্না কিজখিবা "অরেম্বদা কেকু মরু তাদুনা তোকখি হায়বদু" মহাক তারগদ্রা হায়নসু খঞ্জিনজখি। মেম্মানা - "ঐহাকসে নুপীমচা অমা ওইনা পোক্লবদি অকিবা হায়বসে লৈবা য়াদে। ঐহাক্না শানিংলিবা লাইফদবী অসিগী মরমদা মমুৎ তানা পুপুদা হংলুবগে। লাইফদবী হায়রিবা মীংথোল অসে কয়াদা লুনা লৈরমগ্রবা। চহি-চা কয়াদগী মীংথোল অসে মীওইপোক্কী মপোক লম্বীদা তাদুনা লাকখ্রবা মীংথোলনি। মহাকপু শাগে হায়দুনা হেক্তা নিংলুরবদি খঙদ উদবা থেংনদ্রিবা পোৎশক অমগুম্না মীপুম খুদিংমক্না অঙকপা পোৎশক অমসুং মুর্ত্তি অমা ওইনা লৈনহল্লিদো হায়না খঞ্জখি।

অহল অদুগী মনাক্তা নুপীমচা অদু লাক্লম্মী। মহাক্না মাঙ্গোল হেক কাখৎপগা - "পুপু, পুপুবু লৈবীব্রা ?" "কনা ওইরবগে ?" "পুপু ঐহাক্নি, মেম্মনি।" "নঙদি কদোমদা চৎলুরিবা ? করি হায়নিংবা য়াওরবগে তহা তহা লাক্লিবদুবু ?" "পুপুনা নোংমা নশু ঐহাক্কী খঙনীংবা কয়াদুদা লীবিখিবা ৱারীশিংদু ঙসি ফাওবা কাওবা লৈখিদ্রি। মদুনা মরম ওইদুনা ঐহাকসে নোংমগী নুমিৎ অমত্তা পুক্লিংগী শান্তি লৈবা ঙমদ্রে।" "নহাক্না হৌজিক ফাওবদা ঐগী ৱারীশিং অদুবু কাউদনা লৈরম্লিবা অসিদা পুপুনা নহাকপু ওম্মোক্না থাগৎনিংখ্রেদা। ইশুগী কাওদবা ৱাখল অসিনা পুপুসু পুক্সিরিবা ওইরবমাল্লি। নহাক্না লাংতক্লে হায়রিবা

ব্রাফম অদু মতৌ করম্না লাংতক্করিবনো হায়বদু পুপুসু খঙ্‌নিংই ব্রারীশিংদু শাদোক্লো।" নুপীমচা অদু মাগী পুপুগী নুংশিরবা মীৎয়েং অমসুং ব্রাখল উবদা ঙাংনিং হায়নিংবনা মচিনবান অদু কাখৎতুনা লৈবগুম তৌরে। অহলদুদি মতৌদু য়েংবদা কয়াদা নুংশিনা মপুক্লিংদা মশুবু থাগৎচদুনা মতোম্নতা নোকচখি। মহাক্কী পুপুনা নুপীমচাদুদা অমুক হায়রকই - "নুপীমচা হায়রো নহাক্লা খঙনিংলিবা ব্রাখলশিংদু পুপুসু অখংবা মখে লোয়না তাকনি।" নুপীমচা অদু মহাক্কী পুপুদা মহাক্কী পামজবা কয়াদু মনীং তম্না হায়দোকচবা হৌরকখিরম্মী - "পুপু ঐহাক লাইফদবী হায়রিবা মহাক অদু য়াম্না নুংশি মহাক্কী ব্রারীশিংদু তারুরবসু অদুক্কী মতিক নুংশিরুরিবা করিগীনো হায়বসু খঙবা ঙমদে। ঐহাক্কী থব্রায় অসে লাইফদবীগী মীংথোলনা লৌখ্রবা মাল্লি। মদুনা মরম ওইদুনা মতম লৈবা খিবিক্তা মহাকপু নিংদুনতা লৈরিবনি। মহাকসি মথ্বায় পানবা জীব ওইরম্লবদি কয়াদা নুংঙাইগদবা। ঐখোয় ইমানা লাইফদবীগী মরমদা অকিবা তুজুংবা পোকপমখে ব্রারী কয়া লীবিখি। মদুদসু ঐহাক্লা খনখি অদুক তুজুংলবা মিপাইরবা ফাওবদা মহাক্কী মুর্তি অসি কাওবা ঙমখিদে। অঙকপনি মহাক্কী মীংখৈ অসে মসিনা মরম ওইদুনা মহাক্কী হৌখিবা পুন্সি ব্রারী কয়ামরুম লৈরমগদবা মাল্লি। পুপুনা নুংশিবীদুনা ব্রারীশিং অসি খঙলবদি লীবিয়ু হায়না পুপুগী নাক্তা লাকচরিবনি। নুপীমচা অদুনা মহাক্কী পুপুদা হায়জখি। - "নুপীমচা পুপু নহাক্লা পাল্লিবদু শোয়দনমক্কী লীরগে তারো। থাইনা মমাংঙৈদা মীগা লাইগা শম্নরিঙৈদগী হৌনা লাইফদবীগী ব্রারী লৈরক্লবনি হায়না ঐগী পলেম পস্থৌ অনী চংদুনা ব্রারী কয়া অমসু লীরকই। ঐহাকসু মীৎনা উহৌবা নত্তে। ব্রারী অসি তোঙান্না নাইতোম অমদা হুঞ্জেকপসু খক য়াবজাৎ নত্তে। পীক্লিবা অঙাং নহাক্লা অসুক লুনা লায়না লৈবা পোৎশক অসিবু খঙগে হায়দুনা তান্নরক্লবনিনা ঐহাক্লা লীথোক্লগে হায়রিবনি। মমাংদা হায়খ্রিবা ব্রারিশিং অদুদা মরুওইবা ব্রারী য়াম্না য়াওখ্রবনি। মদুসু নহাক্লা জ্ঞান তাগদবনি। নহাক্লা জ্ঞান তাবা ঙমদ্রবা মমাংদা ঐহাক্লা মুর্তি শাগে খল্লবদি হায়বা অদুবুসু নহাক্লা খঙজিনগদবনি। মদুদা নহাক্লা খঙনিংলিবা কয়াদু লোয়না য়াখ্রবা ঙাক্তনি। নহাক্লা তাংদাংবা অমা তান্নরিবা পোৎশক অদু মীপুম খুদিংমক্লা মশক উৎপা ঙম্বজাৎ নত্তে। শুপ্নতংগী মমীংদুখক্তনি, মমীং লৈরবদি পোৎশক অমদি শোয়দনমক্কী লৈরমগনি।' নুপীমচা অদুনা মহাক্কী পুপুগী ব্রারীদু মরক থৎনা হংনিংবা হেনগৎলক্লুনা হায়রকই - "পুপু নহাক্লা ব্রারী লীরগে হায়রিবদু কয়াদা কুইখ্রবা অশেংবা ব্রারীদি অমত্তসু লীখিদ্রি। ভাবনা শাজিনবা

ৱারী অদুনদি ঐগী পুক্লিংদা অপেনবা খক ওইবা য়াগদবা মান্দে। ঐনা পাম্লিবদি তশেংনা মহাক্কী মুর্ত্তি অসিনা মীপুম খুদিংমক্কী পুক্লিংদা পেলহনবা ঙম্বগী শক্তি ওইহল্লি হায়বদুদা ঐহাক্না খঙনিংবা লাংতক্লবা লৈরিবনি। পুপুনা লীরিবা ৱারীশিং অদুগী মনুংদা শোয়দনমক্কী ঐহাক্কী অপাম্বসি য়াওরমগনি। পুপু নগুগী অরানবা কয়ামরুম য়াওরবসু ঙাকপীয়ু। লাইফদবী হায়রিবা অসিগী শক্তম অদুনা করি তৌনরিবনো হায়বদু পুপুনা মচাতানা লীবিয়ু।" "অঙকপনি নুপীমচা নহাক্কী ৱাখল অসে ওন্থোকপনি ঐহাক্না নহাক্কী ৱাখল কয়ামরুম খঙলবা উরবা মতুংদা লীরিবা ৱারিনি। নঙোন্দা অপেনবা খক লৈত্রবোই। নহাক্না পল্লিবা লাইফদবী অসে পুক্সিগী মকপ ওইবা য়ারোই। অমরোমদা মরম মখায় শেংনা চৎলবা মীওই কয়াদি মহাকপু লোযনবা ঙম্বসু য়াওরিবনি। য়াওবিবা মখোয় অদু ধর্ম্মগী মরমদা যাম্না নৈনরবা মীওইশিং অদুনা লোয়নবা লাইফদবীনি। মহাক তাইবং মীগী ইকায খুম্নবা ফিজোল কয়ানা মুর্ত্তি শাদুনা পীক্লিবা অঙাং নৱা ওইরিবীশিংগী শান্নপোৎ ওইনৈদো। পৃথিবীদা অফ নুংঙাইগীদমক্তা উশিন অমা ওইনা শিন্নরিবা পোৎশক ওইনসু লৌনরি। মদুনা মরম ওইদুনা লাইফদবীবু ফক্তবা মগুন কনবা পোৎশক ওইখিবনা নখোয়না তরাইনা খন্দোকপা তৌফদে। থৱায় য়াওদ্রবা লাইফদবীনা থাজবগী য়ুম্ফমদা মীপুম খুদিংমক্লা উশিন শিন্নদুনা ঈশ্বরদা মঙ্গোল নিনরি। থম্মোয় শেংনা পীক্লিবা অঙাং নখোয়না লাইফদবী শাবীদুনা মীরোল লোনবা য়াবগুম্না মখোয়গী মতৌবু তমহল্লি। কয়াদা মখোয়না নুংঙাইজরিবা পোক্লক্লবদি নুংঙাইবা মশক খঙবা ঙম্নবদি হিংনবগী লম্বীদা শোয়দনবক্কী অফবা মীংচৎ চৎখিগনি।" অসুম্না লাইফদবীগী তরু তশেংলবা ফিদম অদুবু মগুদুনা খঙজখিদুনা পুক্কেগী লন ওইনা থমজিঞ্জখি।

------

# অৱা নুংঙাই শক্লক য়াম্মিন্নবা মচাশিং

লৈকাইসিগী হায়বা ইনবা লাইরিক ফবা অঙাংশিংগী মনুংদা বিশ্বজিৎসু অমনি। মহাক নোংমগী হাতে হাতে তান্দুনা চারিবা ইমুংগী অঙাং অমনি। হৌজিক্কী মতমদা নোংমা নোংমগী শুদুনা চানরিবা ইমুং কয়াদি মচা মশু ময়াম মহে মশিং তমহন্নবা হোৎনবদা অৱাবা পোৎলুম অমগা অমুক ওইনরিবনি। অদুগুম্না বিশ্বজিৎকীসু মনাওনুপা অনী মচল অনী মখোয় মঙা থাক্লুবা হোৎনবদা মমা মপা অনীদি করিগী ৱারোইদগে। বিশ্বজিৎনা মাগী মমাদা হায়রক্লমই - "ইমা ঐহাক লাইরিক মখা তমথখিগে। ঐগী আশাসু হৌজিক লাইবিক মখা তমদুনা পি.ঐচ.ডি. ওইননবা হোৎননিংনি।" বিশ্বজিৎ মানা খল্লিবা ৱাখল অদু থুংদ্রিবা ফাওবা মমা-মপাদা মাগী অপাম্বদু ফংনবা হায়জখিগনি। বিশ্বজিৎকী ৱাখল মমা-মপানা উদবা নত্তে, মহাক্তি মমা মপাগী অহানবা ফংজবা মচানিপানি। মহাক "গ্গরনা চানবীদুনা লাইরিক লাইশুদা থৱায় য়াওবা অমসু ওইরকখি। থৱায় য়াওবগী হৌনশা থৌনা লিংজেল লৈবা বুদ্ধি লৌশিংসু য়াম্না চঙখোনবা নুপামচা অমা ওইরকলম্মী। মদুনা মরম ওইদুনা মমা মপা ওইরিবা মখোয়না ইচাবু কৈদৌনুংদা ফত্তবা থবক তৌহল্লোই অফবা অঙাং অদুদা অফবা থবক তৌহনবা হায়বসি খঞ্জে। বিশ্বজিৎকী মমানা মচাগী ৱাহৈদু তাবদা হায়রকই - "ইমাগী ইবুংঙো ইমানা হায়রিবসে মুন্না তাউ। নহাক্না লাইরিক মখা তানা তমগে হায়রিবদু ইমা অদুকী মতিক হরাওবা অমসুং কপনিংবগা লোয়ননা ইমানা নহাকপু কয়াদা নুংশিগ্রবা। নহাক্না পিক্লিঙৈদা শেৎ-চাবদা ননীং থুংই থুংদে হায়রকখিদ্রবা ইচানি। নহাক হৌজিক বি.এ. হায়বদু য়ৌরক্লবনিনা ইমাগী ৱারীশিংসি করিনো খল্লবা মতম য়ৌরক্লে। নহাক অৱাবা মশক খঙহন্দনা মীমাননবা ঙমননবা অহিং নুংথিল অনীদা নহাক্কী বাবাগা ঐখোয়নীনা শু-নোমদুনা নহে তমহল্লকখিবনি। ইমুংসিদা লৌ মচেৎ অমা লৈরম্বদুসু ইমুংগী মতেং ফনা য়াম্না পাংনরম্লিবনি। নহাক্তা নত্তনা ননাও মখৈ অসিসু চপ মান্ননা অৱা নুংঙাই কয়া খাঙমিন্নদুনা ইমুংসিগী মতেং পাংমিন্নদুনা লাকখিবনি। ঐহাক্লা খল্লি নহাক্লা নচিন-ননাও মখৈ অসে মথং মথং শেম্বীদুনা মহে মতিক চানা হৈরবা মীওই

ওইহনগনি। নহাকসে ইমাগীদি ঈশ্বরনা তম্নক্লবা ইচা অহল্লনিনা নহাক্কী অপাম্বা খুদিংমক পীগে হায়দুনা লেপ্লীবি নমানি। লাইবক থিবদি উনা উনা খঙনা খঙনা তৌবা ঙমদবা ব্রাখল অমসুং থৌনা হুম্বুরকপা মতাং য়াওরকপসিদনি ঐগী থম্মোয় কায়রিবা। নমা ঐহাক্তি ইচাগীদমক্তা পুন্সি অসি কখোক্তুনা ইচাগীদমক নীংবা থুংহনগে খল্লিবিনি।" বিশ্বজিৎ মমানা হায়রিবা ঙাংলিবদু জ্ঞান ফজনা তায়। মানা খঞ্জরম্বা ব্রাখলগা মমানা খল্লিবা ব্রাখলগা কয়াদা খেন্নরিবা খল্লুবদা মাগী শাগৎচরম্বা আশা কয়াদু মমি শামিগুন্নকখি। থা খরসি মাগী মহৈ তম্বগী মতাংদা চনৈনবসি থোক্তুনা লাকখিবদু ঙসিদি মহাক্কী মমা মপাগী অপাম্বদু ময়েক শেংনা খঙলক্নে। মমীৎ অনীদু উইশিন্দুনা থম্মোয় শোক্লা লৈরুরবগী তুংদা - "ইমানা হায়রিবদু ঐসু খন্দবা নত্তে অদুবু ঐগী পান্দম অমদি আশানা হেনখিদুনা অদুক ইমাগা বাবাগদা নিঙাই তৌজরুবনি। ঐসু ময়াম্বা অমনিনা ইনাওশিংগী অফবদু ঐগীসু লাইবক ফবনি। মখোয়বু শেম্বীদুনা মী অমমম ওইবা ঙমখিবদুনা ঐগীসু অপাম্বনি। ঐসু হৌজিক ফাওবদি খনবতা ঙায়রি ইখুৎ অসে থেক্তুনা খাঙবা নত্তনদি উপায় লৈতে। মখোয়গীদমক য়েংদুনা ইমুংদগী মতেং তান্দনা ইশাগী ইপাঙ্গলনা এম.এ. তমজগে খল্লি। অদু ওইরবদি ঐগী লাইরিক তম্বগী পোৎলুম অদু খরদি কোক্কনি।" "মদু নত্তে ইমানা পাল্লিবদি, নহাক্লা অপাম্বা শিনফম অমা শুদুনা ইমুংগী মতেং পাংবদুনি ইমানা পাল্লিবদি। নহাক বি.এ. ফাওবা তম্নকপা ঙম্লিবদু লাইরবা নমা-নপা ঐখোয়নিনা ইচাগীদমক্তি হায়দুনা হোৎনদুনা চেঞ্জখিবা কয়াদুদা নহাক্লসু অফবা অঙাং অমা ওইদুনা পরিক্ষাদা মকোক্তা ওইরকপদু ঐখোয় পুম্নমক্কী অপেনবা ওইজবি। হৌজিক অমুক ননাও-নচল মখৈগী মহৈ মশিং তম্বদা মতেং পাংবদু অহল ওইরবা নমা নপা ঐখোয়গী অপাম্বনি।"

বিশ্বজিৎ মমা-মপাগী মায়োক্তা ওইগদবা থবক তৌবা পান্নমদে। অমরোমদসু মহাক্কী লাইরিক মখা তমথনিংবগী অপাম্বা অনীসিগী মরক্তা মরু থেক লুকথা ব্রাখল ফুম্বংননা লেপ্লম্মী। মমাসু মচাগী ওল্লক্লিবা মওংদু য়েংবা ঙম্নক্তদুনা মপীদু তৎ তৎ শিম্বুরকই। মমা ওইবীগী থম্মোয়দি মচা পুম্নমক্কী য়াইফবা-নুংঙাইবদু ওইরম্নে। বিশ্বজিৎ মমাদা অরোয়বা ওইনা মাগী অনীংবা অপাম্বদু মচা তানা হায়জরকই - "ইমা নচাদি লাইরিকসিবু থব্রায়নি হায়না খঞ্জরিবনি। ঐ সরকারগী থবক তৌনবগীদমক লাইরিক তমখিবসু নত্তে, ইমানা পামজবা মপুং ফাবা জ্ঞান লৌশিং অদুনা হিংনবগী লানফমদা লাম্থেংনবা ঙম্নবনি। থবক অমা

তৌনবা হোৎনবদা পৈশা চংই, লাইহিরক চংই সঙ্গা চংই। লাইহিরিক্কী হিরমদদি ঐ অদুক অকিবা থোইদোক্লা লৈতে মসিসু ঐগী পরিক্ষা কয়াগী ফলনা অদুক তাকচরি। অরাংবা দিগ্রীদু তান্নবা এম.এ. তমথবা পান্নম্বনি। অদুবু ইমা বাবানা খল্লিবা রাখলদুনা অচুম্বা ওইনা লৌশিন্দুনা ঐগী পান্দম হোংবা তাবনি। নখোয় ময়াম্না পীরিবা জ্ঞান লৌশিংনা ইনাও মখে শেম্বদা শিজিন্নবা ওইজরগে। লাইহিরিকসু তম্বা লন্নাই থবকসু তৌবা মীওই কয়াদুগী মনুংদা ঐ অমুক য়াওরুবসু ইনাও মখেসে লাইহিরিক তম্বদা মনিং অমুক থুংফাৎতনা ঐগীসু অপাম্বদু ফংদা পুম্নমক মাংমিন্নবদুদি নচা তশেংনা পামজদ্রে। ইমা, ইমাগী অপাম্বদু নচাগীসু অপাম্বা অমসুং পান্দম ওইজরগে।" "ইবুংঙো, নহাক্কী পাউখুমসিনা ইমা পেল্লে। থম্মোয়দা নহাকপু ইচা অহল ওইনা ফংজবগী চাওথোকরি। নহাক্না শুবা-শুদবা মতেং-পাংবা পাংদবা ইমা পেন্দবা করিসু লৈববোই। নহাক্কী হৌখিবা পুন্সিগী রারীশিংদু ঙসিদি নিংশিংলকলি। মমানা হাযবা ইনবা অঙাং ওইনা চাউরকখিবা, ইংজ-তপ্পনা নথৌদাং ওইরক্রুবা ঙসিসু ইমাগী নাকোংসিদা তাররি খোইথুমনরবা রাহে কয়া অমা। করিগুম্বা নহাক্কী থম্মোয়দা নিংবা থুংদবা পেন্দবা লৈরবসু কোক্লনবা ইমানা হৌগ্রবা মতমদুবু অমুক নৌহৌননা নিংশিংবা তারি। পুন্সি অমা হিংবদা অরাবা কোংগায় কোংগায় থেংনরিবনি। অরাবা কয়াসু নহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈদগী অদুমক হৌগ্রবনি, অরাবসে শিববা মতমদা লোইখিবনি হায়বসি নহাকসু খঙলমগনি। মতম অদুগী পুন্সি হৌজিক্কসু কয়াদা খেন্নরিবা। নখোয় বাবানা লৌ শুবা, শীং য়ানবা, হুজিরা শুবা অসিনা শিনফম ওই, ঐসু শীং চনবা, লোং খোনবা, ঈল চিংবা মীগী খুৎনেক শুদুনা লেল্লকখি। মতমগী খোংচত্তা নহাকসু ননাও নচলশিংসু য়াওশিল্লক্তুনা থবক শুবদি ঙমফাত্তবা মহে মশিং তম্বগী খরচ ময়াম চঙবা, ইমুংগী চান-থক্লবা, লৈকাইগী পোৎয়েং ধর্ম্ম কর্ম্মগী পুম্নমক্কু পুবদুদি নোংমগী শুরগা চারিবা ইমুংসিনা ঙম্বজাৎ নত্তে। লৌ শঙম অমা লৈবদুনা চহি অমগী চাবদি কোন্নজবনি। মদুসু লৈত লায়রগী তাইখিবদা অরাৎপা অদুম ওই। নহাক্কী ক্লাস টেন পরিক্ষা থাবা লোইদুনা কলেজ কানবগী মীং চনবগী লৈফমগী লাইহিরিক্কী ময়াম অমা ঐগী কোকথক্তা তারকখি। নহাক্কী হৈজনিং-তমজনিংবা নতৌদু উরগা নমা নপা ওইহিরিবা ঐখোয়না উপায অমা লৈমন্দবদগী লৌদু বন্ধোপ থমখিবনি। অফবা লৌ ওইরবসু লুপা লিশিং তরাদা ঙসিদগী চহি তরুক্কী মমাংদা থমখিবনি। লৌসিনা ঐখোয়গী থবায় ওইরম্বদু চহিদুদগী অদুম থাদোকপা তাখি। শেল হায়বসিদি লৈবু লৈরবদি অচিনবা য়ামখিদুনা মচিৎ মচিৎ খরা চঙখিদুনা

ইমুংগী অন্নাং অপা মেন্নবদা লুপা লিশিং অমা লোইশিনখি। ইম্ফালদা অহানবা ওইনা লৈবনিনা চহিদুগী লৈফম কাগী ভারা, টুইসন তৌবগী, লাইব্রিক লৈবগী, মীং চনবগী পুল্লপ্না লুপা লিশিং মঙা চংখি। অরেম্বা শেলদুনা শেন্দোই থাদোক্লুনা নহাক্কী চান্ন-থক্লবগী থা থাগী শেল পীখিবনি। নহাক্না ইম্ফালদা লাইব্রিক তম্লিঙে ইমুংসি অমুক্কা হেন্না ফিভম ফংচিনলকখিদে। ননাও-নচল মখোয়সু লাইব্রিক তম্বনিনা নঙোন্দা হোৎনবগুম তৌবদি ওমখিদে। ঐদি লাইব্রিক হৈতবী মমা অমা ওইরবসু নখোয় ময়াম্মুদি লাইব্রিক হৈবা মী অমমম ওইহন্নিংখি। ঐখোয়গুম্বা ইমুংগী পিক্লি-পিক্লিবা অঙাং কয়ানা ইমুংগী মতেং পাংনবা মখল মখেলগী থবক কয়া অমা শুরি। মখোয়দু ইমাগী পুক্লিংদদি নুংশিবিবা পোকখি। নখোয়দি মখোয়গুম তৌহল্লোই হায়না ইমানা বাশকখি। ননাও-নচলশিংনা ইমা স্কুল চৎলগে চাক চারগে চাক পীরো হায়বা মতমদা চাক্কী মহুৎ মক্কা, তল, উটি, চগেম অসিনচিংবা কয়ানা মহুৎ শিনলকখি। অফোৎপা মফি মরোল অতৎপা লাইব্রিক পুদুনা চরা হেন্দুনা কপ্পা কপ্পা স্কুল চৎখিবা নুমীৎ মশিং থিবা ঙন্নল্লোইদবদনি। মতমদুদা লাইব্রিক তমদুনা লৈরিবা নহাকপু মখোয়না কল্লকচখি। নহাকসু থাগী পিখিবা শেনফম খরদুনা কোন্নবা হোৎনবদা অব্রাবা ওইজরিবনি। নহাক্তা লুনা তৌই হায়না ব্রারৌজরিবা মখোয়দু হৈ অমা, অহাওবা অমত্তং চাবদা ঐখোয় তাচৌগীদি হায়দনা নহাকপু নুংশিনা নিংশিংজখি। নহাক্কী আশাদা মখোয়গী অব্রাবা কয়াদু অদুম খাঙখিবনি। মসি পুক্সিগী থেংনরিবা লিলা ঙাক্তনি। লায়রবা মমা মপানি হায়দুনা নিন্দা তৌবদি কান্নবা অমত্তা ফংলোই। ইমানা হায়রিবা পুম্নমকসে নঙগী বাবাগা তান্নরবা তুংদনি। ঐনা অমুকসু হায়রিবসিনি, নহাক্কী থম্মোয়দু পেম্থোকপা তম্নবা ইমানা ব্রারী লিরিবনি। নহাক্না ইম্ফালদা লৈপ্পবগী তুংদা খাঙলিবা ইমুংগী লৈত-লায়রবগীদি খজিক্তনি। ঐখোয়না অব্রাবা কয়াদু খঙহনলুরবদি মহৈগী লম্বীদা অশোয়বা লাক্কনি খন্দুনা খঙহনখিদে। নখাগী অঙাং মখৈদু চাদবা-থক্তবা, স্কুল মীং মতম চানা চন্দবগী কয়া অমা থেংনরবসু ইমুং অমা পুবগী অব্রাবা মৈশা অদুদি খক উহনখিদে। নহাক্কী বাবানা ঈংবা তপ্পা নিশা চাদবা থবক্তনা লাইনিং ওইবা অমা ওইবনা লায়রবা ইমুংসিনা মনা মনিল নাইবা, খৎন চৈনবদুদি থোকখিদে। কিশোর ইম্ফালদা লাইব্রিক তম্নবগী খরচ নহাক্না পুরো। নখোয় চাওরক শাংলক্লবনিনা লৌদু বক্কোপ থন্নুবগী হন্দোক্লবা হোৎনবগী মতম য়ৌরক্লে। ঈশ্বরনা চানবীদুনা ইচা মখৈসি লাইরিক্তা থব্রায় য়াওবা ওইবীবসে ঐগীদি লাইবক ফবনি। অতোপ্পা অমনা নচল অনীতা অমদি ননাও অনিস অনীনা, অমনা মনেগী ফি শাবদা য়াওদুনা অনিসনা খুরাতোনগী দুকান ফম্বা য়াওদুনা পরিক্ষা থাখিবগী

অহাঙবা মতমদু থবক্লা মেনশিনখি। মদুগী শেনফম খরদুনা মীং চনবদা শিজিন্নখ্রে। মখোয়না মশাগী শিনফম অমমম শুজদুনা লাইরিক তমগনি হায়বসিনা ইমাদি মীংকপ অমদি থোকহল্লরে। লৈতবা লায়ববা ঐখোয়দি মহৈ তম্লা তম্লা অতোপ্পা শিনফম অমসু হৈজিনবা য়াম্না কান্নবনি। মদু তৌরম্নবদি নহাক্লা ঙসি লাইরিক্কা শেংতোক্লরকপদা ৱারিবসে ৱারম্লোই। মসিগীদমক্তি ইমানা নঙোন্দা অৱাবা পোৎলুমদু কোক্লবা ৱারী লীরিবা।"

বিশ্বজিৎ মমাগী ৱারী কয়াদু তারুবগী তুংদা হিংননবগীদমক্তা শিনফম অমদা য়াওদুনা পুন্সিগী মহাও মশক খঙগনি হায়না ৱারেপ লৌজখি। লাইবিক ফবা নুপামচা অমা ওইরবসু থবক কয়াগী চাংয়েং পরিক্ষা অদু অমুক লাইবক য়েংলরোই খনখ্রে। সবকাবগী, লনাইগী পুম্নমক পৈশাগী মখা পোনবা ঙাক্তনি হায়বদি পরিক্ষা থাবগী ফি, চে চাং তাম্বোকপা অসিনচিংবা কয়ানা শেল য়াম্না চংহল্লি। মহাক্লা য়ুমদা লৈদুনা পৈশা তানবসু মমানা পামজদে মরমদি মহাক নুপামচা অমা ওইবনা সংসাবগী অৱা-নুংঙাই থেংনদুনা পুন্সিদা মাইপাকপা মীওইদু ওইহন্নিংই। মপানা লৈকাইগী চেক শাবা অমুথোইগা চুরাচান্দপুরদা য়ুম শাবা চৎনবগী হায়নক'ব। অমুথোই নিশা চাদবা ঈংবা তপ্পা মীওই ওইবনিনা মমানসু মাগা চৎমিন্নবদু হরাওবা পেকচে। চুরাচান্দপুর চৎলমদাইগী মতমদা মমানা পাউতাকচখি - "ইমাগী ইবুং..." অৱাবদনা নথৌদাং ওইরক্লবা নহাক্লা ফত্তবা শেন্দান লম্বী থিগনু। থম্মোই শেংনা তানবা লনদি অশেংবা লন্নি। ঙসিগী সমাজসিদা হুরান চিন্থি তৌবা মীওই কয়া অমা লৈবনা চাওখৎপা ঙমদ্রি। লমচৎ-শাজৎ ফজবা হায়বদু মতম চুপ্পদা লেংদবা লন্নি হায়বসি নিংশিংউ। মীপুম খুদিংমক নোল্লুকপা উৎতুনা নহাক্কী ব্যবহার কায়দনা চৎচবা অদু ঙম্বা ওইয়ু।" মপাগী বর, মমাগী পাউতাক অমদি মনাও-মচলশিংগী মিনুংশিগা লোযননা চুবাচান্দপুর লমদম পাংখ্রে। মতম্না পুরক্লুনা মহাক্কী শিনফমদা মমিং লৈবা মীশক ওইবকখি। বিশ্বজিৎকী পুন্সিনা ঐখোয়না তন্নিবা লাইরিক অসে সরকারগী থবক তৌননবা নত্তে। পুন্সি অমা হিংবদা চংলিবা লৌশিং জ্ঞানদু ফংনবা তম্বনি। অফংব থবক অমা শুদুনা থম্মোয় শেংনা ইশাগী ইথৌ মশক খঙবা মীশক্তি কৈদৌনুংদস লেম্না খক মাঙদে হায়বসে উংলি।

# ঈশিংগী তারজান ঙাপ্রুম

ইকাই ফিজং মরুমদা নহাক্কী তঙাংলবা কুচু অদুনা লুরবা ঈশিং মনুংদা লৈরম্বোই। নহাক্কা মতম কয়াবুসু খঙবা ঙমদবা মখৈ লৈপ্রবসু থোরক্তবা য়ারোই। ৱাহৈসি লোইদ্রিঙৈদা "কনাগী মখোয়ো ঐহাকপু থিগৎতুনা থোরকউ হায়রিবসে, ঈশিংগী নিংথৌদগীসু হেন্না চাউরবা ঙাপ্রুম হায়রিবা ঐহাক্লিহায়না শক্তাকুম্মী।

ঙাপ্রুম্মা হায়জে, ঐহাকপু নখোয় ময়াম্মা তারজান হায়না থোনবীরি। মসিদা ঐহাক্লসু মীংথোল অসে অদুম পামজে। কালেনগী মৈশানা লৈমায় কংনা য়েরক্লবদা ঐহাক মপাল থোরক্তবা ঙমখিদে। ঐহাক্লা মপাল থোরক্লবদি মীপুম খুদিংমক্লা ঐহাক্তবু তান্নে। ঐহাক অসে ইতোম্নতা লুরবা গুহা অদুগী মনুংদা শেংত্রবা ফিজেং অসিনা মরম ওইদুনা ঐহাক মপান থোরকখিদবনি।"

ঙাপ্রুম্মা মরুপ-মপাংশিংদুদা মাগী ৱারীশিংসি লীজখি। ঙাপ্রুমগী ৱাহৈশিংসি ভাবদা মহাক্কী মরুপ ঙাক্রানা হায়খিরম্মী - " নুংশিরবা মরুপ, ঐখোয়গী পুন্সি অসিদি তাইবং মীগী পুক্লুংদা হিংলু চৎলু হায়না ঈশ্বরনা থাবিরকপা ওইরবামাল্লে। নহাক্তি শারিৎ শরাৎ হৈবা অমা ওইরম্বনা নহাক্কি পুন্সিদি শাংলমগনিদা । ঐহাক্কী পুন্সিদি মীওইবনা মতম খিবিক্তা থাজবগী য়ুম্ফমদা মখোয়না খুৎলাই ওইনা শিজিন্নে। মদুদসু নত্তনা মখোয়গী অরাম থৌরাংবা য়াওরক্লবা মতম অদুদসু ঐখোয়বু থৱায় ফাওবা খাক্তবা মখৈ পুন্সিনবী। মসিদা করি কিনিংঙাই লৈবগে, লৈফমসু থোক্তে। অনাবা চৈনা য়াওনা হুন্দকমুক মপোক্তা মখোয়না ঐখোয়দা লাক্লবগুম্মা ঐহাকসু তাইবং মীওইনা পোক্লবগীদমক্তা মখোয়গী থম্মোয় মনুংদা চংদুনা লমন শিংনবগীদমক্তা ঈশ্বরদা হায়জরি। মরুপ নহাকসু মদু মঙায়রে পুন্সিনা পুন্সিবু পোকচমনগী মহৈ য়ানগে খল্লবদি থৱায় থাদোকপা ঙম্বনা জয় ওইহনবা শাগৈদা পোকখিবা ওইখিবননি খনবা তাই। অমুক পোকপা অমুক শিবা হায়বসি খঙনরিবা ৱাফম্নি। ইমিংমক্ল ঙাক্রা হায়না কৌবিরমদুনা পাক চাউরবা ঈপাক অসিদা ইনিং তম্মা লৈদুনা লাকখিবনি। ঙসিসি তাইওন্নরবা মঙলান অমগুম্মা পোক্লকপা ওইখিবনা ইনীং ইখা তম্মা শান্নজরম্লবসু মীগী খুৎলায় ওইনা পোক্লক্লবা ঐখোয়নি। ঐখোয়গুম জীবা কয়া লৈরিবা মখোয় অদুসু চপ মান্নে

খেন্নবা থক লৈরমদে। নোংমা মীৎকুপ পুংজা খুদিংগী মীওইবগী খুৎলাই ওইনদুনা লৈরিবনি। মসি খুদিংমক ব্বারৌবা লৈতনা ভগবান মহাক্লা শেম্লকপা লম্বী-লমদাং অসিদা চুম্না চত্তুনা হয়েংমুক মপোক্তনা নুংঙায় য়াইফবা তাইবং মীওইনা পোক্লবগীদমক্তা ঈশ্বরদা যৌনিজবা নত্তনা করি অমত্তসু ফংলোয় হায়না ঙাক্রোনা মাগী মরুপতা ব্বারী লীজখি।

--------

# ঙাল্লবা অতিয়া

অমম অঙান খোঙজেলদা তৎতনা মতম খিবিক্তা শৈথাদুনতা লৈবিবা নুমিৎ অমসুং থা নখোয় অনী অসে মালংগী অতিয়া লৈচিনগী মনুংদা য়োংকী বন্দি ওইদুনা লৈব্রা ? নুমিৎনা খুন্নকখি - "চুম্মী ঐহাক তশেংনা বন্দিনি তাইবং অসিবু শেম্নীবিবা মপু মহাক্কী পাউখোল্লোযনি। মহাক্কী পাউখোল্লোয় ওইনা মালেম অসিবু মাংবা যাবোই হাযদুনা তক-তহেল্লবা অমসুং তশেংলবা পৃথিবী অমা ওইননবগীদমক যোৎকুম্না কল্লবা থম্মোয ওইহনগ্রবা মাল্লে।" তাইবং মীগা লৈমিন্নবা য়ানবগী নুমিৎ মহাক্কী অশাওবা মমি লার্কশিন্নবগীদমক্তা থানা মকুপ ওইননবা হায়জবকখি। থানা হাযখিবম্মী - "নুমিৎ নহাক্না ঐঙোন্দগী চহি হর্নখিবদা নোংমা হায়বিবা নুমিৎ অদু নহাক্না খুদম চাংদম ওইবীযু।" নুমিৎনা খুন্নকখি - "নহাক্কী ব্রাহৈ ব্রাঙাং অসি হেক তাকবদা ঐহাক ওইবোই হাযবা ঙমখিদ্রে।" নুমিৎ অদু থানা পীবকপা থৌদা অদু মহাক্না হিক্তোর্কাখদে। থানা কযাদা হবাওজগ্রবা ....... অমুক্তং হাযজকবদা যাবকখিবা ব্রাঙাং কাযদবা আসনা মবম ওইদুনা থাজনা মহাক্কী ব্রাহৈ অদুগুম্নবা মেংলবা থোংলবা ব্রাঙাংসিনা ওইবমাল্লে হায়না খঞ্জখি। অমুকসু ঐহাক নুমিৎপু সেবা তৌজগে হাযনা খন্দুনা লৈখিবম্মী। মখোয অনীনা অবেপ্পা ব্রাবেপ লৌনবিঙৈদা তাইবং মী অমা লাক্লুনা অঙকপা পোংশক অমগুম্না মখোয অনীবু মুন্না যেংখিবম্মী। নুমিৎকী ঙাংলবা মিৎযেং অদুনা কুপথনা যেংলদুনা হাযখিবর্ম্মা "হে তাইবং মীওইবা নহাক কবি হাযনিংই হাযযু ঐহাক্না নঙোন্দা অশাওবা খক থল্লোই। নহাক্না ঐহাকপু াকবগী মবম অমসুং ঙকপগী মবম লৈফম থোক্লে। তাইবংগী অব্রা অনা কযাব্র ঙাকথোক্লে হাযদুনা থোবক্লিবা নুমিৎনি মসিদা চিংনবা লৈতনা হায়বীযু।"

নুপা অদু নুমিৎকী ব্রাহৈদু তাবদা মমিৎ অনীদগী মপী চদুম চদুম তাবদুনা হিক্লা হিক্লা কপ্পা হৌবকখি। থানা মবক থংনা থের্মাজিনবা ব্রাহৈদা হাযখি - "হে নুপামচা কবিগীনো নহাক্না কপ্লীবব্ ? নহাক্না কপ্পা উবদা মতোম্নতা মীপাইবক্লে মতমবু পীবিবা নুমিৎ অসি। ঐহাক মহাক্কী পাউখুম যাম্না তাজনিংই। হাযবোনে পুক্লিংদা লৈবিবদু চিংদনা।" "হে ঈশ্বর এহাক অম্মি অমম অঙান খাযবিবা মখোয অনীসিব্ কবম্মনা চাউবনো ? থানা ঐহাক্কী মীৎলগী পীবাং অসিব্ মশক খঙনীংদুনা

হৎলাক্লিবা অসিদা ঐহাক্লা করম্না পুক্লিংগী য়াসি ফোংদোকপা ঙমগনি। মখোয় অনীনা ঐহাকপু অঙকপগী সংসার অমদা পুশিনবীরে ....." খল্লিবা য়াখলদু লুপশিনখিবদগী থাগী য়াহংগী পাউখুম পীবদি লায়রদুনা তুমিন্না লৈখিরম্মী। থানা ওন্ন তৈনবা অমা ওইনা খল্লদুনা - "হে নুপামচা ঙাওবু ঙাওরব্রা ঐখোয়না হায়বা ঙাংবা তাশিন্নদনা তুমিন্না লৈরিবদু করিগীনো ?" হায়না হায়রকখিরম্মী। ইখং খংলদুনা নুপামচা অসিনা খুমখিরম্মী - 'হে থাজ নহাক্কী শক্তম অদুবু উবদা হায়নিংবা ঙাংনিংবা য়াহে কয়াবুসু নহাক্লা শুমহৎপ্রবা মাল্লে খুরবা চিনবান অসিনা য়াহে অমত্তসু খুম্বা ঙমদনা তোক্লগদ্রা য়াদবা ঙমদে। থাজ নহাক্কী ঈংলবা নতৌদুনা পৃথিবীদা শান্তি পুবক্লুনা মীৎকুপ অমত্তসু পোত্থাহনবা ঙম্বা নহাক অসে করম্না নহাক্কী নফমদা অথোইবা অহেনবা হায়গদগে নুমিৎনা মরক থৎনা হায়রকখিরম্মী - "নুপামচা থা হায়রিবা মহাক অসিদি নখোয়না পাউখুম পীবা ঙম্বা শক্তি নত্তে নহাক্তি লায়রদনা ঐহাক ফাওবা পাউখুম পীবা ঙমদ্রিবনি।" মতমগী খোঙজেলদা মাগী মাগী শিম্বা পাঙথোক্লবা নুমিৎ অমসুং থা অনী অদু মফমলাংদা হনখ্রে। নুপামচা অদু হংজনিংবা হায়নিংবা অমত্তা হায়হৌদবদা নীংবা কায়না লৈহৌরে।

নোংমা অহিং অমগী মতম মহাক অদু নুংঙাইনা খোম্লেন-তুমখুন তান্দুনা মংলান অমা মংখিরম্মী। মংলান অদুদা মাগুম্বা মমান্নবা অমা লাক্লুনা পাউখোং অমা চল্লম্মী। পাউখোং অদুগী মরমদা মহাক্লা ফোংবা ঙল্লবদি পৃথিবীদা খঙদবা উদবা মফম লৈরোই মহাক অসে ঈশ্বরগা চপ মান্ননা লৈবা ঙমগনি হায়রম্মী। নুপামচা অসিনা মমান্নবদুদা হায়খিরম্মী - "মরুপ ঐহাক মুন্না তারগে।" নুপামচা অসি মহাক্লা তাইবংদা ঙাংনখিবা অদুগুম্না মংলান্দসু ঙাংনবা হৌরক্লে মহাক মংনি হায়বা ঙমদ্রে। মরুপ অদুনা চল্লম্মী পাউখোং অদু - "মরুপ আশানা পান্দম ওইহল্লবা মীওই অমা নহাক ওইরো অদুগা ভৌরবা লৈমায় অমদা লুরবা গুহা অমা তৌরে হায়না লৌরসি উচেক অমা পাইরক্লুনা নহাক্কী গুহা অসিদা ঈশিং থকপা লাক্লে হায়না খল্লো। উচেক অদু মথ্বায় য়াওদ্রবা অমা ওইরবদি মতম অদুদা নহাক্কী থব্বায়মক্তি হাযনা থল্লিবা ঈশিং অদু মহাক্ল লোইনা থকখ্রবদি নহাক নুংঙাইগদ্রা ? অরোইবদা নহাক্লা মমাংদা পান্দম অমা ওইয়ু হায়াখ্রবনিনা নহাক্লা খুদিংমকসি অফবা লমজিং লমতাকপীগদবনি" হায়না মরুপ অসিনা পাখোং অসি চনখিরম্মী। অমুকসু হায়খিরম্মী - "মখোয় অসে মথ্বায় য়... ... শক অমসু ওইহনবা য়াই। অমরোমদসু থব্বায় য়াওদ্রবা তশেং তশেংলবা পোৎশকশিং

অসি হায়দোকপা গুন্নবদি নহাক ঈশ্বরমক্তি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।" নুপামচা অসি মংলান অমমুকসু তাপ্রে নুমিৎ অমসুং থাবুসু অকাউবা লৈতনা নিংশিংজখি। খঙবা গুন্নক্রুবদা উপায় লৈখিদ্রে। নুপামচা অসি তাইবংদা তৌবগুম্না মমিৎ অনী অদু পীরাংনা কোয়শিন্নক্লুনা অমম্বা লৈবাক্তা চৎপগুম্না মমিৎ অনী অদু উরক্তবগুম্না তৌখংলক্লে। মতম অদুদা মহাক অদু মীৎকপ থোক্লিংবনা হায়নিংঙাই লৈতদুনা কন্না হৌরক্লে। ঈশ্বরগী পাউখোল্লোয় ওইরিবা ভগবান মহাক্না থম্মোয় শেংবা নুপামচা অমনি হায়না খঙলদুনা পাউখোং অদু ফোংদোকপীরম্মী - "হে নুপামচা পৃথিবীদা হিংনরিবা চৎনরিবা অসি লেঙবা য়াদ্রবা ভৌরবা চেমায় অসিদা মুরবা কালি অমসুং কলম অসিনা চাশন্দুনা মহাক্কী নৌরবা চিনবান অদুনা অয়েকপা মমি তাহনবা ঙম্লিবা মখোয় অসিনি। চৈ লৈরে হায়না খল্লু মদুনসু পাঙ্গল অমসুং থৌনা লিংজেল হাপ্পা ঙমহন্দে। আশাগী পান্দম্না মরুপ ওইবীরবদি খুদিংমকপসি অবাৎ অপা লৈতনা লৌশিংগী মৈরা পুথোরক্লুনা পৃথিবীদা জয় পুবক্লুনা হিংনরিবা মহাক অসিবুনা কলমনি। মসিবু থবায় য়াওদ্রবা লংজা অমা ওইনা মমিং থোক্লি। লুরবা গুহা অদুবুনা মীওইবনা হিংননবগীদমক্তা শাগৎচবা মুক হায়বিবা মহাক অদুবুনি। মখোয় অসিনা পৃথিবীদা ঙসি ফাওবদা অবেপ্পা লৈতনা মীওইবদা পুক্কেগী লন ওইনা পীবিরিবা মকোয অসিনি হাযনা পাউখোং অসি ফোংবীথিবম্মী। পাউখোং ফোংবা হেক লোইবগা নুপামচা অদু মীৎকপ থোক্লক্লে। মহাক মতোম্নতা জ্ঞান তারক্লুনা ঐহাক অসে মংলান ওইবন্নবোইবে তাইবংদা হংখিবা অমসুং নিংখিবা ঙসিদি অমম অঙানগী লংদাইদা মীওইবনা হিংলিবা অসি ওইবেকো হাযনা মতোমতা জ্ঞান লৌশিং ফংজখি।

- - - - - - -

# অৱাবগী চৈনাখোন

পলেম মমা অমনা তুম্মিন্না অয়ুক চাকচমাওদা তুখোয়বু শন্দোকপা ওমদদুনা তনিক তনিক লৈরিঙৈ মৈখুনা মৈশালকপু ফাওননবগীদমক্তা চোকথরবা পাঙ্গল অদুনা হুই লাওনা মৈরী মাতবু শীকস্লবা চিন্নান মচা অদুনা হৌনবা হোৎনজরিঙৈদা ইমোম অমা লাক্লুনা নুংশিরবা খোম্থাংগা কৌরক্লম্মী। মমা মহাক্লা তাদ্রবদা থোৎ নৌরবা খুবাক অদুনা শগন্দা থারকখিরম্মী। মমা অদুনা খংপ্রেৎ খংদুনা হায়রকখিরম্মী - কনানো ? এ ! নঙ ওইরবোইরে। অসুক ঙন্না লাক্লিবদি করি হায়নিংবগে ? নুংশিরবা মহাক্কী মীৎয়েং অদুনা মমাদা মুন্না য়েংলগা হায়রকখি - "ইমা ঐহাক অসে তুম্বা চাবা খঙদনা কয়াদা ৱানা খাঙলি। ঙাইঙমদ্রবা পুন্সি অসিনা মমলি অমসুং ঙাল্লি হায়বা খঙদনা নফমদা ওইনজনিংবনা হেনগ্রদুনা হায়জনীংবা ঙাংজনীংবদু অপনবা লৈতনা তম্নুরগে লাক্লিবনি। ঐখোয় ইমানা পৈশাগী অৱাবনা হেনখিদুনা মচা ঐনা হায়বা ঙাংবা তাবীখিদ্রে। পুন্সিসিদা অৱাবদনা ইশরুক ওইরবা ঐহাক্লা করি পাপ লংজরুদুনা ঐবু পোকপী ইমানা ফাওবা ঐনা হায়জবা তাবীদ্রীবা।" মমিৎ অনীদগী মপী শিন্থদুনা মমা ঐঙোন্দা হংগৎভুনা য়েংলক্লম্মী। ঐহাক্লা মুন্না য়েংলুবদা মহাক্লা নোকফেৎ তৌবদুনা ৱাদবা শাদুনা মপীদু তৈথোক্লুনা লৈথোকখিরম্মী। কয়াদা অখাং কনগ্রবা অঙকপী ইচানুপীনি, মহাক সাহিত্যদা নৌনা খোঙদাদুনা কানগী জগোয় ঈশৈ য়াওবগুম্না মাগী থম্মোয়না চংখোন্না পুক্লিং লুপ্লীবিনি। ঐহাক্লা মাগী পুক্লিং থেমজিন্নবা - "ঙসিদি হাংলবা লমহাং লমজাওদা চিক্লবা লোইজি লোইয়াদা প্রকৃতিগী অনৌবা আশাগী ময়োন কয়াবুসু য়েংলুসি" হায়না হায়রুবদা মহাক্লা খুন্নকখি - "ইমা অশেংববা, হৌজিক্কী সমাজদা অখঙ-অহৈনা থল্লবা মতম অসিদা ঐহাক্কীদমক্তা করম্বা ফজবা অথোইবা লৈরমগদগে ? ইমাগী নতুং ইঙ্গদুনা ফজবা নিংথিজবা কয়া অমা য়েংবা ফংজবদগী ঐগী নৈহৎপীবল্লবা পুন্সি অসিবু অনৌবা আশাগী য়েন্নীং হুলহনবীরগসু ঐহাক্কী অপেনবা হায়বদুদি ঙফাওবদা ফংদ্রি।" ঐহাক্লা মাগী ৱাদু মরক থৎনা হায়খি - "মালেমসিদা নীংবা থুংবা মীওই কয়াবু লৈরমগনি। ঐগী লাইবক্তা তম্লল্লবদি খন্দুনা পেম্থোক্লা হিংবা তমদ্রবদি কনা অমত্তসু হিংবা ঙম্লোই। ঙসিদি নঙোন্দা পুন্সিগী মহাও মশক খঙনবা ঐনা লীপ্লিবা ৱারী কয়াশিং অদুবু হেন্না মগুন হাপকদবী নুপীমচা নহাক্লা লেঙ্গা

ওইগদবী অমগা শকখঙ মায়খঙনবা চৎলুসি হায়না খৌথেমজখি। মহাক্না হবাওবগী মীনোক অমা পীশিল্লল্লগা ময়ুমদা চৎখ্রে।

নুমিদাংবাইরমদু মমাশাবী অদুগা মচানুপী মখোয় অনী মমান্নবীদুগী ময়ুমদা লাক্লম্মী। থোঙ্গাল চংলমদাইদা মচানুপীনা শোম্বাংবা খোম্বাংদা হায়রকই - "ইমা ঐখোয়না চঙগদৌরিবা য়ুম অসিদি ঐহাক অমুক্তসু লাকখিদ্রি। ইমান্নবী অদুবু লাইরিক তন্নিবরা। মহাক য়াম্না চম্বী নুপী অমরা, মতোমতা পোকই হায়বগীদি চাওথোকচবা নুপী ওইরমগদ্রা ? মমা অদু করি অমত্তা খুমদনা মচানা ঙাংলিবা অদুদা তাদুনা সুমাং য়ৌনা চংলক্লে। মখোয়না চংলকপা মতমদা মমা মচা অনীদু মাঙ্গোলদুদা য়াম্না নুংশিননা এঞ্জাং মনদুনা লৈরম্মী। মাবু পোকপা বাবা অদুনা শুবা-চৎপা লেপ্না য়াদে হায়বগুম্না ইংখোল লৈবাক তৌদুনা মথৌবু কন্না তৌরম্মী। মচানুপী অদুদি ইমুং অসিগী মতৌবু য়েংজবদা মপুক্লিং পেঞ্জদুনা হায়রকই - "ইমা মসিরা ইমান্নবী হারিবদু অসিদি য়াম্না চম্বা মীওই ওইরমাল্লে। মখোয়গী মতৌসিদা থম্মোয় অসে ইরুম লুম্মী, নীংথিনা চঙখোন্না নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবগী মওংনি। মহাক অসে পুন্সিগী মরুপ ওইনিংগ্রে।" বিদ্যাগী থম্মোয় ইমুং অসিগী মওং মতৌনা চিংশিন্নখ্রে। মমাশাবী অদুনা হায়রকই - "ইচে, নমা-নচা নখোয় অনীদি য়াম্না নুংশিননা লৈখ্রেদা। হৌজিক্কানগী অঙাংশিংদি মাবু পোকপা মমাগী মনাক্তা লৈতবনা অয়াম্বনি।" বিদ্যা মমানা ঙাংলিবদু তারুবগী মহুৎ বাখল অমদা লুপখ্রে। মহাক্না খঞ্জখি ঐহাক অহিং কয়া তুম্বা য়ারক্তবা কুইরক্লে। অদুবু ঙসিদি নুংশিননা মমা মচা অনী পুন্না এঞ্জাং মল্লম্বসি উবদা ঐগী থম্মোয়দা খঙহৌদবা নুংঙাইবগী ইহুল অমা হুল্লরে। ঐগী পেন্দবা নীংবা থুংদবা পুন্সিনা মচা অমা ওইনা মমাদা পীরিবা নুংশিবগী মহাওদি ঐগী ইমাদা পীখিদবা কুইরক্লে। ইমাদা ঐনা হান্নগুম মঙোন্দা কেজ্জা নৌজখিবা কয়াদু ঙসিসু পাল্লমগনি। ঐগী মথোং হুক্রুবা লৈতাদ্রবা বাখলনা ইমাবুসু পুক্লিং লৈতানা লৈবল্লোই হায়বসি হৌজিক্তদা খঙলক্লি। বিদ্যাদু বাখলদা উংখিদুনা মমানা মঙ্গোন্দা কাখৎতুনা ললিনিনা পুথোরক্তুনা থারিবা ফক অদুদা ফল্লিবদু খঙলুদ্রে অদুম চুরীদা লেপ্তুনা লৈরে। ললিনিগী মমানা - "ইবেম্মা লাও, ফকসিদা ফম্লরো" হায়না কৌরকপদা মহাক মাঙ্গোল কাখৎলক্তুনা ফকতুদা ফম্লরে। মহাক তুমিন বা-লান ঙাংদনা তুমিন্না ফমদুনা মখোয়না ঙাংলিবদু তারম্মী। মমানা মাবু শক্তাক্লম্মী - "ললিনি, ঐনা পুরক্লিবা নমায়বী অসিগী মমিংনা বিদ্যারানী কৌই। নখোয়নী শক খঙননবা ঐনা নখোয়দা কোয়রুসি হায়দনা লাকমিন্নরিবনি।"

"ইন্দোমচা, য়াম্না নুংঙাইয়ে ইমান্নবী অমা ফংবসিদি করি পীজসিগে খণ্ডদ্রে। ঐদি মহাকপু অমুক ফাওবা উখিদ্রি। ফুল পুন্নক্তবনসু ওইরম্বা য়াই।" "নহাক্তি ঐখোয়নসু কয়া চৎথোকহন্দবা অদুনা ওইরিনি। নন্দোমচা লাকপগী অৱাথৰী অমুনবা লৈরিবদু পুথোরকউ। অমুমচা নহাক্না মাগী শারিবা ফনেক লৌবা অমুক লাকপদা নঙগী ফাগি তৌবদুনা মানা নোকচবসিনা। ইচেদি নহাক নুমিৎ খুদিংগী লাকহন্নিংলিবনি।" "ইন্দোমচা অৱাথবী চাসি। ইমানদি ঐনতা নোকই হায়জবশারি। বাবা মখোয়নিসু শিথ শিথ ঐনা ইন্দোমচাগী মতৌ তম্বদা নোক্লিবনি। হায়রিঙৈদা বাবাসু ইন্দোমচা লাকপ্রে খণ্ডদুনা থবক্তা শুদবা মখৈ লাক্লিবসিনি।" "ইবেম্মা লাক্লম্মী। ঐহাক্তি নোংমতা য়ুমদা লৈবা ফংদ্রে। ঙসিদি য়ুমদা পোত্থারগে হায়ববু ইংখোল নাপী শোংমন্দুনা ফাল্লুরিবনি। হৌজিক্কানগী অঙাংশিং অসিনা শেৎপা চাবা মনীং থুংদ্রবদি মমা-মপা ওইরিবা ঐখোয় অসে মখোয়না য়ুম্বান হৈতবা হেক্তা তাহল্লি। অহল ওইরবসু মপা অমা ওইরুবনিনা শুদবা য়াদে। হৌজিক্কানগী সমাজদা চৎনরিবা লোনচৎ অসিদা করম্না মীমান্নবা ঙমগদৌরিবনো খনবদা অৱাবা অমনি। নুপীমচা অমা ফন্নিবসিনা ইবেম্মগী মমান্নবীরা ? কনাগী মচানো ঐখোয় ইবেম্মগা তিন্নবা চপ চাগনি। হান্না খঙনরম্বরা ইবেম্মা নঙগা ?" "ইন্দোমচানা ঐগা খঙননবা পুরক্লিবনি।" "তাদ হায়গুমদনা মখোয়নি চৎমিন্নবা ফন পক্লগনি। মহাকসু ললিনিগা চপ ম:াঃ। ঐনা মখোয়নি শক খঙনহনগে হায়দনা পুজরকপনি। ঐখোয় লৈকাইগী উশুবা দিনমনিগী মচানি মমানা তোম্বীমচা কৌই।" 'এ ! খণ্ডঙে, য়াম্না লায়না হেক লৈরম্মীদা মপুদু বিহারি কৌবনি ঐখোয় ময়াম্না খুরা হায়বদগী হেন্দে। নখোয় বাবাদুসু য়াম্না চম্বনি। ইহে, ষণনা শম্বল থুদেক্রে অমুক্তা তাল্লুখিগে ফন্নমখো।" মপাদু ষণ তানবা থোকখি। "ঐখোয় বাবানা ঙাংলিঙৈদা ৱারী শান্নবা ফংবপোৎ নত্তে। বিদ্যাবু ক্লাস কয়া তম্বীরিবগে ? ঐদি বি.এ. লোয়জরে।" মদু হেক হংলুবদগী বিদ্যাদু মমায় থেক লুকথপ্লে। মতম অদুদা লৈকাইগী মমান্নবী অমনা থোঙ্গালদগী লাপ্না ললিনিবু কৌরকই। ললিনিনা করি হায়বগীনো হংলুবদা মী লৈরম্বা উবদগী খুন্নমদনা চৎখ্রে। মহাক য়াম্না শাওনিংলক্লে মমান্নবী অদুনা মাবু লান্না খনখ্রগনি খনবদা। ঐহাক্না মাগী ক্লাস হংলুবদগী ইকাই নুংশি য়ান্নদুনা করি অমত্তা ঙাংনাং হায়নীংবা লৈতবগী মতৌগুম তৌখ্রে। অমরোমদা ঐসু মহাক লাকপদা হরাও হরাও তৌরি। ইয়ুমদা লাক্লবা মীওই খুদিংমকপা ঐহাক্না অরেবা সেবা তৌজবা হায়বসি ঐগী ৱাখলনি। মতম খিবিক্তা লৈত-লায়রবা ওইরবসু থম্মোয় শেংবা ঙন্নবদি খুদিংমকপা অৱাংপা

লৈতনা সেবা তৌবা ঙমহন্নি। মমাংদা হান্না শক খঙনরন্নবদি ঐহাক্কা মহাক্কী থস্মোয় অসি খঙলমগদবনি। ওস্থোক্লা লাইবক থিগ্রেদা ..... মমাংদা ইমান্নবী কয়া লোয়নদুনা লাকপদা ঐহাক অদুক হাক্লা খুৎথিবা লৈখিদ্রি। নৌনা লাকপা মরুপ অসিদি ওস্থোক্লা পুক্তা লুগদবা মান্নি। অদুগা মহাক্কী মওং মতৌ অসিদি নীংবা থুংদবা পেন্দবা লৈরমগদবসু মান্নি। ঐহাক হায়ফম তৌফম খঙদনা লৈরিঙেদা ইন্দোমচাগা মখোয়নি চৎকদবগী হৌগৎলক্লম্মী। "ইচে ঙসিদি ঐখোয় চৎলগে। নোংমা ঐখোয়রোমদসু কোয়থোকপীরকউ। ললিনি ইমাগা পুন্না লাকমিন্নৌ।" মমা মচাদু থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোকখি। সোরোক হেক য়ৌবগা ইথা থাজদনা তুফক-তুফাই চনবা মায়থোঙ অদুনা নোকফেৎ তৌদুনা - "ললিনি লৈহৌবো, ঐখোয়নি নোংমা ঈংনা ৱারী শান্নসি" হায়বন্নগা চৎখ্রে।

ললিনি মমান্নবীদুগী মরম হেন্না খঙনিংলক্লুনা মমাদা মখোয় ময়ুমদা চৎলুসি হায়দুনা নিঙাই তৌজখি। মমানা তপ্না থেন্নকই - "ইবেম্মা মীগীদা কোইবা চৎপা হায়বসি চৎনিংই হায়দুনা হেক্তা চৎপা য়াবা নত্তে। হৌজিক্তি থবক চিনবা মতমনিনা মখোযসু মতমগী মতুংইন্না চিন্নমগনি। হযেং নোংমা পাউ ফাওদোক্লদুনা খঙলবা মতুংদা চৎদি।" "ইমা থবকপু পুং ২৪ শুদুনা লৈগদৌবা মীবু লৈব্রা ? ঐহাক্লা হেক পোক্লকপদগী অখাকপা লৈতনা শুবা উজখিদ্রি। ঐখোয ইমাগী ৱাসিদি যাম্না শাওনিংই।" "নুপীমচা ঐনা নহাকপু ফহন্নিংবা অমদি ইকাইখুম্নবা ঙাকহন্নিংই। মচাবু মমানা চেকশিন খোইজিন্না থম্নরিবনি। ইমাদি লাইবক থিবিনি, ঐগুম্বী ইমান্নবী কয়াদি মচা মমৌ মশুগী সেবা ফংনখ্রে। অদুগা নহাক্তি নতোম্নতা লৈবাংগুম লৈশাৎ তমজবকপা মতমসিদা ইমানা চেকশিঞ্জবনি। ঐহাক্কী পুন্সিনা অসুম্না তৌবক্কনি হায়বদু ইশানা খঙজবা ঙমখিদে। তাইওন্নববা পুন্সি অসিনা তুংদা লাক্কদবা মাংদা হৌখিবা অনী অসিগী লংদাইদা থোক্লিবা থৌদোক্লি। নতোমতা পোকচবী নহাক্লা ননীং নখা তৌনা লৈবা ফংদ্রিঙেদা শাগেগী মৌগীশিংদা চনখিগনি হাযবসি ইমা ৱাদবা ঙমদে। নহাক্লদি খল্লম্বসু যাই মীনা হৌনদবা নত্তে। ঐহাক্লা মতিক চাদবী ওইখিবনা নহাকপু মনুং মতম চাদনা লৈবক লমজাওদা চৎপা কোযবা পামখিদে। নহাক্লা নুপামচা ওইবন্নবা ইমানা নহাকপু করিগীদমক্তা খামগনি। নহাক্তি ইমাগী থব্রায়গী মনিনি।"

ইমাগী নুংশিরবা ৱাহৈ কয়ানা মচা ঐগী অপাম্ববু য়ৈথৎখিবদা ইতোম্নতা পেঞ্জখিদে। ইতোম্নতা অমুকসু খন্থজখি ইমানা বি.এ. হায়বা মহৈগী থাক লোয়রবী

চহি মতাংদসু ৱাখল শারেপ লেপ্লা ঙমললি খঞ্জরিবী ঐবু ইমাগী মীৎয়েং খাদদি অদুঙ্কী মতিক চঙখোন্না মাগী থম্মোয়দা থোৎ নৌরিবী লৈরাংগুম থল্লিবোই। ইমাগী মতুং ইন্দুনা চৎলুদ্রবদি ইশা ইতোমতা ইরাল লংশিঞ্জবগা চপ মান্নে। ইমান্নবী অদুগা উনজদুনা ৱারী শানিংলুরবসু ইমানা ঐবু ফৎতবা লীচৎ-শাজৎ অমদি অরানবা লম্বীদা লান্না চৎখিগদ্রা হায়না ৱাজবদু উরুবা মীৎকুপ্তা অপাম্বা খুদিংমক করিসু লৈখিদে। ঙসি ফাওবদা অচুম্বগী লম্বীদা ইমা বাবাগী ফজরবা লমজিং লমতাকশিং অদুবু চৎচবনা ইমান্নবা ইমান্নবী কয়াগী মরক্তা তিঞ্জবা ঙমজরিবনি। অসুম্না ৱাখল মওল-মওল খল্লিঙৈদা ইমান্নবী অমগী ফোন তৌরকই হায়দুনা ঐবু কৌরকই। ঐসু কনা ওইরিবনো মরু ওইবা করম্বা ৱাফম লৈবনো ইনেতোনখোয়দা ফোন তৌরক্লিবা অসিবু। অমবু, ওইরে ফোন্দা হংলগা লোয়রে। ঐনা য়ৌবগা ফোন্দু তাপ হেক পায়বগা - "ললিনি করম তৌরিবগে ?" "কনা ওইরবনো ?" "নহাক্কী খোঞ্জেলসি তাবদা ঐগী থম্মোয়না কয়াদা পেঞ্জরিবা। ঐদি নহাক্তগী ৱাখলদা তুম্বা চাবা খঙদরে অদুগা নহাক্নদি ঐবু নিংশিংবিদ্রবা" "বিদ্যারানী, ঐহাকসু নোংমতা উনখিবা নহাকপু কাওজদে। নিংশিংবনা হেনখিদুনা ননাক্তা লাক্লে শঞ্জরবসু লাইবক থিবী ঐহাক্কী ইবুং ইপুরা কনা অমত্তা লৈরমদবনা নোংমতসু খুমদগী খোংকাপ অমা ফাওবা থাংদোক্তুনা চৎপা ঙমদ্রে। ইমা বাবাসু নোংমা নোংমগী শুকর' ফংলকপা খরদুনা ইমুং অসি পুনরিবনি। লায়রবগী সঙ্গ লৈতে খঞ্জরুবা ৱাখল', ঙসিদি লাল্লমাল্লে নহাক্না ঐবু হেন্না নিংশিংবীরল্লিবসিনা। অহল ওইরবা চোকথরবা ইমা বাবা মখোয় অনীনা ঐগীদমক্তা ৱাজদুনা চীংমায় অমা কাদুনা শিনফম অমদি শিন্দমগী মফমদা অৱা অনা য়াওদবা মখৈ থবক শুখিবনা য়ুমদা ঙাইহাক ফাওবা লৈবা শংজদে। ইমানা নাইতোম পোকচবী ঐবু মোইরাং থোইবীনি খঞ্জদুনা ৱারক ৱাতেমজবা অদুবু নাথৈরম্লগা করম্মা খোঙ অসে থাংদোক্তুনা লৈকায় ৱাংমা লান্না চৎপা ঙমগদৌরিবনো ? ঈশ্বরনা নহাক্তি অশেংবা ইমান্নবীনি হায়দুনা ফোন তৌরক্লিবা নত্রা ?" "মানি, ঈশ্বরনা নহাকপুসু ইতা অমা ওইনা শক্তাকপীবনি। ললিনি নখোয়দা চৎলুবদগী ঐগী থম্মোয়দা নহাক্কী নুংশিবগী ঈচেলনা হেন্না কনশিনলকই। নহাক্না ৱারী শায়জদুনা ঐগী অৱাবসে কোক্কদ্রা খল্লি। ফরে, কোন্না অমুক উন্নরসি ফোন থন্নগে।"

বিদ্যারানী ললিনিনা ঙাংখোক্লিবা থুম্নবা অর্থ চেন্নবা ৱাহে কয়াদুনা মাবু ফাজিন্নবদৌনা তৌগ্লে। ইমুংদুগী লৈরিবা নুংশিনবগী মরি, মমা মপানা থোৎ

নৌনা মচা খেমজবা, মচা ওইবী মহাক্সু মমাগী য়াথংবু হিক্তোক্তবনা ইমুং অসিনা ঈংনা শান্তি লৈনা পাল্লিবনি। বিদ্যারানী নুংশিবগী ঈচেলনা কনখিবনা খোং নৌনা মচাবু খেন্না ব্রাংহৌরবী মমাগী য়াথংবু হিক্তোকখি। ঙসি ললিনিনা তমজনীংঙাই ওইরবী অশেংবা মৈতৈ চনু ওইরম্বনা বিদ্যারানীনা মাবু নুমিৎ অদুদগী অশেংবা মমান্নবী অমা ওইনা খনখিবনি। মাগী মতম কুইনদগী তিন্নরক্লবী মমান্নবী কয়াশিং অদুদগী ফাওবা ললিনিগী নুংশিবগী ঈচেলনা হেন্না কনখিবনা মনাক্তা প্রপ প্রপ চেন্নিংলকপা মতাং য়াওরক্লে। নোংমা নিনিদুদা ললিনি মখোয়দা লাকপা লৈত্রবদা বিদ্যারানী ময়ুমদা হেক্তা চংলগে খন্দুনা লাক্লম্মী। অসোমদা ললিনিসু মাবু নিংশিং নিংশিং ইমুংগী থবক ইনখাং তৌরিঙৈদা শায়েং পান্থোমসি পুংচোংদা চোংই হায়দুনা মুরুম মুরুম শোনলমই। মপানা মানা শোনবদু তারগা - "ইচাসিদি পান্থোম চোংই হায়বিবদু করিসু খল্লুনু । পৈশা ফংবনি নত্রগা মরুপ মপাংসু উনবা ফংবনি।" মপানা ব্রাসি হাইরম্লগা মাগী থবক শুফমদা চৎখিবদা ঙায়রি বিদ্যারানীদু খোঙ্গানলোমদগী চংলকই। "ললিনি করি তৌরম্লিবনো ?" "বিদ্যা, সুম ইমুংগী লম ব্রাই শিংচনলম্বনি, বাবানা হৌজিক্তা পান্থোম চোংলবদি ইমান্নবী উনবা ফংই হায়রম্বগা নহাক লাকপগা চপ মান্নরে। ঐসু নখোয়গীদা ইমাগা পুন্না লাক্কে খল্লম্লিবনি।" "নহাক্লা ঙৈহাক্তা লৈতনা লাকনিংই হায়বা খক্তা তাজবদা পেঞ্জরে। নহাক্লা ঐগী থব্রায়সে ফাজিন্দুনা থন্নমাল্লে ননাক্তা ইকাইবা খঙদবা মখৈ লাক্লিবসিনি।" "ফরে অমবু ওইরবসু তোক্লসি, লাক্লো ইমুংদা চঙদুনা ফম্লুবসি। ঙসিদি ঈশ্বরনা তাঞ্জা চাবা নুমিৎনি হায়বগুম অকোয়বসে মীনিল অমত্তা তাখিদ্রে, ইচিক চিকশ্রে। বাবাসু থবক শুফমদা, ইমানা চীংদা চৎখিবনি। নখোয়দি ইমা বাবাবু য়ুমদা লৈহৌদ্রা ?" "ঐখোয়গী ইমা বাবাসু থবক শুবা চৎনখিদুনা য়ুমদা লৈহৌদে। মখোয় অনীদু লৈতবগী তাঞ্জা লৌদুনা ননাক তম্ম লাক্লিবনি। নোংমতা উনখ্রিবা নহাক্কী নফমদা ঐহাক্লা কয়াদা থম্মোয় শেংনা ব্রারী শানিংলুরিবা। মসিবু করিগীনো হায়বদা ঙক্তবা ঙমদে।" "মীওইবা হায়বসি চহি তরা শকখঙনরবা মীওইসু কাযনখিবা ময়াওই। নোংমতা শকখঙনখিবা মীওই অমনসু পুকচেল শেংনা তিন্নবা ওইরবদি চহি তরা তিন্নখিবা চহিদুমক ওইহল্লবসু ঙমহল্লি।" "চন্নবা অমসুং শেংলবা থম্মোয় চেনবী নহাক্তা ঐগী পুম্সিগী বাবীসি লিখোকচদুনা অপেনবা হায়বদু ওইজগে।" "নহাক্কী অপেনবদু ফংননবা পাংবা ঙম্বা মতেং শোয়দনা পাংগনি।" "ললিনি, নহাক্তৌনা ঐহাকসু নুপী ইতোমতা পোক্লবসু লাইবক থিবনি। ইখাদা ইপুব্রা অনী মখোয় নুপামচা ঙাক্তা ওইখিবনা মতম খিবিক্তা মখোয়গী অনীংবা অপাম্বদু মনীং তম্মা ফোংদোকই। মতম খিবিক্তা চাগে থক্কে ফি-রোল

লৈয়ু হায়বনচিংবা কয়াসিনা বাবা ইমা মথা য়াম্না শাখি। ঐহাক্না হায়নিংবা কয়া অমা লৈরবসু নুপীমচা অমা ওইখিদুনা ইমুংগী অব্রাবসু উশিল্লি। ইতোম্নতা পাঙ্গল থোককপা ঙমদনা তুমিন্না লায়রবগী চৈনাখোল খাংজখি। ঐখোয় মখৈ চাওশিল্লকপদা বাবাগী নোংমগী অফংবা থবক শুবদু তোক্লগা উ-শুবা য়াওখি। মসিনা মাগী পুন্সি শিনফম হায়বদু ওইরবনি। বাবাগী হিংবদা উপায় ওইননবা লন-থুম অমত্তসু ইপুবোক অমসুং ইবোক্লথল্লমদবনা চেন্নসু ব্রাখিবনি। ইমাসু বোরা য়োন্দুনা ইমুং পুবদা বাবাগী মতেং পাংখি। কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমনদি মতম অদুদা ওইম্বিবা শিনফম অদুবু মীনোক চাউবা সমাজ অমগী মমাংদা ওইহনখি। অসুবু বাবা ইমাদি হিংদবা য়াদে হায়দুনা ঐখোযবু চাওনবা য়োকপা ঙম্লক্লিবনি। ঐনা চৎনিংবা তম্নিংবা কযা মখোযগী মতৌদা হায়বা ঙমখিদ্রবনি। ঐগী মহৈ তম্বদা অনিংবা অপাম্বদু ফংবা ঙমদ্রবসু ক্লাস ত্বেল্ব (১২) ফাওবদি তম্লকখি। যৌবনগী পুন্সিদা অব্রান্তনা শকং ওইরক্লনি ঐহাকপু ফৎত্রবা মীওইগী লম্বীদা থাজবনা যুম্ফম ওইখিবনা কযাদা ব্রানা লোল্লি। [illegible]সিসু অমুক নহাক্কী থোংজিন্দা মকুপ ওইবগী অরা-নুংশাই শকল য়াদি[illegible] হায়বগী আশাগা লোয়নন লেপ্পবিবনি। [illegible] নুংশিবদা [illegible]" (তুমিন রা ঙাংদনা লৈখ্রে।) "কবিগীনো তুমিন [illegible] মখা [illegible]বক্লো বিদ্যা কনি তৌনবগে। সে অমুক্তা খুম্মোসে।"

বিদ্যাবানী থম্মোয ঙমচারু[illegible] [illegible]খ্রবা মমাংগী থোকখ্রবা থৌদোক্তু নিংশিংলক্কুনা মখোন থোক্লা কপ্লক্লে। ললিনিনা কোন্সিন্দুনা কপ্পদু তোক্লবা কন্না থেমজে। অদুবু কপ্পদু ফবা কৌবা লৈত্রবদা ললিনিনা কোন্সিল্লম্বদু থাদোক্লগা হায়বকই - "নুপী ওইবী ঐখোযদি কপ্পদনা ইথৌদাং নত্তে। থৌনা অমগা লোয়ননা হিংবদুনি নুপী ওইবী ঐখোয়গী পুন্সিদি।" "ঐগী পুন্সিগী অহানবসু অরোইবসু পুন্সিনা পুন্সিবু শাগৎপা ঙমদ্রবা মীওইপোক ওইখ্রমাল্লে খল্লুবদা ইতোম্নতা কপচবা নত্তনা কনাদা ব্রাবৌবা থম্লুনি। নুপী ওইবীগী মপোকসে মীওইবগী মপোক্তা ওম্ব্োক্লা তোনখ্রবা জাৎনি, ব্রাখলসিনা চুখ্রবা থম্মোয অসি কনানা লংলা লংজিন ওইদুনা মুৎহনগদবনো হায়বদা হাযফম তৌফম খঙদ্রবা ঐহাকসে ঙসিদি নহাক্কী ব্রাহৈ খরনা অনৌবা আশা পীবরী। ঐহাক্কী পুন্সিগী অবোয়বা তাঙ্কক ফাওবদা পুদুনা চৎখ্রবসু 'অব্রাবগী চৈনাখোল' অসে খাঙখিগনি ইতোম্নতা নুপী ওইবীগী থৌনা ফুদোক্কুনা।"

------

# জীবশিংগা নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবা

মীওইবনা হেক পোকপদগী চৎলিবা লিচৎ-শাজৎ ব্যবহার নিতি ঈশ্বরনা শিনবী শাবীদুনা অমসুং জ্ঞান লৌশিংগা লোইননা থাদোরকপা মীওইপোক্তি। চাওবদা মহাক্কী ওজা বিরোইনিনা ব্বারী কয়া লীবিরবা মতুংদা ব্বাহং হংবা হৌরকই - "চাওবা মালেমসিদা নহাক্কা তাইবং মী অমা ওইনা পলেম নমাদগী শেৎতোক্লবক্লবা মতমদু নহাক খঙহৌব্রা ?" "ওজাগী ব্বাহংসিদি ঐহাক্কা কবম্মা খুমগদৌরিবনো। ঐহাক্কা মতমদুনা নিংশিংবা থোক্লবদি ঈশববগা পান্থক ওইরোইদ্রা। মীবোল তাদ্রিঙৈ মতমদু নিংশিংবা ঙমদ্রবসু চহি মতাংনা নিংশিংবা ঙম্বগী শক্তি হেনগৎলক্কুনা মালেমসিদা তাইবং মীওইনা হিংলিবনি। মচা ওইবিবা ঐখোয়না পলেম ইমানা তাইবংদা ঐখোযবু মীৎকপ থোকহল্লকপা মতমদা ব্বাখিবা কয়াদু উবল্লবদি খঙলম্লবদি ইমাগী খোল্লাং লমন মশক খঙদবা মচা লৈবল্লোই। মীওইবনা মচাশিংগী হোৎনবগুম উচেকশিংসু মচাগীদমক নোংজু-নুংশা খাক্তনা ব্বানা মচীঙাক থিদুনা মচাশিংবু চাওনবা যোক্লকই। চাউবক্লবা মতমদা মপীদুনা মচাশিংদুবু মাগী মাগী হিংনবগী লম্বীদা মদোম পাইহনখি। নোংমতসু মচাশিংদুনা মপীগী খোঙ্গুল লিবকখিদে। মখোয়গীদি মদু ঈশ্ববনা পীবকপা শিক্ষা ওইবম্মী। মদুগুম্মা মীওইবা ঐখোয়দি ইমা-ইপাবু অহল ওইবক্লবা মতমদা হন্দোকপদি পাপকী মশক্তি। মখোয়বু মীৎনা উবা লাইনি খন্দুনা লাৎচবনা মচা ঐখোযগী অথোইবা লাইনিংনি।" "চাওবা, কযাদা ফজম্ববা পাউখুমনো। ঐগী ব্বাহংগী পাউখুম মতিক চানা পীরক্তুনা অমদি ইমা বাবাবু মীৎনা উবা লাইনি খঞ্জবা বাখলদুদা ঐদি অপেনবা হাযবদু ওইবে। অদুগা নহাক্তি উচেক্কী মবমদসু ঙেন্না খঙলম্বসিনা নহাক্কা জীবশিংবু নুংশিবদু উৎলি। প্রকৃতিগী লোইনাইদ্রবা পাক চাওরবা লৈমাই অসিদা উপাল ব্বাপাল, হৈপাল লৈপাল উচেক ব্বাযা কয়ানা মনিং মখা তম্মা অমুনবা উহে ব্বাহৈ চাদুনা হিংলু হাযদুনা ঈশ্ববনা থাবকখিবা জীবশিংনি। নহাক্কা জীবশিংবু নুংশিদুনা থিজিনবগুম মীপুম খুদিংমক্কা খঙলম্লগদি মণিপুর সমাজ অসিদা শা-ঙা উচেক তৌনা চৎনরিবা মীওইশিং অসি লৈবল্লোই। পৃথিবী অসিদা শা-ঙা, উচেক অমদি মীওইবা পুন্না হিংমিন্নরি। মসিদসু মীনা

বমগী শা ওনবা, শানা মী ওনবা মতমসু লৈবনি। অঙম্বা মীওই কয়ানা অশোন-মনা অতোনবশিংবু তুহৎতুনা নমহৎতুনা মীওইবগী অধিকাব মৎপা অদুবুনি মীনা শা ওল্লিবা। শানা মী ওইনা ওম্হোকপা ঙম্বগী মবম মহাও য়াওববা শা অমা লৈবে হায়দুনা মীওইবনা মখোয় অদু লৌনম তৌদুনা মহাক্কী পুক্লিংদা খনবতা নত্তনা মথ্বায় ফাওবদা লৌবীদুনা চাশিনবা ঙমখি। মতম অদুদা শা, উচেক মখোয অদু মীওইদুবু পেলহনবা ঙম্বা জীবনি। অদুনা মখোয় অদু মী অমা ওইনা ওম্হোকপা ঙমই হায়বিবনি। জীব কযানা পাক চাউববা লমহাং লমজাও অদুদতা মনীং মখা তৌনা অকিবা যাওদনা হিংবা ঙম্মী। অমবোমদদি তাইবং মীওইবা লাক্কনি হাযবগী মীপাইবদি অদুম লৈ। মসিনা তাকপদি জীব মশেল অমগা অমগা নুংশি চান্নদা হিংমিন্নবা অদুনা পৃথিবী অসি শান্তি লৈগদৌবিবনি।" "ওজা ঐহাক্লা অঙাং ওইবিঙৈগী জীববু তুহৎলুবগী মবক থৎনা বাবী অমত্তা লীজগে। মতমদুনা ঐহাক্লা মীনুংশি অমত্তা য়াওদনা কোয়চৎ চৎলদুনা জীব শা উচেকশিংবু ফাগে হাৎকে খল্লম্মী। ঐখোযগী মমাং ইংখোল অদুগী মন দা হৈনৌ পাম্বী অচৌবা অমা হৌবম্মী। ঐহাক্লা মনাক্তা নাউবি অমা পাযদুনা চংলুবদা চাউববা উচেক মহুম অমা হৈনৌদুগী ম[illegible]ান্দা শাবম্মী। ঐহাক্লা মহুমদু উকনদা কযাদা হবা ওখিবা, লাংতক্লাখবা মনমদি ঐনা ফাগে লা[illegible] মমখক্তনি অদুবু মহুমসিগী মনুংদা মপী মচাশিংদুনা নোক খেমিন্নদুনা নুংঙাই[illegible] লবমগ্রবা। মদুদা ঐনা লোয়নমক পুবগে হাযনা খঞ্জখিবম্মী। ঐহাক নাউবি অদুবু পাথ[illegible] তুনা মহুম থুগাযনবা মক হাপচিনবা হৌখি। মতম অদুদা উচেক মপী অমা ঐহাক্কী ইথক্তা খেক লাওনা পাইবক্লম্মী। তাঞ্জা চাবে খন্দুনা নাউবি অদুনা উচেক্তু তম্না কাপখৎলম্মী। কাপখৎখিবা মক অদুনা ইমাযদা অমুক হঞ্জিন্দুনা তাবক্লম্মী। ঐনা নাউবি কাপ্পদু উখিবা উচেক মচাশিংদু কিবদুনা খোংবদু চপ লেপখিবম্মী। ঐহাক্তি উচেক অদু ফাহৌদবগী শাওনিংবগা ইমাযসিদা মক অদু হন্না তাশিল্লকপদগী অনাবদুনা মীৎকুপ খুদিংগী শাওনিংবতনা ইশকক ওইখি। অসুম্বা শ[illegible] না লৈবি[illegible]ঙদা ইমানা লাইবিক পাবিববা হাযনা খন্দুনা লৈবজাৎনি। অদুবু ঐ[illegible] ইবা ইপাও তাদনদুদা অমুক ঐহাকপু থিবা লাকখিবম্মী। ঐহাক উচেক্তে [illegible]হৌদবগী চিন্নানা পোৎলম পবি[illegible] মতমদুদা ইমানা স্কুল চৎলোইদ্রা হাযনা ইখং [illegible] না হংলক্ল[illegible]। অদুগা মফমসি[illegible] কবি তৌবমলিবনো হায়নসু মখা তাবকখি। ইমাগা ঐখোযনি বাবি শান্নবিঙৈদা উচেক মপী মচাদু পুল্লপ হৌনদুনা পাইথোবকখি। ঐহাক্তি চাক্লা তকসি শোন্দুনা লৈবদুদা ইমানা ঐবু ঙাওগদৌবে হায়না কন্না চৈবকই। মানা চৈবকপদু

ঐঙোন্দদি হান্নগুম অকিবা তুজুংবা লৈখিদে। ঐগী অপাম্বনা থুমহৎখিদুনা করি অমত্তা তাশিল্লুদ্রে। ইমানা ঐহাক্কী অশোয়বা অরানবা য়েংশিনবীদুনা ৱারকপীরিবা অদুবু ঐনা কয়াদা শাওখ্রবা। অমুকসু ইমানা - "নহাক মফমসিদা অসুম লৈবা য়াগদ্রা করি লাইবু থেংনরুরবনো।" ইমানা ঐঙোন্দা ৱা হংলিঙৈদা বাবাসু ঐখোয় লাকপা নাইদ্রে হায়দুনা তহা তহা লাকপদু উবদা ঐহাক্লা বাবাদা হংজখি - "বাবা নহাক্লা অদুক ফিংনা লাক্লিববু।" "চাওবা মতম্মু অরেম্বদা খক মাংহনগনু হায়বসি বাবানা কয়ারক হায়রবা নৎত্রা। নহাক্তা নত্তনা নমা অসিবুসু মতম কয়াদা মাংহনখ্রবা। হৌজিক্লা ঐহাকপু মতম মাংহন্নবা শিল্লক্লিবা করিগীনো ? লাক্লো য়ুমদা থুনা চঙলক্লো নহাক্লা নোং হেক হেক ঙান্দ্রিঙৈদগী থোকখিবনা হৌজিক ফাওবদা হঞ্জিল্লক্রুবদি মীওই কয়াগী মতম নহাক্লা মাংহল্লে হাযবদু নহাক্লা করিগী খঙদবনো। বাবানা অফিংবদু তপথদুনা ঐঙোন্দা চৈরক্লম্মী। ইমানা চৈরম্বদগী বাবানা অমুক চৈবা হৌরকপদা ঐহাক অসে তুমিন্না লৈবা ঙম্লক্তবে হায়না অবংননা শিংউবগী মহৈ অদু ওইববরা হায়না খনখিরম্মী। অসুম তৌদুনা ওজাদা ইমা বাবাগী মতিক মগুন হায়বসে ঐহাক্লা লোন্না থুপ্ন জীববু হাৎকে হায়না খল্লুবিবা ৱাখল অসে ঐহাক তুমিন্না লৈরবা মতুং অসিদা বাবানা হংলক্লম্মী - "চাওবা নহাক্লা তুমিন লৈরিবদু করি ননীং থুংদবা লৈবগে ?" ঐহাক তাক্তনা ঙমদ্রে মখোয় অনীগী মগুন্না হেনখিদুনা ঐহাক্লা ইমা বাবা হাযবসে মীৎনা উবা লাইনি হায়বসি খঞ্জদুনা বাবাদা অশেংবা ৱাফমদু হাযদোকচখি - "বাবা ঐহাক নৎতবা ওইদবা খরা চৎচরুরে। বাবানা নুংশিবীদুনা নচাগী ফত্তবা পাপ অসে কোকপীয়ু।" বাবানা ঐবু চেৎনা কোম্পিন্দুনা - "ইচানা চৎলুরিবা পাপ অদুদি কবম্বা লম্বীদনো" মতমদুদা ঐনা ইতপ তপ্না - "বাবা ঐহাক্লা ঙম্মী হায়দুনা জীব কযাবু হাৎকে হায়না তান্নজখি। অদুনা ঐহাকসে পাপ চেল্লবা মীওই অমা ওইদুনা মখোয়দু ঐনা হাৎপা ঙমহৌদ্রিবা মাল্লি।" ঐগী ৱাহৈশিংসে তাববা মতুংদা বাবানা নুংশিনা হায়রকই - "চাওবা বাবা ৱারী লীগে মুন্না তারো। নহাক্লা হাৎকদৌরিবা উচেকশিং অদু মথ্বায় পানবা জীবনি। মদুদসু নত্তনা মবোল থোক্রুবা মমীৎ উদ্রবা জীব কয়া অমসু লৈরিবনি। পৃথিবীদা ঈশ্বরনা শেম্বী শাবীদুনা থারকখ্রবা জীব কয়াদুনা মালেম অসিবু থৱায় পানবগী লৈকোল ওইহল্লি। মসিদা নহাক্লা কাওরোইদবদি নুংশি চান্ননা জীব খুদিংমক্কা হিংমিন্নবা ঙম্নবদি সংসারদা হিংবগী মহাও অদু য়াওগনি। ঐখোয়না ইশাগী ইথৌ মশক খঙলবদি মীপুম খুদিংমক্লা ইকায় খুম্নবা মীশক হায়বদু ওইগনি। নহাক্লা জীববু মীরাইবা তম্লুরবদি নোংমদি নহাকসু উচেক্কী মপোক্তা

পোক্লুগনি মদুদা নহাক্লা তৌরিবা অদুম্না তৌরক্লবদি নহাকপু নুংঙায়গদ্রা ? মানা তৌবনা মানা ফংই, ঐনা তৌবনা ঐনা ফংই মসিবুনি তুংগী পুন্সিরোল হায়রিবসি। শা-ষণ উচেক মখোয় অদুসু মীওইবগা হিংমিন্নদুনা মতেং লৌমিন্নরিবনি। মখোয় অদুনা মতিক মগুন হেন্না লৈরিবনি।" চাওবনা মপাগী ব্রারীদু মুন্না তাশিন্দুনা জ্ঞান লৌশিং ওইনখিবদু মাগী ওজা বিরোইনিদা ব্রারীজখি।

চাওবা মপাগী ফজরবা ব্রাহৈ ব্রাঙাংশিং অদুবু তারুবদগী জীব কয়াবু লোয় চনগে হায়দুনা খনখিবা ব্রাখলবু থাদোক্লগে হায়না খনগ্রে। নুমিৎ অদুদগী ইপা ইমা হায়বসে মীৎনা উবা লাইনি, মহাক্লা থওই উশিংলুদবনা মতম মাংহনখ্রবনি, মহাক্লা মমাংদা ওইবা য়াররোইদ্রবা থবক কয়াদুনা মাংহনখিবা মতমদুবু পাম্মুরকখি। চাওবনা ব্রাখল ফুম্বংনবা মতমদা মমা মপাবু নিংশিংবা হৌরক্লম্মী। মসি ওইরেকো অহল-লমন লাই গুরুনা পিক্লিবা অঙাং ঐখোয়দা মতম খিবিক্তা লাইনা পীবা লাইরিক্তা ইমা ইপা মীৎনা উবা লাইনি হায়না তাকপীখিবদুনি। পীক্লিঙৈদা ঈশ্বরগা অঙাংগা চপ মান্নে হায়না নাওথোং হাপ্পীদুনা থম্বীরকপনা ঙসিগী সমাজসিদা থকসি খাসি নাইদ্রিবনি হায়না ব্রারৌদবা ঙম্লোই। ঙসিদি তেল্লবা মতম অসিদা ঐহাক্লা তুংগী পুন্সিদা লাক্কদবা লম্বী খঙদবনা ঐগী মাংলকখিবা পুন্সিসু খঙবা ঙম্রমদব, অসিসু খঙলকখি। শা-ঙা, উচেক কয়াদা ঐহাক্লা নিন্দা তৌদুনা পুন্সি অসি লাকখি। হৌজিক্তি ঐহাক হৌখিবা থৌদোক কয়াদুবু লংথোক্লুনা তুংদা লাক্কদবা পুন্সি অসি মীরক্তা তিন্দুনা শা-ঙা মখোয় অদুদা মপোকসিগী ফত্তবা ব্রাখল খল্লরোই। চাওবনা ব্রাশকপগা লোয়ননা অচিকপা লমহাং মৈদা ফমদুনা প্রকৃতিগী ফজবা কয়াবু য়েংদুনা ব্রাখল খন্দুনা লৈরম্মী। মাবু উবদা উচেক কয়া অমদি মাবু কিজবদগী মনীং তন্না পাইবা ঙমজখিদ্রে। চাওবগী থম্মোয়দদি মখোয় অদুদা করিসু তৌবরোয় হায়না খনখ্রবনি। ফত্তবা ব্রাখল খল্লুদনা তৌখিবা থবক অদুনা মহাকপু থাজবা ঙমখিদবনি। চাওবনা উচেকশিংনা খল্লিবা ব্রাখল অদু উবা ফংখ্রে। মখোয় অদুদা মহাক্লা থম্মোয় শেংনা হায়জখি - "ঐহাক নখোয়দা নত্ত-ওইদবা কয়া অমা চৎখিবদু ঙাকপীয়ু। হৌজিক্তি নুংশি চান্নবা ঐখোয় খুদিংমক হরাও তয়াম্না শান্তি লৈনা হিংমিন্নবসি।" জীব মখৈদুনা থাজদনা হায়দোরকপা ব্রাঙাং তাবদা খুন্নকখি - "চাওবা নহাক্লা ঐখোয়বু ফাজিন পুন্সিন্দুনা থম্বীরন্নবদি নহাক অসে নঙোন্দগী ঙম্বা কনানা ফাজিন্দুনা থম্বীগনি। ঐখোয়না চাবা তুম্বা খঙদনা থবায়বু হিংলবদি খন্দুনা ব্রানা লেল্লকখি। নহাক্লা ঐখোয়বুসু

অশোয় অণ্ডাম য়াওহন্নখিদ্রি, ঐখোয়নসু নহাকশু ফত্তবা ওইনবা তৌখিবা লৈখিদ্রি। ঈশ্বরনা তাইবংসিদা হিংলু চৎলু থারক্লবা ঐখোয়সে হিংহনবীয়ু। ঐখোয় লৈত্রবদি মহৌশাগী ফিভম কায়দুনা নখোয়সু অব্রাফমদা তাগনি। নহাক্ল ঐখোয়বু মশক খঙবীরকপসিদা ঈশ্বরবু থাগৎচরি।

চাওবনা উচেকশিংদুগী ব্রাহে তাবদা মীৎলুদগী শীরাং শিন্থদুনা জীবশিংদুদা য়েংজখি অদুগা হায়রকই - "ইমা বাবানা জীব নখোয় ময়াম্মহেন্না ঐঙোন্দগী মমল লৈবনি তাকপীখিবা নুমিত্তগী ঐহাক নখোয়দা করিগুম্বী অমত্তসু য়েৎতনা হিংননবগী লম্বীদা নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবা পামখি।

চাওবা অমদি উচেকশিং নুংশি চান্না অমনা অমগী থশ্মোয় মশক খঙনদুনা নুংশি চান্নবা হিংমিন্নখি।

-------

## ঈশ্বরবু থাজবা

হে তাইবং মীওইবা ! পোকপা শিবা অনীগী লংদাইদা হিংলিবা হে মীওইবা নখোয়গীদমক্তা ঐহাক্না ব্বারিবদি লৌশিংগী মৈরাতবু ওইননবগীদমক্তা কয়াদা ব্বানা খঞ্জরিবা। ওস্থোকপনি মায়াগী সংসার অমা ওইখিবনা ঐহাকপু মশক খঙবীদ্রবা মাল্লে। থম্মোয়গী মন্দিরনুংদা মীপুম খুদিংমক্না ঐহাকপু নুংশিবগী মমি থম্বিরিবা। মদুতনা মরম ওইদুনা ঐহাক্না মতম খিবিক্তা নখোয়গীদমক্তা ব্বাদবা ঙমদে হায়না খঞ্জরিবনি। চহিনা লাক্লবদা অনৌবা য়াওল কয়ানা খতু পুরক্তুনা সংসাবদা উহৌদ্রবা খঙহৌদ্রবা অঙকপনা থল্লবা কয়াদা লৈখ্রবা হে মীওইবা। শ্রী কৃষ্ণ ইবুংঙো মহাক্না শিল্লকপা লিলানি হায়না তাইবং কয়ানা শক্ল-শোন্নদুনা থব্বায়গী আত্মাবু শকউদ্রবা মহাক্তুগীদমক্তা মীওইবনা ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা চৎনরিবা লীচৎ-শাজৎ মসিবুসু উদবা অমসুং খঙদবা নত্তে। ঐহাকপুদি মীওইবা নখোয় ময়াম্না হকচাং পোলাং কয়া অমা শেমগৎ-শাগৎতুনা আত্মাগী লৈফম মন্দির পীবীদুনা থম্বীরি। মদুদনি মীওইবগা ঈশ্বরগা লৈমিন্নে হায়বসি নখোয়না কাওথ্রমাল্লে হায়না খল্লে। পাক-চাওরবা পৃথিবীগী লৈমায়দা লৈরিবা মীওই কয়া অসে ঐহাক্কী লাইবক ফবদি মীয়াম অসিনা ইমা লাইরেম্বী হায়না অকাওবা লৈতনা মীং থোনবীখিদো। পলেম ইমা কোতি কয়ানা ইমাগী লমন শিংননবা হায়দুনা কৈথেল হায়রিবা অসিগী মনুংদা পারি কয়া ইমোম কয়া ইমাগী তম্পাক্তা শান্নজবা ঙম্নবগীদমক্তা খুঞ্জা কয়ানা অপুনবা লিংজেল কয়ানা লৈতেংদুনা অব্বাৎ-অপা লৈতবমখৈ ইমাগী নুংঙাই য়াইফবা যুম্ফম অসিদা তাইবং মীগী তুংনফম ওইহনসি কৈদৌবগে অসুম্না ইমা লাইরেম্বীনা কল্লক য়েংথি তাইবং খোঞ্জেল তারবা মতুংদা হায়রকই "হে মীওইবা তাইবং কৈথেল কাগে নীংলবদি লৌনম্বা নমথাক চৎতবা ওইয়ুকো" অশাওবনা থুমহৎখিদুনা ব্বাহৈ অমদা হিদাকমনা তাদুনা তোক্কনি মদুদসু নত্তনা শেৎলম্বা ফিজেৎনা মনিং মমাঙ ওনখিদুনা তরাগী মপু ওইনা চৎখিগনি। নোংমগী চরা তানবা অরুবা ব্বাখলগী ঈচেল অদু মীয়ামগীনি খন্দুনা থম্বীয়ু নত্রবদি ইমাগী অরেপ্পা লৈত্রবা অবোটবা লৈত্রবা পুক্কেগী লন অসে মীৎকুপ অমদা মিঠাইগী শক্তম ওইখিগনি। নখোয়না মতম খিবিকমক্তা ঈশ্বরবু খুরুমদুনা অমসুং নীংজদুনা পাপ কোক্কনি হায়না খল্লিবদু মদু খক ওইখোক্লোই। ঈশ্বরনা অরানবা য়াদে খল্লি ঐহাকসু অরানবা তৌদে মসিমক্না

নখোয়না ঐবু লাৎতুনা থন্নিবা নত্তব্রা ? মদুদা ঐহাক্না করম্না অৱানববু চুমহই হায়বা ঙমগনি অদুবু ঙাকপী হৈতবা মদুমক্তি নৎতে।

মীনুংশিগী থোংজিন্দা শুফম-চৎফম খঙদ্রবা মনুং মতম অদুদা ঐহাক্না পুন্সিগী হিংনববগী লম্বীদা লমজিং লমতাকপীদুনা পুবীবা হায়বদু ঙমগনি। মদুনি নমা ঐহাক্কী ইথৌদি। নখোয়গী লমনবু শিংজগে হায়দুনা যুগ কয়া লেনখ্রগদবনি। ঐহাক্কী ইশক ইতৌদি নখোয়না শেম্লিংবতা শেন্বা য়াবনি তৌনিংবতা তৌবসু য়াগনি। মীরোল কয়ানা জুক্তি ওইদুনা থন্নন্নবা মীংখেরোলনি। নমা ঐহাকসু ৱাদবা নত্তে নখোয়না ৱাবদু ঐহাক্কীসু অৱাবনি ঐহাক্না ৱারবসু নখোয়গীসু অৱাবনি। মসিনা তাকপদি যুগ কয়া লাক্লবসু মীওইবগা ঈশ্বরগা খুৎশয়্নে হায়বদা খক কাওরোইদবনি। লাইবক থিরবা মীওই কয়াগী ভিক্ষা পীবা ঙম্নবগীদমক্তা মীওইবনা ইমাগী লকানুংদা লৈগী লৈশক কয়ানা লৈতেংবীদুনা মায়দা অঙাঙবা সিন্দুরনা থাগী মশকতৌনা থোকহনবীরিবা ঐহাক অসে তাইবং মীওইবা নখোয়না শেম্বী শাবীদুনা থম্বীরিবনি হায়বসি ঐহাক্না খক কাউথোকপা লৈরোই। পুক্নিংগী শান্তি ওইমিন্নসি হায়দুনা খুঞ্জা কয়া হায়রিবা অসিনা ঙকশমদা লৈ পরেং অমা ওইনা নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নদুনা ইমাগী লৈকোন্দা হরাও মীনোক তম্মিন্নদুনা পৃথিবীদা জয় ওইহনসি। মতম খিবিক্তা ইমা লাইরেম্বীনা মীপুম খুদিংমকপু শান্তি পুরক্লবা হায়জরি।

হে মীওইবা নোংমা ঙাইবদা ৱাজরবা মীওইবনি। ঐহাকসু নখোয়না নিংশিংবা লৈরিবমখে ঐগী থৱায় অসে অসুম্মক লৈখিগনি। লেঙদ্রবা মুর্তিদি অসুম লৈহৌরনি চৎখিবা মীওইবা কয়া চৎখ্রবসু লাক্কদৌরিবা মীওই কয়ানসু ঐহাকপু শক খঙদ্রবা শকউদ্রবা ঐহাক অসে শোন্নদুনা অদুম্মক লৈখিগনি হে মীওইবা। ৱাত্ত-পাদবা পুক্কেগী লন অসে খুঞ্জা কয়াগী মফমদা লৈরিবনি। নমা ঐহাক অসে মালেম পৃথিবী অসিগী মনুংদা য়ৌদবা উদবা লৈতবা নমানি। লৌনম্বনা অশোয়বা লৈবনিকো অফবনা মীয়োক নী চান মরক্তা হিংবা ঙম্বনি। য়েংউ নখোয় নশেন কয়া ফুন-লাওনদুনা চৎখ্রবসু ঐহাকপুদি নখোয়না খক কাউথোকপা লৈতনা নীংশিংবীরি। ঐহাক্না করম্না অৱাবৰু য়েংদবা ঙম্লোই ঐহাক মতম খিবিক্তা তাইবং মীওইববু য়োকপীযু শাবীযু হায়না থাৱক্লবা নমানি। ঐহাক্কী ইথৌ অমা ওইনা লৈখ্রগদবনি। হে তংইবং নখোয় অসে মায়াগী সংসারনি হায়বসি মতম খিবিক্তা খম্বুবা ঙমদদুনা অমনা অমবু মশক খঙবা ঙমদদুনা ঐহাকপু কয়াদা

ব্রাহ্নখ্রবা। ঐহাক অব্রাবনা থৌদাং ওইজরগে হায়দুনা ঐহাক্কী বিথিদা য়েক্তুনা লাকপ্রবনি হে তাইবং মীওইবা। ঈশ্বরবু তৎতনা নীংবা মীওইবনা আত্মাগী থাজবগী য়ুম্ফমদা ব্রাখল লৌশিং কয়াবু লমজিং লমতাক্তুনা লৈরিবা মীওই কয়া অমসু য়াওরিবনি। মদুদা ঐহাক্না কয়াদা নুংশি চান্ননা লৈনিংগ্রবা ফৎত্রবা তাইবং খরনা লোইরং ওইদুনা ঐহাক অসে অব্রাবগী ঈপাক্তা লেন্দুনা লৈহল্লে। ঐহাক্না নখোয়গীদমক্তা হিংননবা মালেম কোয়না চৎতুনা অফবা অমসুং নীংথিবা চঙখোনবা মীওই কয়ামরুম থেংনবা য়াওগ্রে মখোয় অদো পৃথিবীদা থোইদোকপা ওইনা লৈরবা ঈশ্বরগী মুক্তি ফংলবা মীওইনি।

য়েংউ লাই হায়রিবা মখোয় অদো তাইবং মীওইবা নখোয় অসিবুনি। মীৎনা উবা লাইনি হায়নরিবদো নশানা নশাবু খঙবা ঙমদবদগী ঙসিগী সংসারসিদা অব্রা-নুংঙাই মরক্তা অশেংবা অমসুং তরুরবা পুথোকপা ঙমদ্রিবদো অমুকসু হায়গে তাও ঈশ্বরগী মনাই হায়রিবা মীওইশিংসে নখোয় মীওইবা অসিবুনি। হিংননবগী লানফমদা পৃথিবী মাতা লৈপাক অসে লৌমী-শিন্মী কয়ানা বল্লরামগী শক্তম লৌদুনা লাংগোল পায়দুনা ইমাগী তম্পাক্তা মরু হুন্দুনা লৈশাৎ তম্বীদুনা মহে-মবোং পালহনবীদুনা লৌমী-শিন্মীগী মীওইপোক কয়াগীদমক্তা হিংননবগী লম্বীদা লৌশিংগী মৈরা চুখৎতুনা মীওইববু পুক্লিংগী শান্তি পুরক্তুনা হিংবা ঙমহল্লিবা হে মীওইবা মদুদনি ঐহাক্না কয়াদা হরাওগ্রবা অমসুং পেনগ্রবা। মদুনা মরম ওইদুনা মীওইবনা ঈশ্বরবু কাউদবনা ঙসিগী পৃথিবীদা হিংলিবা অমসুং মীওইপোক কয়ানা ঐহাকপু খুঞ্জা কয়াগী মফমদা ঐহাক্কী মুর্তিনা লৈতেংহন্দুনা লৈহনবীবা ঙল্লিবা ঐহাক অসে তাইবং মীওইবা নখোয়গীদমক্তা হিংবনি হায়বসি খক কাওগনুকো। শান্তিগী লৈবাক ওইনা ওইহনসি হায়না ইমানা কয়াদা পুক্লিং হুনা নুংশি-চান্ননা মীয়ামদা তাইবংদা শিন্থাবগী লোইনাইদ্রবা ব্রারী কযানা লীথোকপীরি মীওইবদা। ঙসিগী সমাজ অসিনা ইমাবু তৎতনা শোয়দ-ঙামদবা হায়না মীওইবা খুদিংমক্লা খুবাক চাংজৌ তবাগা লোয়ননা খুকমজবি। হে ইমা নিংথিরবী চঙখোল্লবী নচা ননাইনা অরানবা খিবিক য়াওগ্রবসু ঙাকপী হৈবী ইমানা মতম খিবিক্তা নচা ননাইবু অচুম্বা লম্বীদা লমতাকপীয়ু হায়জবি। পাপ চেল্লবা মীওইবা ঐখোয় অসে ইমাগী লকানুংদা মতম খিবিকমক্তা লৈজগেকো ইমা। কোতি কয়াগী ইমানি হিংননবগী পুক্কেগী লনবুসু ইমাগী থম্মোয়নুংদা লৈরিবনিদো। পলেম নঙবু কাওজরোই মতম কৌবী লাইবেম্বী হায়নসু

মীংথোল্লিদো ইমাগী মীংদি অরোইবা লৈতে অরেপ্পা নাইদে শক্রোন কয়ানা লৈতেংলিবী ইমা শক্তি কয়ানা লমতাকলিবী ইমা জাতি-বিজাতি থায়দ্রবী ইমা নহাক্কী নফমদদি অৱা-নুংঙাই খুদিংমক্কী পন্থুংফম ওইরিবী ইমানি। কনা অমনা অল্লাহ নীংই, কনা অমনা যীশু নীংই, কনা অমনা শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মহাকপুসু নীংনৈ অসিদা নত্তনা মানা-মানা নীংজবা ৱাখল কয়া অমসু লৈনরিবনি। মদু খুদিংমকপদু ইমানা মমা অমতগী মচানি, মপা অমতগী মচানি, জাতিগী য়ুম্বীরেল অমতনি হায়না লৌহনবী ঙম্বী ইমানি। ইমাগী শক্তিনা মীওইবা ঐখোয় অসে শিগনি হায়বা অসি ফাওবদা ফাওহন্দবমখৈ থম্বীবা ঙম্বী ইমানি। হে ইমা সংসারসিদা ইমানা উদ-খঙদ কয়াবু মীওইপোক্কী মপোক্তা অঙকপা শক্তি কযা পীশিন্দুনা মীপোক কয়াবু ঈশ্বরগা চপ মান্ননা লৈহনবা ঙম্বী ইমা নহাক অসে শক্ক-শোন্নবা লেপ্পরোই। ইমাগী থৌনা লিংজেলনা অফাওবা মীওই কয়ানা পৃথিবীদা শেম-শাবা ঙমদ্রবা পোৎশক কয়ানা শক্তম লৌহনবীদুনা মীওইবদা অচৌ-অপীক থায়দোকপীদুনা চৎহনবী ইমা। নহাক্কী ৱাখল লৌশিং কয়ানা ঈশ্বর হায়রিবা মহাক অদুগা তাইবং মীওইবগা খুৎশম্নদুনা চৎহল্লি হায়বগী শক্তম পীবীদুনা হিংহনবীরিবী ইমা নহাকপু মতম খিবিক্তা ইমাগী থৌজালতনা হিংহনবীযু হায়জখি তাইবং মীওইবনা।

-------

# গাউদম

অঙকপনি, যেংবদা লৈবল্লিবা ফিভম অদুনা, মখোয়গা থেংনবদা উনবদা য়াম্না চম্না ৱারী শান্নখি। মখোয় করম তৌনা মফম অসিদা লৈরল্লিবগে ? লমদম অসিদি থম্নাপোকপী হায়বিবা লমদমদু ওইবন্মী। লম অসিবুদি মমাংঙৈদগী হৌনা খঙলক্লে মতম অদুদা কনা অমত্তসু খুন্দাবন্না উখিদ্রি, অমবোমদা চীংমী কয়ানা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবদি উখি। ঙসিগী ঙক্লবা ৱাখল অসিনা তাকপদি তোপ-তোপ্পা খুঙ্গং অমগী মীওই ওইনা লৈবন্না অসিনা ঙক্লিবনি। হংলন্মী মখা তানা চিংনবা অমসুং ঙকচান্নবা অনীগী ঈচেলদা নুংশি চান্নবা মীৎয়েংগা লোয়ননা মহাক অদুনা তুমিন্ন হায়বক্লন্মী নখোয়না ঐখোয়গী ইবমদম্নু হংলিবা কবিগীনো ? অমবোমদা অমুক্তসু উদ্রিবা নখোয় অসে চিংনদবা ঙমখিদে। ঐখোয়না চিংনবগী চিংনখ্রে, চিক্লা হুনা লৈবা ওইখিবনা মীপুম খুদিংমকপা অকিবগী শক্তম ওইনা উখিবনি ৱাবৌবীবোই। অদোম্না মরুপ অমা ওইনা নুংশি চান্ননা মরুপ ওইমিন্নসি হায়জবিবা অদু ঐখোয়দি নুংশিববা ইবমদম কয়ার থাদোক্লুনা হিংননবগীদমক্তা লাকখিবনি। মরুপ, মৈতৈ হায়বা লৈতে চীংমী, ময়াং হায়বসু লৈতে। লৈখিদবগী মরুপ -- ঐখোয়গী ইজাতিদা অফবা ঈমুং ওইখিদবনা মরম ওইদুনা ঐখোয় অসে জঙ্গলগী লান্মী ওইদুনা তুংদা লাক্লদবা ইচা-ইশু কয়ানা অৱাবা পোৎলুম্নু পুদননবগীদমক্তা থৱায়না থৱায়বু কিদবা অমসুং ৱাদবা শাদুনা ঙসিদি চাউরবা জঙ্গল অসিগী মনুংদা পৃথিবী লৈবাক মচেৎ অমতা অহাংবা লৈব্রা হায়না খুন্দারকখিবনি। পাৎ, তুরেল ফাওবদা হাংবা কৌবা লৈরমদে। চীংজাও নাপোমগী মনুংদা শা-কৈ ফাওবদা চঙবদা কিনববা মফম অদুদা পুন্সিগী থৱায় থাদোক্লগে হায়না খুন্দাখি। অমুকসু ঙক্তবা ঙমখিদে মখোয়গী ৱারীশিংসি তাবদা থৱায় মঙাগা মিগা থানা তকক অসে তনিক-তনিক লাওখ্রে। মখোয় অদুদি অকিবা অমত্তসু য়াওদনা মনীং-মখা তম্না লৈবগুম তৌই। ঐতনা অকিবা হায়বদু কিরুবগী ৱাদা ওইখ্রমান্লে। খঙহৌদে ৱারীশিংসি শান্নবগী লোইবা নাইদবমখৈ লৈখ্রে মরমদি মখোয় অসে নেপালি মচা ওইবন্মী। নখোয়গী শিনফম করি তৌদুনা হিংলিবনো হায়বদা চীংনুংদা লৈরিব ঐখোয়না খারি শুদুনা হিংলুগান হিংফম লৈত্রবা ঐখোয় অসে মীয়ামগীদমক্তা করিগুম্বী অমত্তসু অফবা চৎপা ঙম্লোই। মদুনা মরম ওইদুনা অরাকপা মীওই কয়াবু ইকায় খুম্নবা ডাকচনা ঙমখিদে লাইবক থিবনি। মীওইবনা শুফম চৎফম লৈত্রবদা হিংবগী মহাও য়াওবা ঙমখিদে।

হিংদবদি য়াদে হায়না ঈশ্বরনা থৌদা অমগা লোয়নননা থারকপা মীওই ওইখিবনা সাধু অমসুং সৈন্যাসী ওইনা ঈশ্বরনা থারক্লবা শমুক অমসুং হামেং কয়াবু লোইদুনা মহাক্কী অমৃতনা থাক্লুনা হিংলিবনি। মরুপ অদুগী ৱারীশিংদু তারুবদা নুংঙাইগ্রবা অৱাববু ৱারী ওইনা লীথোক্লুনা নুংঙাইবা অমা ওইনা ওইহনবা ঙম্লিবা খুঙ্গং অসে থম্না অমসুং ৱাহৈদা ফাওবদা অফাওবা থম্বালগী মমীংনা লমদম অসিবু চেৎনা থাগোল্দুনা লৈবা মফম ওইবনা য়েংউবদা মরম লৈত্রবা অমসুং লন-থুম ফাওবদা লৈত্রবা মীওইশিং অসিনা হিংলম্লিবা অঙকপনি। মীওইপোক্কী মীপোক্তা জাতি-বিজাতি খাইদনা হিংলম্বনা ইমা লৈবাক মণিপুর শিন্দম শঙ হায়রিবা ইমা অসে লমদমসিদা ঙাম্থোইদুনা লৈরম্লে কয়াদা ফজগ্রবা কয়াদা চঙখোনগ্রবা য়েংবগী পেনবা লৈত্রবা মফম অসে চীংমী, মৈতৈ, মুসলমান, ময়াং অসিনা পুল্লপ পুন্না লৈশাৎ লৈচু ওইমিন্নদুনা ইমাগী মফমদা হিংবা ঙন্নম্লিবনি। লমদম অসি কয়াদা ফজবা নীংথিবা চঙখোল্লবা মফমসিদা উপাল-ৱাপাল মখোয় কয়ানা য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা শুম্হৎলবা মৌসুমীগী নুংশিৎ কয়ানা প্রকৃতি খুৎশেমগা লোয়নননা ইমাগী ফজরবা হকচাং-পোলাং শাবীদুনা লৈবা ওইখিবনা মখোয় অদু হিংবা ঙম্নমবোই। মদুদসু নত্তনা প্রকৃতিগী মখল-মথেল কয়ানা মিংশেল ওইহনবীদুনা অৱা-অনা খুদিংমক্তা কাউথোকপা ফাওবা ঙমহনবীদনা লৈরমবোই। শা-ঙা উচেক কয়াগা খুদম চাংদমমিন্নদুনা হরাও মীনোক্কা লোয়নননা হিংমিন্নবা মীওইসু ওইরম্বোই। হে মীওইবা নুংঙাইবা হায়বসে করিসু লৈতবোই ইতোম্নতা লৈবা মতমদা নুংঙাইতবা ৱাখল কয়ামরুম খল্লকপসু য়াওরকখি মতম অদুদা মরুপ-মতাই লৈরক্লবদা পুক্নিং নুংশিবগা লোয়নননা মীৎকী পীরাংগা মরুপ ওইমিন্নদুনা মতম কয়া অমা খাংদোকপা য়াওগ্রে। ঙসিদি নৌহৈনবা পুক্নিগী নুংঙাই য়াইফবা থিবা লাকপদা পুক্নিংগী অপাম্বা অমসুং নীংথিবা চঙখোল্লবা প্রকৃতি মহাক্না লমজিংবীদুনা থম্নাপোকপী হাযরিবা মফম অসিদা ৱাখল অমসুং লৌশিং কয়াগা লোয়নননা মরুপ ওইমিন্নগে হায়বা খনবা হৌগ্রে। চৎখিনি অমুকসু কোয়না নুংঙাইবগী অমসুং অৱাবগী ঈপাকথক্তুদা ঐসু পুক্নিগী লেঙদনা লৈফম অমসুং হিংফম থিখিনি। অমুকসু খোঙশান্দুনা লমদম কয়াবু থিবা চৎপা হৌখি। মমাংদা থেংনম্লিবা লমদম অদুদগী হেন্না নুংঙাইবা অমসুং ফজবা অমমুক থেংনরে। মতম অদুদা নুংঙাইবা পোৎশক কয়ামরুম উবদা ঐহাক শিররোই হায়না কন্না লাওখিরম্মী। য়ুম অমসুং ইঙ্খোল লৈতবা মীওই কয়া থেংনরকপা ওইখিবনা হেন্না অৱাবা মীওই কয়া অসিবু থেংনবদা নুংঙাই হায়জবগী ৱানি। অৱাববু

থেংনবদা নুংঙাই হায়বদা মীওই কয়ানা তাবদা থাজবা ফংলরোইদবা ৱাখল অমদি মোন্দ্রং চুবা মীওইনি হায়না লৌবীখিগনি। ঐহাক্তি অমুকসু হায়জনিংই অৱাবনা মাংওইনবা নুংঙাইবনা তুংওইনবা হায়বা ৱারী কয়ামরুম তাখিবনা ঙসি ঐনা অৱাববু নুংঙাই হায়জবনি। মখল-মথেল কয়া কোয়না চৎতুনা লাক্লিবনি মসিদা চিংনবা অকিবা থকৎপা কয়া অমসুং থেংনজে মতম অদু ফাওবদা শিদনা লাকখ্রবনি। মদুবুসু ঐহাক্না নুংঙাইবনি হায়বদা হায়মনবা খক থোক্লোই হায়জনিংই। অরানববু হুরানবনি হায়বদা মদুসু খক থোক্লোই। অচুম্ববু অরানবনি হায়রুরবদি কংলা ৱাথোক চাউবা ওইহন্দুনা লোইনাইদ্রবা লৌশিংগী মৈরাবু মীৎকুপ অমদা মুখৎহনখি। পাক-চাউরবা পৃথিবীগী লৈমায়দা চেল্লিবা ঈচেল অসে অচৌবা খক য়াওখিদ্রি অপীকপনা মাংওইনবা অচৌবনা তুংওইননা চেল্লবা ঈচেল অদু মীপুম খুদিংমক্লয়ানরবা ৱাফম অমনি। পোক্লরুবদি হিংননবগী মায়োক্তা লাম্মী অমা ওইগদবনি। লাম্মীগী মথৌ করিনো হায়বসি মীপুম খুদিংমক খঙমিন্নবা অমসুং উমিন্নবা হায়বসে মথৌ য়াম্না তাই। মদুনা মরম ওইদুনা পুক্নিনা পুক্নিবু হিংদবা য়াদে হায়দুনা কোয়না চৎলিবনি। তং-তাবা ৱাখল অমগা লোয়ননা হিংমিন্নসি। অহল-লমন লাই-গুরু মখোয় অদুনা চৎলম্বা শাজৎ-লিচৎ অমদি হায়রম্বা ৱাফম মসিদা মীরাইদুনা অমসুং নিংশিংবিদদুনা লংশেক্লবদি পাপকী মশক ওইবনি হায়না তাকপীরম্মী। মদুনা ঐহাক্না অহল-লমন্না চৎলম্বা লীচৎ অমসুং শাজৎ হায়রিবদু চৎপা ঙম্নবগীদমক্তা জঙ্গল কয়া চৎতুনা অমসুং কোয়না লেপ্তুনা চৎলিবনি। মতম খিবিকমক্তা হৌখিবা অমসুং লাক্লদবা লম্বী অনী অসিবু ঐখোয়না থম্মোয়গী লন্নি হায়না থমগদবনি হায়নসু তাকপীখিরম্মী। চৎখ্রবা মতম অদুদা নীংঙমদবনা লোইহৌরে হায়গদবা অমসুং তমগদবা ৱাহৈ কয়া অমসু লৈহৌরে চৎলিবা ঐহাক্তি থম্নাপোকপী লমকাংগী অরোইবা খুঙ্গংদা য়ৌখিরম্মী। মখোয়গী খুঙ্গংদুগী নুংশিরবা ছাত্র-ছাত্রি, অহল-লমন, লাই-গুরুশিংনা মপানাং-মপুনাং কায়দবা যুম্ফম কয়াবু মীশিং য়াম্নবগীদমক্তা চাউখৎপা কয়াবুসু পুরক্লবা হোৎনরম্মী। অতোপ্পা লমদম কয়াবুসু চাউখৎ থৌরাংগীদমক্তা অতোপ্পা মীওই কয়াবুসু হিংমিন্নবা পামখিরম্মী। মদুনা মরম ওইদুনা চীংমী অমসুং তম্মী কয়াগা লোয়ননা মরুপ ওইমিন্নবা মখোয়গী ৱাখলনি। চাউথোকচানংঙাই ওইবা খুঙ্গং অসিনা লম লৈজদ্রবা মীওই কয়াবু মরৈবাক মরমদম্বু থাদোক্তুনা লাক্লিবা মখোয়শিং অদো তুমদুনা লৈরম্লবা ৱাখল কয়াবুসু হৌদোকপীদুনা শুক্লবা জঙ্গল কয়াবু লৈশেম লৈতাক্তুনা ফজরবা শক্তম অমগা লোয়ননা মীপুম খুদিংমক্তা শক্তম

ওইহন্দুনা থল্লি। নুংশি চান্ননা ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা হিংমিন্নদুনা ফজরবা লৈকোল অমা ওইনা হিংহল্লি। ফমুং লৈত্রবা লৈরং লৈত্রবা মীওইশিং অসিনা ৱাখলগী পান্দম্না তুংদা লাক্কদবা জবান কয়াবু পুক্লিং থৌগৎপীদুনা আশাগী ময়োল চোংহনবীয়ু হায়দুনা লমদমসিগী মীওই কয়াদা লোইপোৎ কাদুনা চাউখৎ থৌরাং য়াওমিন্নবা ওইরম্মী। হিংখিনি ইমা লৈবাক মণিপুর অহাংবা লৈত্রফাওবদা অতিয়াগী পাক-চাউরবা মথক অদুদা ফাওবদা চাউখৎপা মহাক্কী খুদম চাংদমগা লোয়ননা হিংগনি হায়না পান্দম তমদুনা লৈরম্বা মীওইসু ওইরম্মী। কয়াদা ফজশ্রবা, ৱাখল অমসুং লৌশিং হায়বসি মতম খিবিকমক্তা খক শোৎথবা তৌরোইদবনি হায়বসি হায়রিবা মীওইশিং অসিদগী খণ্ডজবা ঙমজখি। থম্মোয় শেংনা ব্যাখা তৌরবদি মশাগী মবল ঙাক্তনি মসিদা হায়মনবা খক থোক্লোই। লমদমসিগী থম্মোয় চাউরবা থম্নাপোকপী হায়রিবা মফম অসিবু কোয়না চৎপা ঐহাক্না থাগৎতবা ঙমখিদে।

ঐহাক্না অমুকসু খোঙশাল্লগে হায়দুনা খল্লিঙৈদা চীংমী পাখং অমনা হংলক্লম্মী - অসোমগী ইমাবু কদাইদগী ওইবীবনো ? - ঐহাক ককচিং পাজি লৈকাইদগীনি। - মীং করি কৌবীবগে ? - নাওরেম তমুবী কৌই। - কবি থবক নত্রগা শিনফম তৌবীরিবগে ? - ঐহাক "টি.দি. আগরবতি ইন্দষ্ট্রি" হায়রিবা ধুপ শাফম অসি চলাইজরি । অমুকসু মখা তানা - ঐখোয়গী লমদম অসিবু য়েংবা লাক্লিব্রা ? - চুম্মী ঐহাক হিংননবগী লানফমদা কোয়না চৎনা মফম অসিদা য়ৌরক্লিবনি। লমদম অসিবু উজবদা খোঙ অসে ফাজিনবগুম ঐহাক্কী থম্মোয়দা অদুক্কী মতিক নুংশিবা অমসুং ফজবনা শুমহৎতুনা পুক্লিংগী শান্তি ওইখ্রে অঙকপনি লমদম অসে। লৈরম্নীবা নখোয়গী খুঙ্গং অসিনা লৈত-লাইর খুদিংমকপু উশিনবীদুনা কোয়না চৎলিবা ঐহাকপুসু চিংশিনবীরে। অসুম তৌদুনা কোয়না চৎপা ঐহাক্না লমদম অসিবু মতম লৈবা খিবিক্তা থবায় অমগুম্নখল্লম্মী। হিংননবগী অমুকসু চৎখিগনি হায়না খল্লম্বা ঐহাক খোঙ থাংবা য়াখিদ্রে। ইতোম্নতা কিবনা লোইগদৌরে কিবদগী হেজ্জিল্লতুনা কপ্পা হৌরক্লে। (মীয়ামগীদমক্তা ৱাখল খনবা মীওই অমসুনি) মতোম্নতা হিংবদা ঙন্নোই হায়না খনবদগী মহাক অদু ঈশ্বরদা ৱাশকচখি। মহাক্না ৱাশক্লিবা ৱাহে অদুদি মতম কয়া চঙনা পুরক্কদবা পোৎশক্লি। মদুনা মরম ওইদুনা হৌবদা ঙাইরিবা খোঙ অসে ফাজিন্দুনা থম্নবদি ঐহাক মীয়ামগী সেবা ঙন্নরোইদ্রা হায়বা খন্দুনা কিবা অমসুং কপ্পা হৌরকখিবনি।

অসুম্না অকিবা অমসুং অকপ্পা অদুবু চীংমী পাখং অসিনা উপ্রে মহাক্লা হায়রক্লম্মী - তমগী ইমা নহাক্লা কিবা অমসুং কপ্লিবা করিগীনো ? - চুম্মী মীওইবনা নুংঙাইবগী মায়থোংনা অমনি অব্রাবগী মায়থোংনা অমনি মদু নহাক্লা উবনা ঐঙোন্দা হায়রিবনি। ঐহাক্লা খুঙ্গং অসিবু লাম্থোরকপা ঙমদদুনা কপ্লিবনি হায়খিরম্মী - করিগীনো ইমানা লাকপা মতমদা মায়থোং মকা লাম্না লাক্লগা হৌজিক মীৎকুপ খরা অসিদা করিগীদমক্তা অসুক মায়থোং লাংশিল্লিবনো ? - ইমাগী ইবুংঙো ইমা ব্রারী মতেক অমা শারমগে, নহাক্লমুন্না তাবীদুনা চীংমী অমসুং তম্মী অনী করিদা খেন্নরিবগে হায়বদু খঙগদবনি। ঐহাক মতম খিবিক্তা মতম্ন অরেম্বদা খক মাংহনবা পামখিদে মদুনা মরম ওইদুনা খুঙ্গং কয়াবু কোয়না চৎচবা ঙল্লিবনি। মসিদা অব্রাবা মীওই কয়া অমা থেংনরকপনা ঐহাক্লা নুংঙাইববু অমসুং অব্রাববু শরুক পুজগে হায়দুনা ঈশ্বরদা থৌনিবগা লোয়ননা নিংজবদগী নখোয়গী লমদম অসিদা থুংলখি। মতম অসিদা থম্নাপোকপী খুঞ্জিল অসিদা হান্না থুংলবা মতুংদা অরোইবা নখোয়গী লমদম অসিদা য়ৌরকখিবনি। ঐহাক্লা মমাংদা শাপ্তিবা ব্রাবী অদুনা শাখিনি মদুনা মরম ওইদুনা ঐহাক অসে মতম খিবিক্তা প্রকৃতিগী নুংশিরবা উপাল-ব্রাপাল মখোয় অদুগা লোয়ননা লমজিং মৈরা ওইদুনা চৎচবা ঙল্লিবনি। য়েংউ করম্না খোঙ থাংদোক্লুনা চৎপা ঙমগদৌরিবনো। ফজবনা লোইনাইদ্রবা নুংশিবনা লাকঙমদ্রবা মখোয় অসে ঐহাক্লা সেবা তৌজবা ঙল্লোইদবা অমদবু উবদগী ঐহাক ইতোম্নতা ব্রাদবা ঙল্লমদে। ঐহাক্কী অব্রাবসে তাইবং মীওই খরনা উখিবা য়াওরম্লে। মখোয় অদো নখোয়না অদুক্কী মতিক অব্রা-অনা পুক্লিং-লৌশিং ওইহনবীদুনা লৈরম্না মীওই ঙাক্তনি। মদুনা ঐহাক্লা খোঙ থাংবা ঙমদ্রিবনি। য়েংউ মখোয় অদো তুম্বা, চাবা অমসুং শেংপা ফাওবদা মনীং-মখা তম্বা ঙমদ্রবা মীওই ঙাক্তা ওইরম্বনা ঐহাক্লা করম্না খোঙ থাংগদৌরিবনো, তুংদা লাক্কদবা মীরোল কয়ানা চাউখৎ থৌরাং পুরক্লুনা জাতিগী য়ুম্বীরেল ওইরগদগে হায়দুনা ঐহাক অসে হেন্না খোঙ থাংবা ঙল্লরোইদ্রা হায়না থব্রায় ব্রাবা অমগা লোয়ননা কপ্লিবনি।

অসুম তৌনা কপ্লিঙৈদা থাপ্লবা চীংনুং মনুংদগী খোম্থাংগা লোয়ননা কৌরক্লম্মী। "হে তাইবং মীওইবা নঙনা অদুক পুক্লিং নুংশিনা কপ্লিবদু করিগীনো?" মী পোং তাদ্রবা চীংনুং অদুদগী হায়রক্লিবা অমসুং ঙাংলক্লিবা মদুবু কনানো হায়না ঙকখ্রে। কপ্লম্বদগী লেপ্তুনা ইখোঙ অনী অদু ব্রাংনা কাংখৎতুনা কনা ওইরবগে

হায়দুনা য়েংখিরম্মী। য়েংবদা কনা অমত্তসু লৈবসু উদবগুম তৌহ্ খোঞ্জেলদি অদুম্মক তাই ঐহাক হেন্না অমুকসু ঙকপা হেনগ্রে অকিবদি থোইদোক্লা পোকপসু লৈখিদে। কদোমদনো হায়দুনা লৈনা লৈনা অমুকসু মায়কৈ শিম্বুংনা য়েংবা হৌরক্লে মতম অদুদা কনাগুম্বী কনাগুম্বা অমত্তসু লৈরমদে। ঐহাক্লা উরিবদি বাং-চাউরবা উপাল কয়াবুদি উবা ফংখি। অসুম্না উজাওগী শক্তম অদুবু য়েংলিঙৈদা খঙহৌদনা মাংদা হৌরিবা উপাল অসিনা মরোল লোন্দুনা কপ্পক্লে। ঐহাক থবায় মঙাগা মীগা থানা তরুক অসে মথন মথন চেনগদবগী লম্বী কয়া অমা য়েংবগুম তৌগ্রে। থবায়গী শিন্দম শঙ অসিদি কনানা লৈবিহৌগদগে হায়নসু হকচাং পোলাং মহাক্লা বাবা হৌগ্রে। মরমদি উপাল মহাক্লা মরোল লোন্দুনা কপ্পকপদু তারুবদগী হায়রিবা থৌদোক অসি থোক্কনি হায়বদগী কিবা হেনখ্রিবনি। অমুক্তসু পুন্সিনা তাদ্রিবা ওইখিবনা কিবনা থম্মোয় ফাওবদা মচেৎ-মচেৎ তাখিদৌরে। মতম অদুদা খঙহৌদে অতিয়াগী পাক-চাওরবা লৈচিলগী মনুংদা ঙাঙ্রানবা মচুনা মালেম কোয়না শক্তিগী মঙাল পীবীদুনা তাইবংগী শিঙ্খ্র মশক খঙহন্দুনা লৈরিবা মখোয় অদো সনাগী মতৌগুম লুপাগী মতৌগুম তোমথিন ঙান্না থবাম্মিচাক মখোয় কয়ানা পৃথিবীগী উদ-খঙদ লৈরম্বা মখোয় কয়াদো প্রকৃতিগী লোইনাইদ্রবা অমসুং অনৌবা য়েন্নিংথা লাকপদা মখোয় অদো পাক-চাওরবা অতিয়াগী মরুপ ওইমিন্নদুনা হিংবগুম লৈরম্বদো ঐহাক্লা উবা ফংজখি। মদুদা অকিবা অমসুং নুংঙাইতবা কোকপ্রে। হায়খিরম্মী, ও ! মীওইবা ঐখক্তা নত্তে মীপুম খুদিংমক ওইরমগনি। অবাবা হায়বসে খক লৈরমদ্রগদি নুংঙাইবা হায়বা মহাক অদো ফংলপ্লোই। মমাংদা অথৌবশিংনা চৎলম্বা নীতি নিয়ম কয়াবু থিজিন্দুনা অমসুং উশিন্দুনা চৎলম্বনা ঙসি ঐনা অসুক য়াম্না নুংঙাইরবা লমদম কয়াবু ইশানা ইশাবু অকি- তুজুং পক্লক্লিবা অসে পাপ চেল্লবা মীওই ওইরম্বনা কিখ্রিবনি মতম অদুদা ঐহাক্কী নাপ্পদা তাপ্রিবা খোঞ্জেল অসে কয়াদা নক্লা কৌরমখ্রবা। মমাংদা অহল-লমন্না হায়খিবা ঙাংখিবা মদু ওন্থোক্লা য়াম্না চুন্নমগ্রেদা। ঐহাকসি না পংবা নত্তে মীৎ তাংবসু নৎখিদে কবিগীনো ঐনা কৌবা তাদ্রিবা। ঐহাক্লা অহল-লমনগী অফবা পাউতাক পীবদা ঐহাক্লা মুন্না তারুদবনা ঙসিগী মমল য়াপ্লবা পাউতাক অসে অরেম্বদা খাংউথক্তা মাংলমগনি। অফববু তানিংদ্রবা ফত্তববু তানিংলবা অনী অসিগী তাইওন্নরবা বাখল অসে কয়াদ ঙাওরমখ্রবা মসিনি মীওইবনা উনা উনা উশিন্নদবা তানা তানা তাশিন্নদবা অসিনা মরম ওইদুনা মণিপুরদা লম হেল্লবা মচা-মশু কয়ানা অহল শাদুনা ইমুং কয়াদা অকায়বা পুরকখ্রবনি। মতম খিবিক্তা

লাইওইরবা মীওই কয়ানা চাওখৎ থৌরাংগীদমক্তা মথ্বায় ফাওবদা থাদোক্লস্নগে হায়দুনা কোয়না চৎতুনা তুংগী লাক্কদবা মীরোল কয়ানা মণিপুর ইমা লৈবাক লমদম অসিবু ফজরবা অমসুং নীংথিরবা চঙখোল্লবা লমদম অমা ওইহন্নিংবদগী চাংমী অমসুং তম্মী অনীগী লংদাইদা ঈশ্বর মহাক্ত খুদম চাংদম পীবীদুনা লৈরম্লবা উপাল-ব্রাপাল হৈগোল-লৈপাল মখোয় কয়ানা পৃথিবীগী মনুংদা মখোয়না লাম্মী ওইদুনা মীওইবা ঐখোয়গীদমক্তা মথ্বায় ফাওবদা থাদোক্তুনা কৎথোকপা ঙম্লিবনি। মসি মীৎনা উবা ঈশ্বরনি হায়না কোয়না চৎলিবা ঐহাক্না খল্লিবা ব্রাখলনি। মখোয়বু ঈশ্বরমক্তি হায়বগী মরমদি পৃথিবীদা মীৎনা উবা ঈশ্বর মহাকপু উবা ফংঙ্গবরা মদু খক হায়বা ঙম্লোই। উপাল মখোয় অদুবু ঈশ্ববনি হায়বদা কনা অমত্তনসু খনবা লৈখিদে। মীৎনা উবা ঈশ্বরদি উপাল মহাক্তগী খঙবা ঙমহল্লি। ঙমখিবগী মরম -- মহাক্না তুমিন তুমিন লৈজবা মহাক্কী মশাদা থেক্লা হুম্না মনীং-মখা তম্না শান্নজবা ঙম্বা অদুবু মীৎনা উবা ঈশ্বরনি হায়জবনি। মহাক্না মনীং-মখা তন্নকপা মতমদা তাইবং মী ঐখোয়সু অদুক্কী মতিক য়াওজবা ঙমহল্লি। ঙমহল্লিবগী মরম -- মৌসুমীগী নুংশিৎ হায়রিবা ঈশ্বর অদুনা অব্রা-অনা খুদিংমক মীৎকুপ অমদা মাংহনবীদুনা নুংঙাইববু পীবীদুনা ব্রারবা হকচাং পোলাং অসিবু সেবা তৌবীখি। মদুনি তাইবং মীওইবদা ঈশ্বর লৈ হায়বসি খঙবা ঙমহল্লি। কোয়না চৎতুনা মতম খিবিক্তা প্রকৃতিগী খুৎশেমগী পোৎশক কয়ানা তাইবং মীওইবগী পুক্লিং অমসুং লৌশিং কয়া অমসুং পীবা ঙম্বা উপাল কয়াবুসু য়াওরি হায়দুনা মখা তাবদা মীওইবদা কান্নগদবা পোৎশক কয়া অমসু থিজিন্দুনা হংখি। লাইওইরবা উপাল অমা থেংনবে উপাল অদুনা হায়বক্লম্মী "হে কোয়না চৎলিবা নুপীমচা নহাক্না মফম কয়া চৎতুনা থিরিবা পোৎশক অদু ফংলব্রা ?" "হে নুংশিরবা লাইওইরবা উপাল নহাক অসে হেক উবগা ইকায় তুজুংবগা লোযননা ফাওরক্লিবা অসে করিগীনো ? " উপাল অদুনা হায়খিরম্মী "নহাক্ত খল্লিবা ব্রাখল অদুদি ঐনা লোইনব উবা ফংই। নখোয়দি নবোল লোনবা তাইবং মী ওইনা পোকখিবনা ঙসিদি ঐখোয়না উপাল অমা ওইনা পোক্লম্বনা ঐখোয়না নখোয়দা ব্রা হায়বদা অকিবনা থুমহৎতুনা নতোম্নতা অরানবা ব্রাখল কয়াবু পুদুনা চেঙ্খিবনি। মতম কয়াদা মাংনা নশানা নশাবু হঞ্জিন্দুনা ফত্তবা ব্রাখল অদুবু শেংদোকপীনবা লৈতদুনা মতম্ন অরেম্বদা মাংহনবা শাগৈনি হায়বদা হায়মনবা খক থোক্লোই হায়না উপাল অদুনা হায়খিরম্মী। অসুম তৌদুনা কোয়না চৎলিবা মহাক্না অমুকসু হায়খিরম্মী অসুক থিনা চৈবীরিবা নহাক অসে কনা ওইবীরগে করম্বা উপালনো ? লাইওইরবা

উপাল অদুনা তাক্লম্মী "হে নুপীমচা ঈশ্বরনা নখোয় ঐখোয় অসে থৌদা অমগা লোয়ননা হিংমিন্নরুচো হায়না থারক্লবনি। য়েংউ ঐনা হায়গদৌরিবা ৱারী অসে নহাক্লা কোয়না চংগা লোইরবা মতুংদা নয়ুম নরমদমদা হুঞ্জিল্লকপা মতমদুদা নহাক্তগীদি ঐহাক্লা হান্না লৈরমগনি মদুদা নঙ ঙক্লোইদ্রা। য়েংউ ঐহাক অসে জগৎকী মপু মহাক্লা তাইবং মীওইবগা লুনা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নৌ হায়দুনা থারক্লবা উপাল অমনি। ঐহাক্কী ইমিংনা উচান কৌই। মদুনা মরম ওইদুনা সংসারগী অফ-ফত্ত কয়াবু খোংমাই তেংউ হায়দুনা থারক্লবা পাউখোল্লোয় অমনি। ঐহাক্কী ইথৌদি য়ুম অমদি ঈশ্বরগী লম্বীদা মৈরা ওইহনবা পাম্বী অমনি। শান্তিগী লৈবাক অমা ওইনা পুরকউ হায়দুনা ভগবান অমসুং মুণীনা অবতার তৌহল্লবা লেঙদ্রবা শিন্দম অমসুং শিন্তাকপীরুচো হায়না থারক্লবা অমসু ওই। নুপীমচা অসিনি মীওইবনা উ-ৱা ৱাহৈদা ৱাগা উগা চপ মান্নে হায়না হায়নরিবা অদো ইশামক্তা লোয়নবা লৈরবনি হায়না তাকপীখিরম্মী। নুপী অদু কয়াদা নুংঙাইনা শান্তিগা লোয়ননা ময়ুম মরমদম তম্মা চৎতুনা উচানগী মৈরানা লমজিং লমতাক্তুনা খোংমাই তেংহনখি। ঙসি ঈশ্বরবু থাজবগী য়ুম্ফমদা উচানগী মৈরানা শক্তাকহল্লি।

উচান হায়রিবা মহাক অসে কয়াদা মগুন লৈরমগ্রবা। মরোল খোক্তে হায়দুনা ঐখোয়না মখোয়বু উশিং থৌওইদনা কয়াদা থল্লমগ্রবা। থমখিবগী মরম -- উপাল-ৱাপাল মখোয়শিং অসিনা তাইবং মীওইববু শেম্বী-শাবীবা মপু অমনি হায়বফাওবদা কাউথোকপীখি। ঙসিদি থম্মোয় শেংনা কোয়না চৎচবদা মমল য়াল্লবা উপাল কয়াগী মনুংদগী লাইওইরবা উচান পাম্বী মহাক্লা তাইবং মীগী লমজিং মৈরা পুবীদুনা পৃথিবীদা শক্তাকহনবা ঙমহনখি। মীওইবগী হিংফম অমসুং তুমফম-চাফম অমসুং লৈফম মসিবু শেন্বা-শাবা মতমদা উপাল মখোয় কয়ানা লীচিংদুনা তাইবং মীগী তুংনফম ওইহনখি। অসুম তৌদুনা লাইওইরবা উচান পাম্বীনা তুংদা লাক্কদবা উপাল কয়াবু পৃথিবীদা মুৎনাইদনা লৈহৌনবগীদমক্তা উচান মহাক্লা মতম খিবিক্তা তাইবং মীওইবগা তৎন-থান লৈতননবগীদমক্তা ঐহাক্লা ইশাবু অকিবা লৈতনা হকচাং পোলাং অসিনা হিংননবগীদমক্তা য়ুমথোং খুদিংদা মৈরা ওইনা কৎগ্রবা থৱায়নি। কোয়না চৎলিবা মহাক অদো উচান্না ফজরবা অমসুং নীংথিরবা ৱাখল লৌশিং কয়া পীবীরক্তুনা ঐহাকপু থৌনা হাম্বীরি। কোয়না চৎলিবা ঐহাক্লা অমুকসু থনখি উচান মহাক্লা লীরিবা ৱারীশিংসে অচুম্বনি। মীওইবদি য়ুম লৈতবা য়াদ্রবা শা মখল অমনি। মখোয়গী য়ুম অসি শাবা মতমদা প্রকৃতিগী

উপাল-ৱাপাল হায়রিবা মখোয় কয়া অদুনা শাখিবা য়ুমনি। মতম অদুদা উচান হায়রিবা মহাক অদো মীয়াম্না প্রকৃতিগী লোইনাইদ্রবা থৱায় কয়াগী পাপ-পুইন্যা কোক্লনবগীদমক্তা মৈরা ওইনা শীজিন্নখি। কয়াদা পুকচেল চাউখ্রবা তাইবং মীনা অরান অহুই কয়া চৎলম্লবসু মহাক্কী মৈরি অদুনা পুক্লিংগী শান্তি ওইহনখি। ঙসিগী পৃথিবীদা মুৎলরোইদ্রবা পাম্বী কয়ানা উচানগী পুন্সিবু মৈরা ওইনা পুথোকপীদুনা লৈহৌরে। নিপামচা অনী অদো কোয়না চৎপগী ৱারীশিংসি তাবদা অকি তুজুংবগা লোয়ননা তপ্না তপ্না হায়রকখিরম্মী ঐখোয়না মমাংদা খঙদদুনা চৎখিবা শাজৎ-লীচৎ কয়াবু অরানবা য়াওশ্লবসু ঙাকপীহৈবা উপাল-ৱাপাল কয়ানা ঙাকপীগনি। কোয়না চৎলিবা নহাক্তি অচুম্ববু থিবা লাকপদা ঐখোয়না খক লৌনম্বা চৎচবা ঙম্লোই। মমাংদা লীখ্রিবা ৱারী অদুনা ঙমখিদবনি। হৌজিক্তি কনা অমত্তদসু অরানবা লম্বী অমসুং অরানবা ৱা অমত্তসু হায়প্লরোই মদুদসু নত্তনা উপাল-ৱাপাল মখোয় কয়াদুবুসু অফবা লম্বী অমদা শেম্বী-শাবীদুনা লমন শিংজগে হায়না হায়জখি। চীংমী হায়বা লৈখিদে মৈতৈ হায়বসু লৈখিদে হায়না অহল-লমন্না হায়খিবা ৱাহে অদো পুন্সিনা অমুক্তসু কাউপ্লরোই।

-------